# সতী মরি

ইজবা—

শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ

১বা কোংবা ১৯৬৭-৬৮

কোপী মশিং ১০০০

সত্ব পুম্বা অইবগীনি মমল লুপা ৮.৫০

ফোংজবী—

শ্রীনিংথৌজম বীলাসীণি দেবী

শিংজমৈ মখা ওক্রম লৈকাই।



02,3IB0
K7;6

ছাপ। নম্বা

শ্রীসনসম মাঙ্গোলজাও সিংহ

সোল প্রেস

ইম্ফাল, মণিপুর।

# কাথোকচবা

*চনুরাশা ইজাতিগী*

*নখোয়গী নখুত্তা হাংপচরবনি*

*"সতী মরি"*

**গ্রন্থকার**

রাজ্ কুমার সনাহল বি, কোমগী অভিমত।

# রাহি অমা—নিদং

শ্রীনিংথৌস্বম ইবোবী সিংহ-না ইবা "সতী ময়রি" পাজবে। লাইনিক অসিদা কুন্তী, চিন্তা, দ্রৌপদী অমসুং সাবিত্রী সতী ময়রি অসিগী মগুণ ঙমজবা মখৈ ফজনা ফোংদোক্লি। কুন্তীনা মপুবোহবা কথামুক নিংবগে হায়বত্তু মথাগী শ্লোক অসিদগী খংবিগনি। পাণ্ডুনা শজিগী শক্তম লৌবা কিন্দম মুনিবু তেন্না থাকংদগী মথক্রাই মুংঙাইতবদুনা সন্ন্যাস লৌবগে হায়বদা কুন্তীনা অস্তুম্না হায়খি :—

অন্যেহপি হ্যাশ্রমা সন্তি যে

অন্যেহপি হ্যাশ্রমা সন্তি যে শক্যা ভারতর্ষভ।

আবাভ্যাং ধর্ম্মপত্নীভ্যাং সহতপ্তুং তপোমহৎ॥

আদি ২১৯ | ২৭—৩০

হে ভাবর্ষভ, সন্ন্যাস নত্রবসু অতোপ্পা বানপ্রস্থ হায়বা আশ্রম অমা লৈবি। আশ্রম অদুদা ধর্ম্মপত্নীগা লোইননা তপস্যা তৌবা য়াই। ঐখোয়সু কামমুক থাদোক্তুনা ইন্দ্রিয় সংযম তৌদুনা তাপস্যা তৌমিন্নদুনা মুক্তি ফংজগে। ঐখোয়বু থাদোকপিরম্লবদি ঙসিমক থক্রাই থাজরগনি— মসি লেপ্পমক খংবিয়ু।

শ্রীবৎস নিংথৌগী মহাবাণী চিন্তাসু মপুরোইবা নিংবী সতীনি! মহাক্না শনিগী মিৎয়েং চংথ্রবা মপুবোইবা শ্রীবৎসগা লোইননা

অরাবা কোঙ্গায় খাংখি।

দ্রৌপদী পাঞ্চাল নিংথৌ দ্রুপদগী মচা নুপীনি। মহাক্কী অশেংবা মমিং কৃষ্ণা কৌই। মহাক পোকপদা দেববাণী অমা তাখি :—

"সর্ববযোষিদ্বরা কৃষ্ণা নিনীষুঃ ক্ষত্রিয়ান ক্ষয়ম।
সুর কার্য্যমিয়ং কালে করিষ্যতি সুমধ্যমা
অস্যাঃ হেতোঃ কৌরবাণাং মহদুৎ প্যস্যতেভয়ম।"

আদি ১৬৭ | ৪৮,৪৯

নুপীশিংগী মনুংদা অখোইবী ফজরবী কৃষ্ণা অসিনা ক্ষত্রিয়শিংবু মাংহন্নবগীদমক্তা পোক্লিবনি। মহাক্না মতম চানা লাইশিংগী নিংজরিবা থবক মপুং ফানা পাংথোকখি। মহাক্না মরম ওইদুনা কৌরবশিংগী অকিবা ওইখি। দ্রৌপদীনা মপুরোইবা-শিংগা বন চৎলমদাইদা কুন্তীদগী বিদায় লৌবা মতমদা মহাক্কী মগুণ ফোংদোক্তুনা অসুম্না হায়খি :—

বৎসে শোকো ন তে কার্য্যঃ প্রাপ্যেদং বৎসনং মহৎ।
স্ত্রী ধর্ম্মানাম ভিজ্ঞামি শীলাচারবতী তথা

সভা ৭৯ | ৪—

ইবেম্মা, নহাক্তি নুপী ওইবীশিংগী ধর্ম্মগী মরমদা থোইদোক্লা জ্ঞান লৈরবীনি, লমচৎতা শাজৎতা হৈশিংলবীনি। খুদোং থীবদা রাগনু। নহাক্না পিতৃকুল অমসুং শ্বশুরকুল ঙানহল্লীবনি। নপুরোইবশিংগী মফমদা করম্বা লমচৎ চৎকদবা হায়বদু অমুক হায়নিংঙাই লৈতে। ধর্ম্মনা ঙাকপিদুনা লেপ্পনক মঙ্গল ওইগনি। নহাক্কী যাত্রাগী খোংফম অসি মঙ্গল ওইসনু হায়না আশীর্ব্বাদ

তৌরি।

মমিংতা নিংশিংজবদা পাপ কোকনৈ হায়না হিন্দুশিংনা থাজানরবী অদুগুম্বী দ্রৌপদীনি।

সাবিত্রী মপুরোইবা নিংবী সতীনি। আয়ু লোইরবা মপুবোইবা সত্যবানগী মথরাইবু যমগী মখুত্তগী মুন্দুনা পুরকপা সতীগী অঙকপা মগুণনি।

অসিগুম্বা সতী মবি অসিগী চরিত্রবু চরিত শেম্বদা হৈ-শিবা লেখক্না মহাক্কী কলমগী পাঙ্গলনা গুম্বমখৈ ফজনা ফূদোক্লি। লাইবিক অসি মণিপুরী মচাশিংগী থোইদোক্না নুপীজাশিংগী য়াম্না কান্নবা লাইবিকনি। লাইরিক অসি ইমুং খুদিংদা থম্বদা মতিক চায।

রাজ কুমার সনাহল সিংহ।

তাং ১৩।৬।৬৭ ইং

# ৱাহৈদোক

"সতী মরি" অসি ঐনা ইংশোক ১৯৬১ দা বি, টি, আই, কাঞ্চিপুরদা ট্রেনিং চৎপা মতমদা মুমিদাং Hut তা অস্মুন লৈজবদা অশং অশং, মতমদা ইজখিবনি। লাইরিক অসিদা কুন্তী, দ্রৌপদী, চিন্তা, অমদি সাবিত্রীগী আদর্শ চরিতপু মুজাশিংদা উৎচনিংবনা ঐগী উদেশ্যনি।

কুন্তীগী থজিক শোইখিবদা, মৈতান্না ৱাখৈন্রি ফাওবা মথম্মোইদা শোক্তুনা লৈগ্রবা দাগ, পতি ভক্তিগী লমদাংদা শনিগী অয়াবপা মিংয়েংদা মপুবোইবগী তুং চিন্তানা ইনজখি। দ্রৌপদীনা কদাইকাওবা নুপীমক ওইববসু সমাজগী চৎনবীবু অমদি ফত্তবশিংবু দমন তৌননবদা মশাগী মরোশিং উৎখিবা, সাবিত্রীনা পাতিব্রত্যগী শক্তিদনা শিগ্রবা মপুরোইববু যমগী মখুবাক্তগী মুলহোবা সতীত্বগী শক্তিনা ওইথোক্তববু ওইথোকপা ঙম্বা হায়বা অদু মণিপুরগী চনুরাশিংদা পাওদমজবা অসিতনি লক্ষ্য লাইরিকসিগী।

অবোইবদা নিংশিংজবিবনা লাইরিক অসিগী ছাপাদা কয়ামুক ছাপাগী অরানবা য়াওগ্রে, পাবীরিবশিংনা ঙাকপীযু হায়না হন্না হন্না নোঙ্গন্নি।

নোল্লুকচরিবা :—

**গন্থকার**

তাং ২। ৭। ৬৭ ইং

# হিরম-লামাই

নোংমাইজিং

তাং ২৬ । ৩ । ৬১ ইং

কাঞ্চিপুর বেশিক ইনষ্টিটুট

# "কুন্তী"

## (১)

ভোজ লৈপাক্কী মরুংগী কুন্তভোজগী মমোম কুন্তীসি চহি তরাহুমদোইবোম মশুজরক্রবীনি, থানিন ভমজরবী মাইথোংদা মোমোন তৌজবী চিনবান অহুনা শক্তী লৈতেং ওইবীনি! কুন্তভোজ, মপাবী মমোম অমত্তা শাৎচদে, কুন্তীদি যদু শাগৈগী নিংথৌ স্থরসেনগী মচানুপী, বস্তুদেগীদি মচন, শ্রীকৃষ্ণগী মনেমতোননি। মচা পোকচদবনা কুন্তীসি কুন্তভোজনা পুষ্যপুত্রী ওইনা য়োকচখিবনি।

নিংথিজবী কুন্তী, ওসি অযুকসি নিত্তিগা মান্নদনা মপুক্লিং মকা লামজরম্মী, মরমদি ওরাং অহু শাওগল্লবা মুনি দুর্বাসাগী সেবা মতোল লোম্না তৌজবগী পেনবিহুনা পিবম্বা মনা, "আকর্ষণ মন্ত্র" ফংজহৌববীনি। মন্ত্র অসিগী শক্তিদি অওকপনি। মুনিনা হায়বিরম্মী; "মন্ত্র অসি শোন্দুনা কৌনিংবা দেবতা অমা কৌবদা শোয়দনা লাক্কদবনি"। অহুনা ওসি মপুক্লিং মকা লাম্নবস্থ মন্ত্রগী

সিন্ধচাং যেনিংবদি পোকলি। মথুন্তা কোরৌগী পাত্র অমা পুন্থুনা ওশ্বনদা তম্না ঈশিং শোক্কে লাক্লি।

নোংপোক থংবা অভিযাদা লৈচন পাবানা থাংবদা কোবৌ মশেক্লা খিন্তুং থিনগৎপদু অঙাংবা মাণ মতুম অমা মালেম লৈমনা তাকৈবং অসিদা খুদাল-পোৎ পিবকপগী ময়। ইচিক চিকপা শক-ফম অমা মালেম অসিনা লৌরি, মরক অদুদা চেল্লাশিংনা চিকপক, চিকপক খোংবন্থুনা চিকপদু অমুক্কী মাতিক চিকলে হায়রবা তাক্লি। মতাং অদুদা তপ্পকপা মালংগী তাংন্থা অমদা রাংোন উতোনশিং অদু কেজনা জগোই শবগুম তৌজাব। মখা পাংনা থেক্ল খোইনা চেঞ্জরিবী অশনদীন্থু লুপা মাইগুমবা মাগী ঈচেল তাপ্রা অদুনা কুলু কুলু, হায়না খুক লাইরেম্বীগী মগুণবু শকচবা লাক্লজরি। মতম অসিদি বসন্তগী চৎবারি, তাইবং অসিবু শুম্মাংলগে মতামম মালেম লৈমনা বেজাগী পন্দেল লোনবা মতম্মক। হৈবা-লৈবাং শাংপা উপাল রাপাল যেনিং তুনবনা যেখবা পুম্নমক পুমনো নোবি, নিংথিজবী কুহী যেবনগী ঈথক্তা মালেমগী বেজবা অসিবু মিতাঙ্গর।

অযুক্কী নুমৎসি নুমিৎ অঙাংনা, মেংলবা মাগী মঙাল অসি ইনা শুংশি, শংলবা লোংদোল ইম্পা অসিদা লোক খেনা শাম্নজবা যজবা নাউিংবা অমগা পংখাক্ল। নৌজবিবী বৃন্তাস্থ বসন্তগী ওযুক অসিদা কোবৌ নহা অজানবসিবু মৎম্পাক্তা পাম্নংমুরে, অদুগা লোইননা ভ্রমবাসাগী আক্রমণ মন্ত্র সিন্ধ পানত্র চাং য়েংনিংবগী কেশা। অদু পানখ্রে, মন্ত্র শোনখ্রে, নুমিৎপু হন্না ২ কৌখ্রে ॥

মহার্ষি দুর্ব্বাসাগী শোইফজ্রবা মন্ত্রনি নুমিৎ কৌবা লাইদা থাদে। থাংবা ঙমখিদ্রে, থিন্দনা কুন্তীগী নাক্তা থুংলবে, অদুগা নুংশিনা অস্সুম্না হায়রকল্লে। "দেবী ইথোদগী মীকুপ অগন্তা থোগাইবা য়াজ্রবা ঐবু কৌবদি নংগী অপাম্বা করিনো হায়য়ু ?"

কুন্তী ঙকখ্রে। থজদ্রবা থোদোনি, কবম্না অঙানবনা লাক্কবা ? অদুগ লাক্লে, মবম লৈতনা কৌরুবনি, হৌনৈ হৌনদে খংদবীনি ; নিবনস্সু থক-থক নিকখ্রে, হায়বকহ, "দেব ! ঙাকপিয়ু ! পংলবীবু ঙাকপিয়ু ! ফমদগী করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা লৈজদে, ঙশোংবদি দুর্ব্বাসাগী মন্ত্রগী সিদ্ধ চাং-যেংলুবদা থোকখ্রিবনি মসি।"

নুমিৎ কৌবনা খুমখি, "দেবী ! নংগী রাকম অদুনা ইথৌ লৈতনা লাকপা য়াজ্রবা ঐগী ইথৌ লৈতন্দবদি য়াবোই। নংগী নাফমদা ঙসি পুত্রদান পিগনি, মসিদা নংনা ঐবু লাল্লে হায়না লোগন্নু, নংনা নিঙ্গবস্সু ঐনা নঙোন্দা নপারী অমা দান পিরম্লগনি" হায়না নিখিজববী কুন্তীদা পুত্রদান পিবিখ্রে।

তাইবং লমচত্তগী নৈনববা লমজিং অমদা ঙসি অঙানবনা লমজিংবসিদা কুন্তীদি খো থাংকম খংখিদ্রে, চুম্না লেপচবা ঙমখিদ্রে। অঙানবগী মখোংদা তুথখ্রে, নুংহিক্না অস্সুম্না মপাও মেঞ্জখ্রে। "দেব ! ননাইদি মাংলে ! ঙসি তাইবং অসিদা করম্না ইমাই উৎকনি, মঙান নাইববা ইপা নিংথৌ বুক্ত ভোজদি ঐগী ইতৌসিদগী মমাম্বা মরক্তা ফিরুক শুম্লগনি, মরাল লৈজদ্রবী ইমাসু ইপাগী

অশাওবগী মৈরক্তা কাহল্লুনা "ইমাগী কুন্তী ! ইমাদি করি ওইরনি" হায়না তেংথারগনি ! অঙানবা ! ঐগুন্দী নৌজরবীবু অদুম্না নৈহৎলগা নংগী পেল্লগে খল্লব্রনে ? অস্নুম্না কুমারী কুন্তীনা থম্মোই শোক্লা তেংথাজখ্রে ।

তাইবংগী য়াইফনবগী পোথাবা লৈতনা মানা-খোংকাপ নরাইননা মঙানগী দান পিনবিব্রিবা অঙানবনা ব্রাফম অদুদা পেন্দবা ঙমখিদে । আশির্ব্বাদ তৌবিবকই, "মিকুপ তবানা" থাবুং তরাশক, নংগী ইন্দ্রিগী হৈমীচু হৈপুং ফানা তাইবং ফাওজরো ।"

অস্নুম্না হায়রল্লগা মাংখ্রে । মতুংদা মিকুপ তরাদা থবাক লমঙান ইথক-হৌ, ইন্দ্র নাওয়েক নাওতমলে, খংহৌদনা য়েৎথংবা নাকোংলোমদা, শাংখ্রে পাবী অমা কুমাবী কুন্তীদো ! অঙাং অসি অচম্বা অঙাং নত্তে মাগী ফুরিং, বজ্র চংদ্রবা সনাগী লুহুপ পোকপদগী য়াওবকলি । লৈঙোই শেক্তাদা ঙসি তাবিবা অঙাং অসি, য়োকচবী চাম-চামনা নাওকোনগদবগী ঙাইনরবা নিংথৌ-কোন্দা রা-রা নোক্লা মনিন নাইগদবা বেদবিদ শাস্ত্রজ্ঞ লিশিং লিশিংনা বেদধ্বনি তৌনগদবা অঙাংচুমকনি । অদুবু ঙসিদি মতু থোকখিদ্রে, করি হায়গনি লৈঙোই শেক্তা মথক্তুদগী কোন-খৎপিনবা কনা অমত্তা ফাওবা লৈখিদে ।

করি রাংলি অঙাং অসি, মপানা মালেম অঙানরা কোরৌ-হনবনি, মমানা ভোজ নিংথৌগী মচা মুপীনি । অদুবু ঙসি অঙাংসি

মমাগী মথাদা চাওরোইদৌরি, মরমদি কুন্তীদি লুহোংদ্রিবী কুমারীনি। ঙসি মীওইবা সমাজগী অথাবা মমিৎ লিশিংনা মমা মচাবু খানা য়েংগদৌরি। থোইদোক্লা মিনোক চাওরবা তাইবংগী কলঙ্ক গিনোক্কী য়াল্লবা খোম্থাংনা মৈতান্না রাখৈদ্রি মখৈ লোইরোইদৌরি। মৈফম অসিগী আহুতি মমা মচানা ওংগদৌরি, অদুগী মহৈনা মপাবুং কুন্তভোজগী থম্মোই মৈবুল চুগদৌরি। কুমারী কুন্তী ঙৌখি! অদুমকপু খুবী মক চুপ্পা কপচরিবা মপারীবু কোনখৎলগে খল্লদুনা মখুৎ থক-থক নিক্লা তিংথোকচরুই। মতম অদুমক্তদা মাইকৈ তরা হৌনা সমাজগী মিনোক অঁহোবা তাখি, তাইবং অসি খংমম মমখি; অশ্বনদীগী ঈচেল লেপখি, উপাল রাপালশিং ফেৎ-ফেৎ হায়না খাংখি। মতাং অদুদা মথা ক্রক-ক্রক চিক্লবা মপাবুং ভোজনা "কুন্তী! হায়য়ু অঙাং অগিগী মপা কনানো?" মমা মহারাণীনসু "নুপী ওইবী নংনি, ইমাসু নুপীনি, ইমাগী ইবেম্মা! ইমাদা তাকউ, অঙাং অসিগী মপা কনানো?" করি খুম্নি কুন্তী!! "অঙাংগী মপাদি নুমিৎ কৌবা লাইনি" খুমজবদা থাজবিনবা তাইবং অসিদা কনা লৈগনি।

কুন্তী! অঙাং পম্বা ঙমখিদ্রে, মপা মশক থংদবা মচাগী মমানা কদায় ফাওবা রাবা! মথন্তা মথাই থাবা নত্তনা করি উপায় লৈ? নত্রগা অঙাং মাংহনবা! কুন্তী অঙাং অদু হুন্দোকখ্রগে লেপ্লে। কোরী চকু মনুংদা অঙাং অদুবু হাপচিনখ্রে; কুমথরকলে অশ্বনদীগী ইরোম্নুংদা! হৌজিক্তগী কুমারী! মিকুপ তরাগী মতুংদা মমা! মমা ওইবীগী প্রেম, কদায়দগী লাকপনোকো! কপখ্রে কুন্তী। "ইমাগী

স্নুংশিবা নংবু চংলোকো” ’স্নুম্না। “নম্নাইবক থিবনা ইমাগী খেম্নাং চুপচবা ফংদ্রবস্নু তাইবং অসিদদি ইমাগী মিৎমাংদা মতম কুইনা পুন্সিজৌকো” হায়না পিরাংনা পুমচোৎ চোৎনা ঈচেল মতুং ইম্না কোবী চফুত্থু ইন্থোরকলে। তোবৈ তুংইন্নবা ঈযাই অদোমদগী মখা পাংনা অঙোং অদো তাওথখিবস্মী। কুন্তীসু তু-ঠিম্না খনজিন-খিন্দ্রবা যাওবা অত্থুন মাগী মিৎয়েংত্থু য়েংজবি।

অসুম্না রানা লৈবিবৈমক্তদা যেৎ থংবা নানোন্দগী মপানী অমস্নু শাৎখ্রে, বুন্তী কৈ অমোমগুমখ্রে! “ঙসি ঐগী সতীত্ব মাং-হন্দুনা মৈদা মৈ হাপবা নংদি সতীগী গুণ খংদবোইদে।” হায়না শাপ তৌবগে খন্দূনা মথুত্তা ঈশিং লোৎখ্রে। খুদক্তা থা কৌবদো কুন্তীগী মগাংদা নিক্লা লেপ্লবে! “দেবী! ঐবু ঙাকউ। ঐ থা কৌবা লাইনি; ঙসি থাশি নুমিৎনি, ঐগী কলা নুমিত্তা লৈ, মবম আসনা নুমিৎ কৌবগী আশির্ব্বাদতো ঐগীসুনি, মাগী শাপসু ঐগীস্নুনি, মানা নঙোন্দা পুত্রদান পিবদা ঐগীসু পিরবনি অত্থুননি দেবী; ঐবু শাপ তৌগনু নঙোন্দা এদি ঙৎলোই; ঐগী পারীসি ঐনা য়োকচরুগনি হায়না গঙাং অত্থু পুবগা মাংখ্রে।

ভোজ নিংথৌগী মচা নুপী কুন্তী কোন্নুং তম্না অন্না নুংঙাইববগা লোয়ননা লাকখি, মচাগী মাইথোং মক্না লাকপা উবদা মপাবুং নিংথৌ মমা মহারাণীনা কান্ন তৌরবগে হায়না পেৎনা হংজববু কুন্তীনা থম্মোইদা থুপ্লবা রাক্ষম থুপ্লগা হকচাং ঙমদ্রে হায়না খুম-জখি।

---

## (২)

কুন্তী মতিক চারবা চন্দ্রবংশগী পাণ্ডুদা থাজখ্রে, ময়াম্বুং অহল ধৃতরাষ্ট্রনা মমিৎ উদবা মবন্না পাণ্ডুনা নিংথৌ ওইদুনা হস্তিনা লৈপাক্তা পানখি। মহাক্না দ্বিগবিজয় কয়া চত্তুনা মপাল নাইত্রবা লন-থুম পৈশিনখি। অনিশুবী রাণী ওইনা মদ্রদেশকী শৈল্য নিংথৌগী মচনুপী মাদ্রিবু লুহোংখি।

মতম খবা লৈরগা নিংথৌরেল পাণ্ডুনা মপাল নাইত্রবা সেনা পুদুনা রাণী অনি য়াওনা হিমালয়গী নাপোমদা শাদান্দুনা নুংঙাইনা শান্নদুনা লৈখি। নোংদমথিবনা নিংথৌরেল পাণ্ডু মৃগঋষিগী অকনবা অভিশাপ ফংখি, মদুগী মহৈনা সংসারিক ওইবা য়াদবনা মনিত্তা মচা উথিদে, মরম অসিদগী কুন্তীদা পাণ্ডুনা য়াথংপিদুনা দুর্ব্বাসাগী মন্ত্র অদুগী মতেংনা যম, ইন্দ্র, নুংশিৎ কৌবা লাই অহুম্বু নিংশিংদুনা যুধিষ্টীর, ভীব, অর্জ্জুন অহুম অসি পোকখি। মাদ্রিগীদমক কুন্তীনা মন্ত্র জপ তৌবিখি, মাদ্রিনা লৌশিং তৌদুনা অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই ফাইবোক অনি হন্দো নিংশিংদুনা সহদেব, নকুল কৌবা নিংথিজরবা অঙাং অনি অমসু পাণ্ডু নিংথৌনা ফংজখি।

অসুম্না নিংথৌরেল পাণ্ডুনা মজা ইবুংঙো মঙা অসি ফংজদুনা মতম কুইনা অতৈ মাগা লোইনন্নকপা তেঙ্গোলশিংবু হস্তিনাদা থাগ্রগা হিমালযগী ফজরবা নাপোম অসিদা নুংঙাইনা শান্নদুনা লৈথোকখি। নিংথৌরেল পাণ্ডুনা আশা পুন্নমক লৈত্রদুনা ময়াম্বুং ধৃতরাষ্ট্রদা নিংথৌগী খুভম শিন্নথোকখি।

নিংথৌরেল পাগুনা হিমালয়গী নাপোমদা মফম মফম পুন্নমক্না কোইখি। মমৈদা মুনি ঋষিশিংগী লৈফম চিংদোল চামা ফাংবঃ শত শৃঙ্গদা লৈখি। অসুম্না মুনি ঋষিশিংগী মনঃক্না ধর্ম্ম কর্ম্মগী লাইরিক লাইস্নু পাত্নুনা নৈনদুনা লৈবসি চাহ তরামাথোইরোম হৌখি।

লমদা থাদি, বসন্ত ঋতুগী লময়োনা ফজবা মতমনি, হৌরিবা হৈপাল, শাৎলিবা লৈরাংশিংনা লোইনা মতিক মঙাল ফবা তাঙ্গা-নি। হাক্নসু শাদবা হাক্নসু ইংদবা হিমালয়গী ফজবা নাপোম শতশৃঙ্গনিদো উনগী তুংফম ওইদুনসু মফম অসিদি দেব দানবশিংনা য়াতাফম ওইবা লাইগী লৈপাক্না নক্নরবা ভূ-স্বর্গনি, অসিগুম্বা বসন্ত অসিগী মুমিদাংরাইদা মাদ্রি পুরদুনা নিংথৌবেল পাগুনা অসুম কোইথোক্লম্মী: চীংলম্বী অদু লাকপদা লম্বীদা উরিবা দৃশ্য অদুনা নিংথৌরেল অদুগী থম্মোইদা প্রেমমক্না ঙাইবম্মী; নেম-নেম্বা উপালশিং অদুনা চীংদোন্দগী চীংখোং ফাওবা অশংবা মনানা য়োম্না হৌখ্রি। মরক অদুদা চেক্না অপিক অচৌনা চীং-নুং মানুং থকয়েননা নুংশিনা খোংবা অদু উরুরগা নিংথৌরেল পাগুগী থম্মোইদা অপাম নুংশিগী ইথক ইপোম হৌখি। মতাং অদুদা নিংথিজরবী মাদ্রিসু নাক্না থোগল তৌজরি।

মাইথোং চোন্না ফজবী লম্বী লমশাং লাকপদা নিংথিজবী নাত্তোন নাকচি অনিদুদা হুমাংনা কোঙ্গোল থিনবদু থোইনা নিংথি-জরি তঙাংজবী চিনবান, য়াতোন্না নোকফেৎ তৌবদা মাইথোংবু

হেন্না থৌগৎলি ; ফিরেপ ; শাওং পুমবুম্নবী ফজবী শমজি থোংফম, ভুংয়ান চুং-ফিরাল চানা লেমজবী মাদ্রিনী, চরৈ পাবানবদুনা হুকচাং কয়াৎ পুম্নবু মতৌ মাংদনা শেৎলিবদু অউবশিংনা মীহৌনিঙাই ওইবনি ।

ঙসি যৌবন পুম্বনা ময়াই কানা মশাগী লৈতেং ওইরিবী নিংথিজবী মাদ্রিবু উরুবদা নিংথৌ পাণ্ডুনা থাংঙমদবা অপাম নুং-শিগী মৈশা লাংখি । অসুম্না হায়খি,—"মাদ্রি ! নংগী শক্তী ময়াইদা ঙাওরবা পাণ্ডুবু নংগী প্রেমগী ইপাল লাংজবা ফংহল্লু" ।

মাদ্রি নিকচখি ! হুমাং কাংখি, "কাংলম অসি লিক শোইগদৌরি, ঙসিগী থোংফম অসি লাল্লে, অসিগুম্বা মতম অসিদা অভিশাপ্না নম্বো পোরবা নিংথৌরেল অসিবু মীচিক মীখোল তাদ্রবা কুঞ্জবন অসিদা লাকমিন্নরিবা অসিদি নিংথৌগী মৃত্যুদশা ওইররনি" খঞ্জখি । মাদ্রিনা নোল্লুকনা খুমজখি, "নিংথৌরেল ! রাফম লন্থু তাকপিগন্নু, ইবুঙোদি মৃগঋষিগী অভিশাপ লৈরিবনি, রাখল অদুগী মহৈ য়ান্নবা থৌরাংদা ইবুঙোগী পুন্সি তেল্লগনি । হে লৌশিংবা ! ননাই নুপীগী রা অসি লৌবিদবা তৌবিগন্নু" ।

নোংদম্বগী নোংদমদি মীওইবনা ককপা ঙম্বা নত্তে, ঙসি শিংলবা পাণ্ডু অদুগী মৃত্যুদশা অসিদগী পুংফম খেনফম নাম্থোক-থ্রগনি মতানি, মাদ্রিগী মরা অসি করিমতা তাবিদনা নিংথৌরেল পাণ্ডুনা মাগী অনিংবদুগী মহৈ য়ানখি । মৃগ ঋষিগী অভিশাপ্না য়োৎকদবগী পাণ্ডুবু ঙাইদুনা লৈরম্লবোই ; অনিংবদুগী অরোইবদা

পাণ্ডুগী থরাইগা লোইনখিদুনা লৈমাইথক্তা হাইহক্তুনা খোনফম কাইনা— "মাদ্রি। ঐগী মৃত্যুদশা লাকলে, ঐগী লরাই লতোন শাংব্রে মিৎ অনিসি উখিদ্রে", হায়রম্লগা অবোইবা শোর খোনবা ওইখি। মাদ্রিগী থম্মোই কাইরে, মবু ওবু চেংনা কোন্দুনা কপখ্রে। মতম ফনা কুইখ্রবফাও মাদ্রি পাণ্ডুনা লাক্তুবদা মতা কুন্তীনা মচা মঙা পুবন্দুনা অনিগী খোঙ্গুল লিববগদা মাদ্রিগী নাকপ খোল তারবই। কুন্তীনা পাখৎনা চংলক্তুনা হংখি, "মাদ্রে! ঐনা মতম কুইনা নুংশা খিদুনা লৈবাপা থবক অদু থোক্লব্রা? ঐনা নফমদা মেন্দুনতা লৈরকপা নত্রা; হৌজিক করি থোক্লে, নোংমা নং ঐগী ইকমদা, নিংথোনা তমখিবা কিরবা রাকমদু করিগী কাওবগে, হৌজিক করি থোক্লবগে?"

মাদ্রিনা খোঙ্গুল রাংনা তেংথাবগা লোইননা হায়খি, "ইচে ইবেম্মা মদু ঐনা কাওজবা নত্তে, মকুম খুদংগী কাওভদবনি, ঙসগী থোদো অসিসু ঐনা খামজবদু য়াবিবম্লবদি থোকলমলোই-দবনি!

ইচে ইবেম্মনবু ঙাইজবগনি, ঙসি মাদ্রিসু মংাকী মতুং ইঙ্গুবগনি; পিক্লিবা নকুল সহদেব অনিসে নংগী চুপথা হৈনি।

মখাইবু কোনবিহৌবা. ইহলোক পরলোকতা মাগী লোইন থোগদদি ইচেমগী কৃপাদগী ননাওনা তৌজববগে," হায়না মাদ্রিনা কুন্তীদা অরোইবা বিদায় নিজবগা লোইননা নকুল সহদেববু শিন্ন-রম্লগা পাণ্ডুগী লোইনবা ওহনা মাদ্রিনা মথরাই থাখি।

পাণ্ডু মাদ্রিনা লৈখিদবা অসিদা শত-শৃঙ্গগী মুনি কাংলুপ ফাওরকলে ময়াম তান্নহুনা চন্দ্রবংশধর পাণ্ডুবু জাতিগী মংলক্তা থিন্নবা থোরাং তৌখি। দোলাই শাহুনা চোমং চোমজাও থুমহনা ওনি অহু হস্তিনা তান্না পুরকখি! অঙাং মঙাগা কুন্তীনা কপ্পা কপ্পা অসুক কুহরবগী মতুংদা মরৈবাক হস্তিনাদা তুক্কক তুফাই ইচন চন্না য়োরকখি! ভীষ্ম বাহ্লীকনচিংবা অহল লমন্না নোংখোংবগুম কপচখ! অসুম্না অরাবগী মাকপ খোনগী মনুংদা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা কুফাং চন্দুনা পাণ্ডু মাদ্রি অনিগী সংস্কার লোইখি।

অনিগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইশনখিহুনা, কনা লৈজরবী কুন্তীনা অঙাং মঙা অহুগা যমপ্রসদা বিহুবগীদা মমা ওইবগী শাক্ত পুন্নমক পুন্না নৈরে হায়বগী মতাং অহু চপ চানা উৎখি, মীচাবোক নকুল সহদেববু মীনোক ইথাইগী মৈশা লৈতনা মীয়োক মীচান নিংথিনা য়োনচখি।

## (৩)

ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মচা দুর্য্যোধন্নচিংবা, অঙাং চামনি, অঙাং মঙা অসিগা নিংথৌমচা চাম-মঙাসি গুরুদ্রোণগী মফমদা লীশু তেনশুবগী বিদ্যা তম্বা-লোইরে ভসি বিদ্যা পরীক্ষা তৌগদবা নুমিৎনি। হস্তিনাগী কাংজৈবুংদা প্রজা চোন্না তিন্দুনা নিংথৌ

মচাশিং অসিগী কুম্মৈ য়েংগদবগী লৈনৰে, হস্তিনাগী অঙম অথোনা ইকোই কোইনা লৈতেংলবা মমিং উগ্রবা ধৃতরাষ্ট্রনা মনাও নিপা বিদুরনা মমিং ওইদুনা মাগী সিংহাসনদা ফমথখ্রে। মীয়াম তিনবদু সমুদ্র ইহৌরকপগুম নিংথিজবি, হস্তিনা কোনুংগী লৈমরক্তা মঙাবু পোকচবী কুন্তীসু ফীগৌ শেংলদুনা অৰা অনা পুৱৰী ওইবনা মাইথোংদি নোংনা পাবানা বুপ্লবা থাজগী মতৌগুম, ক্ষুদোংদ্রিবা সনাগুম, চিন্বান য়ারি কাংদনা ফমলি। মতম অসিদা যজ্ঞসুত্রনা গৌনা নিংথিজবা, মকোক মকোই পোক্লা ইঙৌ ভৌরবা চিংশাগুম্বা লীক্লুংশুবা কুচুনা অমংবা নোংগুম্বা ভরদ্বাজগী মচা গুরু দ্রোণনা অঙাং চামা মঙাগা মচা মুপা অশ্বথামা পুবদুনা মনিনা চাওনা শাম্নবুং অদুদা চংশিল্লকপদু উবদা হস্তিনাগী নাপন তৌজনবগী মশক ওইখি। মখল য়াম্নবা পুং-শেল তোরঙ্গগী খোঞ্জেলনা অঙাং চামা মঙাগা লোইনরবা গুরুবু অভিনন্দন তৌজবদা অতাবশিগী থম্মোইবু শুক্নংখি। অসুম্না লৈপাক ৱা-ৱা লাওনখি, "য়েংঙু গুরুগী নাক-য়েন্থা লৈবিবা অঙাশিং অসি কুরু শাগৈগী অঙাংশিং'ন, নাক অমদা চাম্না অদুগা নাক অমদনা মঙানি। মঙা অসিনি জগৎ বিজয়ী পাণ্ড নিংথৌগী মচাশিং হায়বদো।"

অসুম্না লৈপাক্লা ঙহাক ৱা-ৱা লাওনরবা মতুংদা, শাম্নবুংদা লৈপাক মীয়ামগী মমাংদা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা থোক্লনা মথোনাগা লোইননা খুৎলাইগী হৈ-শিংবা উৎখি, অদুগী মতুংদা শামু লমশা অমিগুম্বা ভীম দুর্য্যোধনগী গদাগী বাক উত্তুনা অউবশিংদা অঙকপা অকিবা মুংঙাইবা ফংহল্লি। নকুলগী তাগী খোঁশারোল সহদেবগী থাংগী মতিক উবদা কিবনা মীপাইনখি। মতৌ অসুম্না

নিংথৌ মচাশিং অদো মাগী মাগী গুরু দ্রোণনা তম্বীবা বিদ্যাগী মতিক গুৎনখি ; মতুদা যন্ত্র মখল মখলনঃ নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা উৎচরিবা অঙাংশিংগী মপুক্লিং থৌগৎখি। হস্তিনা রাজধানীদা অসিগুম্বা বীরতাপকী ( অকন-অথৌগী ) খুদোল অমা অঙাংশিং অসিনা কচ্চবসি মম্মিৎ উদ্রবা ধৃতরাষ্ট্রদা বিদুরনা তাক্তুনা নিংথৌ অদু খমখৈ লৈতনা পেঙ্গখি।

অনৌবা নোংগী কুচু ঙমজবা পাম্বোম্না খু-উ মখা য়োনা চোনবা গুরুগী খ্বাইদগী অচানবা শিষ্য পার্থনা মথৈথং অদুদা শান্নবুং অদুগী ময়াই, লৈপাক মীয়াম তিনবা অদুদা থোরক্লি। মতু উবদা ভাবকশিং অদুনা ইঙক-ঙকখি। শকফম অদু য়েংবদা লাইমা চিং লেম্মী, মগুণ লৈ। চেংতক তৌবা মখরাংদা ফিগে ফৈজোম শেৎপা, পাক্কক তৌবা মাইথোংদা খোই-খোইবা শমজোইনা খোংথাং খুদিংগী তগুপ তরেংবা, তেন্দোং ফাইবোক অনিনা নম ল ন্দা পোবতু উবদা তুজুংনিংঙাই ওইখি। চুং-গুম্বা থবাক অদুনা ফল্লপ তৌবা, মণিগী লিকথাংনা হাইনা-হুম্না ফজবা স্নাগী কপচনা শাওং কাইদনা লিংলিবা মণি মুক্তাতনা থাল্লবা লুহুপ অদুনা কোকথক অদুদা নুমিৎকী মঙান্দা ইরং লংনা ফজরি। মপাম্বোম চিংশাগুম্বা অদুদা কোনাগুম লীংবা লীরু' থুরুম চেৎনা পাইরি, অচম্বা নত্তবা পাণ্ডুগী মচা পার্থ উবদা লৈপাক মীয়াম্না মাগী মগুণ শোন্নখি। লৈপাক্লা রা-রা লাওনা "ফজৈ, নিংথি" হায়না শোন্নবা তাবদা মহাসতী কুন্তীবু মাইথোং মকা লামজরুরগা নিংথৌরেল পাণ্ডুনা কুমৈ অসি উজরবদি, থল্লুবদা মপুক্লিং নৌজনা পিরাং ইপোম

হৌখি ! মতুংদা অর্জুন্না নোংগী তেন কাপ্পূনা নোং জম-জম তাহল্লি, সুংশিংকী তেন্না নোং পুম্নমক হুমদোক্কূনা চেক হাংহল্লি ; সুংশিং অত্তু বন্না শিংখি, চাংগী তেন কাপ্পূনা সুংশিং অত্তু থিংখি, বজ্রগী তেন্না চাংশিং অত্তু উফুল থোক্না থুগাইবদা অয়েং-বশিংগী মমিত্তা তাকিবা, অঙকপনা থনখি। পাণ্ডবগী য়াইমা অর্জুনবু লৈপাক নীযান্না থাগৎনখি।

মতাং অসিদা মমিৎ উদ্রবা নিংখৌ ধৃতরাষ্ট্রনা মনাও বিদুরদা হংখি, "বিদুর ! লৈপাক্না মতিক মগুণ থাগৎলিবা অঙাং অসি কনানো ? মাগী মতিক মগুণ কয়ামুক লৈববা ?" রাজং অসিগী পাওথুম মহাত্মা বিদুরনা মতিক চপ চানা পিদুনা অর্জুননি হায়না তাকখি। ধৃতরাষ্ট্রনী থম্মোইদা রাফম অসিনা থুকখি, কুন্তীনী মচা অর্জুনসি নীপূম খুদিংমক্না কল্লকখি। মহাক্নী মচৈ মশিং অসিনা মীপুম খুদিংবু ইৎক চেকচনখি। হন্না হন্না থাগৎপদা মখোইগী চোকথবা লৈনখিদে, অসুম্না ওসিগী শাগ্নবুং অসিগী পেন্নবা কুম্মৈ অমা কুমাব অসনা পোকহনখি।

অসুম্না লৈপাক্না রা-রা লাওনবিবৈদা নোংপোক থংবা মাই-কৈরোমদগী ভুং-ভুং লাওনবা খোফম অমা অমুক নৌনা শিন্নরকই, অদুগা অনিগুম্বা খোন্থোক অমসু তরাই, "থাজিনখো মওং মতৌ নিংশিজবা পাখং অদো।" লৈপাক পুম্বনা মাইকৈ অদোমদা য়েংনখিবদা উরে ; মণিনা থান্বা সাগী লুহুপ উপ্পা স্নাগী ব্রজ চংদ্রবা কপচ লিংপা চাওদম শাংদম্বা পাখং ; মমিং অনি অত্তুন

শক্তি লাবগী মিত্তা তাবা, নোংশা শাবান ওমজবা মথিক-মথা ফম্না ফজবা ফৈবাক ফৈরুত্তুনা কুল্লবা শগোল লাবগী ফৈদা মানবা মঙান নাইবা বৈকর্ত্তনবু উখি। মানা লাকপা মাইকৈ অদো ইঙান ঙানখি, মীয়াম অত্তুনা হায়নখি “নিপা অসিদি ক'ানো ? অঙাং অসি অরাইবা অঙাং ওইরোই।”

হায়নরিবৈদা বৈকর্ত্তন কর্ণনা নোং-খোংবগুম লাওরকই, “ঙাইখো পাণ্ডবকী য়াইমা! নংগী মিত্রং খরা অত্তুদা মীশিংনা ঙক্লরে, অত্তুবু ঐখোঁনি ঙক্লা থোক্তে নহাক্লা ঐগী লীংরুগী বিদ্যা অসি য়েংজখো। খুত্তুম চেৎনা নংগী লীরুং অত্তু পাইখৎলু।” -রাকম অসিদা অর্জ্জুন অত্তু মথা চিক্লা মমাই লৈশিনখি। অঙাং অনি অদো লাম্বাগী শেম-শানখি, তাঙ্গা অত্তুদা গুরু কৃপাচার্য্যনা অনিগী মরক অত্তুদা মরক খাইনা লেপখি।

অত্তুবু অরাবদি মরক অসিদা মহাসতী কুন্তীদি খংহৌদনা রান্তখি, ঙসি ওইরিবা অবস্থা অসিদগী কুন্তীগীদিশা হৌগদৌরি, ঙাসগী অঙাং অসিদ অতৈ নক্তে, মমা'ঙৈদা কোবীগী পাত্রদা হাপ্লগা থাদখিবা অঙাং অত্তুনি। অত্তুমা অঙাং অত্তু মাংহনখিবত্তুদা মাদি অত্তুম কাওথ্রদবেত্ত নিংবনি, মাদি কাওরম্‌দিত্রবোই। মচা অত্তুগী খোঙুল লোম্না লিত্তুনা অঙাং অসি মচানি হায়বা সতী অত্তুদি খংলিবোই। মচা অনি অত্তুনা মশক খংনদবনা মমিৎ ঙাংনরকপা অত্তু উবদা কুন্তীগী থম্মোই পুবা ওম্লক্তরে। করম তৌনি হৌজিক! অসিগুম্বা মাংনরগী মশক ওইরবা মৈরী অমা থোরকদৌরিবা অসি

লেমথহনগে হায়রবদি, কুন্তীনা খুদক অন্তুমক্তদা চংশিন্দুনা, "নখোই অনিয়ক ইচানি খংনবা য়াদে" হায়না খামজিনবা নত্তনা উপায় করিমত্তা লৈতে।

অসোমদা অঙাং অনি অন্তুদি চপচানা শাওনরকলে, মথুত্তা লীরুং চেংনা পাইনরে, মতাং অন্তুদা গুরু কৃপাচার্য্যনা য়াম্না চীং লেম্না ব্রা অসি কর্ণদা হংখি ঃ— "হায়য়ু পাখং। নংনা ক্ষত্রীয়শিংগা নাইতোম তাবা লাম্বা তৌবা তায়বদি শাগে জাৎ অমদি নংগী পারী পুরী শেংনা হায়য়ু অপোকপা কনানো ? মবমদি শাগৈ জাৎ অতোন-ৰগা ক্ষত্রিয়গা লাম্বা য়াদে। আচার্য্যগী ৱাহং অসিদা লংলব মাই-থোংনা মঙান নাইরম্বা বৈকর্ত্তনদো মুশুক মুনা কাহংখি। ঙসি শান্নবুং অসিদা অন্না সুংঙাইতবনা সুং-শুক সুংজাননা লেপখি। নিপা মচাগী অকনবা চাংয়েংগী চোংথোকচরকপদা ঙসি হন্থবা মিৎয়েং অমনা য়েংথরকপদা মখুৎ-মশা থেক্লা অকনবা কর্ণনা খাংবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। মতাং অন্তুদা মমাই নোংথকলোমদা য়েংজখিববু সুমিৎ কৌবা লাই অদুম্নু নোংচুপ চীংয়া নপ্পা মচাগী মতৌ য়েংঙমদনা লৈথরম্মী।

মহাসতী কুন্তীসু মচাগী মতৌ উরুরগা থম্মোই পুঙমদনা মপীনা থল্লবা মমিৎ অনি অদো চে জেংনা উইশিন্দুনা হীক-হীক লাওরবা খোম্থোক্লা সুংচিরুনা খাংখি। মতাং অসিদা মহাসতী কুন্তীনা করিগীদমক চোংথোক্তিবা। "নংদি ইমানা পোকপনি, নপাবুংনা নোংদোল্দা ঙাম্থোইব্রিবা কোরৌহনবা অসিনি, নংদি ক্ষত্রীয় অসিগা

লাম্বা তৌবদা মতিক চাহনি। অদুবু নমাংদগী অসিদি পোকমিন্নবা নদাওনি"। হায়না হায়রিবসি করিগীনো? মসি সমাজবু ।কবননি।

ওসিস্থু মতম, মফম চাদনা পোকখিবা মপারী কর্ণসিবু নাও-কোনবা ওমখিদবনা মমাগী নমাংদা মচা অনিনা য়াম্থৎনবসিবু ভুমিন্না য়েংবদা তারব্রা? ওকই! মীওইবা সমাজ অসিবু অমুকী মতিক মীনোক চাওগ্রবা!

মতৌ অমুম্মা তৌফম থংদনা কর্ণনা শান্নবুং অসিদা মপি চদুম চদুম তানা লেপলিঙৈদা দুর্যোধন্না দুঃশাসনবু থাজিল্লক্তুনা য়াম্না উকাই খুম্মনা কর্ণনবু কৌশিল্লগা মরুপ শান্নখি। অঙ্গদেশকী মপুনি হায়না লাওথোকপগা লোইননা মথুৎমক্তা কর্ণগী কোকথক্তা ঈশিং হৈদুনা রাজ অভিষেক তৌখি। রাজ কবিশিংনা মাগী মগুণ শক-হনখি, বন্দকারিণী লিশিং লিশিংনা মঙ্গলগী শৈশক শৈরাওহনবগা লোইননা লোইন খমইন কয়াগা সনাগী সিংহাসন্দা কর্ণবু ফমহনখি। থোদৌ অসিদা পেল্লবা কর্ণনা দুর্যোধনগীদমক থব্রাই কৎলে, অদুগা মাংদগী পাণ্ডব পার্থসিবু হাৎকনি হায়না ব্রাশকখি।

"লাম্বা য়াদে হায়ববস্থু নিংথৌ ওইরবদি য়ারগনি" হায়না দুর্য্যাধন্না লাওরক্লবদা পুন্সিরবা কুরুগী অকনবা ভীষ্মনা মুমিৎ তারবদি লাম্বা তৌনবা য়াদ্রে, থোইদোক হেন্দোক্না মসিদি লানবুংস্থু নত্তে হায়না থিংখি।

অদুগী মতুংদা পাণ্ডব মশাবু মাগী মনাক্তা পুশিনখি, চামনা কর্ণগা লোইননা মাকৈ অমদা লেপখি, ওসিদগী চামা মশাগা নাক-পাক তানবগী মমি নৈবা হৌখি। অদুম তৌবিৰৈদা সুভদ্র নিংথৌ অ ধ্বথনা মচা কর্ণগী মনাক্তা চেনশিনখি। মতু উবদা পাণ্ডবগী ভীমনা "হুই নংনা ক্ষেত্রীয়গী চাক্লুওা ফ গে তৌজরম্বশাই" হায়না খুবাক খুদুনা নোক্লখি।

মতৌ অমুম তৌনা নুমিৎ অসিগী খুৎলাই পরীক্ষা চাংয়েদা অর্জ্জুন, কর্ণ অনিমকনা অমনা অমবু শাংকনি হায়না রাশক্লখি। মতু তাবদা মমা ওইজবী কুন্তী মতুদি থাংহৈবগী পাঙ্গল পুম্লনক ঙেকখি; ওসি মচা অনিনা অমনা অমগী মাংমনবা তৌনবগনি হায়বতু উববদা নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরবী কুন্তীদা ঈশিং চাদুনা লাক্লখি। অদুম্না দেবী অদুগী থমোয়দা মচা অনিমক্তা মথুক্তা মৈবুল অমমম পাইদুনা চুবা হৌখ্রে।

---

## (৪)

কর্ণদি হৌজিক চামগী মীচংনি, অদুনা পাণ্ডবকা কর্ণগা য়েংথিনবা হেনগৎখি। হাইবিবা কর্ণ অসিদি পাণ্ডব হাৎনবা খুলাই মশাস্থ মাগী তেন্দোংদা পূজা তৌদুনা থমলিবা নিপানি। চান মশা চৌবর শান্নবা হাক্তক্তা মশানা মাইথিবদুনা চহি

তরানিথোই বন্দা চংপা চহি অমা লোংপা হায়বহুগী মতুং ইয়া চাও তরানিথোই বন্দা চংলগা বিরাট লৈপাক্তা চহি অমা লোংলুবদগী হৌজিক্তি ফোংলে। হৌজিক লৈপাক মণ্ডা পিয়ো হায়না বিরাট নিংথৌগী পুরোহিত থাক্লবদা পিরক্লবলা চামা-মণ্ডা লান শোক্লবা তাথ্রে। রাকম অসিবু চুমদে হায়না য়েংলুবা বিহুরবু দুর্য্যোধননা খোংপাক্লা কাওহুনা লৈপাক্কগী তাম্থোকখি।

মাংনবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অসি থোক্লনবা খামজিনবা য়ানরক্লে মসিবু শাস্তাইগে হায়দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা দুর্য্যোধনগী সভা তন্না লাকখি। সভাদা হয়েং চংগে খল্লদুনা যমপ্রসদা মনেম.ত্তান কুন্তীগী মনাক্তা সুমিদাংরাইরম অদুদা লাকখিরম্মী। লাইগুম্লবা মচা মণ্ডা পোক্লবী কুন্তীনা কনা লৈজদবী ওইরদুনা চাহি তরাহুমদাই অসি রানা লেনখি। মতম পুম্বদা মচাশিংবু কাপ্তখদে, মমাংমক্তা সুংশিরবা মচা অহল কর্ণনা খংদবদগী মনাও মণ্ডাগী মাংনবতা শিনবদা মতেং পাংবা অদু উরগা মমিংতগী মপী কংখিদে।

সুমিদাংরাইরম অদুগী সন্ধ্যাগী পূজা লোইরগা খাংপোক অদুদা ফুন্নাগী মদি লীরি লীরি থারদুনা অরা সুংগাইগী রাখনগী ঈপাক অমদা সতী কুন্তীনা তাওদুনা লৈখিরম্মী। মপাবুং কুন্তভোজগীদা সুংভাইজরকপা, নিংথৌকোন অদুগী লৈমরক অদুদা কেনা মৌনা হৌরকপা, অদুদগী কোরৌগী চফু অদুদা কর্ণবু হাপ্লগা অশ্বনদীদা লংথখিবা, পাণ্ডুগী রাণী ওইনা লাকপদা শাগৈ মৌরক্ত

শুম্মান কংজবা, মতুদা মপুরোইবগী লোইনবী ওইবা ফংবদা পেঞ্জবা, পাণ্ডুনা থুপখিবদা অন্নাবগী লৈচিন্না মাগী থম্মোই অতিন্না শিন্না মমখিবা ; অতুদগী মচা-মণ্ডাগা চা-শং মৈ চাকচৈদগী চহি তরানিথোই বন্দা চংখিবা, অরাবশিংত্থ লোইখিদুনা বাজসুয় যজ্ঞদা যুধিষ্ঠিরবু জগৎকী নিংথৌরেললনি য়াখিবদা কুন্তীনা পেনখিবা।

চৌবরদা মরল মথুম মবৈপাক মাংলবা মচা মণ্ডানা লাইরবগী ফিজোল হোংলদুনা মমৌ দ্রৌপদীগা চহি তবা হুমদোইবু বন্দা চংলগনি হায়না থোরকপদা হস্তিনাগী প্রজানা কপখিবা নিংথৌগী সড়ক লৈয়াংদা খাংতমদনা রাম্থখিবা পুম্নমক মথং-মথং নিংশিংজরম্মী।

অম্মুম্না মথন্তা অচিকপতুদা রাখনগী মও মওদুনা লৈরিচৈদা থোংজিল ময়াদা মেংলবা খোম্ফম্না "ইনেমতোন; ইনেমতোনবু লৈত্রাও" হায়না কৌরকই। চহি তরা হুমদোইবু মশক উখিদনা মপাও তাখিদ্রবা মাধবনা ওসি খংহোদনা খোংদবিরবা অসিদা মহাসতী কুন্তীগী মুংঙাইজবা পন্দোম লোমখি। তয়াং তশোই হোগত্তুনা মুংশিরবা মপাওখোম্না, "কাহ্নাই! ইনেম লৈ, চংবিরকসি লাও" হায়না থোংর্জি কাংজরুই, শ্রীকৃষ্ণ লেংশিল্লকলে, ফুঙ্গনাক রাংম-রাংম মচিন মনেম ফমলে। মতম কুইনা উনরুদ্রবা অনি অতুনা ওসি উনবা ফংবদা পিগী ইরা হৌখি, অওইবমক মহাসতী কুন্তীনা খোঞ্জেল থোক্না হীক-হীক লাওনা কপচখি। মতু উরুরগা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা থম্মোই শোকখি।

শ্রীজগন্নাথনা কুন্তীবু থেম্মিনবা ৱাইনা অস্মুন্না মেপ্পখি, "ইনেমতোন খুৱিগী ৱাবগে, হোজিক অৱাবগী শৰুক লোইখ্রে। দাদ মাহাল্লাজননচিংবা পাণ্ডব মচামক য়েংখাইবা লৈতনা বিরাটতা ফোংলে, ওসি ঐনা লাক্লিবসি অচৌবা থৌ অমগী শৰুক য়াহুনা লাকচবিরবনি। ৱাফম অসিদি কোৱবু তমজগে. শাংলবা চহি তৰাহুমদোই অসি মতৌ করম্না ইনেমতোন্না লেনবগে হায়বহু তম্বীয়ু? অহুঙবা পাণ্ড অতুবু নচা মচানসু খোৱাংনা ওাইজহৌরি।

মতাং অসিন্নাই য়ৌরকপদা ৱাজৱবী কুন্তীদো নহান মখৈ অৱা পোপথোকচফম লৈতনা লৈজক্কৱৱীনি ওসিদি, মচু কংলে, মীনা লাকচবিরবা অঙাংনা মমাগী মতমপাক য়োবদা মপুক্লিং সুংশিনা কপচবগুম কুন্তীদো সুংহিক সুংদাম লকলে। অস্মুন্না কপ্পা কপ্পা অৱাবগী ৱারী লীবা হৌরকলে; "হে ভগবন করম্না ইনেমগী অৱাবসে লীৱসিগে, ইচা মচানা বন চংগ্ৰবগী মতুংদা মতম খৱদি বিত্তুৱনা ঐবু য়োকপিরম্মী; বিত্তুৱসু দুর্য্যোধন্না তাম্মোকগ্ৰবহুদদি করি তৌনিংঙাই লৈতবনা ইনেম ভীক্ষ: চংলবনি। পুকচেল কত্রবা দুর্য্যোধন্না, কুন্তী শিৱবতদা মচা হল্লক্লোইদবনি হায়হুনা প্ৰজাশিংদা, কুন্তীদা ভীক্ষা হাপ্পবদি বংশ মুংনা হাংকনি হায়হুনা লাওথোকপনা ইনেম ভীক্ষা চংত্রে।" ৱাকম খৱনি হায়রগা অমুক হন্না কপখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই কাইখ্রে, হংলকালি। অহুগী মতুংদা করম তৌৱকগে হায়হুনা "কহাই, করম্না লীৱসিগে, মীওইবদি পঞ্চভূতনা

শাবা দেহনি চাপ্রবদি হিদে, ইচা মঙা লাকফাওদদি ভিংখিগে হায়রুনা ইনেম্না অহিং অখেংবদা কৈথেন্দগী চেং হন্নাই অতা-অতু খুল্লগা চত্নুনা লেনলি। অদুবু পুকচেল ফত্রবা-দুর্যো ধন্না তারনুনা কুন্তী শিন্নরোই হায়দুনা চগ্তাল লিশিং তরেৎনা কৈথেল খম্বদগী নোংঙানবা ফাওব্না ঙাকহনখিবনা ইনেম্ন অতা-অতু চেং অত্নুফাওবা খুত্নুবা ফংদবনা চন্না হেন্দুনা মুমিৎ তরেৎনি খাংখিদে। !” “অদুদগীদি ইনেমতোন করম তৌরে হায়যু”— হায়নুনা শোক্লবা খোনফমগা লোইননা পিরাং শিম্নরবা শ্রীকৃষ্ণনা হংজখি ! “অদুদগীদি কাহ্ন ই ইনেম্না করি হায়গনি, ইনেমগী গতি লৈ'খদ্রে। চাদবনা মুমিৎ তরেৎনি শুরক্লবদা শিজম্নসমু মরেপলে, অদুবু ইচা মঙা হল্লকফাও-দদি ভিংনিংগ্রন্না”, হায়বম্লগা চংশিনখিনুনা ওন্থোকপা তাইবং মীনা চানদ্রবা হুইদ্রু মরুগী ভল খর পুথোরক্নুনা “মসি চানুনা ননেমনা ঙসি ফাওবদা হিজরগী” হায়না নোং খোংবগুম শ্রীকৃষ্ণগী মাং অত্নুদা কপচখি।

শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয় অদো মগুং চান্না থোক্না কাইথ্রে, রাথ্রে, অদুবু অম্নুম্না মনেমবু থেমজিঙ্খি। “হাক্না রারগনু ইনেমতোন ! তাইবং লমশাদি অবুৎ অতোং নাইবনি। নিয়তিগী পুজিননি, মীওইবদি মাগী পোনি, পোকমগী পোরমদা তোদনবা চৎপনি ; দুখুপ নাইবা তোরৈদো কাওশিং কাংরংনা তাওবগুম মীওইবম্নু অত্নুনি, হৌজিক্তি রান্নম্বা পুম্বা কোল্লগনি।”

“অম্নুম্না কুন্তী দেবীবু থেমজিনখি, অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু

য়েংলগা কুন্তী দেবীনা নৌহৌনা হংজখি, "ইবুঙোনা লেংলকপগী মরম অছু মথংশিংনা হায়রিবু।"

"ইনেমতোন রাশিং অসি য়ামগ্রে, ওথোক্না লুররা রাফমনি, হায়নখিবা মতুং ইন্না চহি তরানিথোই বন্দা চৎপা চহি অমা লোৎপা পুন্নমক পাংথোকলে, পাণ্ডবকী লৈপাক্তু য়েতুম মচিন্দা পকপা লৈপাক ফাওবা পিররোই হায়না পাপী দুর্য্যোধনা পিদবনা ওসি চামা মঙা লালগী থৌরাং লোইরে, অদুবু এৈনা অমুক্কং শানতাইবা য়াগদ্রা হায়দুনা লাকপা খোংফমনি।"

কুন্তীনা অমুক হংখি, "অদুদি প্রভু শানতাইবা য়াগনি হায়নদি নিংবিব্রা? য়াদ্রগনা করম তৌবিগনি, রাফম অসিদি পাখৎচরে এৈদি"।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না, মুংদা থুপ্তুনা থন্নকপা রাফম-শিংগী লংজিন কালগে নিংখি। হন্দকী লাল্লাও অসিদগী মঙাবু কন্নবা উপায় থিবা অসিন্নাইদগী হৌদবা য়াদবনি, অদুগা মতম কুইনা মমা মশক খংজনিংলক্লবা কর্ণবু মমা মশক খংহনবসু ধর্ম্ম অমনি; অমা— কাংলগা পো-ফম অনি ওইজবা হাথবদুসু থোকই হায়না খল্লদুনা অম্মুন্না পাও.খাং ওইনা কুন্তীদা শ্রীকৃষ্ণনা হংজখি।

"ইনেমতোন! লান অসিনা তৌবা তারবদি লান অসি কনানা জয় ওইহল্লিংভি, ওসি মীনমদনা ধর্ম্ম য়েংদুনা হায়রিবু।"

কুন্তীনা খুমজৈ, "ইবুঙো ইচা মঙাসি রাজবক্রে, হন্দকী লাম

অসিবু মখোইনা জয় মফংজরবদি মখোইদি মপুন্সি চুপ্পা সুংঙাইরা ফংজরবা হায়বত্থু তারে।

মরুম অসিনা মখোয়না ধর্ম্ম হাক্না কাইজরবদি জয়দি ফংজরবনা যদোইনে প্রভু"।

অদুবু ইনেমত্তোন ঐস্সু ফগনি মখল্লি, পাণ্ডব হাক্না ধর্ম্ম কায়জবা নত্তে; কায়রে হায়ত্থুনস্সু জয়গী আশাদি ঐদি উদ্রে ইনেমত্তোন!" হায়রগা মাইথোং অত্থু লাংশিনখি।

শ্রীভগবানগী রাফম অসিদি থোইনা থুকনিংঙাই ওইবা রানি অতৈনা হায়বা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণনা হাযবনি। মাদি কদোইদেদস্সু মীনমদবনি: পাণ্ডবকী ফনবতা খনবিরিবা ধাত্রানি, থুরুংলবী কুন্তীন হায়জখি, "অত্থুদি প্রভু! ননাই মঙাদি মপোক অসিগী সুংঙাইব ফংদনা মাংজবদা তাবেদনা মতম পুম্বদা নংতবু নিংজবা, নংগী সেবকশিং অসিবু কনবিগে হায়না নিংবিদ্রব্রনে প্রভু?" তস্সুম্না হায়রগা রাজরবী কুন্তী অত্থুনা মপি চত্থুম চত্থুম তাত্থুনা অমুক হন্না কপচব হৌরকলে।

কুন্তীগী অরাবা অত্থু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, ইনেমত্তোন মসিগীদমক ঐস্সু চিন্তা লান্না ফংদনা লৈরিবনি; অত্থুবু ঙসিদি মসিগী উপায় অমদি লৈরত্থুনা ইনেমতোনগা তান্নবদি থোক্লোইদব ওইবনা নফমদা চংলকলিবনি হন্দকী লানফম অসিদা পাণ্ডবপু হিংহল্লিংলবদি মীশক অমখক্তগী মখোইস্না মথন্নাই ভীষ্মা নিরুব নত্থুনা উপায় উদে। অত্থুদা যাম্না অরুবা রাফমদ্রি ইনেমত্তোন, ভীষ্ম

নিরুগদবা মীশক অত্থ ওম্বোকপা মীওইনি, মহাক অত্থগী মফমদা মীওই অমনা হেক চৎলুরগা ভীক্ষা অসে ইলাই লাইনা দান তৌরক্কদবদি নত্তে।

"অত্থদি করম তৌগনি প্রভু কনানা ভীক্ষা অত্থ নিক্কুরবদি হাপ্পীরক্কনি।" মতম অত্থদা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা কুন্তীবু চিংনা য়েংলগা "ইনেমতোমক্ মহাক অত্থগী মফমদা ভীক্ষা নিক্কুগদবা মীশক্তি লাপ্তে নক্কা লৈ; মহাক অত্থনবু য়াবিরকল্লা য়াবিরক্লোইদ্রা হায়বত্থদি থ্রৈনা খংজবা ওমজন্দ্রে।"

"ভগবন! ইচা মঙাসীদবক্কনি প্রভু! মহাক অত্থগী মফমদা ইনেম্না মখোং পাইত্থনা হায়জরুগনি। মহাক অত্থ কনানো হায়বা ইন্নেমদা তাকপিয়ু।"

"মহাক অত্থদি নক্কা লৈ, মহাক্না চৎপিগে য়াত্থনা চৎপিক্কুরবদি ভীক্ষাদি হাপ্পক্কনি; অত্থগা ভীক্ষা হাপ্পকদৌরিবা মীশক অত্থগ লাপ্তনা লৈ। মহাক অত্থক্সু ওসিগী সংসার অসিদা মঙান নাইনা লৈরিবা অথোবনি; মহাক্তি ধর্ম্ম লৈবনি, দানবীরনি। ওসি মহাকস্তু পাক চাওরবা সংসার অসিদা নিংঙম্মদনা কনাগুম্বী অমবু কন্না থিজরি, মহাক্না অস্সুক্কী মতিক কন্না থিরি, অত্থবু হৌজিক কাওবা থিবা ফংজদ্রি, অত্থগুম্বা নিপা অত্থগী মফমদমি নচা মঙাগী মৃত্যু শর মঙা লৈরিবা!"

কুন্তীনা রাকম অদি থম্মোইদা পানথি অত্থগা নিকতক তৌবা খোম্ফম্না হায়জথি :—

"ভগবন তাকপিয়োগবা মীশক অদো।"

শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোক্লা হায়রকই "ইনেমতোন অতৈ কনা নঙ্গেনে মীশক অদো, অঙ্গদেশা ধীপতি বৈকর্ত্তন দানবীর দাতা কর্ণনি !"

কুন্তী হুমাং কা খি, নিকখি মমিত্তগী মপি তরং-তরং শিন্থখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অমুকস্থু হায়বরুই, "অহুগুম্বা অথোইবা নিপা অসি হৌজিক ফাওবা মমাদবু মশক খংজগে হায়না খিজরি, হে মঙা পোকপি! হায়রিবা বৈকর্ত্তন অসিনা মমা অহুবু মশক খংজগে হায়বগীদমক দান কয়া তৌজরি, করি অমুক হায়গনি, মাগী দান অসিদা মহাকপু দানবীব দাতা কর্ণ হায়না কাওরিননি। অসিয়ৌনা মমাদবু ফংজগে হায়তুনা হোৎনজববা ফাওবদা কংদ্রি! হৌজিকস্থু নোংঙানবুং যৈগদবা পুং অমা রাৎলিডৈদগী গঙ্গা স্নান তৌজতুনা, গঙ্গা মাতাদা ইমা মশক তাকপিয়ু হায়না স্তুতি তৌজবি। ইনেমতোন নংনা মাগী মমাগী মশকসি খংবিরবদি, মঙোন্দা তাক্লপিকদনা।"

কুন্তীনা মশা পুন্নমক্তি থক-থক নিক্লতুনা হায়জরকই, "প্রভু! ইনেমদি কনায়দগী খংগদগে"! অহুম ওইনমক মাগী খায়া ভগদ্রবা মমিত্তগী মপি অহুদি অহুমক তরং তরং শিন্থরকই! মরক মাক্তা সুংশা মপী শাংনা শাংনা হোক্লকলি।

শ্রীকৃষ্ণনা অমুকস্থু হায়রকই! "রাক্ষসি অরাইবা নত্তে ইনেমতোন, লুশ্নবা রাক্ষমনি! প্রেমনি, পূণ্যনি, মসিনা মঙ্গল পুবরুদোরিবনি,

নংনা তোবা ওম্বা অমদি পিবা ওমকম থোকপা দান ওইরবদি, নিপা অসিগী মফমদা দান তৌরগা নংস্ত মঙোন্দগী ভীক্ষা দান লৌনবা লাক্লরবদি নাকন অনিমক্কী কৈ, মশুনা নহাক্না সুং-শুম কল্লবা থম্মোই ওইদুনা থংনা থংনা ওসি কাওবা মরোংলবদি. মতম কুইনা রাজরক্লবা পাণ্ডবনা হন্দক্কী মপোক অসিদা ননাক্তা লাক্তুনা 'ইমা' হায়না কৌরগনি হায়বদি থাজরক্লরগনুকো সতী ! পিক্লা মপা কাই-নখবনা মখোইনা অসি য়ৌপ্রিবা নত্রা ? ওসি মামত্তোন পাণ্ডুনা লৈ-রম্লবদবু মীনা অস্নুক লাবচরুগদ্রা ? কনা লৈজদবা ওইদুনা অন্তুগুম্বা কুরুগী সভা ময়াইদা মীনা লাকচবিগদ্রা ? খল্লু ! ওসি কুরুগী লন-থুম কনাগী মপাম্লনো ? বীব অন্তুনা পিরম্বনি, মনাও অন্তু লৈরম্লবদি মমিৎ উদ্রবা ধৃতরাষ্ট্রনা মচাতগী য়েংন্তুনা অস্নুক শাখিনা পাণ্ডবপু চা-থুং কি থুংদবা ওইদুনা নায়ক উরক্তা তান্থোকপিগদ্রা ? ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা বার লানাখন্তুনা অসিগুম্বা অরাবগী কোকথোং অমা মঙোন্দা থোন-বরিবনো ? তন্তুবু হৌজিকস্তু মমা ওইবী নং লৈরি, মমাগী আশির্ব্বাদ লৈরি, মমাগী প্রেম লৈরিবদা মচাশিংনা লেম্না মাংফম লৈত্রা ? হে মমা ওইবী সতী ! নংগী থম্মোইদা করিগুম্বা অরোংপা রাফম অমা থমদনা নচাশিংগী হন্দক্কী জয় পরা জয়গী খোংফমদা মাইখিবা ফ গাদোরিবা নচাশিংবু কন্নবা কাংথোকউ। নত্রবদি নচাশিং অসিবু হাৎপগী পাপ নংনা ফংজগনি।"

কুন্তীগী থম্মোই কাইথ্রে ; সুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে, করম তৌনি হৌজিক। করম্না রাসি কা-থোকনি। ওসি মশাগী ওইজবা

থিরম্লাইদা করম্বা শক উংকনি ! অহুগুম্বা কাংজৈবুং অহুদা অঙাং অহুনা মাইথোং কাইংখিবা মতম অহুদদি করিগী নশক উভ্তে ! কমায়দা নত্রা, মথাই নোংদোন য়েংতুনা অঙাং অহুনা মপি মতুম মতুম ভাখিবা ? মতম অহুদদি নশাগী ওইজবা থিদ্না তুমিন্না লৈহৌরগা হৌজিক্তনা নচা মঙাগীদমক নশক উংলগদবা !

× × × × ×

ঙস্মোই ! শিগ্রসঙ্গু পুম্নমক উং ওনগ্রসঙ্গু, কালগী থম্বাম্বা পুম্নমক চংগ্রসঙ্গু মত্তুনা পেল্লে !

কৃষ্ণনা অন্নকসু হায়রকই "ইনেমতোন, য়েংঙু ! ঙসি মীথোই শীহেন তানখংনরকলিবা তাইবংসিদা নচা মঙানা মকোক কাংখৎপা ওমদনা মাংখিগদৌরি । মখোইনা নোক-খেনা তাইবং অসিদা নাপল উৎলি । উংখিগদৌরি, মসি মমা ওইবী নংনা য়েংনিংলিবা নত্রদো ? অদুগী শরুকপুদি, "ইমা ! ইমা ।" হায়না থিজরিবা অসিগীসু অপেনবা পিত্তুনা মমাগী মশক তাকপিরগা নচা মঙাগী মথৰাই কনবনা হেন্না মমা ওইবীগী তৌফম থোকপা নত্রা ?

"মহান মখে তাকহৌদে, তাকফম থোকপা মতম কম্বা লৌগ্রে, হৌজিক তাক্লবদি ওইজবা থিবা থোকনি নিংবদুদি লাপ্লে, মামা পামলি "ইমা" । ইমাদবু ফংলবদি মাগী মথৰাই থাগ্রবসু পেল্লে অসিনি ।"

রাফম কয়ামরুম অসিনা কুন্তীগী থম্মোইবু শ্রীকৃষ্ণনা অসুম অসুম জয় তৌশিল্লকলে, মহাক্কী মফমদদি মীনম্বা ওমগ্রকুমা কুন্তীনা মমিত্তদি মপি মতুম মতুম তানা হায়রকই, "যদুবীর নংগী মাহুবু

কনানা থ'গনি! নংদি তাইবংগী পাও পুম্বা খংবা নক্রা? নংনা কনাবু চাং য়েংলি? কনাবু য়াহনবা, কনাবু মুংঙাইনবা অদুগা করিগী মীওইবা কৌবা সমাজ অমা শেম্বীদুনা ইকাই ইকি কৌবা শেম্বীবা? মদুতবু কীজদুনা লোৎচরিবী কনাগুম্বীবু চিংথোক্তুনা মীমাংদা খুঙ্গোইহ্‌বিনবা করিগী লাক্লবিবা? হে দেব! লাইবক খীবী ননেম্মু করিগী চাং য়েংবিরি? ননেম্মু কবি ওইরসিগে, নংদি ভগবাননি, নংবুদি ঐনা ঙসি কিররোই, হঙ্গোইররোই অদুগা মীওইবা সমাজবুদি হঙ্গোইখিগনি, কিখিগনি। নংনা পাও অসি কনাগুম্বা অমদা তাকপিবোই হায়না য়াশকপিযু অদু ওইববা ননেম্মা মতম কুইনা থম্মোইনু দা লোৎতুনা থমজররুবা য়াফম অসি নফমদা হঙ্গচবগে?

ভগবান্না মোমোন নোক্তুনা হায়খি:—"ইনেমতোন! মুংশিরবা মঙাগীদমক ঐনা নংগী য়াফম অদু কনাগুম্বা অমদা হায়দোক্লোই, হায়দোক্লবদি ঐগী আদিপুরুষ অপুম্বা নরক্তা তাবা ওইসম্মু।"

কুন্তীনা মমিত্তুগী মপি শিন্থরকলে, হিক-হিক লাওবা খোম্ফম্না য়ারী অদু লীবা হৌরকলে: কর্ণনা পোকখিবগী য়ারী, দুর্বাসাগী সেবা তৌজবা, তাকর্ষণ মন্ত্র পিবিরম্বা, মুমিৎ কৌবা লাইবু মন্ত্রনা কৌরুবা, কর্ণবু ফংজবা অদুদগী সমাজগী মীনোক কিবদগী কোরী চকুদা লংথখিবা, লোম্না খোঙ্গুল লিবা চৎখিবা অধিরথনা য়োকখিবা পুম্নমক মথং-শিৎনা লিথরকলে। লিনা-লিনা পিগী ইরা চেম্থরকলি। য়া-ঙাংবা থোক্তরি, য়ারী অদু তারিবা শ্রীকৃষ্ণসু

শিগী ইয়া হৌজরি। ওসি যমপ্রসগী খাংপোক অসিদা মণ্ডাগী য়াঙফনবা খল্লিবা অনি অসিনা য়ারী অসিদা অরা লুংঙাই কয়া ফোংদোক্লক্লি।

কুন্তীগী থম্মোইগী অথুপ্পা য়াফম অসি কনাদা কাংথোকপা ঙমজদে, শেংলবা ভগবানগী মফমদাদ কাংথ্রে, অদুবু মীওইবা সমাজ অসিদদি কাংদ্রে, কবপা মতমদা কাংগদৌরি কৈদোঙুনা কাংদবা হায়বদুদি ওস্থোকপা রহস্য ওইনা থোকখ্রে।

---

## (৫)

ওস্তোকপা লানঙমদ্রবা ঈপাক অমদা কুন্তী সি লুপখ্রে, করম্না "হোয চৎলুরগে" হায়না হায়গনি, চত্তবা পোকপল মচা মণ্ডাগীনা মাংগদৌরিবা! অনিসিগী শরম অযাংগী খল অমা থাবদা কনানা লুম্বা কনানা য়াংবা হায়বদু লেপচবা ঙমখিদ্রে!

শ্রীকৃষ্ণনা মতাং অসিদা মোগোন নোল্লদুনা হায়রকই, "ইনেমতোন, নহাক্কা য়াফম অসিদি ত্রৈগী থোইনা অপেনবনি; মহারথী কর্ণবু ইনেমতোন্না পোকপা ওইরবাদ হন্দকী লাঞ্জাও অসিদি করিস্সু লৈদ্রে। নচা মণ্ডানা শোইদনা লাম জয় ওইরগনি; বীরপুরুষ অদুনা ইনেমতোনগী য়াথংবু হিক্কোকপা

ড়েম্মোই, মাগী মফমদা হায়বিয়ু 'হন্দক্কী ল্যান অসিদা মঙাগী মীচং ওইয়ু।'' মতুদা য়াদ্রগনা ইনেমতোন, কর্ণগী য়েংথংবা মথুদোম্বী অদুগা পাণ্ডবকী মৃত্যুশের মঙা অদু শোইদনা ভীক্কা নিথোরক্কদবনি। নত্রবদি নচা মঙাগী মথাক্ত কনবা ঙমগনি হায়বা থাজদে' অসি হাযরগা ভগবানগী মাইথোং অদু মকশিনথি।

মহাসতী কুন্তীগী রাজবগী ঙমখৈ লৈরক্তে, করি হায়গনি, থৌদবা হুইবু ইনশিনবগুম রাবনা চৎপদা মঙম শাস্ত্রবমীদা "চৎলু" হায়না ইনবগুম, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তকশিল্লকলিবা অসিদা করম তৌগনি হৌজিক! নিক্রবা খোনফম্মা অম্মুম্মা মথা তাজবকলি, "মাধব! ইনম্মু, করি তৌজৌ হায়রিবনোনে, করম হায়না মাবু ইচানি হায়ত্তুনম্মু মাগী মফমদা অদুগুম্বা রাশিং অদু হায়রুগনি। মমা ওইবী ঐনা মতম অমদা ইচাবু ইথাদা কোনখিদে, ঐনা, ঐগী ইশাগী ইকাইথুম্নবা অদুগীদমক্তা মাবু অতুম্না ঈশিংদা থাদখি। জ্ঞান লৈত্রিবা অঙাং অদুনা, "ইমা নংনা ঐবু ইতোমদা শিজগ্রোরা" হায়জবদি ঙনজদনা অদুমক তুমিন তাওগখি। ঐনা ঙসি অরাবগী ঈপাক্তা তারবা তসিদনা "ইমাবু কল্লু" হায়না করম্না হায়রুশিগেনে ভগবন! মানা ঐবু তুক্কচবগগনি, হঙ্গোযরমগনি, মমা অমনা মচাশিংদা মাচং-মীখাক্ত নাই হায়না রারোরমগনি; মাগী মমিত্তুগী মপি অদু নৌহৌনা ইমাংদা শিন্দুরক্কনি, অদুগা লোইননা "নশাগী ওক্তজবা তানবীমি" হায়রক্কনি, অদুগা হায়রুবা পুন্নমক অরেম্বা তাবা তারবদি অমুক ইনেমগী মাক্ত অসি উৎলুবগী করি কান্নগনি। ইনেম ওন্দক্কীনি চৎলোই, নংনা ননাইশিংবু কনবিয়ু।"

কুন্তী দেবীগী ৱাফম অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অমুক যথা ত্তাখি, "খল্লিবত্থ লাল্লে ইনেমতোন, বীরপুরুষ বৈবর্ত্তননা নংনা পুকচেল পিক্লবা তোল্লবা মীনা খনগদবা ৱাফম অদু খক খনলল্লোই, মহাক মুপী হায়বসি করিনো হায়বা খংলবা অশিংবনি। মহাক পোকপগী ৱান্নী অদু নিংখিন। তারগা মহুগী রহস্য পুন্নমক খংগনি, নংবু নরাল লৈতবী মমানি হায়না লৌগনি, নংনা মাবু কোন্নী চক্ষুদা হাপ্তুনা থাদখিবদুনা নংবু থোইনা মু শিন্থনা তৌরিবনি হায়না শিংলবা অঙ্গদেশাধিপতী অদুনা লৌগনি। ঙসি ঐগী ৱাফম অসি মুন্না খন্থবিরগা নমাংদা তারিবা নথৌ অসি তৌথোকপনা মমা ওইবীশিংগী অচুম্বা নথৌ ওইগনি।"

অদুদা মাধব! মহাক্না অদুম লোত্তুনদি লৈতনা হৌজিক করিগীদমক ফোংদোকলিবনো হায়রবদি ইনেমদি ৱা অদু তাজবা ঙম্মোই।"

"মহুগীদি অসিনি; মহাক দানবীরনি; ঐনা মথক্তা পমখিদবস্থু সমাজবু কিবদগীনি; মহু পুম্বা মহাক্না ওইনগদৌবদি সমাজদনি, মমাদদি তাইনফম থোক্তে।

মহাক্না মমা অমদি মনাওশিংবু য়েংফম থোকই মরম অসিনা মাগী মথৌ তৌরম্মু হায়না মঙোন্দা তাকপিবতনি! মাবু য়োকপিদে হনবিদে হায়বা ৱাফম অদুনা মশাগী ধর্ম্ম অমদি কর্মদগী মম্মাই লৈথোক্লবদি মহাক কাপুরুষনি। অদুবু বৈকর্ত্তনদি কাপুরুষ নত্তে, মথৌ খংবনি নংনা মাবু হন্থনা য়েংলুরবদি নশামক পাপ

ফংগনি। মরমদি মংাকনা সুপীশিংবু হৌজিকী সমাজ অসিনা করম্বা থাক্তা থমখিবনা অসি য়ৌগ্রিবা, হায়বতু খংলবা অশিংবনি। অদুগা ইনেমতোন নহাক অসি মমানি। হন্দকী মতাং অসিদা নচাগী লমন অমা নংনা তোল্লিবত্ত শিংদোক্তবদি মপোক কোটি-রক্তা শিংবা ওমগনি নিংলুরগনু। নংনা কনমক সমাজবু কিবনা তৌগ্রিবা থবক অদুনা নচাগী লম্মন তোনদে হায়বদি লৌগনু নং লম্মন তোল্লিবী মমানি। মরম অসিনা মাগীসু লম্মন শিংদোকপা ওইনা নচা মঙাগীসু য়াইফনবা শিনবা ওইনা হন্দকী খোংচৎ অসিগীদমক শেম শারো। অদুম তৌরবদদা নাকন অনিমকী মঙ্গল ওইগনি।”

অস্মুম্না ভগাবন শ্রীকৃষ্ণনা হায়রমক্তদা অমুকসু মখাগী অস্মুম্না হায়খি।

ইনেমতোন নংনা কর্ণবু মপুকচেল চাওরবা মখৌ খংলবা নিপা অমনি হায়বসি থাজৌ! মহাক্না ওসি মমাবু থিরিবসিগী মরম অত্তু য়াম্না অরাংবা থাকী রাখলনি। মানা মমাগী শেংলবী মূর্ত্তি অত্তু দর্শণ তৌজনিংবনি; মশাক সুদ্ধ নত্তে হায়বা প্রমাণ অমা সংসারদা পিনিংত্তুনা তৌবা নত্তে। অত্তুগা মানা নিংথেম কাংক্লেবুং অত্তুদা আচার্য্যনা নংগী পাবী পুরী হায়যু হায়না হায়-রকপদা মমিৎতগী মপি অত্তুনা নোংথক্তা য়েংখিবত্তুসু মানা মমাবু নিন্দা তৌবা নত্তে, ওসি সমাজ অসিগীদমক রাবিখিবনি। মরম পুম্নমক অসি লৈবনা ইনেমতোন নহাক্না চিংনরিবা পুম্নমক অত্তু থাদোক্তুনা কর্ণগী মনাক্তা চৎলু।”

অসিগুম্বা রা অসিনা কুন্তীগী থম্মোইব জয় শ্রীভগবননা তৌগ্রে, কুন্তীনা কর্ণগী মনাক্তা চৎলগে হায়না য়াখ্রে।

মতুং অদুদা মোমোন নোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা কুন্তীগী মফমদা তৌরুগদবা রাকম কয়ামুক অদু নিংথিনা তাকথোক্লগে হায়না নিংত্থনা হায়খি; "ইনেমতোন নহাক্লা চৎলগা তৌরুগদবা থৌবমশিং অদুদি নিংথিনা থংলব্রা?"

"করিমত্তা থংজদ্রে" হায়না কুন্তীনা নুংনাংনা খুমজখি। অহানবদা কর্ণগী য়েৎ থংবগী খুদোম্বা অদু নিথোক্কদবনি মতুংদা মঙোন্দগী নচা মঙাগী মৃত্যুশর মঙা অদুসু ভীক্ষা লৌগদবনি।

"ইবুংঙো ননেমদা হাক্লা তাকপিরগনু তেনশিং অদু নিথোক্লু হায়বদুদি মনিজক্লরগে, ইচাগী খুদোম্বী অদুমক কক্তুনা পিযু হায়বদু ননেম ঙমজরোই, মদু মমা ওইবী কনানা হায়ড়নদবা রাকমনি।"

শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অসুম্না মখা তাথখি, ইনেমতোন নহাক্লা কর্ণসি কয়া মগুণ লৈবা নিপানো হায়বদু থংদ্রি, নংনা ফনমক তেনশিং অদু লৌথোক্লুদুনসু নচা মঙা হিংলে হায়বা য়াদ্রে। মাদি প্রতাপ লৈবা নিপানি মাগী মথৌনা মগুণ অসি হায়দুনা কাম্নদে, মাগী লীকাপতি উদয়া চৈদগী অস্ত্রাচল চীংফাওবা তেল্লা থুপ্পা চৎপনি, মসি উদুনা গুরু পরশুরামনা য়েৎ থংবা মথুবী অদুসু দক্ষিনা ওইনা লৌগ্রবনি। খুবী য়াওদ্রবা খুদোবীগা

খুয়াইগা চপ্তুনা কাপ্পা লীলাপ্তা নচা অর্জ্জুনগা লান্বা য়াত্রি, মরম অসিনা তেনশিং অহু লৌথোক্লুরবস্তু লাম্বাদা নোপ্লবদি জয়স্তু আশা লৈতে, মরম অসিনা মাগী খুদোম্বী লৌথোক্কবা য়াদবনি"।

অস্তুম্না শ্রীভগবান্না তকশিন্দুনা কুন্তীগী থম্মোই অহুবু চান্নমা জয় তৌব্রে। কুন্তী চৎকে য়াব্রে, য়ানরবগী মতুং ওহাক লৈরগা মহাবৈষ্ণব ওইববা বিদুর লাকখি মংবুতোগী চরণ কোন্দুমা কয়া কপচখি, ভীক্ষা ঝুলিদগী চেং হরাই পুথোরক্কুনা, কুন্তী দেবীনা হৌরগা মপু মনাই মখোই অহুম চাখি।

অস্তুম্না ইনুংঙানবা ফাওনা অহুম অদুনা অরা মুংঙাইগী রারী শিংবুন শাহুনা লেনখি।

---

## (৬)

মমা ওইবী কুন্তীগী থম্মোইদা কয়াদা অরাবগী চৈনা পিরবা, মচাগী মচা অমনি কনাগী মীচংদা লেপকদৌরিবা? রারী অসিদা উবে, মহুদি কুন্তী অসি মচা কর্ণগী মফমদগী মচা মভাগী মথাই কন্নবা থৌরাং অমা তৌবা চৎকদৌরি। কর্ণগীনা থাঙ্গেশেংনা অমাংবমক্তা শরুক তমগদৌরি, মসি মমা ওইবীশিংগী মচৎলা?

মসি পুন্নমক থোকখ্রিবসিনা করিদগীনো, কনানা শিনবনো, থৌরাং অসি অচুম্বা থৌরাংলা, কুন্তীনা লানত্রা কনানা লাল্লি ?

কুন্তীনা ওসি থাঙ্গদোরিবা খোংথাং অসি কদায়দনো ? মাগী থম্মোইদা কদায় ফাওবা শোক্লহুনা তৌরিবা ? মচা অহুদি মপোকওৈদগী মমাগী মশক উজত্রি খংজত্রি, মমাগী থোম্লাংগী মহাও খংজত্রি। মাগী মচা মঙা অহুদি, পোকপদগী মানা লাঙ্গোল-লক্লি পোকপদগী মমাগী নুংশিবিবা মিৎয়েংগী মমাংদা চাওখল্লবনি। কর্ণদি মমাগী অগানবা শকখংনবদগী মাগী মহা অমঙ্গল অমা পিগদোবগুম মমা অসিনা তৌরি।

মক্তুবা মমাগী প্রেম হায়বহু অসিরা, নত্রগা মনাক্তদা লৈবনা মনাক নকপনা হেন্না নুংশি হায়বহু অসিরা ? মসিরনে মচানা মমাগী থৌজাল ? মসিগরা মমা ওইবীগী থম্মোই মওইরবদি বিশ্বজগৎ অসি অমগা অমগা কল্লক্লবগী থাং হায়গৎনবসি লাল্লি হায়না হায়ফম থোক্কে, অদুগা অশান্তিগী মৈনা মালেম অসিবু চাকথেক্লগনি হায়না খনবদা লাল্লরোই।

য়েংউ চন্নুরাশা পুন্নমক অসি করিদগী থোকখিবনো, মশানা শিঙ্গবা লাংদা মশানা থুজবনি। কুন্তীনা মমাগী ফিরেপ্তা কর্ণবু লাঙ্গোনবা ওমজখিত্রে। মসিদগী মাগী থম্মোইদা মৈ হৌখিবনি। অদুবু মতুং অসিদা মমা অসিগী মচাগী প্রেমসি য়েংসি। মহাক্না কদায় ফাওবা মচা মঙাবু নুংশিত্রহুনা কর্ণগী মাংনবতা শিনত্রবনো

হায়বদো মখংলসি। ঙসিদি তশে'না মমা ওইবীগী থম্মোইদা মচা মুংশিবগী প্রেমতত্ব অদো খংবা, উবা ঙম্নগনি।

নোঙানগদবা পুং অমা রাংলিবৈগী মতম অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতম চারে তাক্লুনা মহাসতী কুন্তীনা কর্ণনা গঙ্গা স্নান তৌযম জাহবী তম্নবলে। মৈতৈ চাইরগী ঙাল নাজবী অদুগীসু মথক্তা মচাগী মৈনা বাহংজবী কুন্তীনা সতৌ অমুম্না লাকপনা মহারথী বর্ণনা তর্পণ তৌরিবা ঘাট অদুদা থুংলরে।

মুংশিরবা মচা অদুনা মমাই নোংপোক ওইদুনা গঙ্গা মাতাবু স্তুতি তৌজরম্মী। মামত্তগী মপি তত্তুনা শিন্থরম্মী, মগাতবু মশক খংজনিংবগী আশা অদুদা ঙাওপ্রদুনা মহারথী অদুনা মুংহিক্লনা গঙ্গা মাতাদা হায়জরম্মী। অদুগুম্বা ঘাটকী চাংজৌ অদুদা মথুন্তা মৈশু পাল্লোইনরবী কুন্তীনা পিনা থল্লবা মমিৎ অদুনা মিৎয়েং অমত্তদা মচাদুগী মুংশিরবা শকফম্বু চিংনা য়েংদুনা লৈজরি।

মতম অদুদা মশা নিক্লকলে থম্মোইদুসু নিকপা হৌরক্লে। ""করম্না মাবু আশির্ব্বাদ তৌগনি। করম্না তাবদা রারবা রাকম-শিংসি কাংগনি। ঙসি তৌগদৌরিবা অসি করিনো" অমুম্ন খঞ্জবা মক্তদা কুন্তীগী রাথনবু মচোই মচোইহল্লম্মী।

মতম অদুনসু নৌনা মুংশিপ্রে, নোঙাল্লমদাইগী লৈমনা চিংথে নোংপোক থংবা মাইকৈদা অমম্বগী কিজং অদু হাংদোক্লুনা মবেম্না

উষা রাণীবু অঙাংবা শিন্দূর নখীদুনা য়াকাইরকলে। নোংদোন লাইরৈবাক অসিদা শংবান্নবা গালিচা তিংথোক্তুনা উষাদেবীগী খোদাকম শেমজরকলে। চেক্লাশিংনা চাকরাইরকপনা খোংজগী খোঙ্গাংগুম্না সুংশিখরে, মঙানগী চন্দন চাহত্নুনা। কোরৌহনবস্থু মবেম্মগী থৌগল তৌরকলে। মতাং অদুদা বৈকর্ত্তন কর্ণনা স্নান পূজা লোইরদুনা লৈরাইরোগদা অমুম কাখৎচরক্লে।

মহারথী অদুসু অসুম্না কাখৎলকপনি; অদুম তৌনা ওসি কুন্তী দেবীনা লেপ্তুনা লৈরাই অদুদা লৈবমগনি, হায়বদি থাজদবনি; অদুগা মগাক্কী থম্মোইদা খঙবা অমদি লৈজে, করম্বা মতমদা ইমানা ঐবু মচানি হায়না তাকপিরগনি অসিনি।

মতাং অসিদা খন্নফমদি, কর্ণ অসিনা কুন্তীবু করিগন্তা থজ্রব্রা? অদুবু, মাসু কুন্তীবু উথিবদগী মাগী থম্মোইদা মানা মীওন্দদি ক্ষমথোক্তবা রাফম অমদি লোত্তুনা লৈমাল্লে। রাফম অদু মানা ওসি ফাওবদা কনাদা হায়দোক্তিবা রাফমনি। মীওইবগী থম্মোইদা মমা-মচা হায়বসিগী প্রেমগী ইফুং অসি নোংথাংগী মতৌগুম মরি অমদি লৈনব্রা হায়না খন্দবা ওমদে। অসুম্না বৈকর্ত্তন অদুদসু মমানি হায়না মশক তাকপিদ্রবসু কুন্তীবু উবদা মাগী থম্মোহ পুথমদবা অমা লৈরকপসি ওসি ওরাংদগী নত্তবনি, মহাসতী কুন্তীবু উজরুবদগী অদুম লৈজরক্লবনি।

মতৌ অসুম্না কর্ণনা লৈরাইরামদা কারক্লি, কারকলিনা মচাবু চিংনা-চিংনা ঊথকপা মিৎয়েং মমনা মহাসতী কুন্তীনসু

য়েংদুনা লৈজরি। করি হায়গনি, করম তৌগনি হায়বা খল্লুবদা হৃমাং অনপ্পা কাংলি, থম্মোই অদু নিক্লক্লি, মপি অদুসু তত্তনা শিন্থরক্লি। প্রেম্মা থুন্নাৎপ্রবী মাইথোং অদুনা অউবশিংদা ওক্লবা মতৌ অমা ওইনা উংগল্লি, অদুগা লোইননা চুম্না লেপ্পকাওবা ঙমদ্রবী ওইদুনা লৈরাই অদুদা মচা অদুবু ঙাইরদুনা মহাসতী কুন্তীনা চৈশু পাইদুনা লেপচরি।

কর্ণনা অরা মুংঙাইতবগা লোইননা লৈরাইরোমদা কাখৎ-লকপদা উরে, মঙা পোকপী কুন্তানা ফিমন অমা শেৎ-ফিমন অমা কোক্তা থুম ; খুইরবা শোন্থরবা হকচাংবু খুত্তা পাইরিবা চৈশু অদুনা ঙাক্তুনা লৈরম্বা, অরা-মুংঙাইতবগী মক্লবী মাইথোংনি অদু শিন্থরকপা পিনা খুইরবী চাইরুং অদুগী মথক্ত চোৎহল্লবী, ফিরেপ শাওনা অউবশিংদা পুত্র প্রেমগী শক্তম অমা পিরবী বুন্তাদেবীবু মহারথী অদুনা উজখি।

মুর্ত্তি অদু উরুবদা কর্ণদো নিকখি, কোকচাওবী ফুং কাখি, মাগী থম্মোই অদু চোংখি। বজ্রগুল্লবা থৌরবা তেম্না থম্মোইদা থুন্না পানবদম্ব নিক্লরোইদবা কর্ণনা ঙসি করিগীদমক মশাদো নিক্লিবা ? মুর্ত্তি অদু উরুরগা মমিত্তগী মপি শিন্থবা হৌরক্লে. মুংশিরবা মচা বৃষকেতুবু মকোক্তা হোরাইনা খাইদুনা ব্রাহ্মণদা দান তৌবদদি মমিত্তগী মাপি তাদ্রগা করিগী মমিত্তগী মপি শিন্থরি। মাগী থম্মোইবু মাতৃপ্রেমগী ঈপাক অমদা পুমজুপ লুপশিন-গদৌরকপনা চরম ফুনপ্রে, মখোং অদু খাংবা ঙমদ্রে ; চাংজো মৌদ্রিজৈদগী অম্মুম্না লাওজরক্লি।

"মঙা পোকপী! কর্ণিগী ওসি মফম অসিদা লাকপগে? অস্তুক স্থুইরবা অসিদা ইমা নংদি, রাজে, নংলে হায়না তাই, বোংমতম্‌ কর্ণ ঐগী ইকমদা লেপ্লদে। দুর্যোধনগী অত্যাচারদা খাঙতমন্ত্রবী ইমা-ও, নংগী কন্নি রাৎলবগে সতী! কর্ণগী মফমদগী কাম্নগদবা লৈবশিং অত্তু হায়বিযুনে ইমা।"

কুন্তীনা ওসি তারিবা খোন্থাং অসি কর্ণগী মচিন্দগী ওসিনা অহানখনি। সুংশিরবা মচানা কদৌঙৈ মরোল থোরক্কদগে ওায়বদা রারবী মমানা, মচাহুনা মরোল থোকপোই থোক্তুবোই তৌদুনা "মা-মা" হায়বদা পেঞ্জবা 'তুগী পাংদম্নি। সুংশিজরবা কর্ণগী মচিন্দগী ইমা হায়বা খোন্থোক অদু ওসিসিনি। অতুনা মরম ওইহুনা কুন্তীনা রাখল পুন্নমক ইনৌ নৌথি। মমাংঙৈগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা কোনখৎপিনবা লৈতনা ওল্লবা অঙাং অদু ওইনা উজখি! ওসিদু শন্নাং ফাহুনা মচাদুব পমজনিংবগী রাধম্না সতী অহুবু ওাওহনখি। অস্থুম্না ওাইহাক লেপ্তুনা মচাবু চিংনা য়েংলুরগা কুন্তীনা সুংশিরবা রাহৈনা অস্থুম্না হায়রকলি।

"ইমাগী মহারথী! লাও কারকউ! ওসি ইমানা নংগী নফমদা নমনা ঐবু ওাকউ হায়না হায়জগে লাকলি! মচাগী মফমদা মমানা লানথ্রে! মত্থ পুম্বা শেংদোক্লবসি হায়না ওসি পাঙ্গল শোল্লবী নমা নফমদা লাক্লিনে ইমাগী বৈকর্ত্তন;

ওন্থোকপনি ওসিগী মতৌসি করিনো? ওসি অয়ুক অসিদা মফম অসিদা পুত্রপ্রেম, মাতৃভক্তি হায়বস্থ মশক থংনিংবশিংনা মুর্ত্তি অনি অসিদা য়েংনিংওাইনি!

অয়ুক লাইরেম্বীস্থু মাগী মিৎকম অস্থু চৌইদনা মুর্ত্তি অনি অস্তুদা য়েংস্তুনা লৈখ্রে। জাহ্নবীস্থু মাগী ঈচেল লেপ্পা মূর্ত্তি অনি অস্তুদা য়েংখ্রে হৌরিবা উপাল-রাপালশিং অস্থু হাউ-হুমদনা লৈনখ্রে। মতাং অস্তুদা হরাও নুংঙাইবনা থুক্কৎখ্রবা কর্ণস্থু মখোং থাংজি থংদনা লৈরাই তস্লকলি।

মহাক্লা মতম কুইনা নিংজমন ওসি মহৈ য়াল্লে; মাগী থম্মোইদা কনাদা ফোংদোক্লব্রবস্থু থুগ্নু‌না লাৎচরম্বা মমাগী মূর্ত্তি তস্থু ওসিদি শংশংনা ফাওবিররে। মানা নহান মথৈ মাগী থম্মোইদা মহোমদা হংজবম্মী, "কিরিগীনো নংনা মঙা পোকপী কুন্তীবু উরগা থম্মোইদা থুক্লিবা, নুংশিরবা মাতৃ প্রেমগী ঈথক অমা চৌবকলিবা"। মসিগী রাফম্বু থাঙ্গেশেংনা ময়েক ফাৎলরে হায়না মহারথী অস্তুনা থম্মোইদা জগোই শাজখি। অস্তুবু মপুক্লিং নুংশিবগী ঈনোৎ অমদি মানা থিংবা ঙমজখিদ্রে, বল্লবা খোৈরবা কর্ণদো ওসি শোল্লবী কুন্তীগী মফমদা কঙ্গি লৈত্রবা নাউরাগুম ওইনখোন্থোক অমগা লোইননা ঈরা চেল্লবা শকফম অস্তুনা অস্থুম্না হায়রকলি।

"ইমা! মঙা পোকপী নংস্থু তোল্লবা কর্ণগীস্থু মমায়নে? হে মমা ওইবী! অস্থু ওইরবদি ওসি নচাগী কল্লবা মাতৃপ্রেম সাগর অসিদা চোংথবিররো লাও! অস্তুগা লোইননা ইমা! এবু কররা নংগী নচা ওইরিবা হায়রবা রারী রাখোং অস্থু পাপ চেল্লবা কর্ণগী নাকোংদা তাহনবিক্লো" রাফম অসি হায়না-হায়না

য়ৌংবনি, ঙসি ফাওবা অসিদা ঐগী থম্মোইগী কাচিন অমদা খংগী মৈ অহু মুংঙমদনা লৈরিবনিনে ইবুঙো!"

কুন্তীগী মফমদা কর্ণনা অমুকস্তু অস্তুন্না হায়রকই, "ইমা! ঙসি নচাগী সুংঙাইরবা মুমিৎ অসিদা করম্বা য়াইেনা কবি পূজানা ইমাগী পেন্নবা তৌজগনি। হে ইমা! নচা কর্ণগী পোকচবগী মহৈ য়াল্লে, সুংশিরবী ইমা নহাক্কী শেংলবী মূর্ত্তিদো দর্শন ক'জরে! হায়বিয়ু ইমা! ঙসি ইমানা নচাগীদা লেংবিরকপদি অনিংবা করিনো হায়বত্থু তোল্লবা নচা ঐগী ইকমদা তাকপিয়ু! চিংনবা পুম্নমক থাদোকপিত্থনা নচা কর্ণগী মফমদা ইমাগী অনিংবদো লোইনা কোংদোকপিয়ু।"

সুংশিরবা মচাগী মফমদগী য়া অসি তারবদা মহাসতী কুন্তীনা অস্তুন্না য়াগী মখা তারকই; "বৈকর্ত্তন! পুম্নমক নংগী নমাংদা খোকল্লিবনি, ননাও মঙ: হৌজিক মরৈবাক্তগী নমাংদা তাম্থোকপিগে। হায়নবগী মতুং ইন্না হৌজিক চহি তরা হুমদোই হৌগে, পিফম খোকপা মরৈবাকতু পিবিগে, মসিগীদমক লাম্লাও থেংনবা তাগে; মতাং অসিদা নমা ঐহাক্না নফমদা হায়গে লাকপদি, হন্দক্কী লাম্লাও অসিদা ইমাগী কর্ণবীর! নংবু ননাও মঙাগী মীচংদা লেপ্পা হায়না হায়গে লাংকলিবনিনে ইম্নানা!

রাফম অসিদা কর্ণগী নিংঙমদবা রাফম কয়ামক্রম ফাওরক্লে, রাফমশিং অহু ভুমিগা থম্মোইদা ফুমহুনা থম্বা ঙমজরক্লে। ফুল্লবা চৎনবদগী অভেক ওইনা কাংথোরকপা হৌরকলে।

"ইমা! ইমা ইবেম্মা, নচানা কয়ম হায়না হঙ্গৎলসিগে; মতম অদো গৌগ্রেনে ইমা! নচাগী শক্তি পুম্বা দুর্য্যোধন্না পাইশিনগ্রে, রাশক্কী থৌরিনা নচাগী থম্মোই অসিগা লোইন্না হংপাম্মোম অনি অসি কম্না পুন্সিনগ্রে। অত্তুগুম্বা নিংথেম কাংজৈবুং অত্তুদা ঐনা ইকাইবা নংখিবা মতম অত্তুদা, নিংথৌ দুর্য্যোধন্না ঐবু কনবিখি, মতাং অত্তুদা নচানা মাগী মফমদা ঐগী ইপু'ন্নসি কৎথোকখি। মরম অসিদগী ইমা! ইমাগী রাফম অসিদা হয়াঙনা 'হোয়' হেক হায়জবা ঙমলোইদৌরি! ইমা! অপোকপী! মতম অত্তুদা তোল্লবা নচানা, পার্থবু ইনাওনি হায়বা থংজরম্লবদি অত্তুম্না ইচিন ইনাও লানশিংনরমগদ্রা?

মানস্তু ইফমদা অত্তুম্না ভাংগদ্রা? হে ইমা! নিঙমদেদকো! অত্তুগুম্বা মতম অত্তুদা নংনা নচা অনিগী মরক খাইনা লেপ্তুনা ঙসিগী অস্তুম্না নচাদা থৌজানবিরম্লবদি থোকগ্রিবা থৌদোকশিং অসি থোক্লমলোইদকো! ইমা! নংগী থম্মোই অসি কনমল্লি; থোংলবী সুপীশিংগী থম্মোইদি সুংগুম কল্লি হায়বত্তু তশেংলে! অত্তুগুম্বা সভা অত্তুদা ইনাও মঙাবু অত্তুম্না কৌরবশিংনা লাকচবা অত্তুবু ঐনা ইনাওনি হায়বা খংজরম্লবদি মতিক লৈত্রবনে ইমা! হৌজিক্তি পুম্নমক হৌগ্রে, লাকচৈ হায়না খুৎ থেকচবদা মঙাই-রে! নচানা ইমাগী ননিং থুংনবা হন্দক্কী লাঞ্জাও অসিদা ইনাওশিংগী মীচং লেপ্লা ঙমদ্রবস্তু ইনাওশিংনা জয় ঙইনবা লাল্লমদি শোইদনা শিনগনি। রাজরক্লবা ইনাওশিংবু হাত্তুনা,

ইমা নংবু ঙোননবা থৌরাংদো নচা কর্ণনা তৌজররোই হায়না নমাং অসিদা রাশকচরবনি !"

কর্ণনা অস্থুম্না ভাংলুরবা অসিমক্তদা মপুক্লিংদা নিংঙমদনা অমুকস্থু মখা তারকলি।

"হে অকনবা পোকপী ! কল্লবা ভীম, লীস্ত হৈরবা অর্জুন ইমানা পোকপনি, অত্তগীস্থু মথক্তা নচা কর্ণ ঐনি, ইন'ও মঙা, কর্ণ ঐগা ঐখোয় তরুক্না নাকপাক অমদা লেপত্রবদা জগৎনা নামা লেপত্রবস্থু করি কীকম লৈবগে ? পুম্নক অসি ঙাংজবনা মঙাইরেদকো ! কল্লকত্রেদকো ইমা! ইমা ! নংনা থিজ্জং থম্মোই কনমনথিবনা অসিগুম্বা নচাগী নিংঙমদবা অসি থোকখিবনিদকো।"

মহাসতী কুন্তীনা মচাগী অসিগুম্বা য়াফমশং শাসিদা পাম্মই কাইত্রে ; হায়রকই—"ইমাগী কর্ণ, ইমা থাংবা ওম্রক্তরে, ইমাগী থাংহৈবগী পঙ্গল তেকখ্রে। ইমাদু নংনা অমুক য়াইল্লগম্ন, নংনা ননাও মঙাগী মীচংদা লেপ্পু গযান্দ্রবদি ইমানা নফমদা ভীক্ষা অমত্তুং নিগে নিংঙি, নংনা ভীক্ষা অসি হাপীগদ্রা ?"

কর্ণনা মম্মুৎ অনি লোম্নরত্তনা মমাগী মফমদা নোল্লুক্না খুম-জেখি, "ইমা ! হৌজিক নচাগী নিংবা পুম্নমক থুংজবে. নচানা অঙম কুন্তীনা নিংজরকপগী মহৈ ওসি য়রে, নচাগী ইত্তক অসি কন্নুনা ইনাও মঙাগী মঙ্গলগীদমক ভীক্ষা দান কচ্চৌ তাকপিরবস্থু নচানা চিংন্দনা বচ্চবা ওমজরগনি। চিংনবা লৈতনা ইমানা নিবিনিংবা ভীক্ষা অদু নচাগী মকমদা তাকপিয়ু বচ্চগা!"





শাম্বা ঙমগনি হায়না লুনা-চাম্না থমজপ্রবা অদুবু থাংকক অমুক্তা ককথংখি, অদুগা নৌরবা উনা অমদা হাপ্লগা সতী কুন্তীগী মকমদা মপানা থল্লবা কর্ণনা ভক্তাগা লোইননা কংচখি।

কর্ণনা হায়জখি "হে ইমা। সে নচানা ঙসি ইমাগী নকমদা থরাইগা মাল্লরবা ঐগী খুদোম্বী অসি চিংনবা লৈত্তনা কর্চ্চরবনি। মতম পুম্বদা মসিবু ইমাগী নফমদা চ্যেকশিন্না থম্বীদুনা নচাবু ইমাগী মেৎবা ত্তৌজবা শকচবা ফংহনবিয়ু। হে লাইবক থিরবী। কল্লবা নচা তরুক লৈনা-লৈনা অরাবা শরুক য়ারবী। হন্দকী কুরুগী লাঞ্জাও অসিদা নচা মঙানা শোয়দনা মঙ্গল ওইরগনি হায়বসি নফমদা নচানা কংচরিবা খুদোম্বী অসিনা লেংদ্রবা শাক্পীনি।"

কন্তীগী থম্মোই কাইরে মচাগী মতৌ য়েংলগা হিক্লা-হিক্লা কপগ্রে, মুরারী কৃষ্ণগী থৌইনশিন্দগী এনা তৌরিবা থবক অসিবু কবিনো হায়না ঙকচখি। মচাগী খুদোম্বী অদুনা ঈনা ইঙাং ঙাংনা তৈত্তুনা অনৌবা উনা মথক্তা লৈবা অদু উরগা মমা ওইবী কনানা থাংবা ঙম্ফম থোকপগে?

কুন্তীনা অমুকন্সু হায়জখি, "ইমাগী ইবুঙো কর্ণ ইমানা নফমদা মেঞ্জগদবা রাফম অমনা ননাওশিং অদু মপী লৈদ্রবা শনাওনি, পিক্লা উল নংলবা মপোকভৈগী মুংঙাইবা ফংলক্দ্রবা ঙাক্তনি। কবিঙম্বা নংগী মাইয়োক্লবা লানফমদা হাৎপদা মতাম্রবদা ইমাগী মাই য়েংহুনা হাইগংলবা থাং অদু হায়থহুনা অর্জ্জুন নত্তুনা ননাওশিং অতৈগী মথরাই কল্লকউকো বৈকর্ত্তন! অর্জ্জুনদি নংগী

মাইয়োক্লবা লানফমদা ক্ষত্রি ধর্ম্মগী ধর্ম্মযুদ্ধ অদুদা নখোইগী শক্তি পুন্নমক শিজিন্নজৌ।"

কর্ণনা খুমজখি, "ইমানা তাকপিবা নয়াথং নচানা কদৌঙৈদস্লু লৈপাক্তা তাগনজরোই"। অদুগী মতুংদা মন্না ইবেম্মা কুন্তীবু কর্ণনা দোলাইদা হাপ্লদুনা থোইনা হরাওজবগা লোইননা কোন্নুং তম্না লাকচখি!

---

# (৭)

দোলাই থক্তা মমাবু হাপ্লগা কর্ণ লাক্লে, মহাসতী কুন্তীনা কর্ণগী নিংথিরবা অঙ্গদেশকী কোন্নুং অদু উখি! নিংথিজরবা দেব মন্দিব কয়ানা ফিরাল ছত্র মখল মখলনা লৈতেংল্লুনা কংশি-শরিক্কী খোঙ্গেলগা লোইননা অর্চ্চনা তৌবগী ইনিন নিল্লম্মী! ফজবৰা লৈমকোনগী অট্টালিকশিং অদুদা ফিজেৎ চাকচা ফজরবী লৈমশিং অদুনা হরাও তয়াম্না লৈরম্মী, হ্রাংলবা ফুরা দলালশিং অদুনা নেংদোন খেৎনা ঙৌরোক ঙৌনা থিঙ্গৎপদুনা নোংগী পরেংগুম্মী। হৈকোন-লৈকোনশিংদা হৈরাং-লৈরাংশিংনা মতম নাইদনা পাল্লম্মী শাৎলম্মী। ফজরবা মরাক-ময়ুং মান্নবা পুখ্রিশিং অদুদা ঈশিংনা ঈম্নাই মান্ননা লিক্লাই মহীগুম তরু-তরুনা চোন্না লৈরম্মী! মহুগী মাইকৈ মরিদা সনাগী বুৎ থিল্লবা লিক্লাইগী

শিড়ি চল্লম্মী। য়েংবদা পুক্লিং হুরবা অঙ্গদেশকী কোম্নুংনি, চেক-পনশিং অত্তুনা চিংজাওগুম্না, কোম্নুং অত্তুবু ইকোই কোইশিন্না খ্যারি! মাইকৈ মরিদা থাঙ্গমপাংনা কোইশিল্লি; পাবচাওরবা নিংথিববা নিংথৌগী সড়ক অত্তু ইঙ্গ্রশিংলি, লম্বীগী নাক-য়েং অনিদা মনা পুংলবা উরুম নাইববা নিংথিরবা উপালশিনা পুংতক পুংতক হৌরি।

কোম্নুং-মন্নুং তমশিল্লকপদা মশীং য়াম্লবা শগোল শামুশিংনা মপৈ মপৈ লৈরম্মী; খোংমী লাম্মীশিং অত্তুদা লুচিংবশিং অত্তুদা লানগী পোশাক তাকপিত্তুনা লৈরম্মী! ফজববা শান্নবুং, নিংথিরবা জগোইশংনা থল্লবা য়েংবদা পুক্লিং হুরবা অঙ্গদেশকী কোম্নুংনি।

অত্তুদগী কোংন্নুং মন্নুং য়োঁদ য়োঁশিল্লকপদা খোঁ লোন-খোংলোন লৈরম্মী খোংশিং অত্তুদা শন্দ্রিশনা গখুন্তা খুংলাই পাইত্তুনা কোম্নুং অত্তুবু ঙাক্লম্মী! মহাবথী কর্ণনা দোলাই অত্তু থৌজিল-লকপদা বন্দকারিনী লিশিং লিশিংনা মঙ্গলগী শৈশক শক্লত্তুনা অভিনন্দন তৌরম্মী; ফজবী চাম-চামানা পিক-পিক থল্লা ঈশিং শোক্লবা সনাগী চফু মকোক্তা পুরত্তুনা মহারথী অত্তুবু মঙ্গল তৌরম্মী! অত্তুদগী কোম্নু-মন্নুং অত্তু থরা চংশিল্লক্লগা রাজ কবিশিংনা ধীরপুরুষ অত্তুগী মগুণ সত্তু শক্লম্মী। অসুম্না অঙ্গদেশকা দৃশ্যশিং অত্তু য়েংনা য়েংনা মহাসতী কুন্তীনা অন্তঃপুর সত্তুদা থুংলরে। মহাবীর কর্ণগী থম্মোইদসু পেঞ্জবগী ভমথৈ লৈখিন্তে। করি হায়গনি, মখুৎমক্তা স্বর্গ ফংবগী সুংঙাইবত্তুনা হেনগন্না?

রাণী পদ্মাবতী কৌথোকলে, মচাশিং তরেৎ অহুম্ম ক্লৌথোক্লে, মমা ইবেম্মা কুন্তীবু খুরুমজহল্লে, ওসিদ্দি মুংওাইবগী ওমখৈ লৈত্রে। মমাগী চরন্দা অর্ঘ কৎখবে; অহুগী মতুংদা পূজা তৌহুনা লুনা থওজগ্রবা খুৎলাই মঙা অদো কর্ণনা পুথোরকলে। কুন্তীদেবীগী মমাংদা থম্লরে, নুংশিরবা মপাওনা হায়জরকই, "ইমা ইবেম্মা নচানা ইমাগী চরণদা ইনাও মঙাগী মৃত্যু শর অসি কৎচরবনি। মসি লৌশিনবিবো ?"

তেন মঙা অহুদা কুন্তীনা শংত্রিক য়েংলৈজে, অহুগা নুংশিরবা মগা কর্ণগী মাইথোং অহুদা অমুক য়েংলৈজে। অসুম্না য়েংলুরগা মমিত্তুগী মপি খংহৌদনা তাখি। কুন্তী দেবীনা অসুম্না খঞ্জখি, ইচাসে পোকপদগী ঐনা লাঙ্গোনবিবক্তুবনি; ওসি মপাম্মোমগী পঞ্জন্তুনা পাঞ্জরকপনি, মাগী মতিকময়াইতনা তাইবং অসিদা মীনা ইকাই খুম্নফমগী থাক্তা কাজবনি। ঐগী ইচা মঙানদ্দি হৌজিক মযাম্মনি হায়বা খংলোই, মাইয়োক্লবা লানফমদা মাগা মাইরোং য়াখনি। থোইদোক্লা ইচা য়াইমা অর্জ্জুনগদি শাগান লানম্লবা হায়বত্তু থোকলি, ক্ষত্রিয়গী ধ্রাশরুবা হায়বত্তু তৌনব্রি; অসিগুম্বা মতাংদা ঐনা ইচাই ইচাদা মীচং মীথাই লাইহুনা অর্জ্জুনতগী য়েংলগত্রা ?

ইচা কর্ণনা খুৎলাই অসিগী গুণতনা অর্জ্জুন হাৎকে রাশকলমগনি হৌজিক ঐনা খুৎলাই অসি লৌথোকপিয়বদি মাদি কম্বি ওইরনি। অসুম্না খল্লবরা তুংদা কর্ণ য়েংহুনা কুন্তী দেবীনা

হায়খি—"ইমাগী মহারথী ননাও মণ্ডা হাৎনবা খুৎলাই অসি ইমানা অমমম ওইনা মশক থংনা লোগে, নহাক্না তেনশিং অসি মশক তাকউ।"

কর্ণনা মখুৎ অনি লোন্নরক্তুনা মমাবু চিংনা য়েংলগা হায়-জরকই, "য়েংবিয়ু ইমা কাওভাগী মচিন মানবা তেন অসিনা ঐগী ইনাও যুধিষ্ঠির হাৎনবা তেন্নি। মথং অমা মচিন থবুং শাবা তেন অত্তুনা ইনাও বৃকোদর ভীমবু হাৎনবা তেন্নি, অহুমশুবা তেন মচিন্না কাত্তি মচিন শাবা অসিনা ঐগী ইনাও পার্থব অর্জ্জুন হাৎননবা তেন্নি, মরিশুবা তেন, লংজা মচিন মানবা অসিনা মুংশিরবা ইনাও নকুলবু হাৎনবা খুৎলাইনি, মঙাশুবা তেন নোং-শাগী মন্না মানবা অসিনা ইতোন তোনবা ইনাও সহদেববু হাৎ-নবনি। ইমা! ঐনা মতম অমদা ইনাওনি হায়বা খংজরুদবনা মাংনবগী মশক ওইরবা থৌরাং অসি তৌরুবনি, ঙসিদি অদুগুম্বা রাখল অত্তু লৈত্রে, ইমা নহাক্কী খুয়াদা ইনাও মঙাগী মথক্লাইশিং অসি কৎচরবনি। ঐগী লাল্লুরবা রাখল অসিবু ঙাকপিয়ু।"

মমাংগী নাপন পুন্নক মাংগ্রত্তুনা ময়াম্বা অমা ওইবগী পুকচেল চেল্লবা মহারথী কর্ণনা তিংলবা পুকচেলগা লোইননা ঙাংথোরকপা রাঙাং, তৌথোরকপা থোদো অত্তু উবদা মহাসতী কুন্তীগী থম্মোই পুবা শুমজরক্তে! মচাগী প্রেম থিংবা ঙম্রক্তে, অত্তুগুম্বা থৌজাল অদো অসিনি হায়না মচাগী মফমদা উৎনিংলকলে! ঐগী অর্জ্জুন লৈত্রবস্তু মখোয় মরিদি লৈখিনি, কর্ণিগীদমক ঐগী ওইজবমক্তা

তান্দুনা অসিগুম্বা হিংচা-য়াই চম্বীগী শককম অমা মমা ত্রৈনা লৌকম থোকপগে খঙ্গখি।

মহাসতী কুন্তীদো মখুত্তা অর্জ্জুন হাৎনবা তেন অচু লৌ-খৎত্রে ; মঁপ হরা চেল্লঁলে, শোক্লবা নুংঙিক নুংশাম্লবা খোনফমনা হায়রকই,—"ইমাগী কর্ণ! সে—লোসে ননাও অর্জ্জুন হাৎননবা তেন অস, ঙসি ইমানা থম্মোই শেংনা শায়রি, মচুদি হন্দকী কুরুগী লান্দা নচিন ননাও অনি লাম্বানবদা জয় পরাজয় য়েংশজো, অচুগুম্বা লানফমদা ননাও অর্জ্জুনবু নংনা হাৎপদা ইমা কপ-ত্ররোঁত। অর্জ্জুনগী মখুৎতা নংনা শিবা থোক্লবস্যু ইমানা কপত্ররোই, সে ইমাগী নুংশিজববা, তেন অসি ইমানা নফমদা হল্লবনি। তৌবিবা থোদো অসিদা নংনা ইমাবু মীচং মীথাই ন্নাইরে হাৎনা রারোগনু" অস্থম হায়না তেন অচু কর্ণদা হনবিত্রে।

মমাগী থম্মোইদা মচাগী প্রেম অসি হেক কংবা য়াবা নত্তে হায়বসি তৌজিক্তি উবা ফংলে, মহাসতী কুন্তীগী থম্মোইদা মচা নুংশিবগী প্রেম অদো ঈরোং ঈশাই চাওনা চেল্লম্মী! অর্জ্জুন হাৎননবা খুৎলাই অদো কর্ণগী মফমদা হনবিখিবা অসিদা লৈরিবা মচাদা মমাগী প্রেমতত্ত্ব অচুদি য়াম্না রাংথ্রবা তত্ত্বনি।

ঙসি মহারথী কর্ণনস্যু মমা অমদি মচিন মনাওবু নুংশিজবগী অভিনয় অচু সংসার অসিদা শংশংনা উৎলে। মসিনা মীওইবা জাতিগী মম্লবা থম্মোইগী থাংমৈ ওইনা নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ ঙান্দুনা লৈরগনি। ঙসি মমা মচা শক থংনবা নুমিৎ অসিদা

ওইরিবা অবস্থা অসি থোইনা অন্না-নুংঙাই, নুংশি নুংওন্নবনা তিল্লবা থৌওং ওইখ্রে।

কুন্তীনা হন্দকী লান্ অসিদা বর্ণবুনা মাইথিবা ফংঙনা মশিরসমু মচা মঙানা মঙ্গল মওইরসমু খল্লা লাল্লব্রা হায়বত্তুদি অর্জুন হাৎনবা তেন হনবিরম্বা অসিনা প্রমান তৌরে।

অম্সুম্না অর্জ্জুন হাৎনবা তেন অত্তু মমানা হনবিববা মতুংদা মহারথী কর্ণনা মখুৎ অনি লোম্নরত্তুনা হায়জররকই। "নুংশিজরবী ইমা! নচাদি হন্দকী লাংকম অসিদগী হল্লক্কুনা ইমাগী সেবা তৌজরগনি হায়বা থাজদ্রে; গৌখিবা পুন্সি অসিংসু সেবা ফংজবদি লাইবক্তুনা নুংশিরবী নচেংলৌ অত্তু ফাওবা খংজবক্কুবনি; অত্তুবু ঙসিদি লাইবক ফবনা উজবা ফংজরে, মসিনা এগী পুন্সি অসিবু মহৈ য়াওলহল্লে। ঙসিদি ইমাগী চরণদা নশু অতোম্বা বৃষকেতু অসি শিন্নজরগে মহাক্না মতম পুম্বদা ইমাগী অমদ মখুড়াশগী সেবা তৌজসনু মত্তুনা নচানা ইমাগী সেবা তৌবা শকচংগ।"

অসি হায়ত্তুনা নুংশিরবা মচা বৃষকেতুবু খুজেং পাইবত্তুনা মমাগী মফমদা শিন্নরে। "ইমা! নশুসে ঙসিদগী ইমাগী নখুত্তা শিন্নজরে, এগী নুংশিববা ইনাও মঙানা কর্ণ এবু মহাকনি হায়না খংবিরক্লবা মতমদা মখোইগী থম্মোই পুন্সমক্কুবা অমদি নিংঙমদবা মৈনা চাক্কুনা য়ারত্তুনা ইমাবু নন্দা তৌরগন। মতম অত্তুদা নশু অসি মখোইগী থম্মোইদা কোহলল্লু, অত্তুগা অত্তুনা মখোইগী মৈশা অহু খর মমৈদি কোকনি!" অম্সুম হায়রত্তুনা

কল্লবা কর্ণ অদুনা মমিত্তগী মপী মতুম মতুম শিঙ্খল্লুনা নোং খোং-বঙুম কপচরকই। মচাগী মতৌ অদু উরু-উরুরগা মহাসতী কুন্তীগী থম্মোই পুবা ঙম্মক্তুরে; তৌরিবা পুন্নমক অসি করিনুংগী তৌরুবনো হায়না নিংঙম্মক্তুরে। শ্রীকৃষ্ণগী মরা লৌদুনা ইচাগী মথু দাম্বা ককথৎপিরে, ইচাগী মপাঙ্গল পুমশোন শোনহনবিরে, ইচাগী মকমদা এৈনা পাপ কয়া লংশিল্লে, মঙ্গল পিগত্রা হায়ববু এৈনা অলক্ষী ওইদুনা অঙ্গদেশকী ধাতা অসিগী ধুমকেতু ওই-ররেদকো হায়না সতী অদু মথন্তা অনুতাপ তৌখি। তৌরিবা থবক অসিবু মমা অমনা তৌগদবা থৌন্ননে হায়না, মতম অদুদা কুন্তীনা খঞ্জবগা লোইননা মমিত্তগী মপি অদু নৌহৌনা শিন্দুখি। অদুগা অসুপ্পা হায়রকই; "ইমাগী কর্ণ নংনা ইমাবু ঙাকউ, ইমা লাল্লেকো অথৌবা।"।

অসিগী তুংদা মশু বৃষকেতুবু চেজেং কোল্লগা শিং-শিং নানবিখি। "ইবেনগী নুংশিবা লাও, ইবেনগী লাইর খাংপোক, যমপ্রসদা লৈরুরসি নপাবুংগী কোম্নুং নুংঙাইবা থাদোক্তুনা ইবেনগী লাইব খাংপোক অদুদা রামিন্নরুরসি। অসুম হায়দুনা মহাসতী কুন্তা অদু যমপ্রস তান্না হল্লরুবগী শেম শাখি। মহারথী কর্ণ, পদ্মাবতী মহারাণী অনিমক্না মহাসতী কুন্তীগী চরণ শোল্লা খুরুমজহৌই।

ভক্তনা খুদুম চল্লবা শ্রাহরিনা যমপ্রসদা বিদুরগী মাঙ্গোলদা মন্দাই মহাগীদমক রারদুনা মনেমতোন কুন্তীবু রানা ঙাইদুনা

লৈরি। করিগুম্বদা ইনেমতোন অদুনা মচাগী মৈনা রা কয়ানরুম্ অদু হায়ওমদ্রবদি হন্দক্কী লাল অসিদি পাণ্ডবতি শোইদনা মাইথিরগনি। হন্দক পাণ্ডবনা জয় ফংদ্রবদি মাংলেদকো হায়না য়াম্না লাংতক্লনা ডাইরি। অদুম্না রানা ডাইদুনা লৈবিউদা মহাসতী কুন্তীনা মশুনিপা বৃষকেতু পুরদুনা থোঙ্গাল্লোমদগী চংলকপা অদু উখি। বৃষকেতুবু উবদা ভগবানগী থম্মোইদা নুংঙাইবগী ইফুৎ অমা ফাওখি। মোমান নোংলম্মী, হান্না নিংথিনা খংনরবা অমদি লুনা চান্না তৌনরবা মীশক অমবু উবগা হরাওবা ফো দোক্লবা অদুগুম্বা শ্রীভগবান্না তৌই।

করি অমুক হায়গনি, অদুক লূবা রাকমগী চৎথ্রবা মনেম অদুদা রাশিং অদু হংবগী মহুত্তা লাকলিবা অথাং বৃষকেতু অদুবু তরাম অরাম তৌখি। "বৃষকেতু লাও চংলকউ নহাকম্বু নবেংগী মতুং ইন্দুনা লাকলিব্রা?" অডাং বৃষকেতু অদুনম্বু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংশিল্লক্তুনা চবগ শেংক্লা খুকমজাখি। নোল্লুকপা মপাওনা, "প্রভু ননাই ঐহাকম্বু ইবেনধৌগী সেবা তৌজরুহায়না পাবুংনা শিন্নবিরকলি।" মতৌ অদু উবদা ভগবান শ্রীকৃষনা ওকপগী ওমখৈ লৈখিদ্রে। মবুংডোদা হংজখি, "ভগবান ননাহ ইশুনীপা বৃষ্ণকেতুবু মতৌ করম্না খংনবিখিবা হাযবিয়ু।" শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না কর্ণগী খাকচবা লৈত্রবা দানগী রারী, ম'গী দানগী চাংয়েংদা বৃষকেতুবু মকোক্তা হোবাইনা খাইখবা পুম্বদু শিৎ-শিৎনা লীখি। মদু তারগা মহাসতী কুন্তী অমদি বিদুর অনিমক নোংখোংবগুম কপখি।

অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা কুন্তীনা খুৎলাই মখিন্দ কৎথি। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হংখি; "তেন অসি'দ কনা কনাগী ইনেমতোন অর্জ্জুন হাৎনবা তেম্মা কদায়নো?" মদু তাবদা মহাসতী কুন্তীনা মমিন্তগী মপি তানা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা হায়জখি।

"ৱা অসি ইনেম্মা কন্নম হায়না নফমদা ভমগনি, ননেমগী পাপকী প্রায়শ্চিত নহ'ক্কা তৌৰিৱে, মমা ওইৰিবু হি'চাবী ওলহল্লে, ইচাদা মীচং মীখাই-নাইহল্লে. কুন্তীগী থম্মোই নুং ওইহল্লে! ইংবুত্তোনা তাকপিবা পুম্নমক পাংথোকচৱবনি, য়েংবিয়ু মমানা মচাগী খুদোম্বী ককতুনা পুৱক্লবনি, অদুগুম্না দানবীৱ অদুনা মমাগী ভীক্ষা ঝুলিদা হাপ্লকপা ভীক্ষনি।"

"ইনেমতোন পুম্নমক ফৱে তেন মশীং অসি মৱিথক্কা উই, মৱক অসিদা ক'াগী তেম্নো অমদি মৱাংলে, হায়বিয়ূ তেনশিং অসি কনা কনাগীনো?"

কুন্তীনা তেনশিং অদু মথংশিংনা যুধিষ্ঠীৱ, ভীম, নকুল সহদেবগী মৃতুশৱনি হায়না তাকখি; অদুগী মথৈথংদা অর্জ্জু'ন হাৎনবা তেনদি কর্ণদা হনবিৱমল্লে হায়না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদ ভমজখি। মদু তাবদা শ্রীভগবান অ'দো লংলবা মাইথোং অদুবু ৱাহুনা উম্বা থাজগুম ইমক মকশিনখি! "ইনেমত্তোন নং ঐনা তৌৱুবা পুম্নমক অৱেম্বা তাৱে, হন্দকী কুৱুগী লান অসিদি অর্জ্জু্নতনা আশানি মাবু লৈত্ৰবদি মঙ্গলগী আশা উত্ৰে" হায়না লেঞ্জখি। অদুগী মতুংদা কুন্তীনা মমিন্তগী মপি চত্ৰম চত্ৰম

শিন্থরদুনা হায়রজখি, “পুম্নমক ইবুংঙোদা শিন্নজরে, শাল্লগী মুপীজা শ্রী-ক্তনসু মীকোক মরিগী মথরাগ কনজরবনি, ইবুংঙোনা ননাই অমত্তুংগী মথরাই কনবিবা ভক্তীপ্রবদি ভগতবসল হায়বা ময় ফম অদো নশানা মুংথংপিরবা হায়বত্তুনি।”

মনেম কুন্তীগী রাতৈ অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়কম থংদনা তৌনিংঙাই লৈতনা তুমিন্ন নুংঙাইতবগা লোইননা লৈরে। অয়ুক অসিদা দুর্য্যোধনগী দরবারদা চংননগী শেম শারে। ভগবান অদো দরবার য়ৌরে, লান থোক্তনবা রাকম খংযাম্রুম হায়দুনা পাণ্ডবকী ফংকম থোকপা লৈপাক, লন-থুম অমত্তা পিথক্তুনা মচিন মনাও নখোয় কাইনদবনা খুঙ্গাংগী হেক্ক ফবা অমদি ধর্ম্ম থোকপা থবকনি হায়না অদুগুম্বা সভ্যনা তিল্লবা কুরুগী সভা অদুদা হন্না হন্না হায়খি, কুরুগী অহল-লম্মন শংনসু রাকম অসিবু ধর্ম্মগী রাকমনি হায়না দুর্যোধনদা বয়া হায়খি, অদুবু অরাবদি শ্রীকৃষ্ণনা অহল-লম্মনশিংনা হায়রিবা রাকমশিং অসি দুর্য্যোধননা কন্নিমত্তা য়াখিদ্রে। চুম্না য়াদবদা নত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু লমহেল্লবা, পাণ্ডবনা থারকপা মাদনা তোরিবা পুম্নমক অসি থোকহনবনি পুনহুনা কৈশুম শংদা বন্দি থম্মু হায়না চণ্ডাল লিশিং অরেং থাজিল্লকখি।

অদুগুম্বা চণ্ডালশিং অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা কবি তৌজবা হুমখিদে, অম্মুম্না শাত্তাইনবা রাদত্তুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদো বিরাট লৈপাক তান্না হনখিত্তুনা লানগী থৌরাং তৌত্তুনা পাক চাওরবা

কুরুক্ষেত্রদা চামা মঙা অকন্নবা লান শোক্লখি। অদুগুম্বা লাল্লাও অত্থু নুমিৎ তরানিপাম্নি চুপ্পা শোক্লখি।

লানফম অসিদা কল্লবা মথোনা লৈরবা কর্ণ অসি পোক-মিন্নবা মনাও অর্জ্জুনগী মথুন্তা মথরাই থাখি। অসিগুম্বা কর্ণ অসিদি মতম অদুগী যুগতা মহাকমুক মতিক চাবা নিপাদি লৈতবনি। মহাক্লা হন্দক খাংদিজক্লা মাংখিবসিগী মরম য়াম্না চাওনা লৈখি। মহাক্লা অর্জ্জুনগা য়েক্নবমল্লবদি মাবু থাংগিনবা ভারত ভুমিদা কনাগীসু মতিক নত্তে। মানা অর্জ্জুনগী মথুন্তা শিখি হায়না হায়জবতনি, মাবু শিননবা শিনখিবা মীশক্তি মঙা-খানি। অহানবদা গুরু প্রশুরাম্না কর্ণগী খুবীবু দক্ষিণাগী মশক ওইনা ককতুনা লৌথোকখি, অনিশুবদা ব্রাহ্মণগী শাপ্না মহাক্কী অন্তিমগী লানফমদা দোলাই চাকাবু পৃথী মানা ফাজিনহনখি। অহুমশুবদা অপোকপী মমা মক্না হেন্না মপাঙ্গল শোন্থনবা য়েৎকী খুদোম্বী লৌথোকখি।

মরিশুবা ইন্দ্রবাজ শোয়ারেন্না কর্ণগী পোকপদগী য়াওরল্লবা বজ্র চংবা ওমল্লবা ফুরিৎ লুহুপ নৌনম তোত্থনা নিত্থনা লৌ-থোকখি। মঙাশুবদা অর্জ্জুন মশামকনি। মতৌ অসুম্না অসিগুম্বা কল্লবা বৈকর্ত্তন অনি হন্দক্কী মহাভারতকী লাল্লাও অসিদা শিখিবনি।

লানফম অসিদা মচা মশেল থংনদবদগী হাৎনজুনা মথরাই

থাখিবা অস্লিদা মমা ওইরবী সতী কুন্তীগী থম্মোই অহু য়োনা কাহৎখি।

---

(৮)

লান লোইরদুনা পাণ্ডব মচামক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা লোইননা মরৈবাক্তা হল্লক্লে, লানফমদা শিখিবা পুন্নমক্কী তর্পণ তৌগদবগী জাহ্নবী খোংবান্দা সুহৃদ পুন্নমক্তা লোইননা যুধিষ্ঠীরনা মনাও মরিগা লাক্লে, শ্রীগোবিন্দসু য়াওরী, ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ, গান্ধারী, কুন্তী, দ্রৌপদী, উত্তরানচিংবী নুপী কয়াসু কপ্পা কপ্পা মফম অহুদা থুংলরে। পুন্নমক অদো জাহ্নবীদা ওম্না স্নান তৌরে; ধৌম্যা পুরোহিতনা মন্ত্র থিরে ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠীরনা পুন্নমক্কী তর্পণ কৎপা হৌরক্লে, দুর্য্যোধনচিংবা মচিন মনাও চামাগী তর্পণ তৌবা লোইরে, অমমম ওইনা নিংথৌ, নিংথৌরেল যুবরাজনচিংবা লান্দা শিখিবা পুন্নমক্কী তর্পণ কৎপা লোইরে।

নিংথৌরেল যুধিষ্ঠীরনা তর্পণ কৎপা লোইরবা মতুংদা লোইশিন্দুনা তর্পণ সাঙ্গী থোরাং তৌরকলে, মতম অহুদা মহাসতী কুন্তীদি থম্মোই কাইবা হৌরকলে, মাদি ঙসাইমখৈ তর্পণ কৎপা অহু মুন্না তাহুনা লৈরম্মী। নুংশিজরবা মচা কর্ণগী তর্পণবু যুধিষ্ঠীরনা তৌরকপ্রা হায়না! তর্পণ তৌরক্তে, কুন্তীগী থম্মোই অদো হেন্না কাইখ্রে।

কুন্তী দেবীনা মণ্ডল মণ্ডল খল্লুই, খস্মোইদা ওমথুনা অস্থুক কুইনা থম্লুরবা য়াফম অসিদু মৈতোন্না য়াখৈগ্রবা অদিদা কোং দোক্তনা লৈবক্ত ওয়্রক্তে, কাইরবা খস্মোই অঙু মচেং মচেং তারকলে। অস্থুক কুইনা খাংলক্লবনি, ওসিদ অসুম খাংতুনা লৈবা ওয়্রক্তুনা যুধিষ্ঠীর মুন্না য়েংলগা কপ্লা হায়রকই, "ইমাগী সুংশিরবা যুধিষ্ঠীর নংনা তর্পণ কৎলিবসি মীকোক অমত্তা চিথদনা কৎলে৺না ?"

"ইমা থোইদোকপা চিথক্রমাল্লে" হায়না খুমজে যুধিষ্ঠীরনা !

"মুন্না খনখো ইমাগী যুধিষ্ঠীর ! নংনা কৎলিবা তর্পণ অসিকক কনাগুম্বা চিথবা মীথোক অমা য়াওরমখিগনি হায়না ইমানা চিংনরি।"

"থোইদোকপা চিথদ্রে ইমা" হায়না হন্দকসু ধর্ম্মগী মচা অদুনা খুমজে।

বুন্তনা ঈঙ্গত্তনা খংবা মওম্লক্তবা অদুদা তত্তনা শিন্থরবা পিরাংগা লোইনন। মচা যুধিষ্ঠীর য়েংলদুনা হায়রকই ! "ভারতকী লানফমদা অকনবা লান্বা তৌখিবা, পৃথ্বীবীদা মমিং নাইখিব দানবীব দাতা কর্ণগী তর্পণবু তৌখিবা তাদেনা ইমাদি"।

"অদুগুম্বা সুত মচা অদুগী তর্পণদি তৌরমোই হায়না নচানা তৌদ্রবনিনে ইমা ! মহাক্কনি পাণ্ডবকী য়ানবা শিনখিবা, মহাক্কনা পাপকী দুর্য্যোধনগী মীচংদা লেপ্তুনা পাপপী থবক্তা হালেংদনা তৌখিবনি অদুগুম্বা পাপী অদুগী তর্পণ অদু নচানা তৌজনিংদ্রেনে ইমা !"

কয়াদা নাপ্পবা অমদি থম্মোই শোকপ্পবা রাহৈনো ! ময়াম্বনি খংজদবনা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠীর অহুনা রা অসি হায়খ্রিবনি, নত্রবদবু অদুগুম্বা ধীরপুরুষ অহুনা অসিগুম্বা রাসি হায়গনা ?

মতম অদুদা কুন্তীগী থম্মোই নিকপা হৌরকলে ; মচাবু চিংনা য়েংলগা কপ্লদুনা হায়রকই ! "ইমাগী ইবুংঙো যুধিষ্ঠীর ! অদুগুম্বা মহারথী কর্ণ অদো ইমানা পোকচবা নয়াম্বা অগখ্রিনে ! ইমানা মাবু য়োকচবা কংখিদ্রবা মরাইবক থিরবা হচানি । মতাক্তা অহানবদা নখোইবু মনাওনি খংখিদবনা নখোইগী মাংনবগী মশক ওইরবা থবকশিংসি তৌখিবনি অওইবমক্তি মতুম্মু মহক্না তৌগে হায়না তৌখিবা নত্তে, পাপী দুর্য্যোধনগী মচেং চাকবনা তৌখিবা থবক্তি ! ইমানা হাযরিবসিগী অনুমানদি হন্দক্তী লানফমদা কর্ণনা নখোইগী নফমদা করম্বা লমচৎ চৎখিবগে হায়বদু নিংশিংদুনা য়েংঙু" অসি হায়রগা কুন্তী দেবীনা কপচবা হৌরকলে ।

তারিবা রা অসি মং-হাগুম পাণ্ডবনা থোকখি । মতাগক্তা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লে, "করি হায়বা ইমা, কল্লবা মহারথী অদুবু ঐখোইগা পোকমিন্নবা ইয়াম্বা অহল ? অদুদি ইমা নংদি নচা হাৎপা গুম্বীনি ; নংগী থম্মোই অদুদি লুংনি, হন্দক ওইখ্রিবা অচৌবা লানফম অসিস্থু নগাক্না কোকহনবনি, পুম্নমক তোকখো মহারথী অদুবু ঐখোয়গী ইয়াম্বা করম্বা ওইখ্রিবনো মতু তাকশিয়ু !"

কুন্তীনা রারী পুম্নমক মথং মনাও নাইনা লীথবা হৌরকলে, কাইরবা থম্মোই অদুদা লোক্তুনা থনম্বা রাকম অদু মথং মথং

চিংথোকপা হৌরকলে। ঙসি মৈতান্না ৱাখৈথ্রবা মতম অসিদা, "অসিনা অসিনি অহুনা অহুনি" হায়না মমা ওইবী অহুনা কাংথোকপা হৌরকলে, অহুগা মমৈথং অহুদা খুৎলাই মণ্ডা নিথোক্লুবা, কর্ণগী খুদোম্বী ভীক্ষা তৌরুবা পুম্নমক লীরকলে অহুগা লোইনগা, চেৎনা লুনা থমজগ্রবা মচাগী খুদোম্বী অহু পুংথাক্তুনা মঙাগী মথুত্তা শিন্নরে, অহুদা নত্তুনা মহারথী অহুগী চুপথা-হৈ নৌজরিবা বৃষকেতুবু পাণ্ডবকী শোক্লবা থম্মোইদা কোল্লু হায়না সতী কুন্তীনা শিন্নরকলে। কয়াদা নৌনা নুংশিরবা শকফমনো, পাণ্ডবনা নোং খোংবগুম কপ্লতুনা অঙাং বৃষকেতুবু চেক্তেৎনা কোনজখি। শিন্নরকপা পিরাংনা অঙাং অহুবু পুমচোৎ চোংশল্লম্মী।

অহুগী তুংদা নিংঙমজ্রবা মঙামক্লা মমাগী চরণ কোল্লতুনা নুংশিক নুংদাম্না কপচখি। মখোইনা কর্ণগী লানফমশিং অহু মথং-মথং নিংশিংবা হৌজরকই। যুধিষ্ঠীরনা হায়রকই, "চুমলেনে ইমা! মহু ওইনি, অহুগুম্বা মহারথী অহুনা মাইয়োক্লবা লানফম অদুদা ঐগী ইশম পাইরবনি, কল্লগে হায়না মাগী থাং হায়গৎলবান, অহুগা মমিত্তুগী মপি শিন্নরদুনা চৎলোকো ইয়াম্বগী যুধিষ্ঠীর! ঙসি অসিগী পাণ্ড পুম্বা তুংদা খংলকনি"।

অসুম্না পাণ্ডব মঙামক্লা মা-মাগী লানফমদা কর্ণনা মখোইবু হাৎলগদোবদগী কনবিরম্বগী ৱাকমশিং অহু মমাগী মফমদা কপ্পা কপ্পা তমজরকলে।

পুম্নমক অর্তুদগী হেন্না থম্মোই শোকখিবদি অর্জ্জুননি ! মহাকতি বীরনি, বীর অতুনা কর্ণগী বীরতাপ অদু নিংথিনা থংবনি। মহাক্না মহারথী কর্ণনা লৈখিদবসিবু কল্লকখি।

অকনবতুনা মখোইগী ময়াম্বা ওইরবদি পৃথ্বী অসিদা মখোয় মচিন মনাওগী বীরতাপ অদু উংপা। ভগবানিকো হায়না কল্লকপনি। মাগী নিংভমদবা রাফম অমনা কর্ণগী অরোইবা লানফমদা মাগী দোলাই চাকাদি পৃথ্বীনা ফাগ্রবদা অকনবা কর্ণ অতুনা অর্জ্জুনবু য়েংতুনা হায়খিবা রাহৈ অদুনি !

"অখোইবা অর্জ্জুন। নংগী থোরবা তেনশিং অদু কাপ্পা ভহাক্তদি ইয়াম্বদা লেপখোবা, ইয়াম্বগী দোলাই চাকা পৃথ্বীনা ফাগ্রমাল্লে, ইয়াম্বা অমুক্ত শাংখিগে ইবুংঙো"। মতম অতুদা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা তেন কাপ্পা লেপহনখিদবা, হল্লা হল্লা অতুম্না সাওরবদগুম্বু মহাক্না ভগবানগী রাদগী ময়াম্বা অদুদা ক্ষমাপিখদবা অদু পুম্বা খল্লুরগা মহারথী অর্জ্জুনগী থম্মোইবু মচেৎ মচেৎ খোক্না কাইখি।

অর্জ্জুন, নোং খোংবগুম্ম কপশ্রে। মমাবু চিংনা য়েংলে, "ইমা ! হে অকনবা পোকপী ! মহারথী কর্ণবু নচা ওইনা কাংজবদি মপোক কয়ারক্কী পূণ্যননি ! অদুবু অপোকপী ! নংগী কর্ম্মগী মহৈনা মীনোক চাওরবা সমাজগী মমাংদা হরাওনা বুক্তাক্তা পমজবা ফংখিরেদকো, অতুগুম্বা মঙাল চাওরবা অকনবতুবু নংনা, নংগী থম্মোই কাচিন্দা চেৎনা জোত্তুনা থমখিবনা

ঙসি অর্জ্জুননা ময়াম্বা হাংলুবগী পাপকা লোইনববা নিংঙ্গমদবা মৈচাক অসিগী মৈরক্তা পুন্সি অসিমা চাক্তুনা লৈবা তাগ্রেদকো! হে ইমা! অহুগুম্বা অহুনা শিরমদাইদা হায়রম্মী,—"ইম্বাম্বগী ধনঞ্জয় নংনা নমা ইবেম্মবু লুনা তৌরকউাকা!"

মতৌ অম্বুম্বা মচিন-মনাও মঙামক্কা নোং খোংবঙুম কপ্পখি, মতম অহুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খেমজিনবিখি! যুধিষ্ঠীরনা তমুক হম্না ইরুজতুনা মুংশিজরবা ময়াম্বা মহারথী কর্ণগী পিণ্ডদান কহুনা তর্পণ তৌজখি।

ঙসি অসিগুম্বা মতমদা কুন্তীগী থম্মোইদা কয়া য়াম্না মচাগী মৈনা চাক্তুনা কারিগদগে হায়না চাং লেপ্লদা রাবনি! মতম অহুগী যুগতা কর্ণগুম্বা অকনবা অমনা খাংডু-থক্তা কেমখিবসি ভারতকী ওইনা ময়েং তাখিবনি। অসিগুম্বা তাবদা রারবা রাকম অসিগী মরুদি কুন্তীনি মরম অসিনা মহাক্কী থৌ অসিগী মরাল লৈরে হায়না লৌদবা ওয়্রোই। মগাক্কা অহুগুম্বা মমল য়াম্রবা মম্ব্রবু মতম চাদনা শিন্নখিবনা মমুং-মতম ওইদনা মপারী শাংখ্রিবা অসিসু মহাক্কী মরাম্নি! মসি খম্না চমুরাশিংনা মাংজোননা খন্নবা য়াবা রাকম খন্নকম অমদি নৈনহৌকম থোকই।

মুপী ওইবী হায়বসি সংসার অসিগী খুদাকম, হৌকম অমদি লোইকম ওইবীনি। মখোইনা খম্নুবা য়াবা রাকম কয়ামুক খম্নুব্রবদা মীওইবা সমাজ অসি কাইহুনা মাংননিংঙাইনি। মখোইদা ঋীদমকম কয়ানা লৈতেংনবা হোৎনবনা মখোইগী তঙাইফজবা

মখোনি। কুন্তীনা খজিক্তুং লোইখিবদা কয়াগী মতিক লাওনা হোরবা লৈক্রেক অমা চৎগ্রবা, অতুগা লোইনননা কনা-কনাগী থম্মোইদা মৈহুম চুখবা হায়বস্তু লীগ্রিবা রাবী আসদা ঐখোইনা উগ্রিবা অসিন।

---

তাং ১৫। ৪। ৬১ ইং

থাংজ্ঞ

## "শ্রীবৎস চিন্তা"

কাম্চিপুর বেসিক

ট্রেনিং ইনষ্টিটুট

### (১)

চিন্তা কৌবী মশক মতৌ ফজগ্রবী সতী অসি চিত্রসেন নিংথৌগী মচানুপী অচুম্বা রাযেল হৈরবা প্রাগদেশকী মবুংহো শ্রীবৎসগী মহাবাণীনি। শ্রীবৎসদি রতিপতিগুম শকহেনবা বৃহস্পতিগুম লৌশিং লৈবা মপাস্বামর্তগী পাঙ্গলনা সমদ্রুনা খাঙ্গমপাৎ ওইনা কোইরবা পৃথ্বী অসিমক শাসন তৌবন। মগাকী মফুম্রদা মকোক নোন্দবা নিংথৌ, মর্ত্ত্যভূ। অসিদা লৈতে, রাজসূয়, অশ্বমেধ যজ্ঞ চামা চামা তৌখিবনা মতুগী খুদমনি।

মহাক্কী দানদা লাইয়ৰবশিংনা লাইৰবা কোকনৈ, লায়ৰবদস্থ পিজহৈবা চংজৰৱবুস্থু চানবীহৈবা সিংথোয়্রেলনি ! ৰাণী চিঙ্তাস্থু অহু মঙাই সাধ্বীনি, সতীনি চন্দ্রায়ণ ব্রত চায়া চামা কংচবী মহাকনি।

অস্থুম্না লৈমা-নিংথৌ অনিনা নুংঙাইনা মতম কুইনা লৈপাক ঙাক্কুনা পাল্লকপদা নোংদম্না অনি অসিবু চাংয়েং অমগীনমক অৰাবগী তে বৈ অমদা থাদবিগদৌরি।

নোংদোন লাইবৈপুংদা শনি লক্ষ্মী অনিনা মৰম্নাইগী ৰাফম অমগমদা থংনবে। ৰাফম অহু য়াম্না লাইশ্রবা ৰফমনি, মখোই অনি অচাওবম তায়বদগী খংনবনি। লক্ষ্মীনা হায়খি "ঐদি জগৎ অ সগী য়াইফবা পিনবীনি, ঐ নত্তুনা কনানা হয়াও নুংঙাইনা পানবা ঙমগনি। মরম অসিনা মরোল অহুমগী জীবনা ঐবু আর্চ্চনা তৌনৱিবনি ; লক্ষ্মী ঐনা মাই লৈথোক্লবা জীবনা মপুন্সি অহুনা লাইর চুথংনহুনা লৈৰগদবনি"। ৰাফম অসিদা শনিনা খম থেংনা শাওরহুনা অস্থুম্না হায়খি।

"ঐদি গ্রহরাজনি ঐগী অশাওম্না মিৎয়েং অমদা বিষ্ণু ফাওবা ফুং ওইহুনা থাংখিবনি ; ঐগী ইগুণ অসিমক্তুনা জগৎনা ইমিংদা তাবদা কিবনা থক-থক নিক্লৱিবনি। অসিগুম্বা ঐগুৰদগী, নুপী নংনা খোইনা নগুণ লৈৰংগনি হায়ৰসি ওইথোক্রকনি"

* নোংম-নোংমগী চাক চখোম অমমম তাৰনা চাহুনা থাদি থুমিংতা চৰা হেনবা। অহুদগী চখোম অমমম হেন্দুনা পুণিমাদা চাহুক ফাবা ব্রত অহুনি।

অমুম্মা অনিমক অচুনা হন্নবা লৈতনা খৎনখি, মমৈথং অদুদা মর্ত্যগী নিংথৌরেল ন্যায়যুক্ত শ্রীবৎসগী মকমদা অচুম্বা বিচার তৌহল্লুবসি হায়না লেপ্পখি।

থিম্মনা অনি অদু শ্রীবৎসগী কোন্নুং তম্মা স্বর্গদগী হায়-থরকই। শ্রীবৎসগী স্নান দানগী মতম্মক ওইরম্মী। অনিমক্কা হাথু-হাথুনা লেংলকপা উবদা শ্রীবৎসনা ইণ্ডক-ণ্ডকখি অনিদুগী খুয়াখাদা য়াম্না নোল্লুক্কা খুরুমজবগা লোইননা লেংলকপগী ৱারম অদু হংজখি। শনিনা লক্ষ্মীগা খৎনরকপগী ৱারী অদু লিখি, খৎনবসিগী বিচার চুম্না তৌ হায়না শ্রীবৎসদা হায়খি।

হন্দকী ৱাফম অসি শ্রীবৎসগী কোকথক্তা ব্রজ তাবা ৱাকমনি। তৌরোই করম্না হায়গনি,—নিংথৌনা অচুম্বা বিচার তৌকম থোকই, অদুদা অকি-অথং মিচং মীখাই নাইদনা তৌ-গদবনি। কিন্তুনা বিচার অদু তৌরোই হায়না চেল্লবদি মহাক নিংথৌ নত্তে, কাপুরুষনি। করম তৌগনি, ঙসি পাংদবা অমা ওইদুনা নিংথৌগী মথৌ থাদুনা অচুম্বা বিচার তৌরোই হায়না চেনবদা পাক্লবা সংসার অসিদা মাই লোৎফম লৈতে। মগুণ লৈরবা মতিক চাওরবা শনি লক্ষ্মীনি! কনাবু চাওবা হেল্লি হায়না শ্রীবৎসনা হায়গনি; অদুবু অহেন-হেন্দগী য়াম্না ন্যায়যুক্ত ওইবা বিচার অমা তৌদবা য়াদে হায়না মথক্তা নল্লরবনি, শুকশোই শোইদনা তৌগদবনি।

শ্রীবৎসনা মখুৎ লোম্নরদুনা অনিমক্তা হায়জখি; "হে দেব!

হে ইমা লক্ষমী ! ননাইবু বিচার তৌজো মতাকপিরবদ্রি, ভসি অসিদদি তৌজররোই। হয়েং অয়ুক্কী দরবারদা ননাইনা ইমা লক্ষমী অমদি শানিঠাকুরগী বিচার অসি কচ্চগে।"

"ফরে" হায়না অনিমক্না শ্রীবৎসদগী বিদায় লৌরক্তুনা চৎনখ্রে। অসোমদা শ্রীবৎসনা স্নান-দান লোইরগা মাইথোংদি মক্ল। সাধ্ববী চিন্তাগী মনাক তমখিরম্মী ; অদুগা থোক্লিবা থৌদোক অপুম্বা মথংশিংনা তমজখি। রা অসি তাবদা মপুবোইবগীদমক চাৎহেনবী চিন্তা সতী থম্মোই নিকখি, চিনবান থক-খা কংখি, নৌজরবী থম্বালগুম্বী মাইথোংবু য়াক্লবা কাংলেন নুংশানা য়ৈবদা খুইরুম চল্লবা মল্লিকাগুম মকশিনখি। নিংথিরবী মিৎলু অনিদা পিবাং ইনোৎ হৌজখি। অদুগা মথুৎ অনি লোম্নরক্তুনা মেংজবা তপ্তকপা মপাওনা মবুঙোগী মফমদা হায়জখি।

"প্রভো। হে নাথ ! লাইশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা দেবতা অমত্তুনা ধর্ম্মবিচাব তৌবিনবা লৈত্রবরা ? ইন্দ্ররাজ মশামক ; ধর্ম্মরাজ যম, বরুণ দেবতামক হুন্দোক্লমত্তুনা করিগী মীওইবদা লাইগী বিচারবু তৌ হায়না লাকলিবা ! হে স্বামিন ননাইদি থংজল্লে, হন্দক্কী অসি মঙ্গলনি হায়না ননাই নুপীনা লৌজবা ওমজল্লে ! মর্ত্ত্যভূম অসিদা ধর্ম্ম থংবা বিচার হৈবা নিংথৌশিং ফনা লৈরি, মখোই অদুবু হুন্দোক্লগা মহারাজবুদা তন্নকপদি করম্বা পরীক্ষা-নো থংজল্লে ; অদুবু থৌ অসিদগী নাম্বোকপদি নিংথৌরেলশিংগীদি

নত্তবনিনা করম্ব। বিচার মতৌদা অনিমক্কা পেনবা থোকহনবি-গদৌরিবনো ?"

অস্নম্মা ঙালুরগা অরাবনা চাক্লবী সাধবী চিন্তানা থম্মাল্ল রনা মাল্লবী মিৎলুদগী মপী অব অব শিন্তনা ফজরবী তাংথক নাইত্রবী চাইরুং অনি অত্তবু পুমচোৎ চোংতনখি। অমুক্তসু অর। মুংনাংবা খংজরক্তবী নিংথৌগী মচ নুপী অদো খোঞ্জেল থোকনা কপচখি, মত্তবু উরগা খীরপুরুষ শ্রীবৎসদো রাদবা ঙমখিদে।

চনিং তাত্রবা শোর অমা শ্রীবৎসনা হোল্লগা চিন্তা যেংনা হায়খি, "দেবী রাকম অসি তরাইবা নত্তে। বিচার হায়বসি অমনা মাইথিবা অমনা মাংপাকপদি শোয়দবনি। অত্তবু য়েংউ চিন্তা! বিচারনা মাইপাকপা অত্তনা চিং-চিং মনোকপা, মাই-থিবত্তনা কপ্পদি শোইদবনি। অত্তবু ঐনা ঙসি বিচাব তৌগ-দৌরিবা রাপা অনি অসিদি তৌবা ঙম্নবা দেবতাশিংগী মরক্তা অথোইবা দেবতা অনিনি। অনি অসিবু ঙসিগী জগৎ অসিদা ন্যায় হৈরবা মী, লাই কনা অমত্তনা অসিনা তেল্লি অসিনা রাংলি হায়না হায়বা ঙম্নদ্রি, অত্তবু অহেন-হেন্দা হায়বসি লৈক্ষন থোকই হায়না লৌত্তনা অনি অসিবু অমনা তেল্ল হায়না হেক হায়কবদা অমনা ইথক্তা মাগী অশাওবগী মৈ অত্ত হৈথগদৌরিবনি। মত্তদা মং-ঐনা য়ৈথাইদনা লৈগনি হায়বসি খাজবা ঙমদ্রে। অত্তবু চিন্তা! ঙসি শ্রীবৎসনা রাম্মা পেল্লবদি মতিক চারবা রাপা অনিগী বিচার তৌজবা ফংজবা অসিনি, ঐ, নিংথৌনি"।

অসুম্না হায়রগা নিংথৌরেল অত্থনা দরবার তম্না থোকপ্রে। শ্রীবৎস নিংথৌ গুণ তরুকমক রাত্তবা নিপানি, হায়বদি রা ভাংবদা ইচং থোবা, রাচাংবা হৈবা, পাইরকী শিংবা, কাউগন্দবা, রাজনিতি খংবা, রাচৈ রাতাদা কবি ওইবা অসিনি। অত্থগা নাস্তিক ওইবা, ওইদবা ভাংগনবা, শাওগনবা, কাওশিন্নগনবা, কোধগনবা, জ্ঞানী শিংগা তিন্ন নিংদবা, তনবা, হরাও তয়াম্বা, চৌবন, জগোই শাবীতগা মতম মরেনবা, নামতা খনবা, মাংনবা হৈবা মীদগা রাতান্নবা, অথুবা রাবেপ য়েথোক্নবা, মন্ত্রীশিংনা পীবা মন্ত্রণাদা মশাগী থন্তবা ভমদবা, থবকতা য়েখাইবা তৌদনবা মঙ্গলাচরণ তৌদবা, হাযরবা পুম্বদা রাখল ইতৌ-তৌদনা ফুক-ফুক হৌগৎকনবা নিংথৌ অত্থসু নত্তে। লৈবাক রায়েন্দা হৈবা অত্থকী মতিক মথৌনা মপাঙ্গলস্থ লৈবা নিংথৌনি। শাস্ত্র হৈবা মপা মপু অচৌবা শাগৈদা পোকপা কল্লক মিহৌবা লৈত্রবা মন্ত্রিশিং অমদি পুকচেল চাওরবা বেদ হৈবা বত-শিংনা লৈতেংলবা দরবার লৈরি, দরবার অত্থদা থোক্লগা রাফম অত্থবু চেকশিন্না তান্নখি। অত্থগী মতুংদা সনাগী সিংহাসন, লুপাগী সিংহাসন, সিংহাসন অনি খুৎহৈবা চামা-চামনা হয়েংগী বিচারগীদমক শাহনখি।

অয়ুক অত্থদা দরবার চাওনা তিল্লে, প্রজাশিংনা ক্রক ক্রক ইরপ্রে, ব্রাহ্মণ,যাজক জটিলশিংসু ফম্ফম চানা চানা ফম্নপ্রে, ময়াই অত্থদা লুমিৎকুম মডান নাইনা ফিং-লেম্না মণি মানিক্যনা থান্নবা থাক চাম মাথে রাংলবা সনাগী সিংহাসন মথক্তা নিংথৌরেল শ্রীবৎসমু লেংথোক্লে। সিংহাসনগী য়েৎ থংবা মাইকৈদা সনাগী

সিংহাসন, অদুগা ওই থংবা মাইকৈদা লুপাগী সিংহাসন অনি অদু থারে। অমুম তৌদুনা লৈবাক মীয়ামগা লোইননা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা শনি ক্ষমমী অনিমকপু ওাইদুনা লৈখি।

মতম চানা শনি ক্ষমমী থুংলরে সভাসদকা লোইননা শ্রীবৎস নিংথৌনা ওগুপ তরাং তৌগত্তুনা অনিমকপু স্তুতি তৌজখি বেদযজ্ঞ ব্রাহ্মণশিংনা স্তবগান তৌদুনা অনিগী অর্চনা কৎখি। অদুগী তুংদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা অনিমকপু অভিনন্দন তৌজবগা লোইননা অর্ঘ কৎচখি। অদুগী তুংদা য়াম্না হরাওবগা লোইননা 'শনি-লক্ষমী অনিনা য়েৎথংবদা থারিবা সনাগী সিংহাসনদা। লক্ষ্মী, ওই-থংবদা থারিবা লুপাগী সিংহাসনদা শনিঠাকুরনা লেংশিনখি। ও'সগী সভা অসি লক্ষ্মী শনিনা ওাম্ভোইবিবা অসিদা সভাগী লময়ৌনা কজবা ওইখি।

সভা অদু ওাহাক ভুমিম্না ইচিক-চিকখি, অদুম্নদি ওইরবদা করি থোক্লগদগে হায়না মিপাইনখি; ওসি তৌগদোরিবা বিচার অ'সদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসদা অমগী অশাওবগী মৈ হৈর-রগনি হায়না কিনখি। সুমিৎ-থাগুম মঙাল চাওরবা অনিনা সনা-লুপাগী সিংহাসন অনি অদুদা ওাম্ভোইদুনা সভা অদুবুদি ইওান ওাম্না কজরেদি হায়ববু সভা অদুগী সভ্যাশিংগী থম্মোইবুদি মীপাইবগী লৌচিম্না ইমম মমখি। অম্নম্না ওহাক চিক্লবগী মতুংদা মোমোন দোক্লা সুমিৎকী মচা শনিনা শ্রীবৎসদা চিংনা য়েংলদুনা হায়খি।

"ধর্ম্ম বিচার হৈরবা নিংথৌরেল, নংগী ধর্ম্ম বিচার হৌরো, হায়য়ু নমাংদা ফমলিবা ঐখোই অনিগী মরক্তা কনানা মগুণ

চাওবা ? চ্যক শিল্লু নিংথৌরেল, নংগী রায়েলজে অত্তু চুম্না পাইয়, নংগী হোত্রবা বিচায় অত্তুনা ঙসি সভাসদ্ অমদি ঐখোইগী থম্মোইবু পেংহল্লু ; নত্রবদি ঃশাগী মিংচৎতা বাগী তৈগনি।"

নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা মোমোন নোক্তুনা মখুৎ অনিদি লোম্নজরতুনা শনিঠাকুরগী মফমদা য়াম্না নোল্লু কপগা লোইননা হঙংচনকই, "দেব ! ঙসি তোল্লবা শ্রীবৎসগী মহামঙ্গলনি। ন্যায়যুক্ত ওইববা অচুম্বা অমদি ধর্ম্ম বিচার অত্তুদি, ননাইগী ইমাংদা শনি-লক্ষ্মী কৌবা দেবতা অনিমক্তা নশানা অত্তুম মত্তৌবিররে, কনানা কনাদগী গুণ হেনবগে হায়বত্তু অনিমক্তা অত্তুম শাক্ষী তৌবররে"। রাকম অসিদা শনিঠাকুরনা শ্রীবৎসদা শংত্রিক য়েংখি, অত্তুগা য়াক্লবা লুম্নবা খোল্লেম্না নোংখোংবগুম্না ঙত্তুনা হায়খি ; "মত্তুগী অর্থদি" ? "মত্তুগী অর্থদ ননাইনা হঙচন্দ্রবস্তু হেনবু খংবিরগনি নিংজৈ ; সনাগা লুপাগা, সনানা ! য়েংকা ওইগা, য়েৎনা লুপাদগী সনানা অথোইবনি হায়না হৌজিক্কী জগৎ অসিনা শিংথানরি দেব !"

রাকম অসিদা মত্তাল চাওরবা শনি দেবগী মাইথোং অদো পুম্মক মকশিনখি, অরা-মুংঙাইতবনা মাইথোং অদো পুম্মক মকশিনখি, অরা মুংঙাইতবনা কাক্কৎখি। ফমলিবত্তুদগী ফুক চৌগত্তুনা মফি ত্রং কম্না শাওরদুনা ঙংনা হায়খি।

"নিংথৌরেল ! নংগী আদিপুরুষশিংবু য়েংত্তুদা অমদি নশাগী সম্মান পুম্নমক ঙাক্লগা তৌরবা বিচারনিকো মদো ; মুংঙাইদা শ্রীবৎস ! নংনা ঙসি অহৈ-অশিং উত্তুনা নথক-খোংবা লাইশিংগী

মক্কমদফাওবা নঙ্গাংপা বিচার তৌরবা ! নিংথৌ ! মুম্না খল্লু ; ঐ অসি কনানো ? ঐ অসি মতিক মগুণ চাওরবা ভগবান বিষ্ণু মক্কা কিরবা নুমিৎকী মচা শনিনি ! ঐবু নংনা লক্করি, ঐগী ইগুণ খংল্লে। নাপন তৌরবা নিংথৌ ! নংবু ঐনা হৌজিকসু ভাকপিখিগনি, লক্ষ্মীবুদি শনিনা হেল্লি হায়না হৌজিকমক হায়য়ু!"

অচুম্বদা কৎলবা শ্রীবৎসনা খুমজংখ "ননাইনা লেপচবা বিচর নচদে দেব ! নশাংনা লেপচরবা বিচারনি ; ননাইনা ঙ্গিগী বিচার অসিদা বাদি বিবাদী অনিগী মফম অয়াম্বা সভাসদ্‌শিংগী মঙ্গাংদা লাওথোকচর্র, মতুদি ঃ— ইমা লক্ষ্মীনা নুমিৎকী মচা শনি দেবদগী অথোইবা লাইনা।"

শনিঠাকুরগী শওবগী পন থেংশ্রদুনা ঙংদুনা লাওখি ; "ওকল্লে তোকলো নংগী নাপন অদো, নাপন চাওরবা নিংথৌ ! নবেম্মা লক্ষ্মীনা নংবু কনবা ঙমস্রা ঞ্জেংসি।

মগুণ চাওরবী লক্ষ্মী অসে নংতনা স্বর্গ য়োনা থগিংচৌ, মঙুংদা নবেম্মনা নগীদমক কদাই কাওবা ফনবা তৌবিদুনা থবকনা চাওই চাওদে হায়বা তাক্লকপগে হায়বদু খংনগনি" হায়রম্নগা মফম অদুদগী উনা উনা মাংখে ।

মতুং অদুদা সভা অদু নুংনাংবা, অকিবনা থনখি, তিল্লিবা পত্র মন্ত্রি মুনি ঋষি জটিল পুন্নমক শনিদেবনা অখাবা মিৎয়েংনা য়েংলম্বা অদুদা কিবনা থক থক নিক্লখি। অওইবমক মফম অদু ঙাম্না ঙাম্না মমখিবা হায়বদুক ওইখি। নোংখাকপগুম লাওরম্বা

খোম্হাং অদু ইলোই লোইদনা সভাসদ অদুগী মরক্তা ওংহনা অদুম লৈখি। ন্যায়যুক্ত শ্রীবৎসনা শনিদেবগী অশাওবগী মৈয়িক অদুদা নিংঙাইবা লৈতনা চপ লেপ্পুনা লৈখি।

মোমোন নোঙ্গবী সিন্ধুকন্যা লক্ষ্মী দেবীনা শ্রীবৎসবু য়েংলগা মেংলবা থুগবা মপাওনা নুংশিনা মেল্লকই, "বৎস্য! নংবু ইমানা পেল্লে, নুংঙাই-য়াইফ পিনহৈবী মমানা নংগী রাজ্য অসিদা ঙসিদগী লেংদনা লৈরগনি করিগনতা রারুগনু" হায়রম্লগা সভা অদুদগী লেংখ্রে।

---

(২)

শনিঠাকুরনা শ্রীবৎসগী মথক্তা অশাওবা হেনগৎলকলে, মহাক অসি কদায় ফাওবা ন্যায়যুক্ত ওইবা নিপানো হায়বদুগী পরীক্ষা য়েংনিংলকলে। মহাক্কী লিচ্চৎ-শাজৎতা পাপ লৈতে, রাঙাং-শাঙাংদা হিংসা লৈতে, তোরকপা মথোৗদা জীবশিংনা পেন্দবা লৈত্রি; অদুনা ঙসি অসিগুম্বা ধীরপুরুষ শ্রীবৎসদা শনিঠাকুরনা কোক-হেক চোংশনবা হায়বসি অরাইবা নত্তে। শনিঠাকুরনা চোংশিন্নবা ঙাইহনা লৈখি। অদুবু মীওইবদি মী ওইরনি য়েংশিনগে হায়না য়েংশিল্লবদা মীওইবদা ছিজ্জ লৈতবা লৈতে হায়বদু খোকখ্রে।

নোংমা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা ইরুজগে হায়না চাইথ ফালদা লেংশিন্দুনা লৈখি। মতম অদুদা অমুবা তুইজাও অমনা কদোমদগী লাক্লুনা নিংথৌনা চাইথগদৌবা ঈশিং অদুবু থকক্রে। খ'দহুনা তুইনা থকক্রবা ঈশিং অদুনা শ্রীবৎস নিংথৌনা চাইথক্রে! অদুগুম্বা তৌহৈক্রবা খোরাং অদু খংহৌদবনা নিংথৌ শ্রীবৎসনা তৌরগা স্নান দানগী থবক তৌখি, ঈশ্বরগী আর্চনা লোইখি। মতুদা শনিঠাকুরগী চোংশিনফম ছিত্র ফংখি। দেবতা অদুনা হরাওনা খুবাক খুদুনা অমাংবগী মহাযজ্ঞ অমা শ্রীবৎসগী তৌ-বিরগে হায়না খন্দুনা শ্রীবৎসগী মশাদা চোংশিনখি। শনিদেবনা মশাদা চোংশিনগ্রবদা নিংথৌরেল শ্রীবৎস অদো মবুদ্ধি পুম্বা মাংখিরম্মী। তৌগদবা হীরম কয়া পা থোক্কদবা, থৌরম কয়া লোইথোক্কদবা লোইবা লৈখিদ্রে! অদুক শিংলবা নিংথৌ অদুবু প্রজাশিংনা "করিনো তৌরিবসে" হায়না ভাংনরকলে। রাজ্য অদুদা মঙ্গল লৈরক্লে, মফম পুম্নমক্তা অরা নুংঙাইতবগী পাওনা থল্লক্লে, মফম ইথং খংহৌদন। মৈ হৌদুনা খুঙ্গং কয়া তাঙ্গোই তাগ্রে, নোং ইমং মংদনা বজ্র তাদুনা মী কয়া মথরাই মাংনরে; ঈগী নোং চুরে, নুংথিল পোবোপ্তা অমুবা মকুনা লাক্না-লাক্না খোংদুনা মীওইবশিংদা মীপাইবা পিরকলে, ইথং খংহৌদনা ইনা-নাদনা শগোল, শামু দোম্ দোম্ তুদুনা শিনরে। দেব মন্দিরগী মুর্তিশিংনা খোঞ্জেল নোক্লুনা উপদ্রব তৌরে; অদুগা লোইননা মন্দিরশিং অদু নিংথাইখি।

ফুরা দলালশিংনা নিংথাইদুনা মীপাইবা পোকহনখি; লৈপাক

অদুদা নোং তাখিল্লে মহৈ, মরোং চুমখিল্লে. পুকচৎ-ঈ ফাইনা প্রজা কয়াগী মথাই মাংনরে। মাইকৈ খুদি'দা অরাবা অকিবনা চরাওনা শাল্লখি। থোইদোক হেন্দোক্লা কিনিংঙাই ওইবা রাকম্লা নুপা ওইবশিংনা মহাক্তো নুপাশিংবু নুংশিল্লে' নুপী ওইবীশিংনা মখোইগী নুপাশিংবু নিংনরক্লে।

অসিগুম্বা শ্রীবৎসগী রাজ্যদা মীহাৎ-মীপুন মশীং হেন-গৎনরক্লনা অদুগুম্বা সমাজ অদুমক ইংনা পানবা য়ারক্লে। হৌজিক করম তৌগনি; শ্রীবৎস নিংথৌনা রাজ্য অসি ঙাক্লনা রাজ্যদা শান্তি রক্ষা তৌবা ঙমগনি হায়বা থাজরক্লে।

প্রজা কাংলুপ কাংলুপ হৌদুনা লাক্লরে, "নিংথৌরেল শ্রীবৎস অরাবসিদগী কনবিয়ু" হায়না রাকংলরে। "চানবা লৈত্রে চানবা পীবিয়ু" হায়না নিল্লরে. অরাবদি নিংথৌগী পুকৈ লঙ্গে পুক্নিং শনিদেবগী দৃষ্টীদা ঙম্না তুমগ্রে করি পিনিংঙাই লৈখিত্রে। প্রজাশিং অদুনা চাদবনা মকম মকমদা তুদুনা শিল্লরক্লে, লাংজা লমহুইশিংনা অশিবা মশাশিং অদু শেং-শেত্তুনা চানরক্লে। মসিগীদমক নুংনাংলবা নিংথৌ শ্রীবৎসনা অহিং অহুম চুপ্পা কপ্পা কপ্পা প্রজাশিংগী য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা চত্তুনা লোল্লা য়েংখি।

শ্রীবৎসকী মাংননবগী শনিদেবনা তৌরকলিবা মহাযজ্ঞ অসিদা শ্রীবৎসবু আহুতি পিরগে হৌবক্লবনি! মল্লম অসিনা শ্রীবৎসনা মাগী রাজ্য অসি থাদোক্লনা চৎত্তবা য়ারক্লে. লৈম নিংথৌ আনতু মতম খরসি কপ্পা কপ্পা মতম লেল্লকপনি, অদুবু খাংবা ঙম্লক্লে।

মতৌ অসুম্ন। শ'নগী য়াক্লবা মিৎয়েংদা খাংবা ঙমজবা শ্রীবৎসনা মহারাণী চিন্তা য়েংলদুনা মুংশিনা হায়রকই, "রাণী চিন্তা রাকুগনু তৌরিবা পুম্নমক হরি মাগী থৌশিন্নি. নংন ঐনা কন্নিতৌগনি, সনা-লুপা, হীরা থোইনদি মঙোম চাওরোইদবা পোত্তাশিং অদু য়োমশিন্নু মতুদা ফিমনশিংনা য়োমশিল্লু। হে রাণী অ সমগা তাও, শ'ণ দবগী অশাওবা মিৎয়েংদা ঐগী রাজ্য অসি তা ঙ্গাই তা:থ্রদো, মরম অসিনা মতম খরদং ঐংাক্তি রাজ্য অ'স থারগা থোকঅবা মফম যেংদুনা চংথ্রগে। নহাক্না নপাবুংগী কোনু'দা লৈরুবনা ফগত্রা হায়না খল্লি, শনিগী দশা অসি লোইরবদা নগা ঐগা অমুক হন্না তিন্নশি।"

ঙসি অরাবদা তাবক্লবা মতমদা নিংথৌবেল শ্রীবৎসনা চিন্তা মহারানীদা হায়রকলিবা রাফম অ'স কয়াদা খম্মোই কায়ববা রাফম্নো ?

মহারাণী চিন্তাগী থম্মোই পুবা ঙল্লক্লে, মপা মতুম মতুম শিন্থুরকলে, মতেক ওইবা রাইেনা তিক্লা হিক্লা হায়রকই।

"ইবুংঙো অদুগুম্ব নপাওনা ননাই নুপীদা ব'রগী তাকপি-রিবনো ? ননাই নুপীদি নুংঙাইরিবৈ রাজভোগনা নপান ফবিবৈগী মতম অদুতবু মীতাজদুনা থোগল লৌজরবা নত্তে। নংগী মক্লবা প্রেম অদুনা ননাই ওইবা ঐনা পুন্সি লেঞ্জগে লৌজবনি। নুপী ওইবীন। মপুরোইববু হন্দোক্লনা স্বর্গদা চংলবস্নু করি নুংঙাই নংঙাই লৈবা ? হে স্বামীন ! ননাইদা রাফম অদু তাকপিগনু ! কদো-ঙৈদসু পাবুং নিংথৌ চিত্রসেনগী কোন্নুংদা চংসিংদে, রারক্লবা

মতম ওইদুনসু নংগী কিজি পাইদুনা চৎচরবদি অরাবা পুন্সা কোককনি! নুপা, নুপী পুন্নগা য়ুম্বানবা কৌই, ইবুংঙো নংগা লোইনরবদা ননাই নুপীনা কারি রাফম লৈবগে ?

রাণীগী রা অসিদা নিংথৌ শ্রীবৎসনা থম্মোই শোক্না রাজখি, চিন্তাগা লোইননা দেশ রাংমা লান্না চৎখ্রগে হায়না চপ য়ুংখ্রে। মতিক মগুণ চাওরবা মতিক মঙান ফরম্বা নিংথৌরেল শ্রীবৎসদো ঙসিদি তোল্লবা কনা লৈজদ্রবা ওইরদুনা রাণী চিন্তাগা লোইননা অহিং-নোংয়াই চবুক্তা মচা মনাই কনা খংহন্দনা ম্না-লুপা, হীরা তম্ফা খরদং পুরদুনা কোনুংদগী মপাল থোকখ্রে।

মতম অদুমক্তদা লক্ষ্মী দেবীনা মমাংদা লেপ্লরে, নিংথৌ শ্রীবৎসবু শংত্রিক যেংলগা লক্ষ্মী দেবীনা পিরাংনা ঈনোৎ কাখি। নুংশিজবা রাইনা হায়রকই, "বৎস! ইমানা নতুংদা নমিগুম্মা ইনগনি; নপুক্লিংদা কবিমত্তা রারুগনু, মতম খরদং রাজ্য থাদুনা শনিদেবগী দশা লোইদ্রিফাওবা চৎলুখো, অদুগা কমুক হম্না নংগী রাজ্যদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লখো, ইমানা ঙসি অফবা পুংফম অসদা নংবু বিদায় পিরবনি।"

লৈম-নিংথৌ অনিনা লক্ষ্মী দেবীগী চরণ শোক্না খুরুমজখি, কনা লৈজদ্রবা ওইরদুনা অনি অদুনা ঙসি থাংগদৌরিবা খোংথাং অদু ফুকপা তৌখ্রে; লক্ষ্মীসু লেংখ্রে।

ইন্দ্রগী অমরাবতীগুম্ববা শ্রীবৎসগী কোনুংনি মতম অমদা মঙাল নাইরম্বা রাজধানীনি, ঙসি অসিদি ওম্লোকপা মতৌ ওইখ্রে।

ঙ্কুরা দলাঙলশিং অদু. উরুরগা অকিবা পোকখ্রে ইচিক চিকপ্রবা কোন্নুং অদুদা চীংজাওগুম্বা দলানশিং অদুনা চপ য়ুংজুনা লৈবদু উরগা তু-চুংবা পোকখ্রে। হৌরিবা উপালশিং অদুনা মশা মশেং ইহাই হাইদনা লৈবা অদু উরগা পুক্কিংদা অকিবা পোকখ্রে। মতম অমদা জয়ধ্বনিনা নিল্লম্বনি, দেবালয় খুদিংদা শরিক কংশিগী মখোল্লা নিল্লম্বা কোন্নু'নি।

গুসিদি মীচিক মীখোন তাব্রবা চিক্লবা চীঙ্গোন অমগুম ঙ্কুরা দলানশিংনা কোই শিল্লবা অন্তস্পুর অদুনা ওইখ্রে।

অসিগুম্বা কোন্নুং মনুং অসিদগী লৈম-নিংথৌ অনিমক্তুনা কপ্পা কপ্পা থোরকলে। অমুকস্তু হন্না কোন্নুংলোমদা য়েংশিন-খিবদা মপু পান্দ্রবা কোন্নুং অদুনা মাং অদুদা মমি ইশাম-শাম্না লৈরিবা মতৌ অদু য়েংলুরগা! লৈম-নিংথৌ অনিদো মমিত্তগী মপি শিন্থখি। মপোকলৈদগী শগোল শামু রথ দোলাইদা নত্তনা মখোংনা চৎচরক্তিব্রী চিন্তা দেবীনা অহিং অথেংবা অসিদা মখোংনা বন তম্না খোংশাল্লক্লে। নুংজেং নুংকুপ্পা থোংলবী খুয়া অদুদা য়ুবদা থোইনা হেন্না নাপ্রবী অদুনা মপুরোইবগী মতুংদা তপ্পা তপ্পা ইঙ্গুরক্লি।

অসুম্না অহিং অথেংবা অদুদা অনিমক্লা লাকপসি লাইমা লাপ্পা লাক্লে অদুবু অরাবদি লম্বা কোঙ্গাই অদুদা পাকচাওরবা তুরেল অমা লানবদা তারম্মে। তুরেল অদু পানা চাওরম্মী ঈথিল-ঈরৈ কল্লম্মী, তুরেলগী নাক·য়েৎ অনি অদুমক চাওর-চাওরবা উপাল-মাপালনা গুল্লা মমনা হৌখ্রি।

অশুক্কী মতিক শুকখ্রি। শুকখিবতুনা অমম্বা অতু মিৎ অসিমক কন্দোক্কদোইা লাম্নবা হীস্নু লৈতে, লান্দবস্নু য়ারোইদবা খোংকমনি, করম তৌনি হৌজিক।...লৈম-নিংথৌ অনিমক্তুনা লৈরাই অতুদা মংখোং-মখুৎ তিংথোক্তুনা খোঞ্জেল থোক্কা কপচগ্রে। ক'র উপায় তৌরগা পাক্কবা ঈপাক অসি লানবা ঙমগনি হায়না অনি অতুনা মুকুম মুক্কুম 'শোঞ্জখি।

অস্নুম্না অনিমক্কা ন্নুংনাংতুনা লৈবিডৈদা অবাপ্পদগী হী অমা হোল্লকপগী খোঞ্জেল তারম্মী। নৌ অতুনা হীবান্দা থেংবদা "ঘন-ঘম" চায়বা খোন্থোক অতুনা অনিগী নাকোংদা ন্নুংশিহল্লম্মী খৌরাংনা মশক উনিংলম্মী। খোঞ্জেলগী মতুং ইন্না শ্রীবৎস নিংথৌনা তথক-তথক্কা থেংখিরমই মিৎয়েং অতুগী মিৎমাংদা অকাইবা হী অমা নিপা অমনা হোল্লকপতু উখি। হী অতু অস্নুক্কী মতিক তপ্পা হোল্লকই, মতুদি ইরেং লেংদগুম্নবু উখি।

হী অতু উবদা নিংথৌনা অস্নুক্কী মতিক হরাওজখি, মতুদি ন্নুমিৎ নিনি চুপ্পা চাত্রবা জীবদা চানবা খরদং পিবদা হরাওবগুম্মী। খোঞ্জেল রাংনা ঙাইঙমদবা খোস্থোক্কা, "হী রানবা! হী-রানবা! মাইকৈ অশোমদা খৌরাংনা নংতবু ঐখোইনা ঙাইরি! ঐখোইবু খরা লাস্থোকপিরো লওে!" হীরানবা অতুনা হী অতু হোঞ্জিলক্তুনা লৈরাই অতুদা থুংলরে। লৈম-নিংথৌ অনিতুবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "নহাকপু কনানো থেংলবা অহিং অসিদা ন্নুপী পুতুনা কদায়দা চৎলিবনো অশেংবা পরিচয় পীয়ু?"

শ্রীবৎসনা খুমখি, "হে হীরানবা! নহাকপু শ্রীবৎস কৌবা নিংথৌ অহুবু মমিং তাব্রা? তাম্ববদি ঐহাক্তি. অসিনা ঐগী মহারাণী চিন্তানি! ঐগী মাংননবগী মতম্দা থুংলরহুনা নোংদম্বগী নোংদম্বা গুসি ঐখোই অনি বন তম্মা লাক্লবনিনে ভাই।"

রা অসি তাবদা হীরানবা অহুনা হায়খি, "ঐ, নিংথৌরেল নহাক্কী নমিং তাই, অহুদা ঐনা থোইনা ঙকপদি. নগুণ লৈরবা নিংথৌ নহাক্কা করম্বা অকাইবা লমচৎ অমদগী অম্মুক খুদোং হিরক্লিবনো? মতম চানা মফম নাইনা ধর্ম্ম অর্থ কামবু শিজিন-নরক্রা, অপাম্বনা ময়াই কাহুনা অচুম্বা রায়েল কাওরুরব্রা? সাম, দাম, দণ্ড, ভেদগী উপায়না নশাগী সম্মান ঙাক্না চত্লবরা?

হে আর্য্য নগশক্তি ন্যায় বিচার হৈবা রাজনীতি হৈবা নিংথৌনি হায়হুনা চংজরক্লবা অচুম্বা পাম্বা কনাদা করি চুমদবা বিচার তৌরুরে? অদুগা নংনা রাবক্লবা মতম অসিদা তাল বেতাল কৌবা নংগী মরুপ সিদ্ধ অনি অহুদি কদায়দা চৎখ্রে? নংগী নচেং-চারম্বা চাল্লরবা মন্ত্রিশিং অহুনা কৈদা চৎখ্রবগে?

মতম অদুদা শ্রীবৎসনা খুমখি, "ভাই! ঐনা করি ইবাল তৌখ্রবগে হায়হুদি ভগবান্না থ'বিগনি, ঐনা থংজবদি ঐ অচুম্বতবু পামজবনি হায়না থংজবনি, মতুংদসু অচুম্ববু অম্মুম্মক মুংশিজখিনি। তৌজিক ঐহাক অরাবদা তারে. ভাই মতম অসিদা মরুপ মপাং শাগে নাতে পুম্নমক মাংখ্রে। সংসারসি অসারনি। খুবাক খুনত্রী কনানা নিংথৌ কনাবা [illegible]! মায়াদা লুপ্পনি, ঐগী ঐগী"দা

হায়নরবনি, কনানা কনাগী নত্তে, কনানা ইপানো, কনানা ইমানো মসি শাত্রনা লাওডুনা লৈখিবনি। ঐখোই পুম্নমক মায়া তরংঙা তাওনা থবাই হিংলিবনি। ইশাবু ওাকচগে হায়রবদি ধর্ম্মবু ওাক্কনি, ইশাবু মাংহনগে খল্লগা কত্তবা ভোগনি। ঐনা পামজবদি মতম পুম্বদা থজ্জবিবদি ধর্ম্ম কাইদবনি। পুকচিং হকচাং য়াওনা ধর্ম্ম কাইজদবা অত্তুতবু পামজবনিনে হীরানবা।"

শ্রীবৎসগী রাকম অসিদা হীরানবা অত্তুনা মতক নোক্লত্তুনা তারম্মা অত্তুগী মত্তুংদা অমুকসু হায়রকই। "অত্তুবু অরাবদি নিংথৌরেল, ঐগী হী অসিদি য়াম্না কায়রবা হীনি। য়েংবিয়ুদো নাকন অসোমদা লৈখোম্না কনা নিংথিনা যৌরে, অত্তুমকপু খোং অনি অসিনা ঈশিং শিংপদি লৌপ্তিবা অসিনি। ঐনা থাজবদি মাসদা ঐখোই অত্তুম ভোংবদি য়াগনি, অত্তুগা অরুম্বা পোৎয়োম অত্তুমদি হাপ্পা ইয়া য়ারবোই! লান্দবা য়াদত্তুনা থম্নবদা, পোৎ-য়োমদমক লাল্লগা নখোইবু লানবা, নত্রগা নখোইবু লাম্লগা পোৎয়োম লানবা, অনিরকত্তি থোকপদা মতাম্রে, মসিদা করম্বনা হায়া লানসিগে?"

হীরানবগী রা অসিদা নিংথৌনা মুনা চিন্তা সতীগা থরখি, হায়রিবা রাকম অসিদা লৈনফম লৈতবনি। পুম্না লানবদি পাম্বনি অত্তুবু মতাং অত্তুদা শক্তি মরৈত্রে। মরম অসিদগী হীরানবা অত্তুদা থাজবা পুম্নমক থম্নত্তুনা পোৎয়োম অত্তু হীনুংদা থম্নগা "পোৎয়োম অসিনা হায়া লাম্থোকপিগ্নে।" হায়না হায়খি।

হীরানবনা ঙী হোনগ্রে, হীনা হোনখিবগা হীরম মতুং ইন্না তুরেল অদু কংগ্রে• উনা-উনা তুরেল অদু মাংগ্রে। শোংলবা নারক অদুনি ! উমং অদুনি ! তুরেল নত্তে মায়াগী তুরেপনি ! শনিনা শেম্বা মায়াগী তুরেলনি, হীরানবা অদো অতৈ অতৈ নত্তে শনিনি ! পুক্তরকপা স্না লুপাশিং অদো মানা মায়া তৌদুনা হুবি.গ্র হায়বা তশেংনা লৈম-নিংথৌ অনি অদুনা খংগ্রে। সুপীজা ওইবী রণী চিন্তানা থৌদৌ অদুদা মাংজরবী ওইবনা নোং-খোংব গুম কপচখি।

মক্ষম অদুদগী লাকপনা চিত্রধ্বজ কৌবা বনদা য়োরক্লে, বন অসি য়ৌবদা নোং ঙাল্লে, অরাম থেরাংবনা মশাদো চোক-থরে, রম্যস্থান অদু উবদা রাণীনা নিংথৌ য়েংদুনা হায়জখি, "ইবুঙো ! ননাই সুপীদি খোং-থাংবা ঙমশিল্লক্লে, ঙাইহাক্তদি মক্ষম অসিদা পোথাখিসি। রাণীগী অরাবদুদা নিংথৌনা থোইনা মুংঙাইখিদে। বন অদুগী ময়াইদা থোইনা নিংথিজরবা মরাক ময়ুং মান্নবা থম্বাল থরোনা থল্লবা ঈশিংনা খোইনা লুরবা পুখ্রি অমা লৈরম্মী।

পুখ্রি অদুদা নিংথিনা অনিমক ইরুজথোক্লে। অদুগী মতুংদা করি চানিংঙাইদি লৈতবনা বন অদুদা চানবা কোইনা থিগ্রে, ওল্হোকপনি থোইনা অরাবা রাকমদি চানবা করিমত্তা ফংখিদ্রে, মমৈথংদা রানা থিরবা তুংদা বোরোই অকংবা থরা ফংদুনা মদু ঈশিংগা ইরোইননা চাগ্রে।

বোরোই অকংবা থরা অসি চারবদা পাজল খজিক হাপ্লদুনা লৈম-নিংথৌ অনিমক্তুনা চীংজাও লমজাও কুয়া লামা লাকলে।

লম্বী কোঙ্গাই অহুদা বনগী ফজরবা দৃশ্য কয়া উবা ফংলকই। নেম-নেম্না হোৰা মনানা ইশং-শংনা পুংবা তোমাল পান্বী কয়া, পিয়াল দেবদারুনচিংবা উপালশিং অহুনা পরেং শানা হৌরম্মী। লৈরাং মখল মখল শাৎলম্মী মখোইহুগী মরক্তা মল্লিকা, মালতী, সিরিশ নাগেশ্বর অসিনা অথোইবান। হৈগী অাৎতনা খর্জ্জুর, জম্বু, যূবী, কফোইনচিংবনি। নারক উরকশিং অহু শমহুনা লাকপদা শগুম, কৈ, নোংশা, গণ্ডা উটনচিংবা হিংসা তৌরবা জীবশিংনা শঙ্গু-শঙ্গু চৎলম্মী; চৌরবা ময়া শাংলবা খুঁজল পাল্লবা শাহং চাবশিংনি। মহু উরগা চিন্তানা নিকচখি।

মতম অহুদা অনিমরুনা শ্রীহরিবু নিংশিংখি। "হে লক্ষ্মী পতি ননাইবু ঙাকপিযু, নংদি সংসারগী মপানি। তোল্লবশিংবু ঙাকপিহৈবনি,; অরাবসিদগী লানবিযু, নং নত্তনা লানবিনবা কনা লৈজদ্রে। ননাই ঐখোইনা মতম পুম্বদা কাওদবদি নংগী চরণ অনিহুতনি। হে গোবিন্দ গোপাল গিরিধারী অরাবসিদগী কনবিযু।"

মতৌ অসুম্না লৈমা নিংথৌ অনিমরুা শ্রীহরিদা স্তুতি তৌজখি। অসুম্না রানা রানা নোংমা-নিনিগী লম লাকলে। নোংমদি ঙা ফাবা হুম খরগা শ্রীবৎসগা খেংনরে। ঙা ফাবশিং অহুদা অরাম খোরাংবা অহু খবদং কোরুবা হায়হুনা ঙা খরদং পিনৌ হায়না নিরুবনি, অহুবু ঙা ফাবশিং অহুনা "ঙা অমওা কাদ্রে" হায়না খুম্মী। নিংথৌনা হায়খি। "অহুদি ইচিন ইনাওশা নখোইগী ইল অহু হন্দমুক্তং হুল্ল শোইদনা ঙা ফাগনি।" অহুগী তুংদা নিংথৌনা তাল-বেতাল কৌবা সিদ্ধ অনি অহু নিংশিংখি।

সিক্ক অনিগী শক্তিনা চুমশিং অত্তুনা ঙা য়াম্না কাবে, হন্নাওরক্তুনা ঙমু পোরোম চাওরবা অমখক নিংথৌদা পিরমমে। ঙা অত্তু কংলবদা নিংথৌনা ঙমখৈ লৈতনা হন্নাওর, রাণীনা চিন্তাদা ঙা অত্তু নিংথিজনা লৌননবা পিরে, বাণী ঙা অদু লৌনবগী থৌরাং তৌগ্রে। ঙা অত্তু লৌনা লৌনা মহাবাণী চিন্তানা মওল মওল খঞ্জরকই, "ওস্থাকপনি, নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা কন্নি অরানবা তৌখিত্তুনা দাগুগী মশক ওইনা তন্নাবসি ফগ্রবা? রাযেলগী লিক্লনদা কবি চোইখিত্তুনা অত্তুঙ্গা গ্রহবাজ চত্তুনা আর্য্য শ্রীবৎসদা শাওগ্রিবা? নিংথৌরলনা মত্তুদা হাম্বখিবদি অচুম্বমক্তনি, সনাগা লুপা সনানা, যেৎকা ওইগা যেৎনা অহেনবনি অসিনি। মসি অন্যায না হায়নমা লৌরবদ মহাক দেবতা নত্রে। পুম্নমক লাইবি বিচার পাত্তগী মীচং মীখাই নাইদবা বিচারদা মাইথিবিবা অত্তুনা অস্তুম্না লম্মন খুম্নবা তাবত্রা?" অত্তুদগী মথং-মথং খন্থবকপনা বাজভোগ চারিভৈগী মতমদা নিংথৌগী মথেল য়াংখৈনা ইকোই কোইববা লুকফমদা কৈদা শোইখিগদগে হাম্বত্তুনা পুজারী কযানা কুপ্না শেন্নত্তুনা শাবা লুন্নকম ফাওবদা মনিং থুংদবনি। ঙসদি কব লৈত্রবা ঙা অসি হাবা তাগ্রেদকো! অস্তুম্না অন্না-নুংনাংবগা লৌইননা ঙা অত্তু লৌবদা কাথোকখ্রে। রাণীনা "মংলে" হায়ত্তুনা ঙা অত্তু চামথোককে থল্লত্তুনা তুরেল তন্না পুবক্তুনা ঙা অত্তু চামথোকপা লারজরি।

শানগী দৃষ্টি অসি ওহোকনা কনখ্রে, অবৌবা ঙা অদো হিংগৎচন্দুনা ঈশংদা চৎখ্রে, ওস্থোকপা মতোনিন্না অসি কনানা

তমজনা থাজবিগনি। চিন্তা সতী থম্মোই কাইগ্রে, অয়োবা ঙা হিংগ্রে, রণানা মখোং মথুং শিং তিংথোক্ক্না কপগ্রে! করি হায়নি করম তৌনি, অয়োবা ঙানা হিংজনা চৎগ্রে হায়না তম্মুবদা কনানা থাজবিনি। রা অসি মহারাজদা তমলুবদা, পুকচেল চাঙরবা অর্ঘ্য অজনা "রাণা নহাক্না চাথোকগ্রে" হেক্তা হায়বনা মীনমদবা অমদি অচুম্বা ঙাংবগীদমক ভগবান্না পেনবিগনি হায়না হায়রবদা ঐনা করম খুংগান।

তৌববা মতৌ অসিদা চিন্তা মহারাণীগী থম্মোই অশো অমুক্তা মতিক কাওৎগ্রে, তৌফম থংখিগ্রে। মতম অসিদি থোইনা রাবক্রব। মতম ওইবনা অসি য়োনা চিন্তানা রাবা অমদি চাক-খিবনা, তু রল অজুদগী কারকপা পাক ঙমদনা লৈগ্রে। মতম অজুদা চিন্তাদা ররম পুন্নমক হংগ্রে, মরম পুন্নমক অহু রাণীনা বপ্পা কপ্পা তমজগ্রে। "নিংথৌরেল! ঐবু ঙাকপিয়ু ননাইবু মুন্না থনবিখিদরা হায়না থুক হুনগৎচরে।"

রাণীগী রা অসিদা নিংথৌনা মোমোন নোক্না হায়রকই, "দেবী! করিগী রাবগে. সাধ্বী ওইবী নংনা অজুগুম্বজু তৌরোই হায়না মুন্না থংডি, পুন্নমক শনিগী মায়ানি চিংনগন্নু।"

মাগী ধর্ম্মবু চিংনবন্নগানি হায়না মীপাইজরিবী চিন্তাবু ইংনা রাম্ন জ্ঞান তানা নিংথৌ অজুনা থেমজিনখি।

মতম অজুমক্তদা নোংদোন থক্তা শনিনা চপ লেপলরে, নোং থাকপগুম কল্লকপেনব খোম্মোক্না লাওরকই। "তাত্রা, চাক-খোল্লবা নিংথৌ শ্রীবৎস! নংনা অজুগুম্বা নংগী দরবার অজুদা

নাপন তৌনা হায়রখি, "লক্ষ্মীনা অথোইবনি!" মহু হৌজিকস্সু হায়রিনিংলিব্রা ? হৌজিক ফাওবা অহুগুম্বা নাপন অহু তৌনিংলিব্রা ? মহুগী শাস্তি পিরকলিবনি। সম্পতিনা ময়াই কাহুনা নাপন তৌবা, ঐবু থৌওইদবা, ঐঙোন্দা করি তৌবা ঙমজরে! নংদি অচুম্ববু সুংশিবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী তত্বজ্ঞান উবা পণ্ডিত ওইবা মর্ত্ত্যভুমগী নিংথৌরেলনি নঙোন্দগী অচুম্বা বিচার ফংগনি হায়না ঐনা অ.শা য়াম্বা চাওনা লাকপনি। করি হায়গনি, ঐনা অচুম্বা বিচার তৌগনি খনবা ইন্দ্র, ব্রহ্মা, যমরাজ থোইদে ক্কা হায়বদা নারায়ণবু থাদোক্কুনা নফম্মদা লাকপনি। অহুগা নংনা লৌনম তৌহুনা ঐগী ইগুনবু ময়েং তাহনবা নত্রা ? চুম্নগী পিকই চাওইদবু হায়ববদি থোইনবু শাওনিংলোই, কদাইদগী সনাগী সিংহাসন, লুপাগী সিংহাসন অনি য়েং-ওইদা থাজিল্লগা নংনা মোমোন নোক্কুনা ঐবু ইঙ্গিতনা অপিকপা তাহনখিবা লক্ষ্মীবুনা চাওহনখিবা ? নংনা চাওনা থাঙ্গৎচখিবী নবেম্মা লক্ষ্মীদো হৌজিক কৈদা চংখ্রে ? মানা নংগী করি তৌবা ঙমলে ? নংগী রাজ্য মাংহল্লে, নয়ন-নথুম তুম্মাল্লে বন্দা থারে, মসিনা ঐগী অপেনবা নত্রি, হন্দক্তি নখোই অনি কাইনহনগে। ঐনা হায়রিবসি শোইরোইদবনি খংজো পংলবা নিংথৌ! ঐবু পুজা তৌবদি দেব দৈত্য পুম্বনি। করি হাইগনি মরোল অহুম্মক্না পুজা তৌবনি, নংতনা ঐবু উশিত্তবনি! তাজো হায়বিগে নংগুম্বদি থমখো! রাম! বিষ্ণুনি, রঘুবংশদা পোকপনি, ঐগী অশাওবদা চহি তরামরি মনাও লক্ষ্মণ সীতাগা বন্দা থাবনি। সীতাবু রাবণনা হুহন্দুনা অকুনবা লাঙ্কাও থোকহনখিবনি।

অসিদগী নত্তেদেক পঞ্চানন, সতী কন্যাদি মাগী নুপীনি, দক্ষ যজ্ঞ মা'ংন্দুনা ঐগী অশাওবদা দক্ষনা হামেং মকোক পামখ্রিবনি। পুম্নমক্না পূজা তৌনরগা নংতনা ঐবু থৌওইদে, মতুগী মহৈ নংনা ফংগদৌবনি। অসুম্না শনিনা আকাশবাণী তৌখি। লৈম-নিংথৌ অনিমক্না মংগুম্না তাজখি।

---

# (৩)

মতম য়াম্না কুইনা বন্দা লম্মাংদা নারক্কা লৈমা-নিংথৌ অনিনা কোৎনা চত্তুনা খাংলুরবগী মতুংদা মী তাবা থুঙ্গং তম্লক্লে। অসুম্না থুঙ্গং তম্নকপদা থুল অনিথক খা রাংদা খব্রাং লৈরম্মী। অরাং থংবা থুল অত্তদি য়াম্না নুংঙাই য়াইফনা উই, ফুরা দলাম্না ইঙৌ ঙৌই, অত্তুগা মখা থংবা অত্তুনা লাইরবা থুলনি য়ুমলৈ কৈরৈ অত্তু য়াম্না চম্মী। থুল অত্তুগী মীশিং অতু চাং মাল্লবা পিকতক পিকতকপ খাংপোক্কা লৈবনা নম্মী। হায়রিবা থুল অসিগী মীশিংগী মথৌদি শীংচনবনি, নিপাশিং অত্তুনা শীং-চল্লুরগা মত্তু কৈথেন্দা য়োন্দুনা অশিংপা মমল অত্তুনা চেং হরাই লৈত্তুনা মচা মশু থাক্লরিবা থুঙ্গংনি। থুঙ্গং অসিবু শীংজনবগী থুঙ্গং হায়না থংনৈ; থুঙ্গং অসিদা লৈরিবা মীশিং অত্তু য়াম্না চম্না উই, রাঙাং শাঙাং লমচৎ ব্যবহার য়াম্না ফজনা উই। অসিগুম্বা থুঙ্গং অসিদা মতম পুম্বদা শান্তি লৈনা উই, কল্লক মীহৌনত্তুনা

অমগা অমগা য়েংখিনবা উদে। লনগী ময়াইনা কনাদা অয়াকপা ম্রাইগে, হন্নবা মিংয়েংনা য়েংনবগী মতৌ লৈবা উদে।

খুঙ্গং অন্তুগী হৌগৎলকপা নহারোল অন্তনা ধর্ম্মবু থৌওইদনা অহল লম্মন্না হায়বা ইন্দনা নাস্তিক ওইবা, নিশা চাবা, সুপী অঙাংদা থৌওই উশিন্নবা, মথক থোংবশিংদা উশিত্তবা মখোইগী মরা লৌদবা, ওঝা গুরুবু থৌওইদবা মতৌ উদে। সড়কতা লমজাওদা চোইঙাং ঙাংন্নুনা লম্বীদা চৎপশিংবু ওংপা তৌবা উদে। অসিমক্কুনা মরম ওইদুনা লাইরবা শীংচনবগী খুঙ্গং ওইরবস্থ মহৈ মরোং চুম্নবা ইংখোল শংবন অন্তনা অউবশিংদা শুম্মাংপা পোকহল্লি অন্তগা লোইননা ফুরা দলাম্না লৈতেংলবা খুঙ্গং অন্তুদগী হেন্না চীং-লেম্বা হেল্লি।

অদুগী মতুংদা রাণী চিন্তাবু য়েংলগা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা হায়খি, য়েংঙু রাণী, ঐখোইগী মাংদা খুঙ্গং অনিথক লৈবা উরে। অমনা লাইরবগী খুঙ্গংনি অমনা ইনাক খুনবগী খুঙ্গংনি। অদুদা দেবী খুল অনি অসিদা করম্বা খুলদা চংগদগে হায়বা ঐগী মত অন্ত নহোন্দা হায়গে।

অরাং থংবা খুল অসি সুংঙাই য়াইফবনা ময়াই কান্নুনা অতিথিবু লুনা তৌরমগনি নিংদে! লনগী মগাও কাওবা ঙমদন্নুনা মাগী মাগী খোৎচিন্নবদা থংনন্নুনা মখোই মশেল শম্বল খাজিমন্নুনা লৈরমগনি। মতুদা কনাগুম্বা মতু শোনবগী থুপচফম মফম লৈরমমোই, দান, ধর্ম অমদি সদাবর্ত্ত তৌরমগনি নিংদে। দেবী খুল অসিদা কারামবা মিৎয়েং, অমনা অমদা অমনা য়েংনরমগনি,

মরম অসিমক্তনা ঐখোই অনিগী চংজফম লৈরমলোই। লাইরবব্ মুংঙাইবনা মুংশিবা হোনদে, অদুগা অসিগুম্বা সংসার অসিদা লাইর ইনাকখুনবা খাইথ্রিবা অসিদি শাসনগী মওং রাজনীতিদা মীনম শোরী লৈবনা মরো চাওবা খরগী মফমদা লনথুমশিং অসি তুংখিদুনা অতৈনা লাইরবা ওইহৌবনি। মরম অসিনা অরাংগী খুল অসিদা আশ্রয় লৌববুদি মখাগী খুল অসিদা আশ্রায় লৌবনা ফরনি মখাগী খুল অসিদা আশ্রয় লৌরুরসি।" অসুম্না হায়দুনা চিন্তা দেবীগা লোইননা মখা থংবা খুল অদু তম্না লাকখি।

খুল অদুগী ইমুং অমদা চংশিল্লকলে, লৈরম্মীবা ইমুং অদুগী অহল অমনা য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা অতিথি অদুবু ওকখি। অদুগা মুংশিবগা লোইনবা মপাওনা হংঙকই।

"হায়বিয়ু মহাশয় নখোয়বু কনানো? কদায়দগী লাকপিবনো, ঐখে ইগী অসিরাইদগী মীতাম্সু মানদে! য়েংবদদি অরাবা মৈতানবু উংনা খুমদুনা থম্বগুম নগুণ অমদি লৈনা উই। অচম্বা মীওং নত্তে হায়না খল্লে।" অসিগুম্বা রাহং অসিদা শ্রীবৎস নিংথৌনা র‍্যাম্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা খুমজখি; "মহাশয় ঐখোই অনি অসি য়াম্না লাইবক থিগ্রবা চংজফম লৈত্রবনি, কনা লৈজত্রবা ওইদুনা মফম খুদিংদা কোইরক্লবনি। মমৈথংদা চংজফম থিজ-রকপদা ইমুং অসিদা চংজফম পিনবিয়ু হায়না লাকচরিবনি।"

ইমুং অদুনা শ্রীবৎসগী নোংকপা অতিংবা পুকচেল উবদা থম্মোইদা থৌজাল পোকখি। মুংশিবা মপাওনা "অতিথি অমা

ওইনা পুন্সিগী লৈবিয়ু, অদুমদি ওইরবদা ঐদি লাইরবনি, খুল অসিগী চৎলবী শীং চল্লগা য়ুম্বালবগী থবক তৌনজরিবা অসিদম্তু য়াওবিয়ু” হায়না চায়জখি। রাকম অসিদা শ্রীবৎস নিংথৌনা ওমথৈ লৈত্তনা হরাওজখি। ইমুং অদুগী হান্নগী অতোপ্পা শং অমদা রাণী চিন্তাগা লোইননা শ্রীবৎস নিংথৌনা হয়াও হরাও লৈখি।

খুংকল পাঙ্গলবা শ্রীবৎস নিংথৌ অসি মর্ত্যলোককী নিংথৌ পুম্ববু ওমত্তুনা নিংথৌরেল ওইদুনা পাল্লম্বনি। অতৈ নিংথৌ পুম্ববু মহাক্কী শাসনগী মথা পোনহন্দুনা পাল্লম্মী। মহাক্না সনা নুপা মণি মুক্তাদনা থাম্লবা দোলাই অমদা তোংদুনা মথন্তুনা খুৎলাইগী শক্তিনা দ্বীপ তরেৎ অসি জয় তৌখিবনি। চৌ-মান বন উপবননা থল্লবী পৃথিবীগী নিংথৌ অপুম্ববু ওমত্তুনা রাজসূয় কৌবা চাওরবা যজ্ঞ কয়া কয়া তৌখি। মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না পৃথিবী নিংথৌ পুম্বনা মাঙোন্দা লোইপোৎ কারম্মী; ব্রাহ্মণ লিশিং লিশিংবু নিত্তিগী মখল মথেল য়াম্লবা হাড়রবা চাক ইন্সাং পিজত্তুনা পেলহল্লি। দান দক্ষিণা চাওনা তৌত্তুনা ব্রাহ্মণশিং অদুবু ওমথৈ লৈতন পেনহল্লনখি। চংজরবা হায়জরবশিংবু নিংথিনা স্বাগত তৌবা অথৌবনি। অদুবু ওসিদি নোংদম্বগী নোংদম্না নিংথৌরেল অসিনা চাকনিবা ওইররে। শীংজনবা ওইররে। মতিক মগুণ চাওরবা নিংথৌ শ্রীবৎস অসি, ওসিদি অসুম্না মীগী শাইজিন শাইয়াদা শাইদাংদুনা লৈররে। মনাই মশল্লা লৈরিক লৈরাক থম্না লৈরম্বা পৃথীগী মপু ওইদুনা পাল্লম্বা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা ওসিদি

লাইরবগী কিজেং তোংলদুনা শেগাইরবা থাংপোক অসিদ। মহারাণী চিন্তাগা লৈরয়ে।

খুঙ্গং অসিদা লৈরিবা মীশিংগা নোনা লাকলিবা শ্রীবৎসগা শকখং-মাইখংনরে। মখোইগা চান্নচিন্ননা লৈমিন্নবা তোরকলে, নিতিগী মখোইগা লোইননা বন্দা শীং চল্লুরগা অফবা শেল অদুনা চান-থরুবা লৈ খান্দুনা মতম লেনলকলে।

নোংমদি নিংথৌরেল শ্রীবৎনা শীংচনবদা চন্দন পাম্বী অমা থেংনখি মতুমক কৈথেলদা য়োম্থোকপদা লুপা মরি মঙা শিংলে। মতুদা নিংথৌনা খুঙ্গং অদুবু শকখং-মাইখংনবা ওইনা চাওরবা উৎসব অমা বৎতুনা চামিন থকমিন্নগে হায়না মপুরিংদা চপ মুংনা নিংখি। মরম অদুনা অফংবা শেল অদুনা চেং হরাই ইন্দাং নাপী লৈখি।

হয়েংগুম্বা উৎসব তৌবগনি হায়বগী ওসিদা খুঙ্গং পুম্নমক উৎসব ফংবিরো হায়না বার্ত্তন তৌরে। রাণী চিন্তানা নিংখিজনা থোং-থাকখ্রে। অরাকপশিং অদুনা য়ামা হরাও-হরাওনা চা-থকখ্রে, মখোই পুম্নমক ইপেন পেন্নখ্রে।

অসিগুম্বা উপলক্ষ অসিনা শ্রীবৎস চিন্তা অনিনা য়াম্না তরাম-তরাম্না অরাকপশিং অদুবু তৌখি, মীথোক মীচং ফজবা রাঙাং রাতা নিংথিবা মতৌ আসিদা খুঙ্গং অদুগী নহাদগী অহন ফাওবনা ইপেন পেঙ্গখি। চিন্তাগী মীয়োক-মীচান ফজবা মতৌ অদুদা লাকলিবশিং অদুনা ইঙক ওকখি। লক্ষ্মীগী মতৌগুম্বনি

রাঙাং রাতা তমেং তমেংনা থোংলবী চিন্তানি, মশক মতৌনগা চাওদম শাংদম্না লেমজবীনি। অসিগুম্বা চিন্তাগী মতৌদা পেল্লোইদবা কনানো ? নোংমত্তা কনাগা কেনা তৌনবা লৈজদে, নারপ শুবা, কল্লপ তৌবা মপা ওখোন থোকচদে। ঙসি শীংজনবগী খুঙ্গং অসি অনি অসিনা লাকপদা অনৌবা প্রভাব অমনা মীপুম খুদিংদা ইনৌ নৌনা পেঞ্জবা ফংজরম্মী। অনি অসিবু মখোইগা হেক পোকমিন্নবা মমা মচাগুম শঞ্জখি। মখোই পুন্নমক্না থৌজাল উৎলম্মী, মতৌ অসুম্না শীংজনবগী খুঙ্গং অসিদা লৈম-নিংথৌ অনিনা থুপ্তুনা লৈখি।

অনি অসিনা মফম অসিদা মতম ফন য়াম্না কুইনা হরাও-জবগা লোইননা লৈবকলে অদুবু মখোই অনিগী মথক্তা শনিনা অশাওবগী মিৎয়েংনা য়েংবদি তোকপা মরৈত্রি।

মীওইবদি অরাবা অমবু লাক্লবদি মথং মথং তৌনজনা লাক-পসি তৌনশা ওইরমাল্লে, তাইবং অসিদা অরাবদা অরাবা হাপ্পা, নুংঙাইবদা নুংঙাইবা পিবা অসি নোংদম্বগী থৌশিন ওইরমাল্লে। শীংজনবগী খুল অসিদা শ্রীবৎস চিন্তা অনিমক্না নুংঙাইনা মতম কন কুইনা লৈজরক্লবনি, অদুবু মখোইগী মথক্তা শনিগী অশাওবদো লোইদবদগী মাংনবগী মশক ওইবা থৌদোক অমা মফম অসিদা থোক্লরে।

হিদিঙ্গা লল্লোনবা নিপা অমনা লৈপাক লৈপাক খুদিংদা চত্তুনা লল্লোনলি। মগাক্না অসুম্না মাগী চাওরব, হী অত্তুদা মখল

ম্বান্নবা লল্লোন পোং পুন্থনা খুন অদুগী ময়াদা চেল্লিবা তুরেল অন্থদা হোল্লকই। খুনয়াই য়েবদা মাগী অচৌবা হী অন্থ খাংদোকপ্রে, করি অমুক হায়গনি মীয়াম হৌন্থনা হী অন্থ ইনবা হোনবদা হী অন্থ চৎলু-হায়বা ময়াখিদ্রে। লল্লোনবা নিপা অদু খম্মোই শেক্ক কপপ্রে, করম তৌনি হৌজিক! অন্থক য়ামগ্রবা মান-চাং পুন্নমক হী অন্থনা খাংগ্রবদা করম্না মরৈপাক য়োগনি। মহাক্না খুদোং থিবা অসিদগী কোক্লবা লাইথোং কয়াদা খুরুম খাজ্জপ্রে।

মতৌ অস্মুম্না কন হোৎনন্থনম্ব নিপা অদুগী হী অন্থ চৎলু হায়বা ময়াখিদ্রে। মতৌ অস্মুম্না অৱাবগী ঈপাক অসিদা লুপ্তুনা লল্লোনবা অসিনা কপ্তুনা লৈরিবৈ মতমদা নোংপোক থংবা লৈরাইদা শনি ঠাকুরনা অবোনবা কিজেৎ শেন্তুনা পাঞ্জিগী মশক লৌন্থনা থুংলরে। মহাক্না য়াম্না দয়া লৈবা শাশিম্নরন্থনা অস্মুম্না হংখি, "মহাশয় কবি তৌন্থনা অন্থক ৱানা কপলিবা?" লল্লোনবা নিপা অন্থনা তৌরিবা থৌরম পুম্বা তমজবে, ৱা অন্থ তাবদা শনিঠাকুরনা হায়রকই "মহাক করিমন্তা ৱাগম্ন ঐহাক মতম অন্থমগী ফল হায়বা ঙম্ব গনিত শাস্ত্র হৈবা পাঞ্জিনি! ঐগী খুংহোৎ খরনা নংগী হৌজিক্কী ফল হায়বা ঙম্বগা লোঁইননা করম তৌরগা নংগী অৱাবসি কোকপা ঙমগদগে হায়বন্থ হায়বা ঙমগনি ৱাগম্ন।"

শ্রীবৎস চিন্তা অনিমক্কী অৱাবা পিরগে হায়ন্থনা শনিঠাকুরনা শিল্লিবা পোরমনি, পোরম অসিগী পোকম কাইদনবা থৌরাং অসি মহৈ য়ানহনগে হায়ন্থনা ঠাকুর অসিনা মাগী ন্যাকন্দগী লাইথিক

অমনবা থর অদো পুথোকলে। কোর্বাক অতুদা খোর্জে অতুনা অক্ক মঙা তরা অমুক খোৎলি অতুগা অমুক মুৎথৎলি, অসুম্না য়াম্না কুপ্না য়েংবগী মতোঙ্গুম্না হোৎনরি। করি হায়রক্কদগে হায়বগী খোরাংলবা লল্লোনবা নিপা অতুনা শংত্রিক য়েংতুনা লৈরি।

অসুম্না খোৎলুরগা পাঞ্জি অতুনা খোর্জে অদো পোপ থাদরে, অতুগা মোমোন নোক্না হায়রকই "হীদিঙ্গা লল্লোনবা। নহাক করিমত্তা য়ারুগনু, থুঙ্গং অসিদা লৈরিবা নুপীশিংদা হায়জরগা অমমম ওইনা হী অসিদা শোকহল্লু। মখোইশিং অতুগী মরক্তা সতী অমা য়াওরমগনি মহাক্না শোকপদা নংগী হী অসি শোইদনা তাওখৎকনি, অতুগা চৎকনি। মতু নত্রিবা ফাওবা নংগী হী অসি চৎলরোইদবনি।" অসুম্না হায়রম্লগা শনিঠাকুরদো মফম অতুদগী মফম থৎদনা মাংখ্রে।

হায়রমল্লিবা য়াফম অসিদ লল্লোনবা নিপা অতুগী থম্মোইদা কন্না থাজখি। অতুগী মতুংদা শীংজনবা থুঙ্গং অদোমদা মাগী হীরোইশিং অতু থাখিতুনা হী অতু অমু-মুক্তং শোকপিয়ু হায়না য়াম্না নোল্লুকপগা লোইননা হায়জখি।

চন্নবা, মীগী মতেংদা পাংজনিংলবা থুল অতুগী নুপীশিংনি। নুপীশিং অতু ঙম্না হৌনতুনা লাকলে, মখোইনা অমমম ওইনা হী অতুদা শোকলে, অতুবু ওন্থোকপনি হী অতু মচি ফাওবা লেংখিদে। হী অতুনা লেংত্রবদা লল্লোনবা নিপা অতু ঙমখৈ লৈতনা য়াখ্রে। পাঞ্জি অতুনা হায়রগা য়া অতু মীনথনি হায়না লৌখ্রে, মথং মথং অরাবগী য়া খল্লা মাগী থম্মোই অতু পুবা

ওন্নক্লে। মমৈ থংদা লল্লোনবা নিপা অদুনা মাগী হীরোইশিং অদুদা অমুক হংখি, "নত্তে হীরোইশা খুল অসিগী নুপী পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা লাক্লব্রা ?"

হীরোইশিং অদুনা হায়খি, "ইবুংঙো খুল অসিগী নুপী পুম্নমক লোইনা লাক্লবদা নুপী অমথক্তংদি মপুরোইবগী য়াথং ফংদে চৎপা ওন্মোই হায়না লৈগেৌরি, লাক্লিব্রা হায়ববু মাত্তনি।"

লল্লোনবা নিপা অদুগী মপুক্লিংদা থাজখ্রে, মতুদি, "লৈহৌরিবা নুপী অদুনি সতী। মানা শোক্লবতদা ঐগী হী অসি চৎকদবনি।" মসি খল্লুরগা নিপা অদুনা মঙক্তা মকী য়েৎলদুনা মহারাণী চিন্তানা লৈরিবা মফম অদু তাগ্না হো-হো চেক্তুরকখি। অরা নুংঙাইতবগা লোইননা চিন্তা দেবীগী মখোং কোন্দুনা কপ্পুনা হায়জখি।

মতম অদুদা চিন্তানা লল্লোনবা নিপা অদুবু য়েংদুনা হায়খি, "মহাশয়। ঐহাক চৎপদি চৎনিংই অদুবু ঐহাক্তি, ইপুরোইবা লৈবী নুপীনি, মপুরোইবা লৈবী নুপীনা কৱিগুম্বা থবক থানাদা মপুরোইবগী পাওতাক লোদনা চৎপা চুমদে, খোংকাপ অমা থাংবদা মপুরোইবদগী য়াথং লোদনা থাংলবদি খোংথাং অদো মাংনবগী মশক্লি। অওইবমক নুপীগীদি মপুরোইবগী কৱিগুম্বা রাফম অমা নত্তনা কৱিগুম্বা পাংথোকনিংবা থবক অমদা পাংথোকপা চুমদে। মহাশয় ঐনা নংগী অদুগুম্বা নতেং অদু পাংজনিংঙি, অদুবু ঐহাক হৈঙম-শিংঙমদ্রে। ঐনা ঙসি থাংগদবা খোংথাং অসি ইপুরোইবগী য়াথং য়াওদনা থাংবা তারবদা কৱিগুম্বা খুদোংথিবা থোক্লবদি

মতুংদা ঐনা ঙংগদবা পাপ অদো কনানা পিবা পাপ নত্তে, ইশানা লংশি জগা পাপনি। মরম অসিনা মহাশয়। নংনা ঐবু মফম অতুংদা চংলু হায়রবদি, ঐগী ইবুংঙো লাকপফাওবদদি ঙাইবিথো অতুগা মাগী য়াথং লৌরগা নংগী অতুংগুম্বা মতেং অদো পাংজগে। নগাক শাওবিগনু, নংগী ঐগী মঙ্গল ওইবা পিনসনু, রাফম অসিদা মহাশয়না ঐবু রাগৌবিগনু, মপুরে ইবগী য়াথং ফংদনা মপান্দা লোক্রবী নুপীগী মথক্তা নুমিৎকী মঙাল ফাওবা হেন্না শাগনি হায়না ঐনা মুন্না থাজৈ।”

চিন্তাগী মপাও আসদা লম্লোনবা নিপা অতুনা অমুক তম্না হায়খি, “হে সতী! নহাক্না হায়রবা রাফম অদো শাস্ত্রদা প্রমাণ পিংল্লবা খেংতোকপা য়াদ্রবা রাফমনি। অতুবু দেবী! ঐহাক্তি নফমদা শরণাগতনি, শরণাগত ধর্ম্ম ঙাকপিবসু সতী ওইবী নংগী নথৌনি। ঙসি ঐহাক নফমদা চংজববনি, অয়াবসদগী কনবিয়ু হায়না চংজরগা ঐনি। চংজরবা, অয়াবা তারবা মীবু কনবিবা অমদি মতেং পিবিবা অসিদা ধর্ম্ম কৌবা লাইনা নগাকপু ঙাকপগনি; অতুগা লোইননা রাফম অতুগী দমক্তা মপুরোইবনা শোক্লদনা লেনাবিগনি। হে দেবী! লম্লুনা পিজৌ নিজরবা অয়াবা তাংবদা কনবিয়ু হায়না মতেং নিয়রবদা হৈরবা পিজবা, অতুম্বা মতেং পিনবা হায়বস, শাস্ত্রনসু য়াবা, ধর্ম্মসু কাইদবা থবকনি হায়না ঐদি হায়জানিংঙি। মসিদা মপুরোইবগী চাকহেনবী নহাক্না থোইনা ধর্ম্ম নত্তবদা ননিং পুংতো তৌবা তাগনি নিংজদে। মসি পুম্নমক মুন্না খন্থরিদুনা অয়াবনা

চরম ফুরবা, নুফমদা লোম্লকনা চংজময়কুবা ঐহাক্কী ইতেং পাংবিয়ু। য়েংবিয়ু ভুরেল খোংবান অদুদা খুল অসিগী মুপী পুম্নমক তিম্মুনা লৈচৌরিবনি, ইবেম্মা নথন্তা নত্তে; পুম্নমক অদুমু শরণাগত অসিগীদমক মখোয় মখোয়গী মপুম্নোইবসী য়াথং য়াওদনা মতুদা লাকপনি, অদুবু কানম্বে"।

লল্লোনবা নিপা অদুগী শরণাগত অদুদা চিন্তা দেবীনা মওল মওল খঙখি, করম্না নিংথৌগী য়াথং ফংদনা মফম অদুদা চৎকনি। অদুবু চংজরক্রুবা মীবু কনবিবা হায়বসিমু অথোইবা ধর্ম্মনি। মহাক য়ারে। রাজবসিগী অন্নাবা কোকহনবদি থোই-দোক্না মঙ্গলনি, নিংথৌনা শাওরবমু মীগী মতেং পাংজরুবগী রাজম অ'স হায়জরগা শোইদনা চানবিগনি। মরম অসিনা চৎলুবনঃ চুম্না হায়না মুন্না রাখল তৌখি।

লল্লোনবা নিপা অদুনগা হন্না হন্না তকপনে শনিগী চক্র অমগা য়াওগ্রবা থোরনগা ওইবনে পুম্নমক অসিনা তিনগ্রক্লুনা মহাসতী অদুনা মতেং পিরগে হায়না য়াম্না চম্না লাকলে।

লল্লোনবা নিপা অদুগী হীনা খাংদুনা লৈরিবা ঘাট অদুদা দেবী চন্তা থুংলরে, লৈরম্বীবা মম্মাম অদুনমু হরাও হরাওনা তৌরদুনা "লাকও শোক্রজো" অদুম্না তম্নাম তম্নাম তৌখি। অদুগী মতুংদা মখুৎ মনি লোম্নদুনা সতী অদুনা হায়রকই; "হে হীজাও; ঐহাক্না ইপুরোইবগী সেবা কাইজক্লক্রিবী, মহাক্কী চাকহেনবী মক্তা ওইজরবদি ঐগী ইথুংনা শোকপদা হীজাও

মহাক তাওম্লুনা চৎপা ওবিইয়্ম" স্নুমনা চিন্তা সতীনা হী অদুদা শোকখ্রে।

চিন্তা মহারাণীনা হী অদুদা হেক শোকপদা থাংদুনা লৈরম্বা হী অদো তাওরে, থাংদ্রে! লল্লোনবা নিপা অদু হরাওজবগী ওমথৈ লৈত্রে। অদুবু অরাবদি মীওইবগী পুকচেল খংবা ঙম্বা নত্তে। মাগী মনুং লেল্লবা মতমদা তৌবিমল কাওথোকই হায়বদু তৌদুনা মীওইবগী তমথিরবা শাজং অমা চৎলকলে। ঐখোইনা শাহিং ঙাহি চাবা জীব নোংশা. কৈনচিংববুদা কিবা চুমদে, মখোইদি মখোইদা থোইনা কাইরুক্লবদি করিবু তৌরকতে। ফত্তবা মীগী শাজংনা হেন্না তমথি। মাগী কান্নবা তৌবিরবা, কপ্পুনা মকোক্তা মথুং হাপ্লবা মতম অদুদা মতেং পিবিগ্রবী অসিবু কাদুনা পুরগে হায়না ফত্রবা নীপা অদুনা খুদক্তা নিংলকলে। সুপী অসি হাপ্পুনা পুরবদি ঐগী হী অসি কদৌসুংদসু খাংলরোই হায়না মাগী মপুক্তা থাজথি। মরম অদুনা মনাইশিংদা সুপী অসিবু ফাদুনা হীসুংদা হাপচিল্লু হায়না অকনবা য়াথং পিথি।

মনাইশিং অদুনা হোৎচিল্লক্কুনা সতী চিন্তাবু ফাখ্রে। করি গত্তি লৈজরবী চিন্তা অদো হীথক অদুদা নমদুনা থাঙ্গৎখ্রে। চিন্তাবু কনবিহৌনবা কনা লৈখিদ্রদুনা অদুম্না ক্রিং-ক্রিং চোংনা চোংনা হীথক্তা অদুম ফ্রোৎখ্রে। চিন্তাগী থম্মোইদা নিংঙম্মক্তবা হৌরকলে। করি সুংগী ঐহাক্না পাপী অসিগী মরাদা সুংশিবা পোক্লুরবা ওসি ঐবু অসুম্না পাপী অসিনা ফাদুনা পুরবদা ঐগী ইবুংঙোদুদি করি ওইরগনি। কনানা সেবা তৌবিগনি; ওম্মোকপনি, নোংদম্বা

নংনা ওম্বোক্লা থিনা তন্বীগ্রেদকো।" অসুম্না নোংখোংবগুম চিন্তা সতীনা কপচখি।

নিংঙমদ্রবী অদুনা শ্রীবৎস কোবা মবুংঙোবু হন্দক মপোক অসিমগী উজবা ফংলরোই হায়না নুংনাজখি। ওসি শনিদেৱগী অশাওবগী মৈরক্তা লৈম-নিংথৌ অনি অসি চাকাখ। চেক্লা তুফাং পাইজববু নুংাশ হৈতবা ব্যাধনা নায়। নমদুনা ফাবিগ্রে। যন্ত্রবা নিপা অদুগী হীনুং অদুদা কনবিনবা কনা লৈতনা ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা ফাদুনা পুবিখি। শীংজনবা খুনগী নুপীশিং অদুসু নুপীজা পাঙ্গল ওহবনা মুঞ্জহৌবা ঙমজখিদে।

লাউবক থীবী চিন্তানা নুমিৎ কৌবা লাইদা খুরুমজদুনা মাগী নিংথিজগ্রবী শকফম অদুগী মহুত্তা মীনা হঙ্গোইনবগী মশক ওইরবী লাইথুংনা ইভৌ-ভৌনা পরুংবী মূর্ত্তি অমা ওইদুনা হীনুং অদুদা লৈখি।

---

## (৪)

নুমিৎনা ময়ুম চংগ্রবা মতমদা নিতিগী হল্লকপা মতম অদুদা নিংথৌ শ্রীবৎসনা কৈথেলদা শীং য়োল্লুবগা অচা-অথক্কী মস্নোম অমা পুরদুনা হরাও হরাও খাংপোক অদু তম্না লাকচন্নমী। য়াম্না তরাম তরাম্না "চিন্তা থোং হাংদোকউ" হায়না কৌজরুই,

হন্না হন্না কৌববু তাৱা মরৈত্রে, নিংথৌগী থম্মোইদা সুংনাংবা হৌরকলে। "নোংমতস্মু মীয়ুগদা ফমজুনা ৱারীশুদবী মানি, নিজি-গীদি হেক লাকপদা চেংথোক্তুনা পোৎয়োম ওক্লবনি। থানিন-গুম্বী মাংথোংগী অঙাংবজুনা কোরৌ মৈশা মরক্তা সুংথিল চুপ্পা শীং চল্লুবগী অৱাববু পেথাক্তনবিনি। করিগী নিংথিজরবী চিন্তানা ঙসি থোরক্তবা, চিংনবিঙাই ওইবা থৌদৌ অলিদা শ্রীবৎস নিংথৌদো পাখৎখ্রে। অৱা সুংঙাইতবা হেনগৎলকলে, অজুন্না নোংমতস্মু তৌদবী অজুনা তৌথোক সুংথাকতবা থৌদোবু ঙসি তৌরে, নিংঙমদ্রজুনা য়ুম্মু ওইরবী পড়সী কৌবী অজুদা শ্রীবৎসনা "চিন্তাবু লৈত্রা" হায়না হংজকই।

পড়সী কৌবী পুকক্ষবী কপ্পা বপ্পা থোরকলে। নিংথৌগী মফমদা ঙসি সুংথিন্দা ওইখ্রিবশিং অদু চিথদনা তমজবা থৌ-জবকলে। নিংথিজবী চিন্তাবু লল্লোনবা নিপা অজুনা ফাজুনা পুখ্রে হায়বজু তল্লকলে। পাও অজুনা নিংথৌগী থম্মোইবু মশুং চামা থেক্লা থুগাইখ্রে করি ওইগনি, করম তৌগনি, মিংলগদগী মিংকুপ অমা হাংবদা খাংঙমদ্রবী চিন্তাবু ঙসি লাইনা মক্ষম খংদনা মাঙখ্রে।

পড়সীগী বজ্জুম্বা মপাও অসিদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা খাংঙমদনা লৈমাইদা তুখ্রে। চিন্তা সতীবু কৌজুনা কপখ্রে। করি ওইরগনি ঙসি, শ্রীবৎসনা কনাগী মতৌ য়েংজুনা থম্মোই শক্লি ইংগদনি। লন-থুম, ৱাজা মাংলম্মু মাতগা লৈপ্প-

ৱান্বনা অৱাবলিং অদো খাংবা ওমজৱম্বনি।

খল্ল্ খল্ল্ৱগা চাকপা অম্মুৎ হেক্লিজরে, চিন্তাগী লিংথিজবী শরুকম অহু মাংদা লেপ্লগুম তৌৱরে। ওাংবা, শকপা, ঝিরেপ, শকতম পুম্নমক নিংশিংলকলে, থোং-থাকুৱা পিজ-পিথকপা পুম্নমক শং শং উৱকলে। লৈমকোন্বা মুংভাই-মাইফ মৱক্তা লৈমিন্নৱকপা, অদুদগী শনিগী দশানা বন্দা লাক্কুনা চাদ-থক্ননা ৱামিন্নৱকপা মথং-মথং নিংশিংলক্লে। পুম্নমক অত্ত খল্ল্ খল্ল্ৱগা থম্মোই সুংদা মৈ তৌৱকলে, নিংথৌ অদো চোইৱোল লোল্লকলে। "চিন্তা নংবু কদাইদনোনে, নংবু অম্মুম্না মাংগ্রম্রনে, 'সিবু অওই-ব্রনে, চিন্তাবু কত্রবা লল্লোনবা পাপী অহুনা পুগ্রবা।" অদুদগী শ্রীবৎসদো অঙাওবগুমগ্রে ; পড়সী য়েংহুনা অমুক হায়ৱকই, "পড়সী সে মসিং লৌশিনহৌরো! চিন্তাগী খোঙ্গুলদো ঐহাক অমুক্তা লীকখিগে, মগাকপু ফংলবদি ঐখোই নংগীসিদা অমুক হল্লকখিগে, নত্রবদি সিদায়নি ওসিসিনা। পড়সী নখোইগী লম্মনবু শিংবা ওমগনি হায়বা উক্রে, মতম মতমদা, মতম্না চানবিৱবদি নখোইগী তৌবিমনসি অমুক্তদি শিংজরগেকো"।

অহগী তুংদা নিংথৌ অদো তুরেল খোংবান তম্না চেম্মো-ৱকলে, তুরেলগী তুখুল মতুং ইন্না মখা পাংনা চেম্নৱকলে, অঙাওবগুম খোল্লেল হাংনা "চিন্তা চিন্তা" হায়না! ওসি শ্রীবৎস নিংথৌদা পিৱিবা শনিগী দশা অসি, মসিনা. খ্বাইদগী কল্লবা দশানি। অসিগুম্না অনি অসিবু শেংহনবা হায়বসিদি কনানা

থাংবা ওমগনি। লাইরে-খাংপোকশংদা থাংলবস্থু অনি অদুগী প্রেম অদুনা লাইরে-খাংপোক অদু পানা চেল্লম্মী। নিংথিবরী অদুগী শককমনা চিক্লবা খাংপোক অদুবু ইঙান ঙালহললম্মী। ঙসিদি ঙাল্লা ঙাল্লা মমথ্রে; থম্মোইগী অতিয়াস্থু মমথ্রে, রাখনস্থু ঙাওথ্রে নিংথিজবী চিন্তাগী রাখন্দা অহিং নুংথিল লোইখিদরে। চিন্তাগী মৈনা অম্লুম্না শ্রীবৎস নিংথোনা তেংথারকই।

"নিংথিজরবী থাজগুমলবী চিন্তা।
কৈদা পাইথ্রে কৈদা চাক্তুথ্রে নথন্তা॥
থম্মোইগী অক্লা থাদোক্তুনা চৎলত্রা 'ডুমনা।
ফাবিথ্রে নংবু মীনুংশি খংদ্রে' কনানা॥
মিরবা খোম্থাংগা পোংনা চেক্লা নখোদি।
তোংমিল্লররোইদ্রা 'খোই 'নি পুন্নদি॥
কাইদোংমিল্লবা পুন্না নুংশি ফৈরাদা।
পুবিথ্রেনে মাবুদি কল্লকপুং 'দুদা॥
চোংজহৌরে রানা ইথল্লতা ঙৌনদি।
করি ওইরনি করম তৌনি ঐদি॥
নংগী মৈনা চাকলেনে ঐগী থম্মোই।
নং নত্তনা ইথন্ত ঐদি হিংঙম্মোই॥
কনাদা হংলগা খংগনি নংবু ঐনা।
চাক্লবা থম্মোই ইংগনি করমনা॥

মীপুম খুদিংদা হংডি, "নখোইনা মাবু উব্রা? মুনা রাশি

লৈবীনি, নাতোন ভাবা কজবীনি, চিন্নাশ্নু তবাবীনি, নোকথোরক পদা য়াতোন খজিক উবদুনা থোইনা নিংথিজবীনি। নখোইনা মাবু উরবদি,— কদোমদা কনানা পুথিবা"? মরোল থোক্ত্রবা উ, রা ফাওবদা হংডি "নখোয়না মাবু উব্রা?" বন উপবন কয়াদা রানা চেল্লক্লে, তুবেল কয়া লাল্লকলে, চিন্তাবু খিবা কোইনা চেল্লকলে, কয়াস্তু রারক্লে। করিস্তু চা-থকপা নস্তে, চিন্তাগী লাইনিংদনি কয়াদা চোকথগ্রবা। কয়াদা ময়াং কংগ্রবা। মকোই ময়াং ইচোম চোমগ্রে, মশম মনা ইফা-ফাগ্রে! অসিরনে শ্রীবংশ নিংথৌদো? সুমিৎ কয়ানি লাইমা শাংনা মতৌ অস্নুম্না চেল্লক-লে, ওস্থোকপনি চিন্তাবু থেংনবা মরৈথিদ্রে।

ওস্থোকপনি শনিদেবগী অসিগুম্বা অশাওবগী মৈরক অসিদা মাদি কয়াদা রাগ্রবা। অওইবক শনিগী শুংশি হৈতবা অসি হাকমনগ্রে। নিংথৌ অসিনা করি মরাল তৌগ্রদুনা মওোন্দা অস্নুক কনবা শাস্তি অসি পিরিবা! মাগী মিৎলমদগী মাগী সুংশিজরবী মাংখিবা হায়বসি কয়াদা চাকনিংঙাই ওইগ্রবা রা-কম্লো? মৈচাক অসি কংবদা নিংথৌগী য়াং কংশিনগ্রে; অহিং সুংথিল মীকুপ খুদিং প্রেম অসিগী মৈনা চাকখি।

নিংথিজরবী চিন্তাগী শককম অদু শং-শং শংশংনা উতুনা মাগী রাঁথলবু মচোই মচোই হল্লম্মী! খাইনবগী মৈশা লাংলবা নিংথৌ অঁদুনা ওহাক লৈতনা মুরুম মুরুম শোনি। "ওাস্থাক-পনি! চিন্তাদো মাংগ্রেদকো" প্রেম অসিগী লুরবা সাগর অসিদা

সুয়াবশিংগী থক্তইবু শরংলমগী বাহোংশিংনা লোইনা কুপ্পুই থাদুনা অরাংবশিংদা অপেনবা ওন্নাকুলমগী ! মতমগী লোইননা মুথরা শোক্তনমক ইন্দ্রা অপ্সরাশিং বনগী লম লোনা. মুথরা মুকম অসিদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা থুনলে। বন অসিগী দৃশ্যশিং অসি য়েংলুক্না নিংথৌ মহাক্কী পুক্কিং মহাক থোইরাং- তিমাংলমগী ; নিংথিবী চিন্তা অদুবু নিংশিংলুরগা থম্মোই অদু অচাকলমগী !

অসুম্না অরা-নুংঙাইতবগা লোইননা নিংথৌনা লৈরিবদা সুরভি কৌবী শনবী অদুনা নিংথৌবু য়েংলুক্না মীয়োল থোক্না হংখি। "হায়য় মহাশয় ! অহাক্পু কনানো ? নঙগী নওং-নতৌ অসি উবগা অরা নুংঙাইতবনা চাক্রবা মীওই মালি, ইকায়দা চিংদুনা তম্মু ?

ঐদি সুরভি কৌবী অদুনি"। মা অসি তাবদা নিংথৌ শ্রীবৎসনা গো-মাতা অসিবু খুরুমজরমী ; অদুগা মকোক্কী অরাবগী মাহু মথং শিংনা লৌজখি. মাবী অদু তাবগা সুরভি মাতানা নুংঙাইখিদে। অদুগী তুংদা শ্রীবৎসদা য়েংদুনা নুংশিনা হায়রিখি, "মহারাজ শ্রীবৎস করিমত্তা মাগাদু ঐগী আশ্রম অসিদা শনিগী পিড়া লৈরোই, অরা-অনা চংবা ওমোই ; নপুক্কিংদা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা ঐগী আশ্রম অসিদা লৈয়ু"।

মতৌ অসুম তৌনা আশ্রম অসিদা শ্রীবৎস নিংথৌনা মতম কয়া কুইনা লেপ্লকলে। সুরভি মাতানা পোকচবী মচা নুপী নন্দিনী কৌবীনা মমাগী অমৃত অদু থকচবদা লৈপাক্তা অমৃতশিং অদু চোথনা তাখি। লৈপাক্তা তিল্লবদা স্না ওনখি। শ্রীবৎস নিংথৌনা সুরভিদগী মাথং লৌজদুনা হায়রিবা সনাশিং অদু সনা

মপাক মপাক শাখি। মা মপাকশিং অদুগী নাকন অমদা "শ্রীবৎস" নাকন অমদনা "চিন্তা" হায়না থারগা তাল বেতাল কৌবা সিদ্ধ অনি অদু নিংশিংদুনা অমতা ওইনা নপশিন্নবদা অনিনা তাইশিন্নবনি হায়বা করিমত্তা খংখিদে।

মতৌ অমুম্না সনা-শিং অসি শাদুনা মতম ফনা কুইনা শ্রীবৎসনা মফম অসিদা লেনখি। সনা অদু ফনা য়াম্না শাপ্রে, সনা-শিং অদু গঙ্গাগী মপান্দা পৈদুনা থমখি। মফম অসিদা লৈদুনস্থু, ফনা য়াম্না তংক্ল-লৈতানা পানদুনা নিংথৌয়েল শ্রীবৎসনা থম্মোইদা চাক্লিবা চিন্তাগী মৈ অদু মুৎপা ঙমখিদে। মতম পুম্বদা চিন্তাগী মৈচাক অদুনা ওন-থোইদুনা খাংখি। অমুক হন্না মাগী খোঙ্গুল লীবা চৎনিংই। "লাইনা মাংখি, পান্মুই, থানিন ঙমজবী অদুবু পুন্সিসিগী অমুম্না মাংপ্রগত্রা" হায়না মুক্রম মুক্রম শোনখি। মফম অসিদা লৈদুনা ফনা সুংঙাইদুনস্থু মহাক্কী রাখন অদুনা ওমচাক্লদুনা ঙহাক্তা পোণাবা ফংখিদে। চৎলে চৎনা খল্লি, তুমলে মম'দা উই, করি হায়নি ওসি ফাওবা শ্রীবৎসগী অঙাওবা রাখল অদুদগী মেন তাবা ঙমখিদে।

"নিংথিজবী চিন্তানা ঐবু কাওপ্ররিব্রনে, সতী অদুনবু তন্নাইনা মপুরোইববু মাগী রাখন্দগী লাপথোকলরিব্রনে? অদুম্না দেবী অদুগী থম্মোই অদুবু কনাগুমদা শিমপ্ররিব্রনে" হায়না খনখি। অদুগা লোইননা চিন্তাগী খোঙ্গুল লীক্লখিগে হায়না ফুক-ফুক চৌগৎখি।

## (৫)

মতৌ অমুম তৌনা রানা মতম লৈরক্রবগী মতুংদা নোংমদি লাইগী নোংদমদগী চিন্তা দেবীবু কাদুনা পুখিবা কক্রবা লল্লোনবদুগী হী অদু মাইকৈ অদোমদা হোন্দুনা লাকলে। চাওরবা হীজাও অদু উবদা শ্রীবৎসগী থম্মোই অদু শুংঙাইবনা মরাং হৌখি, মতুংদা করি ওইরগদবা হায়বদুদি খংত্রি। ফুক হৌগত্তুনা, "মহাশয় হে সদাগর! নংগী হী অদু অস্লোমদা অমুক্ত হৌনজিনবিরকউবা, সে লৈরাই অসিদা লৈরিবা সনা অসি মহাশয়না চৎকদৌরিবা লমকম অদু কাওবা পুবিয়ু, অদুগা সনা অসিগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা নহাকী ওইবীয়ু।

পুকচেল কক্রবা লল্লোনবা অদুনা সনা ময়াম পৈদুনা লৈরিবদু উখি, মাগী থম্মোইদা অপাম্বা কল্লকপনা ঙৌখি। মনাইশিংদা হী অদু লৈরাইরোমদা হোনজিনহল্লে, সনা ময়াম অদু হীদা হাপ-কৎহল্লে শ্রীবৎস নিংথৌম্ম তোংল্লে। হীমুং অসিদা চিন্তা দেবী অদু পুন্দুনা থমজি, মপুরোইবগী মন্না মখোল অদু হেক তাবদা মাগী থম্মোই অদু নিকচখি, মথন্ত অমুক কুইরক্রবদা নোংমতম্মু মাগী রাখল কাওজবা লৈজরক্লিবী সতীনি, মতম অদুদা মবুংঙোগী মকমদা চোংথোক্তুনা ননাই শুপীম্ম অসিদা লৈজরে হায়না চোংথোকচনবগী শক্তিদি লৈজখিদবনা ঙৌদুনা কপ্পুনা লৈজখি।

সতী অসিনা কয়াগী মতিক রাজপ্রথা হায়বদু কয়রা শিংথাগখি। মতম অমুক কুইবসি বনদা, উমংদা, লম্পাংদা চান-থক্তনা [illegible]

কয়া খা'লক্লবীনি। অদুবু মবুংঙোগী মনাক্তা লৈবা কংজনবা অরাবা থ জর্নক্লবীনি। ওসিদি মবুংঙোগা শেংনবা অসিনা ফংলবা অরাবসিদি শিদে হায়বদা খাকপনি। বন্দা-লঙ্কাংদা উমংদা চাদ থক্তবনা অরাবা অতুদি চুমগী হকচাং অমদি পাঙ্গলগী অরাবতনি, থম্মোই শোক্লা রাবা থম্মোইগী অরাবদি নত্তে।

পাঙ্গলনা রাবদি পোথাফম লৈবনি। মপান্দা নাবা লাইনাদি হিদাক লাংথক্লা ফংহনবা মওম্মা, থম্মোইগী লাইনাদি করি হিদাক্লা ফংহনবা ওমগনি?

মতৌ অসুম্না রাণী অদুনা হীনুং অদুদা মবুংঙো কাইনবগী অরা' মৈচাক অদুনা চাক্তুনা লৈজরি।

হীনুং অদু য়োরে; সনাচুম্ম গাপকংলে, মাগী মথুং চল্লে, মতম অদুদা ফক্তরবা লল্লোনবনা নিংথৌ অদুদা থংনবা হৌরক্লে। অকিবা শকফম পুথোক্লদুনা নিংথৌ য়েংলগা হায়রমই, "ওাইখো নিপা। নহাক্কী সনাশিং অসি ঐত্তোন্দা তংখাই অমা পিয়, অদুগা নহাকপু ঐনা নগর তম্না পুবিগনি। অ'সঙ্মা পাপী অসিগী রাকম অসিদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা খুমখি, "মহাশয় নংগা ঐগা হায়নাখবা অদুনা অরেপ্পনি। অদুম্না তাকপিগনু, নফমদা চংজরক্লবা অতিথিনি, ঐগাক শোইদনা হায়নখিবা মতুং ইন্না সনাশং অসিগী শকুক মরি থোকপগী শকুক অমা নফমদা পিজরনি। লল্লোনবনা হায়রকই, "তাও নিপা। হন্দক্কী ঐগী রা অসিনা অক্তোইবনি, নহাক্তা ঐনা হায়রিবা রা অসি য়াম্রবদি নংবু ঐনা নখোং নথুং পুনশিল্লগা ঊপাক অসিদা লংথগনি।"

অঁচুম্বা চংলবা নিংথৌ শ্রীবৎসনা মখুক্তা চপ নুংনা থাজবা পোকখি মহুদি নিপা অসি ঐগী চিন্তাবু কাখিবা পাগী অহু ওইরম্বা তাই। হীগুং অসিদা ঐগী চিন্তা যাওরবা তাই, মরমদি মহাক অসি তৌবিমল খংত্রবা মীওং মাল্লি। নিংথৌনা অকুপ্পা চাওথোক্লা খুমখি, "মহাশয়! হৌজিক নংগী শক্তি লৈ, মনাই নশাম ঋাওরি, নংনা ঐভোন্দা তৌনিংবা অহু পাংথোকপা লাইনা ওমগনি। মহু তো, অহুবু কিহুনা ঐনা ঐগী হারওবা থাকম অহু হোংদোকপদি তৌগ্ররোই।"

ফত্রবা লল্লোনবা অহুনা মাগী অপাম্বগী ময়াইদা থুংনাৎথিহুনা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী ব্রা খনথিগ্রে, মনাইশিংদা যাবং পিরগা মথোং-মখুং পুন্দুনা পাল্লবা ঈপাক অহুদা নিংথৌহুবু লংথবিগ্রে। অদি লৈত্রবা শ্রীবৎসনা ঈপাক অহুদা তাগ্রে। উপায় করি উথিত্রবা নিংথৌ অহুনা অরাবা তারবা মতম অহুদা তাল বেতাল কৌবা সিদ্ধ অনি অহুবু নিংশিংজগ্রে। সিদ্ধ, অনি অহুনা পোংগী মশাক লোহুনা নিংথৌবু ঈপাক অহুদা ইলাই-লাইনা তাওহন্দুনা পুগ্রে; ধর্ম্ম কাইজত্রবা নিংথৌ অহুবু ফত্রবা অহুগী মখুবাক্তা তাক্লবনা অরাবদা তাগ্রে। শনিগী অকনবা ঈরৈ অসিদা লুপগ্রক্লনা পৃথিবীগী মপু ওইরম্বা নিংথৌরেল অসিবু করিস্ম লৈত্রবা লল্লোনবা অমনা কয়াদা লাকচনা তৌবিত্রবা। নিংথৌ অহুবু সিদ্ধ অনি অহুনা কারিস্ম অরাবা কংহন্দনা তুমন্দুনা পুগ্রে।

মহারাণী চিন্তাদেবীনা মখুংতোবু লাকচবিখিবসিদা থংগোই কাইগ্রে, মনাই মশমা ইকোই কোইরম্বা লোইন থাইনা হাপিন

নিংলগা নিংথৌ যুবরাজ কয়ানা মাগী মিৎশুক অমদা নিকলগা, সেনাপতিশিংনা মাগী মিৎলৈ অমদা থাংখুমদগী থাং শৎলগা, মাগী আশির্ব্বাদ অমদা লাইরবা খুজুং কয়া নিংশিজরবা নগর শেম্বা, মাগী অশাওবগী মিৎলৈ অমদা ফজরবা নগর কয়া উৎ ওইহনবা, পৃথিবীগী মপু শ্রীবৎসবু ওসিদি কনা লৈজদবা ওইরদুনা করি লৈরবা হিদিঙ্গা লম্লোনবা অমনা অমুক লাৎচখিবা অসিদা কনবিনবা কনা লৈজখিব্রে। অসিগুম্বা নিংথৌরেল অসিবু অমুম্না লাকচবিগনি হায়বসি কনানা থাজগবা? অদুবু মীওইবদি কনানা তম্বা শুমগনি লাকচবিগ্রে! অদুম্না অশি-অচং খংদনা শারুবা জীপাক অদুদা থাদদুনা তাউথহনগ্রে। পুম্নমক অসি খল্লরগা লাইবক থীবী চিন্তা মহারাণীনা থম্মোইদা খুদুম্না শুরগা লাকচৈ হায়না কপচখি।

থাংলগা মোন অদু জীশিংদা লংথরথবলে, হায়রবই, "ঐ মক্তনা ইপুরোইবগী সেবা কাইজরক্লি্বী তশেংবা সতী মওইজরবা অদুগা ইবুংঙোগী সেবা অমুক হম্না ফংজখিগদবা ওইরবদি, হে মোলাং নহাক্না ইবুংঙোগী কোক অসিদা খাংহনবিরু।" মোন অদো তাওখিদুনা শ্রীবৎসগী কোকঅদুদা খাংহনগ্রে।

লৈম-নিংথৌ অনিমক্কী শনিগী দশা অসি কয়াদা কনগ্রবা! মিৎমাংমক্তদা মপুরোইববু মীনা লাকচবিখিবা মপুরোইবগী মমাংদা মাগী মুশীর মীনা লাকচনা তৌখিয়া ওইগদৌবা অবস্থা। অদু ফায়দুনা লেপ্পইব ওম্বা নপ্তে।

থম্মোইদা মাগী খাইনা চাক্লহুনা মাবু খিগে লাক্লগা মরল অমদি মথয়াই মাংবদা তাগ্রবা ? নিংথৌ শ্রীবৎসদো অসিয়ো ? অসুম্না তাইবং অসিবু মীনা মীদা দয়া মায়া করিমত্তা লৈনখিজ্রবা ? অদু ওইরবদি মীওইবদি করম্না য়ুমলিং থুগ্লিংহুনা পানবা য়াগনি। তাইবং অসি মপু মাগী থুংশেমনি, মথাক্লা লংজরবশিবু অসুম্না থাদোক্লুনা থম্লগদ্রা ? লাঞ্জনবশিংবু খাগী থৌজাল উত্তুনা অমক্তুং হী হী নোক্লুনা পানহন্দ্রবদি শ্রী পুম্নমক মথুত্তা থাং পাইহুনা মীগী ঈ পামহুনা কোইনা "চন্দ নয়োইদ্রা ?

মতম ফনা কুইনা ঈশিংদা তাউহুনা শ্রীবৎস নিংথৌ অদো লাকলে ; অসুম্না লাকপদা সৌতিপুর কোবা নিংথিজয়বা লৈপাক অমা য়োবদা তাল-বেতাল কোবা সিদ্ধ অনিনা শ্রীবৎস নিংথৌবু পুল্লিবা পুম্নমক অদু থাদোক্লগা থম্বীরমলে।

নহান মথৈ তুমহুনা লাকপনি, লৈকোল অদুদা মীকপ থোকপ্রে। অওইবমক লৈকোল অদুসু নহান মথৈ কংহুনা লৈরম্বনি, নিংথৌ অদুনা য়োরকপদা নৌনা য়াকাইবগুম অনৌবা ময়োল চোংপ্রে। মাধবী; মাল্লিকা, তগর সেফালিকা, আপ্রাজিতা, মধুমতি, গুলাপ, কেতকী, শিরিশ, নাগেশ্বর অসিনচিংবী লৈরাং মথল মথলনা ফুগাইনা শাৎপ্রে। লৈনম্না মাইকৈ তরা শিনখি, মহুদা খোইমুশিংনা গাওগ্রহুনা পাইশিন্নরক্লি, খোইমুগা লৈবাংগনী মতৌদা চেক্লা অমোম লাবশিংনা উকৈদা মাঙক

নোইনা মখোই পোংনা খোংখি। মাহোং ল্যাবা অমোমসু থেন্না জগোই শারি, লৈকোন্দুগী-দৃশ্য অদুদা অনৌবা বসন্তগী ঈথক অমা হৌরকলি। প্রকৃতি দেবীনা খোইরুম তৌনা মবুংগো ঋতু নিংথোম্বা খুজেং পালোইনরদুনা হরাও মোমোমদুনা প্রেম শায়বদু অসিনি হায়না তাইবং অসিদা ফিদম পিরকলি। অসিগুম্বা তাপ্পাদা মলয়াগী মালংবনা তপ্পা তপ্প। ছুমদুনা ঈচিক ছুন্নকলি, মতম অদুদা নিংথৌ শ্রীবৎস অদুসু তুম্নবদগী মিকপ থোকপগুম মমিৎ পাংথোরকলে।

নিংথৌ শ্রীবৎসনা লৈকোনগী দৃশ্য অদুবু মুম্না য়েংলম্মী মতু উরুবগা নিংথৌ অদুগী থম্মোই অদু শোকখি, বসন্তগী অসিগুম্বা প্রণয়গী পম্বেং অসিদা চাকচখি। চিন্তাগী মাখল্লা থম্মোই অদুদা কোং-ল্যাওনা চাকপা হৌগৎলক্লে, মন্ন-হাগুমসু তৌগে। মচম অদু কদাইদনো হায়বা খংখিদ্রে, খন্দ-খঙ্গিল্লবগা জ্ঞান অমদি তারকই মতুদি লল্লোনবা অদুনা সনা পাম্বগী ময়াইনা ঈশিংদা লংথরকপা অদুনি। মতুদা খংবা ওমদবদি, মহাকপু কন্নানা করম তৌনা মফম অসিদা পুথিরকপা, পুলিবা অদুনা কুনানা থাদোকপিরকপা হায়বতুদি হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাবা উমদে। পুম্নমক অদু খংদি খংনিংই হায়বতু মতুগী লেপ্পাদ মাঙরে, হেন্না খংনিংবদি লৈপাক অসি করি লৈপাকনো, মফম অসি কদাইদনো হায়বা অসিনি।

লৈশিংগী মনম তাবদা লৈকোল অদুগী মপু লৈপাক শাতুগী

নিংথৌগী লৈরাংবী মালিনী অদুনা ইগুরু-গুরা লৈকোন অদোমদা চেনক্লে। অদুগা কোইনা য়েংবদা মতিক মগুণ লৈরবা নিংথৌ শ্রীবৎসবু উখ্রে। নিংথৌগা য়াবী-য়াখোং পুম্নমক শাম্নদুনা মালিনীগী ময়ুমদা শ্রীবৎস নিংথৌ লৈখ্রে। অদুম ওইনমক নিংথৌ অদুনা অশংবা পরিচয় অদু মালিনী অদুদা তাকপদি তৌখিদে। মতৌ অসুম তৌনা মতম ফনা কুইনা মালিনীগী ময়ুমদা নিংথৌরেন অদো লৈখ্রে।

মতৌ অসুম্না শ্রীবৎস চিন্তা অনিমক্না শনিগী দশাদা অরাবা কংদুনা লৈরকপগী চহি ত্তর নিথোুই হৌখ্রে। নিংথৌগী দশা লোইরকলে, অফবা পুংকম লৈম-নিংথৌগী চংবা হৌরকলে।

লক্ষমী দেবীনা শ্রীবৎসগী লম্মন শিংনবগী কন্না আশা তৌখি। অত্তে থৌরাং অমনা লম্মন শিংদুনা পেনগনি নিংখিদে, মরম অসিদগী লৈপাক অসিগী নিংথৌ বাহুদেবগী মচা মুপী ওইনা পোকখি। নিংথজবী নিংথৌগী মচানুপী অসিগী মমিংনা ভদ্রবতী হায়না কৌরি; নিংথিজে, ফজে নিংথৌগী মচানুপীসি। তিংদা য়াংদা, তেনজৈগুম্না চুম্মী। মমিৎ-মনা তরু তরুই। মাইথোং অদু তশিং তশিংনা উই, অদুগা লোইননা নুপী ওইবীগী ইকাই হজোহজরগী লেম্নবা গুণ অসুমু য়াংপদি নত্তে। চংথোরকপা থোংখাং অদু হান্দবা য়েংথোরকপা মিৎয়েং অদু তথক তথকনা, লেংথোকরকপদা ক্না কেম্না য়াক-কাকু নোক্কনা য়াবি য়াখোং উহন্দবীনি। মরৌশি অদু নিংথৌগী অরুবা মতাংদা বাজ কন্যা

অসিদা মপাবুং বাছদেবনা তান্নবনি। পংনা পংঙাং ঙাংদে ঙাংথোরকপদা অর্থ য়াম্না লৈহনলি, পণ্ডিতশী লক্ষ্মণ শুনা লৈজবী মমোমনি। লৈপাক্লা মতিক-মগুণ অসিদা শোল্লজবী নিংথৌগী মচান্নুপীনি। "সৌতিপুরগী রাজ লক্ষ্মীদি মচা ইবেম্মা অসি পোকললকপদগী হেল্লা চাওখংলি।" নিংথৌ বাছদেবনা লৈপাক লানঙম পল্লেং ফংদুনা রাজেশ্বর পদবী কংজখিবসু মজা ইবেম্মা অসি ফংজবা হাক্তকগীনি।

হায়নিংঙাই লৈতনা শক-গুণ চংখোনবী রাজ-কন্যা অসি চহি তরানিথোই মপুং ফাদুনা তরাহুমদোই চংলকলে। নোংম পানবদগী পূর্ণিমা তানখংলকপগুম চাওজরকপিনি; অসিগুম্বী রাজ-কন্যা অসি থাজ-য়োঙ্গবগী মতম চারক্লে।

নোংমদি নিংথৌ স্তবাহুনা লুকহা শঙদা লুক হাগদবগী লেংশিনখি, পূজারিশিংনা মথেল লুকোই পুন্নমক লাংথ্রে। মতাং অদুদা মচা ইবেম্মা ভত্রাশু মপাবুংগী লুকহা সেবা অদুদা য়াও-জরম্মী! নিংথৌনা মহারাণী ওইরবোই নিংতুনা মচা ইবেম্মা অদুদা ওস্থোকপা মওংগী ফাগী তৌক্লরে, মদুদা ইকাইখিরবী ভত্রানা চেনখিবদুনা মমা ইবেম্মা মহারাণীদা কপ্তুনা রারম পুন্নমক তমজখি। মহারণীনা শাণ্ডরদুনা নিংথৌদা হায়ররে, "করি মতৌনো নিংথৌরেল, নিংথৌনা অদুম্না বুদ্ধি চোইদুনা নচান্নুপীগী মফমদা লংনবা হৌনব্রা? নচান্নুপী অসি থাজ-য়োঙ্গবগী রাখন্দি ইতৌ তৌবদনা নচা নুপীদা ঙাং-শকপা হৌনদবা রাফম্না পংঙাং

ঙাংখিবদি মহারাজগী গুণ ঙাকপিরোই খনবিরব্রা ?" রাকম অসিদা বাসুদেব নিংথৌনা ইকাইবগী পন থেংখি। থংদবনগী মহাকবি খন্দুনা ঙাংখিবা রাকমনি হায়রদু রনীদা নিংথৌনা শেংদোকখি, অদুগা লোইননা ভদ্রা কন্যাগী লুহোং-খোংদোংনবা থৌরাং পুম্বা তৌখি।

হন্দক ভদ্রা কন্যাগী লুহোংবসিদি ইচ্ছা স্বয়ম্বরনি, হায়বদি রাজ-কন্যা অসিনা অপাম্বা বরদা মাগী বরমাল্য অদু হুক্কদবনি। স্বয়ম্বর অসিগীদমক নিংথৌ, নিংথৌমচা, যুবরাজনচিংবা মশীং ল্যাকঙমদনা সৌতিপুরগী রাজধানীদা লাকখি। লৈপাক কয়াগী নিংথৌশিং তিল্লরে। অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, শৌরাস্ত্র, তাঞ্জোর সিন্ধু, গুজরাট, মহীশুর; পঞ্চালনচিংবগী নিংথৌ পুম্নমক তিল্লরে। মালিনীগী যুমদা লৈরিবা শ্রীবৎসমু স্বয়ম্বরগী রা অসি তাপ্রে। স্বয়ম্বরগী মুমিং অসিদা স্বয়ম্বর অসি য়েংনিংবনা অনোংপা ফিজোল শেৎলদুনা মাগুবকী চুথেক্তা হৌরিবা বকুল পাম্বী অমগী মখোংদা মথন্তা তুমিন্না ফমদুনা মতৌ য়েংবদা অঙাওবগুম লৈখি।

মতম চানা রাজ-কন্যা ভদ্রানা মখুত্তা লৈপরেং পাইদুনা মতারোই সখীশিংনা ইকোই কোইরদুনা অপাম্বা বর খন্দুনা বর মাল্য হুক্কনি হায়দুনা থোরকলে। সভা অদুদা তিল্লিবা নিংথৌ, নিংথৌ মচা, যুবরাজশিং অদুনা ফজরবী রাজ-কন্যা অদু উবদা পুমগুম শুক্কাংখি। পুম্নমক্না মিৎয়েং অমত্তা ওইনা রাজ কন্যা অদুদা য়েংনখি।

রাজ কন্যা ভদ্রানা ফমলিবা নিংথৌ, নিংথৌ মচা, যুবরাজশিং অদুবু কোইনা য়েংজখি, বর মাল্য হুকচনিংবা মাগী মরমগীদমক মর্ত্যদা কুমকপীনি, মবুংঙো ওইজনিংবদুবু উবা ফংজখিদে। মতম অদুদা সভা অদুদি তাহন্দনা রাজ কন্যা অদুগী মনাকোংদা আকাশ-বাণী তৌরকই। "দেবী নংগী বর মাল্য অদুদি নোংপোক থংবা মাগুবকী চুংথক্তা বকুল পাম্বীগী মথোংদা ফমলিবা মোৎতাই শুদাইনবা অসিদা হুকউ। মসি নংগী পুন্সিগী লৈপুন ওইজনিংবা অদুনি।"

ভদ্র কন্যা অদো মপান্দা থোকখ্রে, সভা অদুসু ঙক্না য়েংনখ্রে; নিংথৌগী মচা নুপীনা কনাদা ঙসি মাগী বর মাল্য হুকদৌরিবা? ভদ্রানা অপনবা লৈতনা চংশিনখিদুনা মোৎতাই শুদাইননা লৈরিবা প্রাগদেশকী মপু শ্রীবৎসগী ঙকশমদা মাগী বর মাল্য অদু হুকখ্রে।

সভানা থোদৌ অদুদা "ধ।" নোকখ্রে; "তুকচৈ" হায়না খুবাক খুদুনা সভা অদু থাদোকখ্রে। নিংথৌ সুবাহগী ইচাইবা অচেৎপগী পন থেংখ্রে। ওমথৈ লৈতনা শাওদুনা মচা নুপীবু চৈ-থাংখ্রে। মমা মহারাণীসু "খাংলে করি মতৌনে" হায়না তেংথাখ্রে। অসিগী মতুংদা সিন্ধু তুরেনগী মপান্দা পোশং অমদা মচা মমাকপু লৈহনখি।

শ্রীবৎস নিংথৌনা মগাক কনানো হায়বদু ভদ্রা কন্যাদা লীখি, ভদ্রানসু মতম কুইনা নিংজরক্লবা অদুবু ফংজবদা থোইনা নুংঙাইজদুনা মপাবুংনা শাওরিবদুবু করিসু নাচুংখিদে।

# (৬)

মতৌ অসুম তৌদুনা সিন্ধু ভুরেলগী তোর্ব্বান্দা য়ুম অমা শান্দুনা শ্রীবৎস নিংথৌনা ভদ্রাগা লোইননা লৈরকপদি মতম য়াম্না কুইরকলে। কোন্নুংদগী চান-থরুবদি অদুম্মক মপিরকুই, নিংথৌনা শাওজরবস্মু মমা মহারাণীনদি মচাদুবু নুংশিদবদি ওমদে। মরম অসিদগী মচা নুপীগী রাজ্ঞনবা হোৎনরকই; চাওরবা নিংথৌরেল অদুনা ওসিদি মীগী খুংগোই চাদুনা লৈবা হায়বসিমু থোইনা রানিংঙাইগী মশকনি।

রারবা মতম অসিদা চিন্তাগী রাখল অদুনা অমুক্তা হেন্না থম্মোইদা মৈচাক হেনগৎখি। অদুবু নিংথৌগী অরাবা দশাশিং অদুদি লোইগ্রে। নুংঙাইবগী নুমিৎ থোকপা হৌরকলে, অমুক হন্না' নিংথৌগী য়াইফবগী নুমিৎ থোরক্লবদা নিংথৌগী মপুক্লিংদা ঘাট অদুদা সদাবর্ত্ত দান তৌরগা চিন্তাবু খিগে হান্না নিংলক্রে। মরম অসিনা ভদ্রাদা রা অসি হায়রকই, "রাণী ভদ্রা। ইকু নিংথৌদা হঙ্গৎলু, সিন্ধু ভুরেলদা চথোক চৎশিন তৌবা লম্লোন ইথিক তৌবা যাত্রিশিংদা সদাবর্ত্ত তৌজগে।" নিংথৌগী রাকম অসি মমা মহারাণীদা ভদ্রানা হায়জখি। মমা মহারাণীনা বাহুদেব নিংথৌদা অমুক হঙ্গচখি। নিংথৌনা সদাবর্ত্তগী চংগদবা পোৎলম পুন্নমক পিরকুনা শ্রীবৎস নিংথৌনা, নিংথৌনা পিবা মনাইশিং খরগা দান তৌবা হৌরকলে।

ঘাট অদুদা লৈরগা জুরাকুপ্পা হী পুম্নমক মনাইশিংগা তলাস তৌই, অওম্বা দান তৌরগা হেক হেক থাদোকখি। মতৌ অমুম্না মতম্ন ফন্ন য়াম্না কুইনা দান তৌরকলে।

নিংথৌগী ভাগ্য লক্ষ্মীনা লাক্লবনিনা লোংমদ্রি মমাংঙৈদা য়াম্নী সনা-লুপা মুন্দুনা পুখিবা লল্লোনবা নিপা অদো মাইকৈ অদোমদা য়াম্নী চাওরবা হীজাও অদো হোন্দুনা লাক্লে। নিংথৌরেল শ্রীবৎসগী সনা মপাকশিং অদুস্থ করিমত্না কাইদনা হী অদুদা য়াওরকলি।

হী অদু উবদা শ্রীবৎস নিংথৌগী থম্মোইদা হী অদু নিংথিজনা তলাস তৌনিংঙি। থম্মোই অদুদা হরাওবগী ওমখৈ লৈখিদে। মনাইশিংদা য়াথং পিরে, হী অদু তোর্ব্বান তান্না পুশিনহল্লকলে।

লল্লোনবা নিপা অদুনস্থ শ্রীবৎসবু উবদা মপুক্লিংদা অকিবা অথুকপা পোকখি; মীপাইখি। করিন্নুংগী মাইকৈ অসোমদা ল্যাক্লুরবনো হায়না মীপাইবা পোকখি।

নিংথৌ শ্রীবৎসনা মনাইশিংদা য়াথং পিদুনা হীন্নুংদগী সনাশিং অদু লোইনা লৈয়াইদা হোনগৎখি। তৌনিঙাই লৈত্রবা লল্লোনবা অদুনা বাছুদেব নিংথৌদা চেনখিদুনা তুরুম্নে। "নমাক ইবুংঙোনা মনাই ঐগী সনা পুম্নমক লুট তোবিরে" অমুম্না য়াকৎলুরে।

বাছুদেব নিংথৌনা হান্নদৈ হোনা য়েংনিংলদুনা লৌরিবলি।

ডাকুগী থোৌদো মানবা অসিদা খম থেংনা শাঙনিংখি, ইকাইখি। মরম অসিদগী অশাওবগা লোইননা পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্না লোইননা সিন্ধু তুরেলগী মপান্দা মচা-মমাকনা লৈরিবা মকম অদুদা লাকখি।

শ্রীবৎস নিংথোৌবু য়েংদুনা হায়খি, “করি মরমগী ইকমদা মীনমদুনা দান ধর্ম্মদা থোৌদোংলগা মীগী সনা-লুপা লুট তৌদুনা ঐগী সম্মান পুম্নমক মাংনবা তৌরিবনো, অদুগা থোৌওং অসি নংগী য়াম্না লমহেনবা নত্তে হায়রগা নিংব্রা ?”

নিংথোৌরেল শ্রীবৎসনা খুমখি, “ইকু নিংথোৌ, নমাক্না করি-গুম্বদসু নত্তবা অমদি মীনম্বা তৌজরোই। নিপা অসিনা মাগী সনা ওইরবদি সনা অসি ময়াই মক্তদা তথাই তাহল্লুনা অনি থোকহনবিয়, অদু ওইরবদি মাগী সনা ওইরগদসু য়াই”।

রাকম অসিদা ললোনবা অদুনা অশাওবগা লোইননা মথা চিক্কুনা মথুত্তা শীংজং পাইদুনা সনা অদু অনি থোক্না তাহনগদবগী লাক্লখি ফন কল্লা লাক্তুনগু ললোনবা অদুনা সনা অদু অনি থোক্না তংথাই তাহনবা ওমখিদ্রে। মদুগী মতুংদা বাহুদেব নিংথোৌনা মমাক্তা হায়খি, “নহাক্কি সনা অসি তংথাই তাহনবা ওমগদ্রা” শ্রীবৎস নিংথোৌনা সনা মপাক অমা পাইরগা তাল-বেতাল কৌবা সিদ্ধ অনি অদু নিংশিংলগা সনা অদু অনি থোক্না ফজ্জুনা বাহুদেব নিংথোৌগী মফমদা কৎখি।

থোৌদো অদুদা নিংথোৌ প্রজা পুম্নমক ইওক ওকখি। থোইদোক্ক হেন্দোক্না বাহুদেব কৌবা অদুসু ইওক ওকখি। সনা মপাক অনি

অদুগী মতুংদা য়েংশিনখিবদা নাকম অমদা শ্রীবৎস, অদুগা নাকম অমদনা চিন্তা হায়দা থারক্মী।

মতু উবদা বাস্থদেব কৌবা নিংথৌদা মপুক্লিংদা মীপাইবা পোকখি; কিরক্লদুনা শ্রীবৎস নিংথৌরোমদা য়েংলগা হায়রকখি। "মহাশয়! নহাকপু কনানো, করম্বা দেবতা অমনা মফম অসিদা ঐগী ইচা ভদ্রাব তীবু লৌবিগে হায়দুনা মায়াং তৌদুনা লেংবিরকপনো?

শ্রীবৎসনা নোল্লুক্লা হায়জখি, "মহারাজ! মাগ্নবগা মাগ্নবগা তিন্নবা কৌনৈ। ঐবু কনানো হংবিবিবদো খংবিনিংলবদি সনা মপাক অদুদা থারিবা মীশক অদুমক ঐহাকনি।

বাস্থদেব নিংথোমা থুমজখি, "অদুদি ঐখোই পুম্নমক্কী কোক্কী লৈতেং ওইবিবা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনিদনা? হে রাজেশ্বর। তোল্লবা পংলবা বাস্থদেববু ঙাকপিয়ু; ননাইনা খংজকদবনা নকমদা কযামুক লংজগ্রে। ননাই ঐহক্কি নখা থাবা, নকমদা লোনপোং হাবা নিংথৌনি।" অস্থম হায়না শ্রীবৎসগী মকমদা লৈশি লৈখোঙবগা লোইননা নোঙখি।

তয়াং তশোইনা শ্রীবৎসনা নিংথৌবু কো-খৎচৈ। য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোইনদুনা হায়রকই, "হৌনদে হে-ইকু নিংথৌ। ঙংদি ঐগী গুরুনি!" অদুগী মতুংদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা মতৌ কপা থোকপ্রিবা অরাবশিং অসি ওইথিবনো হায়বদু মখংশিংনা তমখি। 'রারী' অদু তারগা বাস্থদেব অগদি তাগ্রিবা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা অরাবনা থনখি।

অদুগী মতুংদা বাস্থদেবনা অমুক হঙ্গা হংজখি, "অদুদি রাজেশ্বর মহারাণী চিন্তাদি কৈদা চংখ্রবগে ?

"ইকু নিংথৌ নিপা অসি লম্নোনরা নত্তে, মহা পাপী ডাকুনি। মহাক্না অরা সুংঙাই খোংলোই ওইমিন্নজররুবী ঐগী চিন্তা সতীবু ঐনা শীংজনবা চৎখ্রিঙৈদা কাদুনা হীনুং অমিদা পুথিগ্রবনি। ঐগী রাজববী চিন্তা অদো হৌজিক হীনুং অসিদা লৈরি।"

রা অসি তাবদা বাহুদেব নিংথৌনা থম্মোইদা অরাবনা থনখ্রে, মন.ইশিংগা লোইননা হীনুং তম্না চেম্থরকলে।

রাজরবী চিন্তা অদুদি পাপী অদুগী হীনুং অদুদা মতম অমুক কুইবসি অরাবা খাংদুনা লৈরকলি! ওসিগী সুমিত্তা মবুংঙোগী মরা মথোন্দি তাবগুম তৌই, অদুবু থোদোক অদু করম তৌরবনো হায়বদি খংজদ্রি। নোংদম্বগী মকমদা অরাবগী মাফম অদু রাক্লৎ-তুনা নারায়নবু শোন্দুনা লৈজরম্মী! অদুম্না তৌরিঙৈ মতমদা বাহুদেব নিংথৌনা মনাইশিংগা লোইননা কুমথরকলে, অদুগা সুংশিরবা মপাওনা হায়জরকই।

"ইমা। চিন্তাদেবী। লেংখৎলো নবুংঙোবু খুরুমজররো। ওসিদি অরাবগী মতম অদু হৌখ্রে, সুংঙাইবগী কোৎনৌ থোরক্লে; লাকও সতী তোর্ব্বান তাম্না লেংখৎলসি।"

রা অসি তাবদা চিন্তা দেবীদো সুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। তজুপ-তম্নাং হৌগৎচরক্লে, অদুবু মূর্ত্তি অমদি ওন্থোকই, লাইথুং পল্লবা শকক্মনি, হঙ্গোইরবা মূর্ত্তিনি, মদু উবদা বাহুদেব নিংথৌনা

পুমওক ওকখি, অদুগা মতুং অদুদা অসুম্না হংজখি। "দেবী মূর্ত্তি অসি কন্নিনো, মতৌ অসিদা ঐদি ওক্কবা ওমজদ্রে।"

"লাইথুং পন্নবী মূর্ত্তি অদু সূর্যদেবনা পীনবনি, মূর্ত্তি অসিগী পান্নৈনা সতীত্ব ওাকচন্থনা লৈজন্নবীবনি" হায়না খুমজখি। ছীসুংদগী কাখৎলন্নদাই অদুদা সূর্য্যদেবগী মফমদা অমুক হন্না স্তুতি তৌজখি। স্তুতি অসিদা পেল্লবা সুমিৎ কৌবনা চিন্তা দেবীগী হান্নগী নিংখিজবী মূর্ত্তি অদু অমুক হন্না পীবিখ্রে।

ওসিগী সুমিৎ অসি চিন্তা দেবীগী যাম্না সুংগাইজন্নবা সুমিৎনি, মবুংঙোগী চরণ ফংজন্নগনি হায়না হন্নাওজখি। অমুক হন্না বসন্ত লাক্লবদা হৈরাং-লৈরাংনা চুন্নগনি, ঋতু নিংথৌগা হন্না প্রকৃতিগা শান্নরগনি, মতম কুইনা চরণগী সেবা ফংজ-ক্রব্রবদো ওসি ফংজরগনি, অসুম খঞ্জনা চিন্তা দেবীনা লৈপাক নিংথৌ তিন্নবা সভা মন্নক অদুদা মবুংঙোগী খুম্না তম্না তপ্না তপ্না কাখৎচন্নকলে।

নিংথৌরেল শ্রীবৎসসু মতম কুইনা কাইনন্নবী চিন্তাগী চেংলো হন্না উজনিংবনা লাংতক্লদুনা ফম্মন্নদগী হোৌগত্তুনা চিন্তানা কান্নকদবা লৈরাই অদোমদা থৌরাংবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈজন্নি।

ওইরোম থংবা মাইনৈদা ভজ্রা সতীনা থৌগজ্জন্নি; সতী অদুনু মহাসতী অদুবু উজনিংবনা থৌরাংনা ওাইজন্নি। মফম অসিদা ঙসিদি মতম কুইনা ফান্ননদাওম্না মশক উরুক্রবা

প্রেমগী ইচাও অনি অদুগী মহামিলন অমা উগদৌরি।

চিন্তা কাখৎলকলে। মিৎ মৃরি অদো পিনা থন্নরে। মপা'ম্বোম অনি তিংথোক্লবা শ্রীবৎসনা চিন্তাবু তরাম তরাম তৌরকই। মতম অদুদা চেনশিল্লক্তুনা মবুংঙোগী চরণদা তুজরে। কয়াদা পেনখ্রবা কয়াদা সুংঙাইখ্রবা ওসি লৈম-নিংথো অনিগী প্রেমগী মহামিলন!

মতম অদুদা নৌজরিবী ভদ্রানা চিন্তাদেবীগী চরণ শোক্লা খুরুমজখি। নোল্লুকপা মপাওনা হায়রকই, "ইচেম ইবেম্মা মহারাণী ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু। ওসি চরন্দা খুরুমজরিবী ঐশাকসি নবুঙোগী সেবাগী শরুক খরদং য়াওজগে হায়না ভিক্ষা নিজরিবী অমনি। চানবিদুনা নমুংঙোগী সেবা অসিদা য়াওজবা কংহনবিয়ু।

মতম অদুদা সাধ্বী চিন্তা দেবীনা মোমোন নোক্লদুনা নোঙ্জরিবী ভদ্রাগী মকমদা আশির্ব্বাদ তৌবগা লোইননা হায়খি।

"হে আয়ি! নহাক মঙ্গল ওইয়ু, লাও ইচিন-ইনাও চংদুনা ঐখোইগী ইবুংঙোগী সেবা তৌমিন্নসি। লাও ঐনা পুক্নিংদা অশেপ্পা লৈতনা নংগী প্রেমগী ভিক্ষা ঝুলিদা হাপ্লবনি।" অদুগী মতুংদা ভদ্রাগী খুজেং পাইদুনা মবুংঙোগী চরণদা অমিমক্লা খুরুমজখি।

মতুংদা মৈ থোক্লা সুমাহু নিংথৌনা লল্লোনবা নিপা অদুদা শাওখ্রে। মাবু মতিক-চাবা-করম্বা দণ্ড পিজোগে হায়না [illegible]দা-হংজখি। অদুবু ঙাকপিদৈয়বা নিংথৌ অদুনা

মহাকপু য়ৈথাইবা লৈতনা থাদোকপিখিনবা হায়জখি।

পুকচেল ফত্রবা নিপা অমত্থ থাদোকপিখ্রে। লৈপাক মী-য়াম হৌনা মঙ্গলগী ধ্বনিগা লোইননা শ্রীবৎস নিংথৌনা রাণী ঙানিনা থৌগল্দুনা সুবাহু নিংথৌগী কোম্নুং তম্না লেংশিনখি। অমুক্তা য়াইফবা মুমিৎ অমুক্ত ঙসিদি শ্রীবৎস নিংথৌগী থোকখরে।

---

## (৭)

নোং ঙাল্লবদা দরবার চাওনা তৌখ্রে, কুমৈ মথল মথা কয়া তৌই, মঙ্গলগী ঈশৈ কয়া শকই। "জয় নিংথৌরেল শ্রীবৎসগী জয়" হায়না মাইকৈ তরামক নিনখ্রে। অসিগুম্বা মতমদা গ্রহরাজ শনি দেবনা আকাশবানী তৌরকলে।

"তাবু। শ্রীবৎস নিংথৌরেল, দেব দৈত্য, মী, লাই; চিংচাবা, অপ্সারা কিন্নরশিং গুম্বা ঐবু অথোইবা ল্যাইনি হায়দুনা পূজা তৌবনি। নংতনা নাপন তৌদুনা অপিকপনি হায়দুনা পূজা তৌদবনি, মদুগী মতিক চাবা মহৈ অমত্থ নংনা ফংলে। হৌজিক্তি শুনি, ঐগী ইগুণ থংলেদনা? অদুবু নিংথৌরেল নংবু ঐনা—পোদবা থাগত্তবা ঙমদে। অমুক হায়্না অরাবা ভারথম্ নংগী হায়দোকপবা নয়াথংদি ঙাকই। ঐনা নংগী সত্য অদুথু য়েং-নিংবনা অদিগুম্বা অরাবা অকিবনা থল্লবা পরীক্ষা অমি তৌবনি।

তাও শ্রীবৎস, সত্য অচুত্তবু নংনা সুংশিয়ু, অচুবদা নমাই লৈয়গনু, তৌগদবা নথৌ থাগনু।”

অদুগী মতুংদা মহারাণী চিন্তাবু চিংনা য়েংলুনা পাওমেনবা হৌরকই। “নপুরোইবগী চাকহেনবী সাধ্বী চিন্তা! নংবু ঐনা পেল্লি। ঙসৈখে লৈত্রবা অরাবগী মৈথু মরক্তা নপুরোইবগী তুং-ইল্লবী ওইদুনা খাংজরক্লবী অরা সুংঙাই অনিমক্কী খোংলোই ওইবী সতী চিন্তা, নংগী পতিভক্তি, পতি প্রেম অসিমক্কা তুংগী ভারতকী চনুরাশিংগী মক্ত বা মিংশেল ওইরসনু। সতী! নংনা ফীদম ওইদুনা হৌরকলিবী কয়ানা পতি সেবা, পতি প্রেম হায়বদু মশক খংলসনু।”

অমুক্কা ঙাংনা-ঙাংনা শনিঠাকুর অদো সভা অদুদা থুংলরে। ঙাংলবা মমিৎনি, পিক্কলা থুংবনি, ফিজেৎসু অঙাংবা শেৎলি, মঙাম্না লোংথাংঙুম লংলি। সভা অদু ইঙান ঙানগ্রে, মতৌ অদুদা সভাসদকা লোইননা শ্রীবৎস লিংথোনা মখুৎ লোয়নলা হৌগৎচে। মখুৎ লোয়না শনি ঠাকুরবু স্তুতি তৌজখি। “হে দেব! হে অথোইবা! নঙুণবু নিংথিনা খংজরে; পংলবনি হায়না নঙুণনা ননাইবু ঙাকপিয়ু। কয়া লংজগ্রে কয়া ইকাইরা নংবিগ্রে; মদু পুম্বা নঙুণনা ননাইবু ঙাকপিয়ু। হে গ্রহরাজ! ঙসিদগী ননাইনা নংবু পূজা তৌজররনি।

শনিদেবনা থোইনা পেনখিবগা লোইননা আশির্বাদ তৌবিরে, সুংখিবা মপাওনা অমুকন্দু হায়রকই; “নংবু ঐনা পেল্লে. রাণী

অনি পুন্থনা মরৈবাক্তা যল্লো। অমুক হয়া রাজ্য চক্রবর্ত্তী ওইনা মৈথাই খিল্লাইবা লৈতনা পাল্লুরো! হে আর্য্য নহাক পুন্সির মতম কুইনা পাল্ল, চহি লিশিং তরা চুপ্পা নিংথৌ ওইজো। নংগী অচুম্বা রায়েলগী লীকলমদা খুদাকম খংত্রবা মী ওইবনা খুদাকম ওইসনু। লনগী ময়াইনা শুন্ধানা ধর্ম্মবু থৌওইদনুনা মীওইবা সমাজদা তংথোকবা অচুম্বা মীওই অর্দুবু মতিক চাবা দণ্ড পিবিদুনা সমাজিবু য়োকখনু। সাম দান, দণ্ড, ভেদ, হায়রিবা অসিগী উপায়না নংগী রাজ্যবু নিংথিনা ঙাক্লুনা। তাইবং অসিদা নঙান চাওনা পাল্লু। হে নিংথৌরেল নংগা ঐগা খংনখিবা রাকম অসি তাইবং অসিদা শন্দোকত্রসনু, অদুগা সিগী তত্ববু খিজবা, ভাজবশিংনা মথোইগী অরা অনাদগী কোকচবা ওইসনু।” অমুম্বা আশির্ব্বাদ তৌরমগা শনিদেব খদো তিল্লিবা সভা অদুগী মিংমাংদগী অন্তর্ধান তৌখ্রে।

মতৌ অমুম্বা মুমিং কয়ানি চুপ্পা বাহুদেবগী রাজ্যদা শ্রীবৎস নিংথৌনা মেল্লবগী তুংদা মরৈবাক প্রাগদেশতা চৎনবগী মকু নিংথৌদগী বিদায় লিখ্রে। মসিদা অরাবগী লৈচিন অমনা থাইবু কুপথি। বিদায়গী মতম অসিদা বাহুদেব অমদি লৈপাক মীয়ামগা কপ্প-লাওনবগী খোল্লেল অমনা, হেল্লা অরাবগী ইনোং কাখি।

অদুগী তুংদা বাহুদেবনা নিংথিরবা দোলাই শেমখ্রে মণি, মুক্তা, হীরা, তঙ্খা কয়া, অমদি ভত্রাবুতাগী অতনপোৎ কয়া লাংখ্রে। মতম অদুদা খোইদোক্লা অরাবদি সমুদ্র ইরাঙ্কু লাল্লা

চৎকদৌরিবা খোংকম অসিনি। মতুগীদগক বাস্থদেব নিংথৌনা শ্রীবৎস য়েংদুনা হায়খি—"নিংথৌরেল মতৌ করম্না সমুক্ত ঈরাংগু, অসি লানগদগে"। নিংথৌ শ্রীবৎসনা "তাল-বেতাল কৌবা সিদ্ধ অসিনা দোলাই অসি থৌগদবনি, মতুগীদমক্তদি করিমত্তা য়াবিরুগন্নুগনু।" অতুগী তুংদা পুম্নমকপু বিদায় তৌনরদুনা চিস্তা ভত্রা অনিমক দোলাই মথক্তা কায়ে। নিংথৌনা তাল-বেতাল কৌবা সিদ্ধ অনিমকপু নিংশিংজগ্রে; তাল-বেতাল অনিমক কাওরকলে, দোলাই অদু অনি অতুনা নুংশিংকী মাং থানা থৌরকলে।

অস্থম্না দোলাই থৌরকপদা সিদ্ধ অনি অতুনা শ্রীবৎস নিংথৌদা তাকচখি। "য়েংবিয়ু নিংথৌরেল মাংদগী অসি চিত্তানন্দ বননি, সুরভীগী আশ্রমনি, মফম অসিদনি মহারাজনা সনা মপাকশিং শাখিবা" অতুদগী লমদম থর দোলাই অদো পাই-রকলে, শীংজনবগী খুল য়োরকলে, মতম অতুদা সিদ্ধ অনি অতুনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু নিংথৌরেল মাংদগী খুল অসি শীং-জনবগী খুল অতুনি। খুল অসিদগীনি নংগী চিস্তাবু কত্রবা নিপা অতুনা পুখিবা" অতুদগী দোলাই অতুনা পাইরকপনা অরৌবা ওানা চেনখিবা মফম য়োরকলে, মথং মথং লাকলে মায়াগী তুরেল শেন্নগা শনিনা সনা-লুপা লাকখিবা লমদম অত্ত য়োশিনখি। তাল-বেতাল কৌবনা মখুও থিন্দুনা মহারাজ শ্রীবৎসদা হায়রকই। "নিংথৌরেল নরৈবাক প্রাগদেশ য়োরকলে, য়েংবিয়ু মফম অসিদনি শনিঠাকুরনা মায়াগী হী হোন্দুনা মায়াগী তুরেল তৌদুনা মহা-

রাজগী সনা-লুপা লৌখিবদো? মরৈবাকপু অমুক হন্না উজবদা নিংথৌরেল শ্রীবৎসনা মপুক্কিং নৌনা নুংশিজখি।

মতৌ অসুন্না শ্রীবৎস নিংথৌরেলনা শনিদেবগী দশা কোক্লকুনা অসুক কুটরবগী মতুংদা মরৈবাক প্রাগদেশতা ৎল্লক্লে। লৈপাক প্রজা পুম্বা নুংঙাইজবগী ওমখৈ লৈখিদ্রে, মতম কুইনা অরাঙ্কক রজ্য ওইন্না লৈরুরবা প্রাগদেশ, ঙসিদি মপু পাল্লে হায়না প্রকাশিংনা হন্নাওবা চপ মান্নখি। পাত্র মন্ত্রিনচিংবা সুহৃদবর্গনা ইকোক্ত কোইনা মশীং লাকপা ঙমদ্রবা প্রজাশিংনা নিংথৌবু অভিনন্দন তৌবগা লোইননা ওকচখি। রাজ কবি চাবণ কবি লক্ষা লক্ষানা মঙ্গলগী শৈশক শকখি। ঘৌগী মৈরা ওক্কুনা ব্রাহ্মণ লিশিং-লিশিংনা মন্ত্র জপ তৌদুনা নিংথৌরেলবু চান্ন-লুনা ওক্কুনা কোম্নুং মন্নুংদা লেংশিনখি।

চিং-লেম্না ফজরবা প্রাগদেশকী রাজধানী অদু মতম কুইনা মমি ইশাম-শান্নুরবনি অদুবু ঙসিদি থোইনা শুক লেম্বা হেনগৎখি। কোম্নুং মনুং অদুদা পুং-শল তোরঙ্গ, শিঙ্গা বেনুগী খোঙ্গেন্না ঙং-লাওনা ইনিন নিনবগী মরক্তা দেব মন্দিরশিংদা কংশি শরিক্তী খোঙ্গেন্না খোইনা অমুক নুংশি হনখি। মতৌ অসুন্ন শ্রীবৎস নিংথোনা মরৈবাক্তা অমুক হন্না নিংথৌরেল ওইনা মতিক নড়াল চাওনা য়েক্ক তিখং লৈতনা পানখি।

সতী পতিব্রতা চিন্তানা মতম কুইনা অরাবগী মৈরক অসিদা থাংলুরবসু মপুরোইবগী প্রেম ভক্তি অদুদি থাজরা লৈখিদে।

নুংঙাইরিবৈ মতম অদুদগী ওইবা প্রেম মতুবা, অরাবা খুদোংথিরবা মতমগী থোংলোই ওইজদুনা মপুরোইবগী মতুংদা মতৌ অন্নম্না ইপ্পদুনা অম্মুক কুইবসি থোগল তৌজরুরগা অমুক হন্না মরৈবাক প্রাগদেশকী লৈমরেল ফম্বেদা ঙসিদি ফম্লরে। মসিদা লৈপাক প্রজা অপুম্বা মবুক ইপেন পেন্নখি।

সতী অসিগী মঙ্গুণ অসি মালেম অসিদা শাৎখি, অসিগুম্বা চরিত্র অসিনা মতম কুইনগী ভারত লৈমরক্তা ঙান্দুনা লৈরি।

---

নোংমাইজিং
তাং ২৩। ৪। ৬১ ইং
কাঞ্চিপুর বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিটুট

# "সভা পর্ব্বদা দ্রৌপদী"
## (১)

একাচক্র কোবা চক্ত শাবগী খুল অদুদা মুমিদাংবাইগী মতমদি থর লৈথরক্লবদা মচা মঙা হল্লক্কে, হায়না রাজরবী কুন্তীনা মৈদি লিরি লিরি থারদুনা মথরাই রানা ঙাইদুনা লৈরি। মমানা মচাগীদমক রাবদি হায়নিংঙাই লৈতবনি, মচা চপ মান্নবদা রাবা মন্না মান্নদে। ওক্কবা অঙাওবা মচাগীদমক থর হেন্না রাই, কুন্তীনা, ঙপ্পবা মীঙোন্দা "হে-হা" তৌজন্নবা যুধিষ্ঠিরগী মরমদা থোইনবু রারুদে। ভীম, অর্জ্জুনগীদমক্তি রাজখি, নিতিগী হঙ্গিল্লকপা মতম হেনরে,

হৌজিক ফাওবা লাক্লে, কবিবু তৌগ্রবা ' চৎথ্রিবা মফম অতুস্ম স্বয়ম্বরগী মফমদনি। কুন্তীনা খঙ্খি, পাণ্ডবনা কবিগুম্বদস্মু রাজকন্যা অদু কংলক্তুনা লাকনি হায়রবদি থাজখিদে, মহাক্কা খঙ্খিব-মক্তবু খৎন-চৈনবদা হনবা হৈনত্রবা ভীম অর্জ্জুনা কবিগুম্বদা ক্ষত্রিশিং অতুগা খৎন-চৈন তৌবমগত্রা অসিতনি।

অস্মুনা খঙ্জনা লৈবিঙৈ মতম অসিদা দ্রৌপদী পুরক্লুনা পাণ্ডবনা মখোইগী য়ুম থু'ফম অদোমদা লাকচখি। হরাওজরবা যুধিষ্ঠিরনা মপান্দগী মমাবু কৌরক্লুনা হায়খি। "ইমা! ঐখোই লাকচরে, কবিগুম্বা পোৎ-অমতংস্মু ঐখোইনা পুজরক্লি।

কুন্তীনা মচাগী মেংলবা মপাও অসিদা থোইনা পেঙ্খি, অদুবু পুরক্লিবা পোৎ অদু কবিনো হায়বদি খন্থদনা অস্মুনা হায়রকই। "ইমাগী যুধিষ্ঠির, নখোইনা পুরক্লিবা পোৎ অদু নখোই মঙামক্কী শরুক ওইজৌ, নখোই মঙা য়েন্নৌ, ইমাগী শরুক্তি তমগনু।"

যুধিষ্ঠিরনা রাফম অসিদা মতুং চুংজখি, "মাংলে" হায়না খঙ্খি। "কবি ওইরনি করম তৌগনি" হায়না চঙক্লনা খঙ্খি। পুনমক ইমুংদা চংলকলে, দ্রৌপদীবু মমা ইবেম্মগী চরন্দা খুরুম-জহল্লে। অদুগা অস্মুনা নোল্লুক্লা হায়জখি, "ইমা! ননাই ঐখোইনা পুজরকলিবদি অসিনি, ওসিগী স্বয়ম্বরগী লক্যাদি ইমাগী থোজান্না ইনাও ম্নাইমবা পার্থনা ককলে।"

কুন্তী কোকচাওবী কাখ্রে, "নমাগী য়াথংবু লৈপাক মচাশিংনা তাহনবদা তাগ্রা। অদু শুইববদি মমাবু থৌওইদবা মচাশিংগী ধর্ম্ম অদু ক'রনো? মহুনা সমাজ অ'সদা মথং-মথং "হায়বা ইন্দবা" হায়ব। অদু খুদুং ইল্লকপা তারবদা কন্যানা মন্নাই কাংলক্কবা নহারোলশিংবু লাকশিনবা ঙমগনি। ঐনা হায়দোক্লুরিব: য়াফম্ অসিদি থোদো অসিগা চ.য়:দ; মীওইবা সমাজগী চৎনবীদগী য়াম্ন। কাইগ্রে। অদুদি চৎনবী কিদুনা মমাগী য়াথং লৌব্রবা মচগী অবস্থা অদুদগী সমাজদা অকাইবা পুরক্লোই হায়বসি য়াফম থোকপ্রা?" অসুম্না কুন্তী রাজর্ষি, খল্লবগা থম্মোইদা থাজবা অমগী মথক্তা খুকমজরিবী দ্রৌপদীদা অসুম্না আশির্ব্বাদ তৌবিখি।

"হে অয়ি! মতম কুইনা নপুরোইবশিংগী চাকহেনবী ওইজুনা সংসারগী লম্বীগী লোইনবী ওইজৌ। নহানমখৈ ইগাশিংগী ভার ঐগী খুত্তা লৈরম্বনি, অদুবু ঙসিদগী মখোইগী ভার পুম্না ইনেম্না নফমদা শিন্নরে। হে নিংথৌগী মচানুপী, নংবু ইনেম্না পেন্নি, মতম পুম্বদা নংগী মাইথোংদা তাকলিবা মতৌ অসিনা পতি-ভক্তি, সমাজ সেবা, অতিথি সেবাদা চংখোনবী ওইগনি থল্লি, লাও চংলকউ, ইনেম্না নংবু ইখাদা কোন্দুনা মমল য়ামলে হায়না থমজরিবা ইচা মঙাসে ঙসিদগী শিন্নবগে" হায়না চেক্লেঙনা মখোঁবু কোঞ্জখি।

যুধিষ্ঠিরনা মতুং অদুদা মমাগী মফমদা হায়জখি, "ইমা! নংগী য়াথং অদু লৌখোকপিয়ু, য়াথং অদু ঙাকপদা ঙসিগী সমাজনা নচাশিংগী মথক্তা ভুকচবা মিৎয়েংনা য়েংনবগদবা নয়াখাইশ

রাক্ষম অসিদা ভোজগী মচা মুপী শিংলবী কুন্তীনা হায়খি, “যুধিষ্ঠির! মমাগী য়াথংদি দেব বাণীদগী থোইরিবনি। হৌজিক্তসু ঐনা ইমৌদা আশির্ব্বাদ তৌরে; মসি হোংদোকপা য়াররোইদবা মমাগী বাণীনি। নখোইনা সমাজগী মীনোক অদু কিহুনা নশাক্তগী য়েংবা মমাগী ময়াথং গিক্তোকপা তাবগল্লা হায়বহু নংসু বিবেক লৈরবনি মুন্না থল্লু। ইমাগীদি হ'য়গ্রবনি।” মগা ইবেম্মগী য়াথং অসিনা ধর্ম্ম লৈরবা ভাব থংলবা যুধিষ্ঠিরনা করি খুন্ধম থংদনা লৈখি। মচিন মনাও মরি অদুসু ময়াম্মুংনা করি খুমদনা লৈগ্রবা অদুদা করি ঙাংবা ঙমদনা লৈনখি।

মথক্কী রাক্ষম অসি করিনো, অমদি মসিগী অথুপ্পা অসি করিনো হায়না ধর্ম্মগী মচা অদুনা মনাও মরিগা মুন্না নৈনবা হৌরক-লে। নৈনরকপা অদুদা ভিংলবা পুকচেল চেনবা বৃকোদরনা ময়াম্মুংদা হংজখি, “য়াম্মুংবু ইমাগী আশির্ব্বাদ অমদি য়াথং অসি থংদবদগী তৌখিবনি। মসি ইন্দবদা করিসু দোষ লৈতে, মরম অসিনা য়াথং অসি ঙাক্তবা সমাজগী চৎনবী অসিবু ঙাকপনা হেন্না ফবা অমদি মথৌ থংবা ওইরোইদ্র?”

পুকচেল ভিংলবা ভীমগী রাক্ষম অসিদা মনাও অতেসু অচুম্বনি হায়না লোইনা সমর্থন তৌরে।

যুধিষ্ঠিরনা খুম্মী। “চুম্মী ইনাওশা। ইমানা থংনা থংনা ঐখোইদা রা অসি হায়খিবদি নত্তে। অদুবু মসি ইগানা হায়বনি হায়রা। অসিমদি ঐখোইনা থজবা চুমদে। ইগানা হায়বদি “গুরু আজ্ঞানি” মচা ওইবনা ঙাক্‌বা য়াদে অদুগা ইমানা

অমুকসু হায়খি, "মসি হোংদোকপা য়ায়রোইদবনি" মসি ইমানা করি থন্দুনা হায়খ্রিবনো হায়বতু ঐখোয়না নৈনবা কৈ। ময়ম অদুনা য়াথং অসি হিক্তোকপা চুমদে হায়বসিমু ঐগী মতমি।

ভীম্মা খুমজখি, মহুসু মওইরো, ওসিগী সমাজ অসিনা উবরা য়ারবা থোৌরমনি, লম্বীনি মসি। ঐখোইনা থাংগদৌরিবা খোংথাং অসিমু অয়াইবা খোংথাং নত্তে, অঁদুগা নিংথৌগী মচানুপী অসিগী খোংথাংসু লাইদে। মাবুসু সমাজদা করম্বা মওংদা মমাই উৎচগদবা হায়বা অদুসু য়াংজোননা নৈনহৌবা দরকাররনি। ফীভমশিং অসিদা ইমাগী য়াথং অসি ইনবা তারবদা লৈরিবা পম্ভাওশিং অসি করম্না লানগনি। মহল লম্মা হায় হায়দুনসু অকাই-কাইদা য়েংবদি ফন চুম্বা য়াকম ওইগদ্রা হায়না নদাওসি খঙ্গে।

যুধিষ্ঠিরনা মনাও য়াইমা ভীমগী মপা ও অসিদা খুমখি; "নৈনফম থোকপা য়াক্মনি য়াইমা! হায়বা ইনবা তারবসু অচুম-অরান য়েংনা খনবা দরকাররনি। অদুদা ইয়াম্বনা হায়রিবদি অসিনি, হন্দকী ইমাগী য়াথং ভাক্লসি হায়বা অসিগী নমলোম্বা লৈরিবা অর্থ অসিদি য়াম্না য়াংবা থাকনি। নখোইনা য়াথলগী ফিজুম থাদুনা য়েংনিংলি, অদুগা য়াফমসি পাপকী লম্বীদা পুরবসু নরকনি। ওসি ঐখোইনা, ওসিগী সমাজনা ইমাগী য়াথং অসি ভাকুনা য়াম্না শেংলবা থম্মোই অমা উৎকদবনি। মতৌ অসুমা মচিন-মনাও মশা অদুনা য়াকম অদু অহিং অদুদা ফন য়াম্না খোংনা নৈনখি। অদুগী মতুংদা মমাগী য়াথং অসি ভাকপতাই, অদুগা লোইনবা

সমাজগী মীনোক্কী নোংলৈ-নুংশিৎশিং অসিবুস্থু মাইয়োক্ক য়াদি হায়না অচেৎপা য়াশক লৌনখি। অদুগী মঙ্গুংদা দ্রৌপদীনা চাক-ঈশিং থোংহুনা মথোই তরেৎ অদু চা-থক্কুনা অহিং তম্থু লেনখি।

---

# [২]

মথক্কী রাকম অসিদা নৈখোইনা উরে, চন্দক্কী মতাং অসিদা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা সম্রাজগী চৎনবীগী য়াংমদা লৈঙ্গবা থৌ, থৌ অদুমক্তি সমাজনা তুক্কচরবা থৌ ওইনা লৌরবা থৌ অসিদা থৌগাইদি হায়না করিগী যাখিবা হায়বত্তুগী মরমদা, থরদং লৈনখ্রে। অওইবমক্তি খল্লবদা ফন-লুনা থোকপা য়াফমনি। লুপী অমনা লুপা মঙাগী সেবা তৌবা হায়রসি। অদুবু পুৎচেল তিংলবা অচুম্বা চৎলবা পাওবনা কদায় ফাওবা অচুম্বা চৎতুনা কদায় কাওবা মাতৃভক্তি উত্তুনা মীনোক চাঃরবা তাইবং অসিদা মথোইগী অশেংবা ধর্ম্মগী চুপথা অদু থাদুনা মহৈ মপাল চুম্না শাৎহনবা ওমহৌরিবনো হায়বা অমা ওংসগী সংসার অসিদা উহলগদৌরি।

মখোয়না উৎকদৌরিবা অভিনয় অসি চুম্নগী নত্তে, মী-ওইবগী অশেংবা পুক্কচেলগী পন্থেংক্রম অদু য়োনা হেক্কা চ শিন্দুনা উৎকদৌরিবা অভিনয়নি। লমচৎতা শাজৎতা য়াওাংদা হো-নবা

কা-নবা য়ারোইদৌরিবনি। সুপী অদু সুপীনি, সুপীগী পুকচেল্লা পরিং থারক্কদুনা অশেপ্পা রাথম্মা মখোইগী রাংলবা থম্মোইবু নমথরক্কে তৌরকপা মতমদা মখোইগী ফীরেপ অদু চ্যোকশিন-চৌদবদা নিংখাইদুনা মখোইদা নত্তনা মখোইগী মপা-মপুশিং য়াওনা নরক্তা তাগদৌবনি। অদুগা মমা ওইবীগী মিংচত্তা কালি তৈশিনগদৌরিবনি।

পাণ্ডবনা হন্দক থাঙ্গদৌরিবা খোংথাং অসি মখোইনা থাংনিং-দুনা থাংগদবা খোংথাং নত্তে। মমাগী য়াথং ঙাকপদা থৌদোংম্বনা নিংথিজরবী রাজ কন্যা অদুগী খুজেং অদু মীতাদুনা তৌবা নত্তে হায় বসি ১হোইগী ২থক্কী রাফমশিং অসিনা মতাকখ্রি। মখোইনা রাংলবা অধ্যাত্মিক্কী পন্দোন্দা কাখৎখ্রিবা অসিবু ওম্বরক্তনবা হোৎনরিবসি মখোইতগী নত্তে; ঐখোইগীসু শরুক য়াওগ্রে হায়না লৌননবা ঐখোইনসু হোৎনবা দরকাররনি।

অসোগদদি নিংথৌ দ্রুপদগী মচা নিপা ধৃষ্টদুম্ননা লোম্না ইন্নরক্লুনা তৌরিবা থৌওংশিং অদুবু মুন্না উথি। মদুদা অখৌ-বদুসু ইওক ওকথি। ইচনগী মরাইবক অসি কম্বিনো, মখোই অসি কনানো হায়বা খংদবনা মপুক্কিং অদুদা লুংনাজখি। অদুগা রানা মপাবুং দ্রুপদ নিংথৌদা মপাও তমজগে হায়না কোম্নুং তম্না লাকচখি।

দ্রুপদ নিংথৌনা মমোম দ্রৌপদীগীদমক রাম্বনা লৈরম্মী। থৌরাং চাওনা লক্ষ্য স্বয়ম্বর অদু তৌরুবনি, বেদ ব্যাসনা তাকপিখিবা

"পাণ্ডবকী য়াইমবা অর্জুন নত্তনা লক্ষ্য অসি ককপা ঙম্মোই"
হায়না তাকপিরম্বা অতুগী মতুং ইন্না তৌবনি। অওইবমক
ৎক্ষত্রিয়শ্রেণীদি অতুগুম্বা পার্থ অতুদা থাজগে হায়দুনা বরগা লোইননা
কুংজরনি। অতুবু ওন্থে কপ নি, ঙসিগী মতৌ অসিদি অওকপ'ন,
শুম্মক ওন্ন তৈনখ্রে।

কদায়দগী ব্রাহ্মণ মচা অমনা লক্ষ্য অতু লাইনা ককখ্রে,
অতুগা লোইননা অকনবা লাঞ্জাও তৌখ্রে। লাঞ্জাও অতুগী
মরক্তা মমোম দ্রৌপদীসু মফম থংদনা মাংখ্রে। মসিদা মমা মপা
ওইবা কনানা নু ঙাইফম থোকপা? অস্নুম্না চাক্কুনা লৈরিঙৈদা
মচা ইবুংঙো যুবরাজ ধৃষ্টদ্যুম্ননা মপাবুংগী চরন্দা য়াম্না ব্যাকুলগা
লোইননা খুরুমজখি। নিংথৌ দ্রুপদনা মজ্জা ইবুংঙাবু উবদা
ঙমখৈ লৈতনা হন্না ওজখি। অতুগা থৌরাংলবা রাকম অতু কুংশিনা
হংখি;—"হায়বু যুবরাজ! নখোইগী অমম্তা ঙাক্লবী নচনগী
থোজ্জুল লীক্লবদি কংলক্রব্রা?"

ধৃষ্টদ্যুম্ননা পোল্লক্রা খুমজখি, "পাবুং মহারাজ ফজরকলে,
লাপ্তে! একচক্র কৌবা খুঙং অসিদা চফু শাবগী ইমুং অমদা
লম্মোই তুবোইগুম্বা মখোই মঙাখক্লা হচনবু পুদুনা চংখ্রে।
মখোই মঙা অদো কনানো, কন্নি জাংগে হায়বদি তশেংবা
খংজদ্রে।"

রাকম অসিদা নিংথৌ দ্রুপদনা রাদবদি নত্তে, অতুবু মমোম
অতু মফম থংদনা মাংখিবদি নত্তে হায়বসিদা থন্নংদি হন্না ওজখি।

মতৌ অসুম্না অহিং অদো লেপ্লে, নোংঙানবদা পুরোহিত থাম্লুনা পাণ্ডবকী মকন্দা রাধম অপুখ্রা হংজখি। ব্রাহ্মণ অদুনা যুধিষ্ঠিরদা অশেংবা পরিচয় তাকপিনু হায়না নৌমিন্না হংজখি।

ব্রাকম অসিদা ধর্ম্মগী মচানা থয়াইননা খুমখি, "ঐথোয়গী পরিচয়দি অমুক শন্দোক্লা হায়রুবগী থোইনা কায়দে। অদুগুম্বা-মীনা কক্লবা ঙমখিদ্রবা লক্ষ্যবু ককপা ঙম্লবদি মহাক অদো কনানো হায়বা খংফম থোকই। অদুগুম্বা নিংথৌরেলগী মচাবু অচম্বা অমনা হেক মাগী লোইনবী ওইগনি হায়বসিসু থাজবা য়াবা ন.ত্ত। পুম্নমক অসি নৈনবিরগা ঐখোই কনানো, করম্বা জাৎনো হায়বতু লেপ্পবিবনা ফগনি খল্লে।"

মতৌ অসুম্না ধর্ম্মগী মচা অদুনা পাণ্ডুম পিরবদা করি ভৌনিংঙাই লৈতনা পুরোহিত অদু কৌন্নুং তম্না লাক্লুনা পাণ্ডবকী ব্রাকমশিং অদু চিথদনা তমখি।

পুরোহিতকী ব্রাকম অসিদা নিংথৌনা ঙকখি অদুগী লোইননা পাত্র মিত্র শিংগা চ্যেকশিম্না য়্রা তান্নবা কৌখি।

ওসি সিমক নান্দীমুখি শ্রাদ্ধ শোন্দুনা কন্যা দান কৎকদবনি-অদুগা লোইননা মখোই অদু কনানো হায়বা খংনবা হোৎন-গদবনি হায়না নিংথৌনা য়াথং ভাওখি। লৈপাক মীয়াম পুম্নমক ওসিদি চোম্না তিনগ্রে, লৈমকোন নিংথৌকোনশিংদা মঙ্গলগী শৈশক্না নিনগ্রে। কঞ্জবী জিলিং-লিশিংনা কিজেং চাকচা তক্ক-তক্লনা লৈম-কোন্দা পৈখ্রে।

সভা অতুদা মণ্ডপ লৈরবা শিল্প-চারণ কয়া তিনল্রে। পঞ্চালগী রাজধানী অসি মকম অদুগী অরাং ভাংত্তা মমিং চৎলবা রাজধানীনি। কুরা দলানশিং অদু ইচম চয়া শাবা নত্তে, ওংঙ্গাক্লা কজনা য়েক খোত্তুনা শিল্প কলাগী পস্থেংকম য়োনা শাপ্রবনি। পুকৈ-লনগৈ চোয়া লৈরবা হীরা-ভস্কা রাজ্রবা নিংথৌনি। শগোল শাম্ব রথ দোলাই মশীং থিবা রাবনি, খোংমী লাম্মী মশীং থাবা ওমদবনি। পঞ্চাল রাজ্যদা য়েক্রবা কনানা লান্দাবা ওমদবনি; মজা ইবুঙোশিংস্থ ওম্মা মথৌনা লৈবনি, থোইদোক-হেন্দোক্লা গুরু দ্রোণগী শিষ্য, মজা ইবুঙো ধৃষ্টদ্যুম্নদি মহারথীনি, মাবু কিদবা কনা লৈতবনি।

মন্তিক মণ্ডপ চাওরবা নিংথৌ দ্রুপদনা মজা ইবুঙোশিংদা য়াথং পিথোকখি। "ওসি রাজ্য অসিগী প্রজাগী য়ুমথোং থুদিংদা মঙ্গল তৌ; লফু-চু য়ুংঙু হায়না পাওচেল্লু। কোম্নুংগী ম্নথোংদগী সভা ফাওবা মখোইগী পরিচয় থংননবা নাক-য়েত্তা পুং-শেল যন্ত্র মথল মথল, অদুদা নত্তনা থুৎক্ত-থুৎলাই থাং-তা, লীরুং-তেন গদানচিংবা থম্মু। মফম অমদনা বেদ পুরাণনচিংবা মথল মথলগী শাস্ত্রশিং থম্মু। অতুগা যুবরাজ নহাক্না দোলাই তক্লক পুত্তুনা চৎলগা মঙা অদো নচন দ্রৌপদীগা লোইননা সভা অলিদা পুরকউ।"

মপাবুং মহারাজনা তাকপিবা মতুং ইন্না যুবরাজ ধৃষ্টদ্যুম্ননা নিংথিজরবা দোলাই তক্লক পুত্তুনা একা-চক্র তম্মা চৎখি।

সোমদা কৌমুং মমুং মন্ত্রিশিংনা শিন্দুনা জগোই শাবী লিশিং-লিশিংনা মখল মখলগী অর্থ লৈরবা জগোই কয়া শাখি। চারণী রাজ কবি চ্যম চামনা মঙ্গলগী শৈশক শকহনখি। মঙ্গলগীদমক লংকু চু মুংচুনা ঘটস্থাপন তৌখি, ব্রাহ্মণ লিশিং-লিশিংনা বেদগান তৌখি। অতুগা নিংখোনা তাকপিবগী মতুং ইন্না মথোংদগী সভা য়োবা ফাত্তবা লম্বীগী নাক-য়েত্তা পুং-শেল যন্ত্র মখল মখল, বেদ পুরাণনচিংবা থমখি। লীরুং তেন্নচিংবা খুংজু খুলাই কয়া থমখি।

মতু উবদা অউবশিংগী পুকনিংদা অপেনবা অঙকপা পোকখি। ওসিদি পঞ্চাল রাজধানীগী ফজবগী পম্বেং য়োখি, সতৌ অসুম্না মঙ্গা ইবেম্মা দ্রৌপদীগী লুহোংবগী উপলক্ষ অসিনা প্রজা মীয়াম তিনখি

ওসিগী দ্রৌপদীগী লুহোংবগী মুমিৎ অসিদা হৌখিবা, ওইন্নরিবা, লাক্কদৌরিবা পুম্বা থংলবা মতম অতুগী ভারতকী মমিং চংলবা লাতরিক-লাইশু হৈরবা শাস্ত্রবিদ্ বেদবিদ্ ওইরবা মরুপ ওইবা ঋষিশং, মমিং পনবদা মতিক চারবা পরাশর, যমদগ্নি, জৈমিনী শ্রীঅসিতদেবল, কৌশুমুনি, বশিষ্ঠ, মাণ্ডব্য, ভাগর্ব গর্গমুনি, অগস্ত্য, পুলস্ত্য, লোমর্শ, দুর্ব্বাসা, অঙ্গিরস অমদি শিষ্য লিশিং চুম্ফুগা লোইননা মহর্ষি কৃষ্ণ দ্বৈপায়ণনচিংবা কাওরমে।

মুনিশিংনা লাকপিবা অসিদা দ্রুপদগী হরাজজবগী ওমথৈ লৈখিরে, তকুপ তরাংনা সিংহাসন থাদোকতুনা মখুৎ মক্সা

ফুণগী আসন থাজহুনা মতিক চাবা ব্যবহারগা লোইননা মুনিশিং অহুদা অর্ঘ কংচখি।

অসোমদনা মহা টবুংঙো ধৃষ্টদ্যুম্ননা দোলাই পুখিহুনা পাণ্ডব অহু দোলাই মণ্ডাদা অমমম ওইনা কাখৎখি। নিংথিজবী দ্রৌপদী অহু ভোজ নিংথৌগী মচানুপী কুন্তিগা লোইননা অতোপ্পা দোলাই অমদা কাখৎখি। মতৌ অস্নুম্না তরেৎমক অহু ধৃষ্টদ্যুম্ননা পুরহুনা পঞ্চালগী রাজধানী তম্না লাকখি।

রাজধানী য়ৌবকপদা মথোংদা পঞ্চাল নিংথৌনা লাংলমলিবা থৌরাং অহু উবদা শিলবা পাণ্ডবনা তৌরিবা থৌরমগী মতিক চাবা থৌদৌ অহুগী ওম্ন তৈনবা থবক ভাক্তা তৌখি।

যুধিষ্ঠিরনা বেদ পুরাণশিং অহুবু পাইখি কল্লবা ভীম অর্জ্জুননা লিরুং তেন গদা অহু পাইখি। নকুলনা অরু-শনানগী পোংলমশিং অহু পাইখি, সহদেবনা অতোপ্পা পাঞ্জিগী লাইরিক লাইশুশিং অহু পাইখি। মহুদা কনানা কনানো হায়বা অরেপ্পা পরিচয় অহু খংবা ঙমখিদে। মতম অহুদা কুমারী লিশিং-লিশিংনা সনাগী চফুদা ঈশিং থম্না শোক্তুনা মঙ্গল তৌখি। যীগা মেরা চমহুনা পাণ্ডবশিং অহুবু মঙ্গল তৌখি।

অস্নুম্না পাণ্ডবশিংনা মথং-মথং চংশিল্লক্তুনা সভা অহুদা য়ৌখি। সভাদশিংদা নোম্লুক্লা খুক্কমজখি। মৈতানবু উংনা খুম্বম্না চমপ্রবা লাইগী মচা মুণ্ডাহুবু উবদা অউবশিংনা আশির্বাদ তৌখি। পাণ্ডবশিং অহু মতিক চাবা মাগী মাগী মকমদা ফমখি।

মহারাজতী কুন্তীগা লোইননা দ্রৌপদীগী মৈরমরক্তা চংশিনখি। নিংথিজরবী লোইনবী চামা চামনা দ্রৌপদীবু তরাম তরাক থোত্নুনা হা হা নোক্না সৈখি। অমুম্মা কোমুং মশুং অদুদা চাথো-লৌরে। অসুম্মা ইনিন নিনখি।

---

## (৩)

নিংথৌ দ্রুপদনা যুধিষ্ঠিরবু য়েংলগা য়াম্মা নুংশিনা হংখি। "হায়বিয়ু ইবুংঙো মঙামক নখোয়বু কনা কনানো? করম্বা শাগৈদা পোকপা কনাগী মচানো, নখোইনা য়াম্মা অত্তিংবা পুকচেলগা লোইননা তাকপিদুনা ঐগী চিংনবা অসি কোকহল্লু। অদুগা হন্দকী স্বয়ম্বর অসিদা ঐগী রাখলগী ফিরেপ পুম্বা কাইরে, নখোহবু উবদদি অচম্বদি মানদে। তাকপিয়ু মঙামক নখোইবু তশেংবা ব্রাহ্মণ মচামক্র।?

রাজং অলিদা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্মা নোল্লকপগা লোইননা খুমজখি, "মহারাজ! তপথবিয়ু, থোইনা নিংবা কাইবিগম্মু, অসি-গুম্বা স্বয়ম্বর অসিদা থোইনা মত্তিক চাদবা মীতান লক্ষ্য অসি কক্পা ওমক্রুম থোক্কে। মৈজম্বিবা ঐখোই মচাসি অত্তৈ কনা নত্তদে, স্বর্গীয় পাণ্ডুনা পোকপিরুবা চন্দ্রবংশদা পোকচবনি। ঐখোইবু পোকচবীগী মমিংনা কুন্তী হায়বা কৌই। ঐহাক্তা যুধিষ্ঠির, মথংগিদা

ভীম, ময়াইদগীসিনা অর্জ্জুন, অনি অসিনা নকুল, সহদেবনি। অরাং লক্ষ্য ককচবদো অর্জ্জুননি।

দ্রুপদনা অমুকন্থু হংথি, "অদুদি হায়বিয়ু; পাণ্ডবশিংদি দুর্য্যোধনা লৌনম তৌদুনা চাগী য়ুম শারগা মদুদা লৈহন্দুনা মৈ থাদুনা হাৎখ্রে। মখোইগী শ্রাদ্ধ ক্রিয়া লোইখ্রে, মখোইদি সংসার অসিদা লৈখিদবা কুইরে হায়না জগৎনা ওাংনরি। অদু ওইরবদি অথোবা নখোই মণ্ডামক্না করম্না পাণ্ডব ওইগদৌরিবা?

নিংথৌ দ্রুপদগী রাহং অসিদা অমুকন্থু খুমখি, "অচুম্বনি নিংথৌরেল, হন্দক্কী চা-শং মৈথাবা অদুদা ঐ.খায়গী হিংকম লৈতবনি। অদুবু ঈশ্বরগী কৃপাদগী হিংজরকপনি, চহি ফন কুইনা বন উমং রামংদা কোইনা চত্তুনা লৈজরুবনি। হে নিংথৌরেল অদুদগী ঐখোইনা অস্থুম লাকচবদা মহারাজগী লৈপাক অসিদা আশ্রয় লৌদুনা কন-কুইনা লৈজরকলি।

পাণ্ডবকী অসিগুম্বা পরিচয় অসিদা দ্রুপদ নিংথৌনা পেক্লবগী গুমথৈ লৈখিদে। হরাওবনা জগোই শাখি। মখল য়াম্নবা পুং-শেল থিন্দুনা মুংওাইবা যোংদোকখি। মতম কুইনা নিংজরক্লবা আশা অদু থুংলে হায়না পেক্লখি।

তিক্লিবা সভা পুম্নমক ওম্না হরাওখি, "মতিক চাই" হায়বা নাম্নখি। কনানা হায়নখি "চুম্বী প্রতাপ চাওরবা মহৈ হৈরবা পার্থ নত্তনা স্বয়ম্বরগী লক্ষ্য অসি কনানা ককপা ঙম্মম খোক্কে।

মমৈথং অভুদা দ্রুপদ নিংথৌনা যুধিষ্ঠিরদা হায়খি, অদু ওইরবদি হে পাণ্ডবকী খ্বাইদগী অহল ওইরবা, হৌজিকমক ননাও অর্জ্জুনদা ঐগী ইচা। দ্রুপদী দ্রৌপদী অসি বিবাহ তৌজনগে। নান্দী মুখ শ্রাদ্ধনচিংবা থৌওমশিংগে নগাক্না ননাওবু বিবাহ অসিমক শেম-শাহনবিয়ো।

মতাং অসিদা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না নোংলুকপগা লোইননা নিংথৌ-রেল দ্রুপদ য়েংদুনা মখাগী বাহৈশিং অসি হায়খি।

"নিংথৌরেল, ওসি কাংজগদৌরিবা রাকম অসি উশিন্নে, থোওইদে রাজনীতি থংদে অমদি চৎনবীগী কাংলমদা হুক্কবা রাফমনি হায়নদি লৌবিগনু। মসি ঐখোইগী অতিংবা শেগুবা মাতৃ ভক্তিগী খুদোল অমা মহারাজগী মফমদা অমদি ওসি তিন্নবিরিশ সভাসদ লৈরিবা ঋষি যটিলশিংগী মফমদা হঙ্গচ্চগে। ওসিগী বিবাহ অসি ইচম চম্বা চুম্নগী বিবাহ দান অদু নৎলোইদৌরি, হায়জরিবদি মহারাজনা নঙা ইবেম্মা অসি পাণ্ডব ঐখোই মঙাদা পুম্না দান পিনবিয়ু। হঙ্গচ্চবদি অহানবদা ননাই ঐভোন্দা মথংদা ভীমদা, অর্জ্জুনদা, নকুল, সহদেবদা অমুন্না মথং-মথং মঙামক্তা বিবাহ দান পিনবিয়ু।"

"হায়রিবা রাফম অসিদি করিনো" হায়না লৈরিবা সভাসদ পুম্নমক্না "হু" হায়রবা চপ মাহুখি। ধীরপুরুষ দ্রুপদনা রাফম অসিদা ওকখি, অদুগা হায়রকই। "করিনো ধর্ম্মগী মচা, রাভাং অদু ওকলে, তৌরবশিংগী মরক্তগীদু অদুগুম্বা য়াকা অদু কনান্না

কাংনদবনি। শাস্ত্রজ্ঞ মহাত্মা অমুক তুকচরবা মাহু ওসিগী সভা অসিদ। তাংথোরকইবা কৰিগীনো? অদুগুম্না লুচোংবা মথোং অদুবু করম্না যুগতা কনানা তোংনবা যাওশিবগে? নত্তে পাণ্ডৱ! ৱা অদু নংগী থোগ্তা করম্না অকাইবা নৈৰদুনা হায়ৰক্লিবনো।

যুধিষ্ঠিরনা খুম্মী! "নিংথৌরেল মসি ঐগী অঙাওবা ৱাখল অমনা মহারাজদা পংহন হঙচবা নত্তে:দ, তশেংনা যাম্না জ্ঞান থানা মহারাজদা হঙচবনি। মসি হৌজিক্কী সংসার অমদি সমাজদা চৎনবীদি নত্তে, চুম্মী। অদুবু ওসি মহারাজদা হঙচরিবা অসিদি ঐখোইগী তশেংবা থম্মোইদা লৈবা ৱাফম্নি।

দ্রুপদনা খুম্মী। "হে পাণ্ডৱ বংশধর। নংনা হায়রিবা ৱা অদুগী অর্থ অদু ঐ খংল্লে, অদুক শিংলবা, অদুক ধর্ম্ম খংলবা ৱাজনীতি হৈৰবা, সমাজগী চৎনবী খংলবা শাস্ত্র পুম্বা, সংগিতা পুম্বা খংলবা মহাত্মা হায়দোৱক্লিবা ৱাকম অসি করিনো হায়না ঐ গাক ওকলে। হে কৌন্তেয়! নংনা ৱাফমশিং অসি করি ওবতগী হায়দোরকপনো হায়বদু তারসি। ওসিগী সভা অসিনা অমদি ঐ ইশাগক্লা নগাক্কী তাবদা ৱারবা ৱাফম অসিদা ৱাদথা ওমত্রে, ওক্রবা ওমত্রে।

মতৌ অসুম্না নিংথৌ দ্রুপদনা হায়ৰবদা, যুধিষ্ঠিরনা মুনি ঋষি পণ্ডিতশিংনা তিংবা অমদি অমাম্বা সুহৃদবর্গনা চোনবা নুম্বা অদুম্না যাম্না চিংশেম্না হায়খি। "তাবিয়ু সভাসদ অমদি মুনি ঋষি পুন্নমক! ওসিগী সভা অসিদা ঐনা মথক্তা হায়জখিবা

রাকুম অসিদা অঙকপা তুক্চবা অমদি পাপনি খনবা চপ মান্ন-বিরগনি। অদুবু লাল্লি হায়জনিংদে।

বিবহ অসি ইচম চম্বা নত্তে বিবাহনি। সতী ধর্ম্মদা ঐখোয়না খুৎ থিংজিনবনি। অদুবু ঐখোয়না হায়জরিবা অসি পাপকী লম্বী অমদা চংশিন্নিংদুনা অমদি মতুদা আশা তৌদুনা চংশিন্নরকপদি নৎচদে, গুরু অজ্ঞানি। "মহারাজ! ওয়াং নজা ইবেম্মা পুরদুনা য়ুম তাম্না হন্নবদা ইমাগী মকমদা ঐখোইনা মপান্নগী করিগুম্বা পোৎশক অমা পুজরকই হায়না হায়জরুই। মতম অদুদা ইমানা, "ইচাশা নখোই মগা য়েনদুনা নখোইগী শরুক ওইজৌ" হায়না তাকপিখি। মরম অসিনা ইমাগী বাণী অসি হিক্তোকচবদা রারে, মরম অসিদগীনি নজা ইবেম্মবু ননাই ঐখোই মঙাদা বিবাহ তৌবিয়ু হায়না হজংচরিবা। হে নিংথৌরেল! ঐখোই মঙামক্তা নফমদা নোল্লুক্তা হায়জরি, ঐখোইবু মাতৃ ভক্তিদা লমছক্কহনবিগনু, সুংশিবিয়ু, ইপানা পিশক পিক্না হন্দোকপিরবা ঐখোই মঙানি। ইমাসিনা ইপা-ইমা অনিমক শকচরবীনি, নহাক্তি শাস্ত্রজ্ঞনি, পণ্ডিতনি, হজংচরিবসি অমুক্তা খন্থবিয়ু।

ওসাই মখৈ রা গাংদদুনা লৈবরিবা য়ুবরাজ ধৃষ্টদ্যুম্ননা রাকুম অসিদা পনথেংনা সুংঙাইরমদে। মহাকমু মতম অসিদা ভারতগা মমিং চংলিবা অথোবনি ঈ থেগৎলক্লিবা নিপানি। চংশিল্লগুনা য়ুধিষ্ঠির য়েংলদুনা হায়রকই।

"বীরপুরুষ পাণ্ডব। ওসাইমখৈ নখোইগী নপাও অদু ভারমনি, গুরুবা ওয়ন্নে। "গুরু অজ্ঞা বলবান" নি হায়দুনা

নখোইগী কঞ্জবা য়াঙাং অদু স্বর্গ য়োনা য়াংগ্রে, কয়া য়ম্না য়াংগ্রবগী হায়বদুদি মীওইবনা মিৎনা উনবদি ওয়ুদে, মসিদা ওক্তবা ওমদবনি। অদুগীসু মথক্তা হায়রিবা থৌওং অসি হৌজিক্কী সমাজদা চৎনবীদা কাইবনি। কাইরো, সমাজগী য়েংলুবগসু, মীনা চৎপদা য়াররবা থৌদোকনি। মসিদা ইবুংঙোশিং মঙামক্তা খুদোংথিবা কয়া থোকখ্রকতুনা ওংংখ্রিবা "গুরু অজ্ঞা বলবান" গী থাক অদু হন্থহল্লকপা তারবদি কনানা মতুদা মংশৎ তাল্লগবা? করম্না সোমদা মুগী মচা অমগী সত্তিত্বদা খুৎ থিংজিনখ্রিবা অসিদা মাবু মীনোক লৈখ্রিবসি কোকপা য়াগবা? অসিনি য়াম্না লুবদি।"

ধৃষ্টদ্যুম্নগী য়া অসি অচুম্বনি হায়না মন্ত্রিবর্গনসু অভিমত পিরকলে। মতম অদুদা ধর্মগী মচানা খুমথি, "হে আর্য্য নহাক্না তাকপিরিবদো য়াম্না চুম্মী! ঐখোইনা মতুগী বিবেক অদুগী খুকউ শেনবা দরকারনি। সমাজগী চৎনবীদসু লাইরি, চৎকদোরিবা শাজৎ অদুনি লুরিবা! মতুগী কাইদনবা ঐখোইনা ক্ষেত্রীগী য়াশক কচ্চগনি। সত্তিত্বদা মতুগী মংশৎ তাক্লরবসু ঐখোই মশেল থেঙ্গাইনদুনা মাংজবগা লোইননা অথিবা মিংচৎ অমা তাইবংসিদা লৈহৌগনি। থোইদোক-হেন্দোক্না ক্ষত্রি মচানি ঐখোই,—ঐখোইগী থম্মোইদা লৈজরিবা মাতৃ ভক্তি অসি থবক্তা উচ্চনা তাইবং অসিদা মাইপাকপা ফংহনবিনবা আশীর্বাদ পিনবিয়ু। মীওইবনি ঐ খোই; ঐখোইগী য়াথলবু মচোই মচোইরক্কনবা বর পিবিনবগা লোইননা নচন ইবেম্মবু দান তৌবিয়ু

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা পাঞ্চাল ধীশ্বর দ্রুপদগী গতি লৈ-খিদ্রে, রা ঙাংফম খংলক্রে। নিংথৌ অসিগী থম্মোইদা করিগী অমুক রাখিবনো? "নখোইনা অত্থুম হাইরবদি কন্যা অসি থাদ তৌররোই" বোক হায়দোকপা য়াদ্রা? মতুম্থু হায়নিংদে, পাওক অত্থুবু কল্লকই, মীহৌই, পিজনিংই, থম্মোই অতুদদি পাম্বনি, সমাজকিবননি। সমাজনা মাবু "অঙ'ওবনি" হায়নি অসিনি,

অসরোমদনা অমুক মজা ইবেম্মা দ্রৌপদীগী সতীত্ব কাইরগদ্রা হায়বা অসিগী রাজবনি। খল্ল-খল্লরগা মুংনাংবা তম্মুম তেনগৎ-লকলে, রাজবা অম্তুম কেল্লকলে। খল্লরগা খনফম খংদনা যুধিষ্ঠির য়েংদুনা অমুকম্মু হায়খি, হে ধর্ম্মগী মচা কৈদোগে নহাক্কী রাকম অসি লেংথোকলোগবা, হায়নিংঙাই লৈতনা রারে। হে বিদ্বান, হে ধার্ম্মীক, নখোইদগী য়েংবা ওইরোইদ্রনে রা অত্থুবু? মাতৃ ভক্তিদদি কয়, অত্থুবু মুপীজা ওইরিবী দ্রৌপদীদা কাইখিবা ময়াম অমদি ঐগাকপু মীওইবা সমাজ অসিনা ঙাংনগদোবা অসিগীদি ইমেং য়েংবিররোই হায়ত্রনে নহাক্কা।"

মতম অসিদা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা খংখি মতুদি নিংথৌ দ্রুপদগী থম্মোই অসি শোকলে অমদি রারে। মাগী ফীরেপ অসি মচোই মচোইরে, রাফম অসি মশানা বিবেক তৌবা ঙমদ্রে। অমুম্বা খল্লগা হায়রকই, "নিংথৌরেল। মসিদা লৈরিবা সমাজগী মীনোক অমদি ধর্ম্মাধর্ম্মীগী পুকম থোকপা দায়ীদো ঐখোইগীনি, মহারাজনা পিনবিবা দানদি পুকচেল অতিংবা অমদনি। মম্তু

মাংথোক্লুরবদি ঐখোইগী পাপনি ; মহারাজনা মীওইবা সমাজনা "করি থোকই হায়দুনা তৌবশাখিবনো" হায়বত্তুসু কম্না ওাংনিংওাই লৈতে। মহারাজগীদি ইচম চম্বা দাম অদুতনি। লক্ষ্যভেদ অসিনা মসিগী শাক্তিননি। নজা ইবেম্মগীসু মাগী থাংগদৌবা খোংথাংগী লম্বী ঐখোইনা অদুম মপিজগনি। লম্বী অদুদা কাইদনা চৎচরগা নজা ইবেম্মগী সতীত্বদা কলঙ্ক করিসু লৈরোই।

ওসি বিবেক লৈরবা সভা অসিদা ননাই ঐখোইনা হন্সচরিবদি ধর্ম্ম অমদি সাধনাগী কা'লমদা করিমত্তা কাইদনা ঐখোইনা চৎচগে, অত্তগা ঐখোইবু ইগাগী য়াথং হিক্তোকহনবিবা অসিদদি তৌবিগনু হায়না ক্বিগাও শাজরি।"

তৌকম থংজবা দ্রুপদনা ঋষি, মুনিগী মাইকৈরোগদা মথুং লোম্নদুনা হায়জবা হৌরকলে। "তাবিয় মুনি ঋষি পুম্নমক ওসিগী চ'ওরবা সভা অসিদা পাণ্ডবশিংনা হায়খ্রিবা পুম্বা তাবিবে। মসিদা ঐগাক্তি তৌকম থংব্রে, রাজম অসি ননাইদি লেপকম থংজদ্রে, ঋষি ; মুনিশিংনা করম্না লেপ্পাগনি পাংলবা ননাই দ্রুপদদা তাকপিয়ু।"

সভা অসিগী অরাং থংবা মাইকৈ অদুদা মগুণ লৈবরা মা ওাংবতদা ময়াদা মৈ কো'ক্কোং হৌরবা মুনি ঋষিশিংনা তিন্দুনা লৈরিবনি। অমমম কদ্বনা ওরুবা অদুওম্বা সিদ্ধ পুরুষ-মক্কনি, ওসাই মথৈ মখোইসু পাণ্ডবকী রাশিং অদু তাদুনা লৈ-রমলি। মখোবসু রাজকুশিং অদুগী কুম্না, রাদি ওাংদনা

নৈনরিবা সিদ্ধপুরুষ ওাক্তনি। মখোইদি হায়রিবা রা অসিগী তাব অদু নিংথিনা ভাব তাবা ওন্সী, মদুদা লৈরিবা রহস্য অদু খংবা ওন্সী। অদুগা পাণ্ডবকী যুধিষ্ঠিরনা কদায় ফাওবা থম্মোই শেংনা হায়রিবা রাকমনো হায়বদুসু খংবা ওন্সা সিদ্ধক ওাক্তনি। নিংথৌ দ্রুপনা হংলকলিবা রাকম অসিদা মতিক মঙ্গণ লৈরবা লোমর্শনা রায়া চিং-লেম্না খুমথি।

"মীওইবা সমাজগী বিবেকী রাংমদা লৈরবা রাকসু ওসি কৌন্তেয় অসিনা হায়রে। অদুনা মহারাজনা ওক্লে, অমদি সভা অসিনসু তাবদা রারে। ওকসু রাকম অসি চম্না খল্লবরদি ইচম চম্বনি। নিংথৌ নহাক্না রারিবনা মপানগী ওইবা সম্মাজগী চৎনবী অদুগীনি। অমরোমদা নচানুপী দ্রৌপদীগীদমকতসু রারে; মন্তদি মীওইবা সমাজগী মপান্থোংগী লৈতেংনি। মদু কাইবনা মীওইবগী, সমাজগী ফিভমদা করিসু শোকপা ওমদে। অদুগা ওসি কৌন্তেয় অসিনা হায়রিবা অসিবু থৌওইদনা ওকুগী য়াথংবু ওাক্তবদা শোকপদি তাইবং অসিগী ওইনা মথং মথং, মীনা মাংথরকলে হায়বা খংদনা অমাংবা অমা থোক্লগদবনি।

মরম অসিনা হে নিংথৌ নংনা চিংশদনা পাণ্ডব মণ্ডা মক্তা মচানুপী অসি দান তৌদুনা মখোইগী ওক ভক্তিগী লুরবা ঈচেল অসিবু মকহন্দনবা মতেং পাংবিবদি তৌকম হায়না ঐগী মত পিলিংই। মদুগী সিদ্ধান্ত অদু মহারাজনা ঐহাক্না পিগে :—

'সা স্ত্রী অনুমেন্সাভক্তি ভার্গবেণ
পিতুর্নিয়োগাৎ প্রহৃতং দ্বিষদ্বৎ
প্রত্যগ্রহীদ্ গ্রজ শাসনং তৎ
আজ্ঞা গুরুণাং হ্যবিচারণীয়া'।

ভার্গা পরশুরামনা নত্রা, মপাবুং জামদগ্নিগী য়াথংনা মমাবু শীংজংনা খাইখিবা! শ্রীরামগী মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণনা মমাম্বগী য়াথংদগী জানকীবু বন্দা থাখিবা নত্রা? মরম অসিনা গুরুশিংগী অজ্ঞাদি বিচার তৌকরোই অসিনি। মতৌ অসুম্না সিদ্ধক লৌমশগী মত পিরক্লে। পিরকলিবা রাফম অসি ওসিগী সভা অসিদা অকনবা অভিমতনি শায়না লৌনখি।

অদুগী মতুংদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ণনা দ্রুপদ য়েংত্তুনা হায়রকই, মহারাজ দ্রুপদ! নহাক কত্নিমত্তা চিংনদনা নচা মুপী দ্রৌপদীবু পাণ্ডবতা দান তৌখো। মখোইনা হায়রিবা অসিগী ভাবতি অসিনি, থৌ অসি মিৎয়েংদা ফজদ্রে অমদি সমাজদা কাইরে নিংলবসু মসিদা লৈরিবা ভাব অসিদি য়াম্না রাংঙি হায়রবদি :—

"মমা মপানা হায়বা ইনবতনা।
মচা ওইরবশিংগী মথৌনি॥
মসি নহাগা অহলগা অনিগী
মরী তৎলোইদবদি অসিত্তনি॥"

নহাগা অহলগা অনি তিন্নবা রাদবা হায়বসিদি সমাজ অসি শুমকাই কাইবনি। মতম পুম্বদা সমাজ অদু থৎ-চৈনবা অমদি শোয়হনবদি শোইরোই হায়বা অসিগী ভাবনি। মদুগী সিদ্ধান্তদি :—

"আয়ু শ্রিয়ং যশো ধর্ম্মং লোকানশিষ এবচ
হন্তি শ্রেয়াংসি পুংসো মহদতিক্রমঃ।"

মমা মপা অমাদি মহৎশিংদা লংজবা হায়বসিদি মপুন্সি তেল্লি, মিংচৎ মাংঙি; ধর্ম্ম মাংঙি; ইরল-মথুম তুমী, মরুল পুন্নক লৈতে অসিনি।

মরম অসিনা অসিদগী মরী অসি তক্তনবা ধর্ম্মগী মচা অসিনা হায়বনি। অমুম্না বেদব্যাসনা সভা অদুদা হায়রকলে।

অতুগী তুংদা অদুদা মগুণ লৈরবা দুর্ব্বাসা মহামুনিনা সভা অদুদগী হৌগৎখি অদুগা মখাগী রা অসি হায়বা হৌরকই। অদুদা লৈবিবা সভা অদুনা দুর্ব্বাসাগী মাইকৈ অদোমদা ওনশিন-নখি মতুং অদুদা দুর্ব্বাসানা চমুম্না হায়খি:—

"দুখার্জ্জিতম পূণ্য বৃক্ষং
সর্ব্বক্লেশ বিনাশনং পিত্রোবজ্ঞা কুঠারেণ
ছিন্দন্তি ভূমি মানবঃ।"

নহাক্না রানা তানখচরক্লবা অন্নাবা পুম্বা মাংনবগী মশক ওইরব। পূণ্যগী পাম্বী অদুবু গুরু অজ্ঞা থোওইদবগী শীংজংনা ককথত্তুনা মাওইবনা লৈগাইদা থাদনরি। মসি চুমদে হায়বা ভাব অদু ধর্ম্মগী মচানা হায়বত্তনি। মরম অসিনা মহারাজ নহাক্না চিংনদনা পাণ্ডবতা নচানুপীবু পিখো, মসিদা করিমত্তা অমকপা ভাব লৈতে। মপানগীদা থরা ফজদবা মওং অসিনা অচুম্বসিবু নিংহল্লবা চুমদে।

অমুম্মা দ্রুপদগী মকমদা মথং-মথং মুনি শিংনা মত পিরকলে। অদুগা অতৈ মুনিশিংনা দ্রৌপদীগী নহানমুক্তী মপোকী রারী কন্না অমনা, হন্দক মপোক অসিদা মপুরোইবা মণ্ডা শুরিবনি হায়না হায়খি।

মমৈথং অদুদা মহাসতী কুন্তিনা সভা অদুদা থোরক্লুনা লাওজখি। ঐগী ইচা যুধিষ্ঠিরনা হায়জরিবা অসি তশেংবনি ঐহাক্না মকমদা হায়দোকপ্রবা রাফমনি মহাক্না মসি ভাকচবসি, নিংথৌরেল নহাক্না পিবিয়ু হায়না হায়জরকলি।

সভা অসিদা নিংথিনা থল্লরে, সভা অদুনমু পাণ্ডবতা পুম্না লুহোংবনা চুমলে হায়না অভিমত পিরে।

অদুগা মতুংদা দ্রুপদ নিংথৌনা মচানুপী দ্রৌপদীবু অহানবদা যুধিষ্ঠিরদা মথংদা ভীমদা অমুম্মা মথ-মথং পাণ্ডব মণ্ডামক্তা দ্রৌপদীবু লু-হোংপ্রে।

অমুম্মা থোরাং চাওনা পাণ্ডবকী লুহোং-খোংদোংদুনা পাঞ্চাল লৈপাক্তা শাইদোংদুনা পাণ্ডব অদু লৈখি।

---

## (৪)

কুরুগী অহল-লমন পুম্নমক রা তাম্‌গ্রে। থোইদোক হেন্দোক্না ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা ইকাইখি, সুহৃদ বর্গশিংনা লেপ্লদুনা পাণ্ডবপু পাঞ্চালদগী কৌরুগদবনি হায়না লেপ্লখি। মরম অসিদগী

বিদুর থাদুনা পাণ্ডব মণ্ডাবু পঞ্চালদগী কৌরুরে। অদুগা মথোই মণ্ডাগীদমক মপানা ধর্ম্মীরদ্বা লৈপাক মণ্ডা খাণ্ডবপ্রস্থ, কুলপ্রস্থ, তিলপ্রস্থ, বারুণী, বারুনাবতী কৌবা লৈপাক মণ্ডা খাইবিশ্রে। অদুগা লোইননা ললথুম, শগোল শামু খোংমী লাম্মী কয়াস্থু পিশ্রে।

মরল লৈরবা পাঞ্চালগী নিংথৌ দ্রুপদনা দ্রৌপদীগী অউনপোৎকী মশক ওইনা স্না, লুপা, হীরা, তঙ্কা, শগোল, শামু, উট চামা চামনা পুহল্লকখি, অদুগা লোইননা মচুম চাবা শামু লিশিং হুল্ক, ফজব্রবা শগোল লিশিং য়াথৈ, লান্দা হৈ-শিলেবা খোংমী অক্ষৌহীনি অমা পিখি। অসিদা মজুনা রথ লোলাই মশীং নাইদনা উল্লকই।

নিংথিজনা পাণ্ডবকী কোন্নুং শাগ্রে, ইন্দ্রগী কোন্নুংগা মান্নে হায়দুনা কোন্নুং অদুবু ইন্দ্রপ্রস্থ হায়না থোনগ্রে। ধর্ম্ম কাইদ্রবা পাণ্ডবকী খ্বাইগী অহল যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইরে। দ্রৌপদীনা মহারানী হাপুনা য়াম্না শান্তি লৈনা লৈপাক ভাক্তুনা পাল্লে।

অম্সুম্না পাণ্ডবনা ইন্দ্রপ্রস্থদা য়ৈথাইবা পুন্নমক লাম্বোক্তুনা পাল্লবা মতমদা নোংমদি দেবাষ নারদনা সভা অদুদা লাকখি দেবর্ষিবু উবদা পাণ্ডবনা য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা তরাম তরাম্না ওকখি। মতিক চাবা আসন কচ্চরগা অর্ঘ কৎখি, অদুগা নোল্লুকপগা লোইনমা মুনিনা লৈংবিরকপগী মরম পুন্নমক হংজখি।

দেবর্ষি নারদনা হায়খি, "ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠির, নখোইনা হন্দক মীওইনা তৌরমন্ত্রবা খোবু তৌরে ইল্লি খুদুম চন্নুনা মাতৃভক্তিগী মথেক লা-নবা থুদোল অমা তাইবং অসিদা পিরে মসিদা পেল্লদুনা নখোইবু অশীব তৌগে লাকলিবনি। জয়স্তু মহারাজ! নচিন ননাও নখোই পুম্নমক মঙ্গল ওইয়ু।"

অদুগা অমুকন্সু অমুম্না মথা তাখি, হে কৌন্তেয়, নখোই পুম্নমক মীওইবনি, রস মাপনগী মথা পোনবনি, মরম অসিনা নিজম থরগী মথাদা নখোয়গী মাতৃ অজ্ঞাসি ঙাকই, হায়বদি যাজ্ঞসেনী অসিবু চহি অমমগী লোইনবী ওইনা লৈয়ু। মরমদি নিংথিজরবী অসিগী মকমদা থম্বা আশা অদুদা অকাইবা লাক-তনবনি। অমুক্তা হেন্না চেকশিনগদবা রাফম্না চহি অদুগী মনুংদা কনাগুম্বা পাণ্ডবনা অনিনা পুম্না লৈমিন্নরিঙৈদা মশক্তুং উরুবদা চহি তরানিথোই বন্দা চৎকদবনি। মসিগী নিয়ম অমদি রাশক্কী মথাদা লৈগনি হায়না রাশকপিয়ু।

পাণ্ডবনা নারদকী অসিগুম্বা রায়েল অসিগা য়াঙ্দুনা অকনবা রাশক লৌনখ্রে। অদুগী তুংদা দেবর্ষি নারদসু হনখ্রে।

মতম থরা লৈরগা রাজ্য অসিদা ওত্থোকপা দশা অমা লাকলে, মদুদি ব্রাহ্মণ অমগী যণবী অমা মাংখ্রে। হায়দুনা যণবী অদুগী হাক্তকগী মুংঙাইতবনা ব্রাহ্মণ অদুনা পাণ্ডবকী অর্জ্জুনগী মুক্তমদা রাকৎলরে। অর্জ্জুন্না মতম অদুদা হায়খি, ব্রাহ্মণ পোথা-বিথো ঐহাক হৌজিকমক মপুকচেল কত্রবা রাখল খেল্লবা অদুবু

দণ্ডি পিজগে ! অদুদগী খুৎলাই লৌগে হায়দুনা খুৎলাইশং তাম্না লাকাখি, নোংদম থিবনা খুৎলাইশং অদুদা দ্রৌপদীগা লোইননা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা খুৎলাইশিং অদু য়েংদুনা লৈরম্বনি। মপান্দা নিংথৌনা মখোয় লৈ হায়বা খংননবা খোংচুপ থনম্বনি, অদুবু নোংদম থিবনা হুইনা খোংচুপ অদো চেনপ্রে।

হুরানবা লাকশিল্লবা মতুংদা অর্জ্জুনা ময়াম্বুংদা চহি তরা-নিথোইগী বন য'ত্রাগী বিদায় নিজরে। ধীরপুরুষ যুধিষ্ঠিরনা সত্য থুগাইদে চৎকনু হায়না খামবদা য়াবা লৈখিদ্রে। অর্জ্জুনা হায়জখি "যাম্বুং ইবুংঙো। হন্দক্কী অসিদা ননাওবু খান্দীরগনু, ক্ষত্রিশিংনা সত্যবু ঙাক্কবা হায়বসিদি মহাপাপনি, ঐনা ইশাগীদমক য়েংদুনা সত্য অসি ঙাক্কবদা সভ্যশিংনা ঐবু কাপুরুষ'ন হায়না নোক্করগনি ; অদুগা লোইননা ঐগী আদিপুরুষশিংবু নরক্তা থিংগনি, ননাওবু থিংবিরগনু"।

ধীমন যুধিষ্ঠিরনা খাম্বা ময়াম্রবা মনাওবু বিদায়না তৌনা হায়খি।

হে পার্থ। চৎলো অথৌবা। নংনা শোয়রকবা খুনামদি নংগীনি, নংনা সত্য ঙাক্লবদি কনানা ঙাকনি, সত্যদনা সংসার অসি ফারিবনি সত্যবু লৈত্রবদি পুম্নমক মাংলবনি"।

অসিগী তুংদা হস্তিনাগী প্রজা পুম্নমক তিম্নদুনা অর্জ্জুনবু মঙ্গল তৌপ্রে, বন্দকারীনশিংনা মঙ্গল তৌখি। মহাসতী কুন্তিনা মচা অর্জ্জুনগীদমক রাজখি, মচাবু চেজেৎ কোল্লগা হন্দকী

বনগী খোংচৎ অসিদা মঙ্গল ওইজৌ মিংচং ফংজৌ হায়না আশীর্ব্বাদ মঙ্গল তৌখিখি। মতৌ অসুম তৌনা অখোইবা পার্থনা চহি তরাখোই বন্দা চৎলগনি হায়না ইন্দ্রপ্রস্থ কৌবা ইন্দ্রগী কোনুংবু হেন্না ফজরবা লুংঙাইরবা রাজধানী অদু থাদোকখি।

হন্দকী বনগী খোংচৎ অসিদনি উলূপী, চিত্রাঙ্গদ, সুভদ্রা নচিংবীশিংবু লুহাংবা। হন্দকী মতাং অসিদা খাণ্ডবন কৌবা চাওরবা ইন্দ্ররাজগী বন অদু ইন্দ্রবু ওগদুনা মৈদা দান তৌখি, মসিদা থুন্দাদুনা লৈজবা ময় কৌবা খুংহৈব দানবা অমস্থু মথ্বাই কনখি। মরম অসিদগী মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা তাইবংদা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা খুদোল কৎকনি হায়না রাশকখি।

মতৌ অসুম্ন অর্জ্জুন্না চহি তরানিথোই চুপ্পা মখল মখা অয়াম্বা তীর্থ পুন্নমক কোইরুরগা অমুক হন্না ইন্দ্রপ্রস্থদা হল্লকখি। পাণ্ডবশিংনা প্রজাশিংগা মনাওবু ওক্তুনা মখোযগী চরাওজবা অদু ফোংদোকখি, মদুগা যাদবী সুভদ্রাবু পাণ্ডবশিংগী লৈমরক্তা হরাও হরাও পুশিনখি। মতাং অদুদা রা ঙাংবদা লৌথূপ লৈত্রবা ভীমসেন্না অসুম্না "হায়খি:— ইনাওগী তীর্থগী খোংচত্তা পূণ্য অহুম্মক ফংলকপদি উলুপী, চিত্রাঙ্গদ, সুভদ্রা ওইরে, মসিমক নংগী অখোইবা মহৈনি"।

দ্রৌপদীগী থক্সোইদা থোইনা লুংঙাইতবা পোকচখি অসুম্না অর্জ্জুনগী মকমদা হায়খি:— "ইবুংঙো হন্দকী বনগী খোংচৎ

অনিদা মীখোই মীহেনবা নহাক্না, ঐতগী ওইনা লৈজবা কংদবনা লোইনবী ফনা নিংথিনা হেনগৎলকলে।" মতৌ অসুম্না অর্জ্জুন্না লৈপাক লৈপাক কোইক্লত্তুনা পাণ্ডবকী মতিক-মগুণ শন্দোক্লুবগা মরৈপাক ইন্দ্রপ্রস্থদা হল্লকখি।

---

## (৫)

ময়দানবনা অর্জ্জুনদা হায়জখি:— "অকনবা ঐবু বিদায় পিবিয়ু অদুগা নহাক্কী অনিংবা করিনো তাকপিয়ু।" অসিগুম্বা দানব অসিগী মরা তাবদা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা হায়রিখি— "হে-শিংলবা খুৎহৈবা দানব! নহাক্না চানবিদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী জগৎতা চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা সভা মাণ্ডব অমত্তুং শাবিয়ু।"

দানবনা খুমজখি— "বৃষপর্ব্ব কৌবা অসুর নিংথৌগী সভা মাণ্ডব অমসু ঐনা শাখি, মদু শাখিবগী অরেম্বা মণিমুক্তা পোগাল-নচিংবদু বিন্দুসরোবরগী মনাক্তা লৈহৌই। অদুদা নত্তনা সনানা বুং থিন্দুনা হৎলবা কৌমুদকী কৌবা নারায়না পাইবা গদা অদুগা মান্নবা গদা অদু লৌক্লগা ভীমসেনদা কচ্চগনি। মমাং-ঙৈদা বরুণনা শিজিন্নরম্বা দেবদত্ত কৌবা মোইবুং অমসু লৈহৌরি মদুসু কচ্চগে" হায়রল্লগা চৎখ্রে।

থিন্দনা হায়খ্রিবা পোৎশিং অসি পুরক্লুনা তাইবংদা অনি শুল্লবা সভামাণ্ডব অমা শাখি।

হন্দক ময়দানবনা শাগ্নিবা সভামাগুব অশিনা তাইবংদা ওইথোক্লুরবা মশেক মঙালবু মাইকৈ ভরাদা শন্দোকখি। অদোবা নোংনা নোংদোন খেৎনা পকপগুম ব্রাংনা চাওনা চিং-লেম্রম্মী। মরাক ময়ুং চপচানা চুং-ফিরাল চাই, হেরা মণিমুক্তা রত্নদনা থাপ্লবা চেকপন অমদি স্নধোংনা মাইকৈ খুদিংদা নিংথিজরি। নিংথিজরবা অর্থ লৈরবা অয়েকপা লাইশিংনা ফকলাং অদুদা পুক্লিং হুনা থেৎলি। সভা অদুবু অকিবগী মশক ফংলবা লাম্বা পাবদা মাইথিবা লৈত্রবা মমিৎ ইগুম ঙাংলবা হিংচাবা লিশিং নিপাল্লা ঙাকলি। ময়দানবনা সভা অসিগী মথুংদা থম্বালতনা থম্না হৌরবা থম্বালগী মওং মানবা হায়নিংঙাই লৈতনা নিংথিজপ্রবা পুখ্রি অমসু শেমলি। পুখ্রি অসিদা শাৎলিবা থম্বালশিং অসি সনাতনা শাবনি, মকোকশিং অদো মণি অশংবনি, অদুগা থম্নাশিং অদুনা বৈদুর্য্য মণিনা শেম্বনি, সনানা শারবসু মনম লৈবা থম্বালনি। অদুগা মখল মখা য়াম্লবা ফজরবা উচেক শঙ্গ, শঙ্গনসু পুখ্রী অদুগী অকোইবদা কোপাই পাইবি। পুখ্রী অদুগী অকোইবদা লিক্লাইনা শাবা মনুং মপাল ফাওনা মমিতাবা সিঁংড়না ইকোই কোইনা চল্লি, তপুক্লা হুম্বা নাগিবনা লিরি-লিরি হুম্বদা ইথক মচা মচানা ইপোম হৌরি, থম্বাল লৈনাশিং অদুদা নপুনা লৈরম্বা ঈশিংগী মরিক মরিক অদুনা মালংগী ঈপোমনা য়ৈবদা হিকথদুনা তারকপা অদুদি মুক্তাগী লিকলু অসমম্না তৎতুনা তারকপগুম ফজরি।

অসিগুম্বা ফজরবা পুখ্রী অসিগী ঈশিং অদু লৈথাদা

হায়ুত্থখিদনরা হায়রুনা মণিমুক্তা রত্ন মখল মখলনি। মুর্খোল অমা শিন্নুনা নিংখিজবক্তু লুরবা ঔশিংগী ঈমাই কাওনা, খাঙ্কিরুনা মশেক-মণ্ডাল নাইনা পুথ্রীগী চাংদোল অদুবু পোইনা হেন্না ফজবা হেনগংলম্মী। পুথ্রীগী অকোইবদা সুংঙোনা শারবা মণিমুক্তানা হংলবা ওহাক পোত্থাদুনা ফম্নবা বেদী মচা মচা শাত্তুনা থম্মী অসিগুম্বা পুথ্রী অসি কনানা পুথ্রীনি হায়না থংনদে, কংফালদা থাবা অশংবা লংলবা মণি মপাকুম থন্দুনা চংশিন্নবা মী অদু পুথ্রীদুদা ওয়রি। সভা মাগুব অসিগী অকোইবদ স্নাতু নাইদনা শাৎলবা নৈে মখল মখলনা শাৎলি; লৈরাংশিং অদুগী মনমদা খোই-মুংনা বোইপাইনরি। তম্মুন্না সভা মাগুব অসি শ রগা দানব অদুনা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরদা কচ্চখি। যুধিষ্ঠির মহারাজনা ব্রাহ্মণ লিশিং তরাবু শেন্না পিজ পিথজুনা সভা অদু শঙ্গাখি।

মতৌ অস্মুন্না মমিং চৎলবা সভামাগুব অসি শারবদা মতম থর লৈরগা নারদ মুণিনা লাক্লুনা মপাবুং পাণ্ডুগী মপাও তমলৈ। মদুদগী রাজসূয় যজ্ঞ তৌনবগী থৌরাং তৌখ্রে। মসি ওন্থোক্ল। চাওখ্রবা যজ্ঞনি, যজ্ঞ অসি তৌবা তারবদা য়াম্না লুবদি মহাক্না ভারত ভূমি অসিদা নিংথৌরেলনি হায়না লাওথোকপনি, মসিগীদমক যজ্ঞ অসি তৌজবৈগী মমাংদা দিগ্বিজয় চৎখিগদবনি, মতুংদা নিংথৌশিং অদুনা অদুগুম্বা যজ্ঞ অদুদা রাজসূয় যজ্ঞ তৌরিবা নিংথৌ অদুবু নিংথৌরেলনি হায়না, য়াবগী খুদম ওইনা মকোক্তা ঈশিং হৈগদবনি।

মতুমা শ্রীকৃষ্ণগী পরামর্শদগী মতিক মগুণ চাওরবা গিরি-ধন্নুরগী জরাসন্ধ নিংথৌবু ভীমনা হাৎজোকখি, মতুদা ভারতকী নিংথৌশিংগী মমিন্তা পাণ্ডবপু অকিন্বা লোকহনখি। অতুগা ভোজ; বৃষ্ণি, পাঞ্চাল অমদি কুরু; মন্নচিংবা মতম অতুগী ভারতকী মচিন ভোংবা লৈপাক পুন্নমক পাণ্ডবকী মীচংদা লৈরি হায়বসি উহনখি, মতুমা অমুক্কা হেন্না নিংথৌশিং অতুনা পাখৎপা হেনখি।

অমুম্না মিপাইহন্নগা মশীং শাকভমজন্নবা ভেজোলশিং পুহন্নগা

ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেববু মাইকৈ মরিদা দিগ্বিজয় চৎহনখি মসিদা সনা-লুপা মণিমুক্তা খোমগৎপগা লোইননা ভারতকী নিংথৌ পুন্নমকপু নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী মখা পোল্লে হায়না য়াহনখি।

অসুম্না য়াম্না মতিক ময়াই চাওরবা শক্তি অমা ওসিগী ভারতকী মীশিংদা, নিংথৌশিংদা পাণ্ডবনা উৎলে, মতুগী শক্তি অমদি মণ্ডালগী মরক্তা মীনা তৌগদ্রবা রাজসূয় ভগবান তৌবগী পুমিং অতু থোকলে। যজ্ঞ অতু হৌগৎলকপদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণদা চান্না অর্ঘ কৎলুবগী মতাংদা চেদীশ্বর শিশুপাল না শ্রীকৃষ্ণবু নিন্দা তৌখি মতুগীদমক সভা অতুগী মমাংমতুদা সূদর্শন চক্রনা শিশুপালবু মস্তক কক্কুনা ভগবাননা হাৎখি। থৌদৌ অতুদা হাম্নগা মিপাই-নন্নবা নিংথৌশিং অতু হেন্না পাখৎখি।

হন্দকী রাজসূয় যজ্ঞ অসিনা ওসিগী ভারতকী মতিক-মণ্ডাল মাঙনা পান্নবা নিংথৌরেন্নী হায়বসি, পাণ্ডবনা তশেংনা তাক্কলে। মসিনা দুর্য্যোধনবা খোইনা কন্নকখি। যজ্ঞ অসিদা যুধিষ্ঠিরগী তুম-শো

পাইহনবুনা পুকৈ পান্নবা মাবু ওইহনখি মঙ্গম অদুদগী ঙন-থুম হীগা তঙ্কা থম্বুক মাম্না পুকৈ অসিদা পৈশ্রে হায়বসি মহাক্না খংখি। মসিমক্তা মাগী থম্মোইহি কা-থবা মরম ওইখি।

মীহৌ চ'ওরবা দুর্য্যোধননা যজ্ঞ লোইরবদুনা খাইনা হনজরবা কাওবা মুমিৎ খর চোম্বনা ইন্দ্রপ্রস্থদা লৈখি। অদুগা নিতিগী শকুনিগা লোইননা সভা অদুগী কজবদু কোইনা চত্তুনা য়েংখি। সভা অদুদা শারিবা দলাল অদুম্বা অমতম্ম হস্তিনাদা লৈতে, য়েংবদা ওকই। লিক্লাইগী বেদী উরুরগা পুখ্রীনি খল্দুনা মফী তাখত্তুনা চৎলুবদা অউবশিংনা নোক্লখি। মতুগী ইকাই ইকাইনা লাকপদা তশেংবা পুখ্রীদনা লিক্লাইগী বেদীনি খল্দুনা ঈশিংদা চোংথরুই, মতুদগী নকুল সহদেবমা লোৌখৎলি, মনাই মশলশিংনা নোক্লা নোক্লা হোংদোক্লবা ফী পিরৈ।

থোৌদোৌ অসিদা দুর্য্যোধনগী ঈকাইবগী ওমথৈ লৈখিদে, শাওনিংবা ইকাইবনা মশা অদোৌ থক থক নিকখি। খিন্দমক দুর্য্যোধনা হস্তিনাদা হল্লক্তুনা পাণ্ডবপু মাইথিবা পিননবা অমাঙ্গ মরল মথুমশিং অসি লোৌথোক্লবা শকুনি কর্ণনচিংবা কত্রবা লোৌশিংদা চংথোম্না হৈরবা মাগী মন্ত্রিশিংগা রাতাম্নখি। মতুঙ অদুদা শকুনিনা হায়খি— মাগা লোৌইমনা পাণ্ডবনা চোৌথর শাম্নরবদি মথোয়গী মরল-মথুম পুম্নমক লোৌথোক্তে হায়না। মতুগীদমক মপাম্বুং ধৃতরাষ্ট্রদা পাণ্ডব কৌবিদু চোৌথর শান্নিগে হায়না কম্না দুর্য্যোধনা তকখি।

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি :— "ইপাগী ইবুংঙো মীগী মুংঙাই-রাইফন্না কল্লকপা চুমদে অমরোম্নদা যুধিষ্ঠিরদি শাগৈগনি নয়াখ্বা অহলনি ; মাখা নংগা করি খেন্নতুনা নংনা কল্লকপা চুম্বগে। মতু নংগী পাপনি, নংগী মপুন্সি অতু রানা লেনগনি তৌগনু। নত্তবা উপায়না মীবু মাঙনবা হোৎনরবদি নং মাংগনি তগা তহাগনু। ইপানা নংনবু পান্নবদি হায়খিবা মজু অতুগুম্বা অমগী থৌরাং তৌবিগে! যু থকপা জুরার শান্নবনচিংবা অগিনা মীতুই-ববু কদায় ফাওবা মাংহনবা ঙম্বগে হায়বতু নংনা খংদ্রে, মসিনা মাংহনবদি মী অতুগী মপুন্সি অতু কংতুনা মাংহনবনি। তৌগনু মপাম্বোমগী পাজম্না তাঞ্জবা মীগী মরল উরগা কল্লকপা চুগদে। মিত্রদ্রোহ তৌগনু, শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাংবু য়েংখিরুগনু ; পাণ্ডবকী মবুধৌশিং অতু নংগীসু নবুধৌশিংনি হায়বসি খক কাওগনু।"

মপাবুংগী রাফম অসিদা দুর্য্যোধনা খুমখি :— "পাবুং! মশাগী মবুদ্ধি লৈত্রবা মীশিং অতুদি শাস্ত্র কনা তমতুনসু শাস্ত্র অতুগী তত্ত্ব খংবা ঙমদে, হন্নাই থোংবগা মহিদা থুম্না লুপ্লিবা খাবৈ অতুনা হন্নাইদগী রস খংবা ঙম্বা নত্তে। ক্ষত্রিশিংনা য়েরুবশিংবুদি অঙম্বা থবকনা পাজম্না অমদি লৌশিংনা মাংহন্নবা হোৎনগদবনি। ঐগী রাংলবা খম্মোইবু পাবুংনা নয়থনবা তৌবিগনু ; হায়জরিবা অসিগী মরমদা বৃহস্পতিনা ইন্দ্ররাজদা হায়খিবা রা লৈরি :— মীচমশিংগা নিংথৌশিংগা তৌগদবা মথৌ অতু খেন্নে। নিংথৌদি

অতোপ্পা উপাসনা য়েক্লবা মাংতনবনি। মরম অসিনা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী রাকম থিল্লনা কায়দে; লোয়া ওইরবসু কোংনা ওইরবসু অগুম্বা শক্তিনা ঐগী য়েক্লববু লাকশিনগদবনি। নিংথৌগী ধর্ম্মদি অতোপ্পা ধর্ম্ম'নি, অগুম্বা শক্তিনা অতোপ্পা নিংথৌগী মরৈবাক মরূপ মপুম অপ্পু নমন্থনা মুনবদা করিসু দোষ লৈতে। ইন্দ্র মশামকনা থংনরোই লান শোক্লররোই হায়না রাশক্লবসু নমুচি দানবগু মণক ককতুনা হাংখি। ঐগী রাশক্তি পাণ্ডবশিংগী ঐশ্বর্য্য অসি নমন্থনা লৌবা, ওমন্নগা মথোয়গা লাম্ফেংনবদা ঐগী ইথরাই অসি থাখিবা অসিনি"।

মচাগী রাকম অসিদা ধৃতরাষ্ট্রনা খুমখি; "ইপাগী দুর্য্যোধন নচাক্লা হায়রিবা রাকম অসি ইপা য়ানিংদে। নংনা তৌগে নিং'লবা থৌ অদু তৌনিংলবদি ইপাগী মত হংগসু, নংসি অসুক্কী মতিক ধর্ম্ম লৈত্রবা মীশকনি। অদুগা নোংমদি নহাক নিংওমদমগী মৈনা চাক্লখিনি।" অদুগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্রনা মন্ত্রি অথোইবা বিদুরদা রাকম অসি তাম্নখি।

বিদুরনা রাকম অসিবু পেনখিদে অদুগা হায়খি :— মীওইবসি অমগা অমগা মুংশিনবা অমা পুরক্লবা হোৎনবা দরকারনি। মুংশিনদবা হায়বসি চাওরবা লাইথুংনি চুম্নগী ব্যাধি কুষ্ঠীদি লাই-য়েংবসু মওম্মী তমখিনা মুংশিনদবা হায়বা লাইথুং অসিদি কোকপা ওমদবা লাইথুংনি। হেক পোকমিন্নবা মচিন মনাও থেঙ্গাইনহুনা

মাংনবগী । মশক ওইরবা লাইথুং অসি লক্লবদি চুল্লে খামজিনবিয় ।"

বিদুরনা হায়বগী মতুং ইন্না ফনা থামলে য়াদ্রে। মরম অসিনা ধৃতরাষ্ট্রনা দুর্যোধনগী সু চাওরবা ফজরবা সভা মাণ্ডব অমা শাগ্রে। সভা মাণ্ডব অসি হোংবগী উপলক্ষদা মচিন মনাও চাম। মথা পুন্না চৌবর শান্নরনবা যুধিষ্ঠিরবু কৌরু হায়না ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরবু নমথুনা পাওখোল শিখি।

ময়ুম্বু গী য়াথং হিকতোকপা ঙমদ্রবা বিদুরনা পাকচাওরবা ইংগ্রিশংলবা রাজ পথ অদু লাম্বোকতুনা ইন্দ্রগী কোনুং ঙমজবা ইন্দ্রপ্রস্থদা থুংখি। ধর্ম্ম চেল্লবা বিদুরনা কুবেরগী কোনুংগুম্বা ইন্দ্রপ্রস্থগী রাজধনীদা মক্তবা দোলাই তোংথুনা চংশিনখি। মতোন ঙবুংঙো লেংলকপদা মতিক চাওববা যুধিষ্ঠিরনা গচা মশু মনাই মশলগা লোইননা ওনচখি। অদুগা লোইননা মঙ্গলগী পাঙ্পুম্বা হংজখি লেংলকপগী মরাংসু হংজখি। বিদুরনা খুমজখি, "নেংদৌবেল কৌরু হায়না তমগনি, পুকচেল ফজ্রবা দুর্যোধনা নখোয়গী লন থুম ঐশ্বর্য্য অসিদা ঙক্লবতুনা, চাওরবা সভা মাণ্ডব অমা শাথুনা মদুগী হোংবগী নুমিৎতা নচিন্নরনাও নখোয় চাম। মথা চৌবর শান্নদুনা হবাও তয়াগমিন্নরাও হায়না নপনধৌ ধৃতরাষ্ট্রনা নখোয়বু কৌরু, লাকলিবনি। জুরাব শান্নবা চৌবর শান্নবদি মা ন-ভাক্লবগী মরুনি হায়না ঐনা মুন্না খংবনি। মসি-গীদমক ফনা থামনি অদুবু য়াখিদ্রে। অদুনা চৌবরদা মথাই

য়াওরবা শকুনি, বিবিংশতি, নিংথৌ চিত্রসেন, সত্যব্রত, পুরুমিত্র অমদি জয় মখোয়সু চৌবয় শান্নিনি হায়দুনা লাকহৌরবনি। হে ধর্মগী মচা নহাকনা মসিদা চংকে চংলোই হায়বদুদি মহারাজনা অনিংবনি; অসুম ৰুনি হায়বা অদুদা মতৌবিয়ু।"

মতুংদা পাণ্ডবনা মুন্না তায়রবগী মতুংদা চংপনা চুম্মী হায়না দ্রৌপদীগা লোয়ননা হস্তিনা তান্না চংখি।

---

(৬)

হস্তিনাগী রাজধানী যৌবদা লৈমরক্লা দ্রৌপদীনা চংশিনখি অদুগা মপনথৌ ধৃতরাষ্ট্রনচিংবা কুরুগী অহল লমন্দা পাণ্ডবনা নোঙখি। অদুগী তুংদা সভা মাওব অদুদা কুরুগী সুহৃদবর্গ ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপাচার্য্য অমদি কুরুগী অহল ওইরবা বাহ্লীকনচিংবা পুন্নমক সভা অদুদা লৈতেংখি। মতৌ অসুম তৌরদুনা চৌবক অদু শান্নবা হৌগদবগী থৌরাং তৌব্রে; মতম অদুদা যুধিষ্ঠিরনা শকুনি য়েংদুনা হায়খি।

"মামা চৌবক শান্নবা হায়রবসি নমথাক লৌনম উৎনবিংঙাইন্নু লৈতে নীতি শাস্ত্রগী পাওতাকসু য়াওদে, অদুবু অসিগুম্বা মশান্নসিদা রা হৌদোকপিরকপসিবু ঐবা ওকচে। অদুগা মসিদা মনৈ-মন্না

তৌবা তাররবদি অক্তবা ধর্ম চেনবগী রাকম নত্তে; মরম অসিনা ঈনম শোরীজুনা অয় তৌবগী আশাদি তোনগনুসি। ঐনা অসিদা লাকচবদি শিংনজুনা কৌররবদা কত্রিশিংনা চেনবহু পাপনি, মতু-ঙীদমক লাকচবনি। লন-থুম পামজুনা লাকচবা নত্তে, এবম অসিনা ধর্ম কাইদনা শান্নবা মশাল্লা অতুনা ওসিগী সুংগাইবা ফোংদোক্লসি"। অস্তুম হায়জুনা শকুনিগা লোইননা যুধিষ্ঠিরনা চৌবর শান্নবা হৌরে।

হন্দকী শকুনিনা শান্নখিবা চৌবর মশাল্লা অসি নমথাকী চৌবরনি মায়াগী মরুনি; মরম অসিনা নিংথৌরেল যুধিষ্ঠিরগী লৈজবা সম্পত্তি পুম্নমক মাথ্রে মরৈপাক মাংখ্রে। অতুদা নত্তুনা মশা কাওবা থাদোক্তুনা মীনাই ওইখ্রে, মতুদা পেল্লবা কুরু শাগৈনা থুবাক খুজুনা হন্নাওবা ফেংংদোক্লখি। সনাগী তাংবন্দগী চিংথজুনা পাণ্ডবপু লৈমাইদা কমহনখি। খোদৌ অসিদা পেল্লবা বিদুরনা ময়াম্বুং ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা লোম্নরা হায়জখি।

"য়াম্বুং মহারাজ, য়াম্বুংগী সঙ্গাইদা দুর্য্যোধনগী মশক লৌজুনা লমছুই অমা লৈরে, খোইহী লল্লোনবা মীশিংনা খোইরাবু উরগা তারকনি, রাংথ্রবা মফমনি খন্দনা কাখৎলুবদা খোইনা চিক্তুনা মরল্লাই রাজবগুমখ্রে। অন্ধক যাদব, ভোজগী শাগৈনা ভোজ বংশদা পোক্লবা কংসবু থাদ্রোকখি, অদুগুম্না দুর্য্যোধনবু থাদোকপিয়ু। মশাকী মরা লৌবিগনু, চৌবর অসি তোকহনবিয়ু পাণ্ডবকী

লৈপাক মরল মথুম হনবিখো। মহারাজ! শাস্ত্রদা অসুম্না লাও-লৈরিবনি, মথুদি :—

"ত্যজেৎ কুলার্থে পুরুষং গ্রামস্যার্থে কুলং ত্যজেৎ।
গ্রামং জনপদস্যার্থে আত্মার্থে পৃথিবীং ত্যজেৎ ॥"

"শাগৈ কন্নবগীদমক মীশক অমবু থাদোক্কনি, খুল অমা কন্নবগীবদমক শাগৈ অমবু থাদোক্কনি, লৈপাক অমা কন্নবগীদমক খুল অমা থাদোক্কনি; নশাবু কন্নবগীদমক লৈপাক অদুসু থাদোক্কনি।"

"মহারাজ মালীনা সুমিৎ খুদিংগী ঈশিং চাইদুনা লৈপালবু য়োক্লগা লৈপানগী লৈশিং হেক্কুনা ঈশ্বরদা। কৎপগুম, মহারাজনা পাণ্ডবপু সুংশিরগী ঈশিং খিক্কুনা য়োক্লগা মখোয়দগী মপাল নাইদ্রবা লন-থুম লৌবিরবদি কগনি। নত্তদুনা মাংহনগে তুক্কনগে লাংলুরবদি ওন্তানা শাগৈগা লোইবনা মুৎকনি। মরম অসিনা মখোয়গা খৎনবা তৌনিগনু; নোংশা মঙা অসি হৌজিক ধর্ম্মগী থৌরিনা পুনগ্রে অদুনা অতুম্বগুম মখোয়না লৈগ্রে। মসিনা মমিৎ শিংলকপদা শাগৈ অসিবু মুৎলোইদবগী মরম উজদে। চৌবর শান্নবা অসিনা সুংঙাইনদনবগী মশকনি। অঙাওবা শল লাবনা ময়ায় কাদুনা মশা মথন্তগী মচীবু ফেংদুনা থুদেচবগুম দুর্য্যোধন্না ঙাওদুনা মরৈবাক্কী মঙ্গল পুম্নমক তাম্হোকচগদৌরি। মহারাজনদি নচানা লন-থুম য়াম্না ফংলে হায়দুনা হরাওবিরি।

মহারাজ মচা লনহেনবসি মমা মপাগী ফৌরোইনবনি। মখোয়গীস্থু দোষ লৈরিবনি। মসিদি থোকহনবিগনু অময়োমদা পাণ্ডবতি ননাওমক্না পোকপনি, মসিস্থু খংবিয়ু।”

অসিগুম্বা বিদুরগী মপাও তারগা লমচৎ খংদ্রবা দুর্য্যোধন্না য়াম্না নাপনগা লোইননা থকসি-খাসি নাইদনা মপাগা পোকমিন্নবা মতোন অম্বুদা হায়খি:— “হায় মীনাইনুনীগী মচা বিদুর! নংনা করিগী ঐখোয়বু অতুক ফত্তনা লৌদুনা পাণ্ডবপু থাঙ্গৎলি। রাজাং অদুদা নংবু ঐগী য়েক্লবনি লৌফম থোকত্র? নংবু খম্বসি লীন কোনবগুম থোক্লে, নবুক থাকলিবশিংগী ফত্তনবা তৌরিবা নংদি ধর্ম্ম চেনবা হায়বদুরা? বিদুর। ঐখোয় হৌজিক য়েক্লববু জয় তৌদুনা পেল্লি, নত্তবা রাজাংদুনা ঐগী ইথোদা অপনবা পিগনু। নাপং তৌজনু “ঐনা হায়বিদনা” হায়বা থক লিংগনু অদুম তৌরবদি কোন্নুং অসিদগী নংবু তাম্থোক্কনি।”

দুর্য্যোধনগী রাফম অসিদা গুরুজনশিংনা মনাকোং মেন্নখি। অদুগা লোইননা দুর্য্যোধনবু তাইবং অসিদা অস্তুক্কী মতিক নাপন চাওরবা মরাল লৈরবা নীপানি হায়বা উঁংলসনু থন্নদুনা ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা কুরুগী অহল লম্মন্না তুমন্ন লৈনখি। মতুং তাবদা বিদুরনা অস্থুন্না অমুকস্থু হায়খি।

“ঐবু মূর্খনি, নশ্যাবুনা পণ্ডিতনি হায়না নংনা লৌরি, মত্তুদি পাণ্ডবপু মরুপ ওইনা কৌরগা খুদোংথিবা পিরি। মসি পণ্ডিত-শিংগী মচৎলা? মচিনখিবী সুপীবু রারকপা য়াদবগুম, পংলবা

মীবু মঙ্গলগী লম্বীদা পুশনবা য়াবা নত্তে। চহি হুস্ক, শুরবা বরবু কন্থানা পামদবগুম্বা ঐগী ইরাসি পামবিদ্রে, অদুবু দুর্য্যোধন! মসিমতংদি খংও! "জগৎ অসিদা মপাম্মোংদা অথুম্বা বা ওাংবা পাপীদি হোংবনি, তাবা নুংঙাইতবা শাওনিংবা পোকপা, তুংদদি য়াম্না কান্নবা বা ওাংবা মীদি তাবনি, অতাবা মীসু হোংদবনি। মীতুতনা সমাজগী ম্নেংতুনা মীনা শাওনি শাওয়োই খংদনা ওাংবনি, অদুবু মরুপনি হান্নবা খবনদি পণ্ডিতকী লক্ষণনি।" অদুবু কনানা তাবিনি, সভা অসিদা তাবিনবা কনা লৈতনা বিদুরগী ধর্ম্ম অমদি পাওতাক্না থম্লবা ব্রাহৈশিংবু মী তাত্রবা বনগী মনুংদা মথন্দা লাওজবগুম থোকখি।

অদুগী তুংদা লৌনম চাওরবা শকুনিনা যুধিষ্ঠির ম্নেংতুনা হায়খি:— "মহারাজ হৌজিক্তি মহারাজগী কবি থানিংঙাই লৈতনা উরে, অদুবু মহারাজদা ঐখোয়না অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি কনা নত্তে হায়দুনা পিজরি মতুদি, নিংথৌ! নংগী চান্ন-থোইরবী পাঞ্চাল নিংথৌগী মচানুপী নিংথিজবী দ্রৌপদীবু পোম্বা থাদুনা চোবর অসি অমুক্তং হুনবিখো। মসিদা মহারাজনা শুব্রবদি নশা নরৈপাক নবল নথুম্নচিংবা সম্পত্তি পুম্নমক হেন-দোকলে হায়না লৌবিবা য়াগনি।"

যুধিষ্ঠিরসি চপ চানা জুব্রারগী নেশা অদো কাব্রে, মাম্না মথিচীকাগী মতৌগুম হন্দক হুযদা অমুক্তংদি চুমকম থোকইদনা থন্দুনা অম্নুম্না হায়খি:—

"নিংথিজবী মুনা য়াশি লৈজবী, মুরবা শমজোইনা ফজজবী মিত্তা-মাস্তা চংথোনবী মীনোক মীরাই পকবী ; শাজং-শাথেক নৌজবী পাঞ্চাল নিংথৌগী মমোমলোই, কৃষ্ণ অদু থারে, হল্লু শাগ্নসি য়ামা !"

য়াসিদা সভাসদ পুম্নমক "মাংলে" হায়বা চপ মান্নখি। সভা অতুদা ফমলিবা মী অপুম্বা পুমলেং লেংখি, নিরুখি, মথন্নাই শোক্লখি। ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপাচার্য্যনচিংবা হুমাং অনপ্পা কাংখি। মহাত্মা বিদুরবু মকোক পায়দুনা লৈমাইদা তুখি, য়াস্তুখি। মমিৎ উঙ্গবা ধৃতরাষ্ট্রনা নুংঙাইমনগ্রদুনা মরামদা "করি ঙমগ্রবগে, পাণ্ডবনা করি হায়গ্রবগে" হায়না হন্না হন্না হংখি। অসুম্না ধৃতরাষ্ট্রনা অহানবদা তৌশিন্নদুনা পামদবা য়াওনিংদবা শাশিন্নরম্বদো লোংপা য়াখিদ্রে।

কর্ণ দুঃশাসন্নচিংবনা মমিৎ থৎনদুনা মোমোন মোমোন নোক্লা নুংঙাইবা ফোংদোকখি অতোপ্পা সভ্যশিংগী মমিত্তুগী মপি শিন্থুখি। মতম অতুদা পাঞ্জনদা চন্দূনা জয় ওইববা শকুনিনা ময়াই কানা হায়খি।

"য়েংঙু ঙমলবনি, লৌরবনি, নিংথৌ নংগী নিংথিজরবী মহারাণী দ্রৌপদী। মহাক হৌজিক মতিক মঙ্গুণ ঙাওরবা দুর্য্যোধনগী মনাইনুবী ওইরো।" অতুগা, চৌবর মরু অদো ক্রোক-ক্রোক লাওনা থোমজিনখি ! অতুগুম্বা চৌবর মরুশিং অদুবু মুন্না য়েংলগা পাণ্ডবনা নুংশা মপী চাওনা হোৎগা লোইননা লৈমাইদা ফমথখি। থোদো অসিদা ময়াই কারবা দুর্য্যোধন্না

বিদুর য়েংদুনা হায়দুম হাগে হায়বগী মতাগুম্না হায়রকই :—
"বিদুর ! হৌজিকমক চত্তুনা পাণ্ডবশিংগী চান্নবী দ্রোপদীবু পুরকউ !
পাপচেনবীদো ইমুংগী রাই শিংনহনগে, মসি নংনা হ্নগদবনি
নিংথৌগী য়াথংনি।"

থম্মোই শোক্লবা রাফম অসিদা শাওনিংবনা মপুম থিংলবা
বিদুরনা ঙংলদুনা হায়রকই, "হায় নাপল্লা ময়াই কারবা ফত্রবা।
নচিন অদুনা নরকী মশক ওইরবা রাদু ঙাংলি। নংগী নকোঙ্গা
শাওরবা মহু কল্লবা লীনজাওশিংনা ফৈদী কোন্দুনা চিক্কদবগী
লৈরে। নং মথোয়বু থোইনা শাওহল্লুরগনু। দ্রোপদী, মীনাই
ওইবা য়ারোই, মরমদি যুধিষ্ঠিরনা মশাবু মপু ওইবা তোক্তুনা
মীনাই ওইরবা মতুংদা দ্রোপদীবু জুরারগী নেশানা থাখিবা
ওইরিনি হায়না ঐনা খল্লি। নংগী নাপল অদু হেল্লে ময়াই
কামল্লে নংনা ঐঙোন্দা ঙাংখ্রিবা রা-ঙাং অসি তোল্লবশিংগী
মরক্তসু ঙাংনদে। নংগী থকসি খাসি নাইদবা অসি সভ্য
জগৎনা নোক্লগনি, মতুদা নত্তনা নপুন্সি তেনগনি তৌগনু"।
নাপল্লা ময়াই কারবা দুর্য্যোধন্না বিদুরবু চৈহংলগা প্রতি কামীবু
দ্রোপদী কোরুনবা থাখি। প্রতিকামীনা থুনা য়াংনা চৎখি-
দুনা নিংথৌগী মচানুপী পাণ্ডবকী মহারাণী দ্রোপদীগী মফমদা
য়াম্না নোল্লুকনা হায়জখি।

"হে নিংথিজরবী ! নহাকপু নিংথৌরেল যুধিষ্ঠিরনা চৌবরদা
পোম্বা থদুনা মীনাই ওইরে, মরম অসিনা কৌরু হায়দুনা
দুর্য্যোধন্না ননাইবু থারক্লি।"

ঙসি ভাবিবা রা অসি করিনৌ, করি ওইনি। নিংথৌগী মচানুপী দ্রৌপদীগী থম্মোই অদো মৌনা শোকখি, রা অসি চেক তাবমক্তদা মশা অদো থক থক নিকচখি! মুপী ওইবী-শিংনা তাবদা খাংডমদবা রাকমনি। খস্তুকরগা দ্রৌপদীনা প্রাতি-কামী য়েংলগা অমুম্না হায়রকই,— "প্রাতিকামী। জুৱারদা করি থানিংঙাই মরৈরক্তুনা নিংথৌ অতুনা ঐবু থাগ্রিবা— নিংথৌ অতুনা মশাবু মীনাই ওইরগা ঐবু থাব্রা, নত্রগা ঐবু হান্না থাদগা মশাবু কোম্না থাখিব্রা হায়বসি হংবিরু। মতুংদা অওইবা খংলগা ঐবু কৌরোল ও"।

প্রাতিকামী লাকুনা যুধিষ্ঠিরদা দ্রৌপদীনা হয়জররকপা রা অদু তমজরুই। অতুবু অরাবাদি নিংথৌ অতুনা হোযনি-মাইনি হায়দনা তুমিন্না লৈখি। মতম অসিদা দুর্যোধনা হায়রকই— "রা অদো দ্রৌপদীনা মশামক লাকুনা সভা অসিদা হংলোলাও হায়যু। যুধিষ্ঠিরগা মহাক্কা ঙাংনবা রা অদো সভা অসিদা তিল্লি-বশিংনা তাজসনু।"

প্রাতিকামী অতু অন্তঃপুরদা চঙ্গ্রে, অতুগা নোম্লুরা হায়জখি, "ইবেম্মা। সভাদা কৌরবসভ্যশিং অতুনা কৌরি; মী মচানা অচোবগী সন্মানবু থম্মরক্তু, অতুনক্তুনা ইবেম্মবু পুহনা ননাইবু লাকউ হায়রি।" দ্রৌপদীগী থম্মোই শোকখ্রে অতুগা হায়রকই "ক্যার মতু ওইরসনু; জ্ঞানীশিংনা ধর্ম্মবু অমদি পুণ্যবু লুনা তৌনৈ, অথোইবনি লৌনৈ, সভা অতুগী সজ্জনশিংদা ঐগী ইপাও

অসি অমুক্তদি তম্বীরু; মতুদি ধর্ম্ম চেল্লবা নীতি শাস্ত্র হৈরবা সজ্জনবর্গনা তিল্লবা সভা অদুনা এবু তৌজৌ হায়রকপদো শোয়দনা তৌজগনি হায়বিরু"। দ্রৌপদীগী ৱা অসি প্রতিকামীনা সভা অদুদা তমজখি।

---

## (৭)

প্রতিকামীনা অমুম্না তম্বীরবদা দুর্য্যোধন্না ঙমখৈ লৈতনা শাওরদুনা দুঃশাসন্দা হায়খি:— "দুঃশাসন পাংত্রবা মুতগী মচা অসে পাণ্ডবপু কীদুনা মীনাই মুপী পুরকপা ঙমদ্রে। নং চত্তুনা পাপীনি অদুবু সভা অসিদা মশম্বাক্তুনা চিংলকউ।

ময়াম্বুগী ৱাসিদা নাপন চাওরবা দুঃশাসন্না খিন্দনা অন্তঃপুরদা চখি। দুঃশাসনগী খোংথাং অদু উবদা শিংলবী ৱাজনীতি খংলবী পঞ্চাল নিংথৌগী মচানুপীনা মতিক চাবা লম্মন খুল্লগে হায়না নিংখি। মপুরোইবশিং অদো ধর্ম্মগী থৌরিনা পুনম্রে; হায়দোকখিবা য়াথংনা মচিন ময়া কুমগ্রে; শোন্থরবা নোংশা ওইরদুনা লমচ্ছইশিং অসিনা মখেলাংলে। মখোয়বু স্নাকায়রুবগে হায়না নিংগ্রে, মরম অসিদগী পাংত্রবী শোল্লবীগী শকতম লৌরগে লেপগ্রে।

দুঃশাসন চংল্লিকলে, অদুগা দ্রৌপদীবু মশম পাইদুনা চিংলরে।

দ্রৌপদীনা হায়খি, "পুকচেল ফজরবা ঐহাক হৌজিক মুম্বিৎ-থা খুরুম্বা য়াদবা মতমনি। অতুগুম্বা গুরুজনা চোম্না তিল্লবা সভা অতুদা চংবা য়াবা মতম থোক্ত্রে, থাদোকউ।"

দ্রৌপদীগী মরাসি দুঃশাসন্না করিস্থু নাচুংদে। মুরবা শম-জোইশিং অতু খুবাম অমা পাইদুনা চিংলকলে। দ্রৌপদীগী থম্মোইদা শাওনিংবনা মৈ গৌথ্রে। শগন তেকলবী শরুং হিকথববী চেল্লাগুমলে। হায়রকই, "তাও ফজরবা দুঃশাসন অতুগুম্বা সভা অতুদা ঐবু পুশিনগনু, সভা অতুদা গুরুজন কয়া লৈবমগনি। শোক্ত পল্লবা য়াদবা মতম অসিদা ঐবু অতুম্না আচর্য্যনা তিল্লবা সভা অতুদা পুগনু, থোইদোকপা রাফম অমনা মপুরোইবগী মমাংদা মাগী সহধর্ম্মীনীবু লাক্লবা মতৌ অসি তৌগনু নপুন্সি তেনগনি।"

রা অসি করিস্থু তাদনা নাপন তৌববা দুঃশাসন্না দ্রৌপদীবু সভা তাম্না চিংলকলে। ঙসিগী সভা অসি অঙকপনি, দ্রৌপদীগী মতৌ অসিদা কনানা অরাবা ফোংদোকপগী রাফম অমফাওবা হায়রক্ত্রে। গুরুজন কনাগী ম'চিন্দগী "মদু চুম্ব্রা" হায়বা রাহৈ মচেৎ অমফাওবা তাখিদ্রে। শাওনিংলবী ঈকাই শেঙ্গোই হাংলবী দ্রৌপদীনা সভা অতুদা কোইনা য়েংজখি। সভা অতুদা কুরুগী কাংবুনা শকুনি কর্ণগা ফম্লম্মী। সুহৃদবর্গগী মাইকৈদা ভীষ্ম, দ্রোণ, বাহ্লীকনচিংবসু তুমিন তুমিন ফম্লম্মী। অসিদা নত্তনা নিংথৌ কয়া, অতুগা মাইকৈ অমদনা তুমখুন হুল্লবা য়োৎহ্লিং

চল্লবা নোংশা লাবগী পান্দমগুম মপুরোইবা মঙা অদুনা মীনাই কীজেং শেংলদুনা লুকথনা মশাদি থক থক নিক্না ফমদুনা লৈ-রম্মী। মদু উবদা থম্মোই কাইনা হায়খি সতী।

"ওম্মোকপনি। তোল্লিদা বুরু শাগৈগী ধর্ম্মবু ওসি মাংগ্রবা। ধর্ম্ম থংলবা ক্ষত্রিয়শিংগী লমচৎ লৈখিদ্রে। সভা অসিগী সভ স-শিংন ওসি কৌরবনা ধর্ম্ম মাংলিবসিবু য়েংনরি। কুরুগী অহল-লমন পুম্নমকম্বু কাইরবা বুরুগী ধর্ম্ম অসিবু খাংদুনা লৈরি। অদুবু ঐনা অবস্থা অসিদা পেঞ্জবদি, হৌজিক ফাওবা ধর্ম্মগী মপারী যুধিষ্ঠিরনা মাগী ধর্ম্মগী মাইকৈদা য়েংদুনা লৈরি।"

ওসি পাণ্ডবনা মরৈপাক মরল-মথুম মাংখিবদা থোইনা নুং-ঙাইতবা পোকখিদে। হৌজিক্কী থোদো অসিদা মখোয়গী খাংহৈবগী শক্তিময়া কুমখ্রে। দ্রৌপদীনা তোল্লবী করি লৈজদ্রবী ওইরবদুনা অরাবা নুংশা মপী হোল্লদুনা মপুরোইবশিংনা লৈরিবা মাইকৈদা য়েংজরকপা মিৎলৈ অদু উবদা পাণ্ডবকী থম্মোই অদো মশুং চামা থোকনা কাইখি। অদুম তৌবিডৈমক্তদা দুঃশাসন্না দ্রৌপদীবু সভা অদোমদা মশম লাক্কুনা ফাক-ফাক নোক্না চিংশিল্লকই; মদুদা শকুনি কর্ণনা বীরনি হায়না থাগৎখি।

দ্রৌপদীনা সভাদা শোক্লবা থোনকম্না অস্নুম্না অমুকম্বু হায়-রকই, "জুরার, চোবর পামজরবা লৌনম চাওবা কৌরবনা ইপুরোইবশিংবু নমদুনা কৌখিবনি। অদুগা মচা মমোশিংগী মান-

মর্য্যাদাবু ঙাক-শেনবিরিবা কুরুগী অহল্লশ্মন পুম্বা, ঐনা হংজরিবা রাকম অসি খুম্বিয়ু, ঐ অসি চৌবরগী পোম্থাদা খাবদা য়াওখ্রবরা নত্রগা য়াওদ্রিবরা? সভা অসিদা ঐবু পুশিন্নবলিবসিম্থ সভা অসিনা য়াবিবরা?”

রাগং অসিগী পাওখুম কনা অনতনা পিখিদে। ঙসিগী সভা অসি করিনো অমদি তৌগ্রে, দুর্য্যোধনবু কিবনা কনাম্থ রাঙাংদনা লৈগ্রে। অদুগী মরক্তা বুকগী লাই অহুম ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপাচর্য্যাদি ধর্ম্মগী চায়েং অমা পামদুনা রা অদুদা তুমিন্না অদুম মবৈখি।

মতাং অসি য়েৌবকপদা ঙসাই মখৈ মমিং পাংদনা তুমখুন হুন্দুনা লৈবম্নবা নোংশা মঙাগী মরক্তগী ভীমসেনদি তুমিন্না লৈবা ছমলক্তদুনা ময়াম্থু, যুধিষ্ঠিরগী মঙমদা হায়রকই, “য়াম্থুং মহারাজ। সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবশিংগী মরক্ত জুরবী কনাগী ময়ুমদা মীনাইনুবী থম্নবা মবৈ, মখোয়না জুররদা মখুৎ তংলবম্থ করি লৈত্রবী মীনাইনুবী অদু খক থাদোক্লদে। মখোয়বু নুপীনি হায়দুনা অদুম্মক চাংবী। অদুবু অরাবদি ঙসিগী চৌবরদা মথাল লৈত্রবী দ্রৌপদীবু থাদোক্লুবনা থম্মোই কাইরবা থৌদৌশিং ইমিত্ত উবা কংলে। মসিগীদমক য়ম্থুদা পেন্দবা ফোংদোকচনিংঙি। ইশা লন-থুন মাংখিবদি করিম্থ পেন্দবা তৌজদে নহাক্না ঐখোয়গী মপুনি।”

রাকম অসিনা অর্জ্জুননা ময়াম্থু ভীমসেনবু য়েংলগা খোইনা

নোল্লুকচবা ৱাফম্না হায়জৰকই, য়াম্নু য়াইমা তপথৰিসি। মন্নাং-ঙৈদা দাদা মহাৰাজগী মফমদা অসিগুম্বা অয়াকপা ৱাসি অমুক্তা হায়বা তাজখিন্ত্রি। মসিদা ননাওগী থম্মোই শোকলে। য়েক্লবনা লন থুগ লৌখিবদা নত্তুনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অনদি মান-মর্য্যাদা ফাওবা লৌগ্রবরা হায়না য়াম্নুংগী মফমদা ননাওনা নোল্লুক্লা হায়জরি। য়েক্লবদা ঐখোয়গী মমল নাইত্রবা গুণ পুন্নমক শিন্নথোকপিবসিদদি তৌবিগনু। য়েক্লবগী অনিংবা থুংহনবদি চুমদে। ধর্ম্মগী আচৰণ কাইবিগনু, থৌদো অসিদা ঐখোয়গী অমাংবা কবি লৈ, তপথবিয়ু।"

অস্নুন্না পাণ্ডবশিংনা ধর্ম্মগী মথক্তা থাজবা থমত্তুনা অৱা-বশিংবু যাইৱোং যাখিবা, নাকন অমদা তোল্লবী, শোল্লবী, কনা লৈজদবী ওইবত্তুনা দ্রৌপদীনা ঙৌত্তুনা হংজৰকপা ৱাফমদা কনানা করি থুম্বীদবা অসা বিকর্ণগী থম্মোই শোকখি, হায়ৰকই :—

"তিনবিৰিবা নিংথৌ মচা পুন্নমক, দ্রৌপদীগী ৱাফম অসিগী পাওখুম পিবিয়ু কুরু শাগেগী খুইগী অহল ওইবীৰিবা ভীষ্মদেব, বাহ্লীক, ধৃতৰাষ্ট্ৰনা মতিক চাবা পাওখুম পিবিবা পামজে; আচার্য্য দ্রোণ কৃপ অনিনমু মসিগী মতিক চাবা পাওখুম পিবিয়ু নত্রবদি নৰক তাগনি খল্লি।"

বিকর্ণগী ৱাফম অসিদা ওসিগী সভানা অসিনি হায়বা পাওখুম কনানা পিৰকপা তৌখিদ্রে। বিকর্ণনা মতুং অদুদা অমুকসু হায়ৰকই, "নিংথৌ মচা পুন্নমক অমদি কৌৰব অপুম্বমু

তাবিয়, দ্রৌপদীনা হংজরিবা ৱাহং অসিগী পাওখুম পিবিগে পিবিয়ু পিবিরোই তোকপিয় মতুদা ঐগী আপত্তি করিস্সু লৈজদে।

অত্তু ওইরবস্সু ঐদি মসিগী ন্যায়যুক্ত ওইবা ৱাফম থরদি হায়জবা তারে। মত্তুদি শক্তি-শঙাই তান্নবা, য়ু থকপা, জুৱার শান্নবা সুপী অঙাংদা অহেনবা শাজৎ চৎপা। হায়রিবা মরিসি মীওইবগী ফত্রবা অর্থ লৈত্রবা থবকনি। মরি অসিগী অমদা, অয়াম্বনা মশাগী ধর্ম থাদোক্তুনা মপুন্সি লৈরে; অদুবু অৱাবদি কান্নত্রবা বিষয়শিং অসিদা ফনা য়াম্না মপুক্লিং চংনা তৌরিবা মীওই অদুবু সভ্য সমাজনা থবক অমত্তা তৌত্রিবনি হায়না অতুম্মক মরোনৈ। অদুবু ওসি যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্না সঙ্গী দোষনা মসিমক ত্তোরে। নেশা অসিনা দ্রৌপদী ফাওবা থারে। ঐখোয়না উক্রি ওসি দ্রৌপদী থাখ্রিবদি নিংথৌরেন যুধিষ্ঠিরনা মশামক মীনাইগী শিংদা চনখ্রগা থাখিবনি। থাখিবা মথাস্সু শকুনি মন্ত্রি মশামক্তা করিস্সু থানিঙাই লৈত্রবা ধর্মরাজদা দ্রৌপদী থাহনগদবগী "দ্রৌপদী লৈরিনা" হায়না হোদোকপনি। পুন্নমক অসিনা মুন্না খনজিল্লুরবদি দ্রৌপদীবু হৌজিক ফাওবা দুর্যোধন নিংথৌনা লৌদ্রি।"

বিকর্ণগী ৱাফম অসিদা নিংথৌমচা পুন্নমক চুম্মী হায়না মহৈ মহৈ ৱা ৱা লাওনখি মতম অদুদা কুরুগী নাপন চাওরবা নিংথৌ দুর্যোধন্না সভা মথ্রামগী মথাংদা দ্রৌপদীরোমদা মহাক্কী মফৈ তাখৎতুনা উৎলগা দ্রৌপদীবু মক্কী মুল্লু হায়না দুঃশাসন্দা য়াথং পিখি।

মযাম্বু্‌গী য়াথং অদুদা দুঃশাসননা দ্রৌপদীগী মফী চিংদুনা ফুনগদবগী থোৱাং তৌখি। মসিদা কনাগী থম্মোইনা শোকলোই-দবা লৈনগে? দ্রৌপদীনা খঞ্জখি, “ঙসি কৌরব অসি তুমজনবা মশাগী মৈ অদো হোৌগৎচগে খল্লবোবে। অদু ওইরবদি তুমজ-রসনু”। দেবী অসিনা শ্রীভগবান কৃষ্ণ কৌবা বিষ্ণুবু মপুক্লিংদা হন্না হন্না কৌজখি, অদুগা লোইননা ধর্ম্ম কৌবা লাইনা ফীগী মশক লৌদুনা মথল মচু য়াম্লবা ফী মপৈ মপৈনা দ্রৌপদীবু কনবিখি।

ঙসি দুর্য্যোধনা লাল্লিবসি হেনজিন্না লানথ্রে। ধর্ম্মদসু লংজরে সমাজদসু উশিন্দ্রে, ঙসি মচাক্না দ্রৌপদীদা পীবিবা ইকাইবসি দ্রৌপদীদা পিবা ইকাইবা নত্তে। সমাজদা ইকাইবা পীবনি, মচাক্না অসুক্কী মতিক সমাজবু অমদি তাইবং অসিবু থৌওইদ্রে হায়বসি খসিনা তশেংনা তাকথ্রে। দ্রৌপদীনা মসিগী মরুওইবা ভাবকী অর্থ মপুং ফানা দুঃশাসন্না মফী চিংলকপা অসিদা পাং-দ্রবী শারদুনা তেংথা না-ওইখিবনি; নত্রবদি দ্রৌপদী নোংশা অগোগনি, পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা নুপী যজ্ঞকুণ্ডদগী চোংথোবকপিনি। করম্না শোনফম থোকপা, করম্না মাগী মফীবু তরাই তরাক্ট মুনবা ঙমফম থোকপা?

অদুবু ঙসি ধর্ম্মনা ফিগী মশক লৌদুনা দ্রৌপদীবু কোল্লববা অদুদদি মথল য়াম্লবা ফিগী মপৈ মপৈনা দ্রৌপদাগী মখাংদগী থোরকই; মতম অদুদা সভাসদ্‌ পুম্নমক অকীবা ফংনা লাও-

"ইন্দ্রবু জয় তৌগদবা পাম্বোম অনি অসিনা গদা পাইদুনা লম্মন খুম্নিংবগী মৈরক অতুদা চোংশিন্নিংলে। করিগুম্বা ধর্ম্মরাজনা "নংনা থোকপা তৌজরো" হায়না য়াথং পিরবদি নোংশানা শক্তি মপৈবু নোইহৎপগুম কৌরবশিং অসি ংোইহৎকদবনি।"

অদুগী মতুংদা মহাত্মা বিদুরনা খাংবা ঙম্লক্লে, ঙসিগী সুমিত্তা কৌরবকী সভা অসিদা অধর্ম্মনা মনিং তৌনা ওৎ-নৈদুনা শান্নরে; ধর্ম্মবুনা মখোং মখুৎ পন্দুনা থম্মীরে, ধর্ম্ম বা রাজনীতিগী কুপ্লবা তত্ত্ববু কনানা নৈনবিরক্লে, মদু উবদা খাংবা ঙমদ্রবা বিদুরনা অমুক হন্না য়া অসি হায়রকলে।

"ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশা নখোয়না দ্রৌপদীবু জয় তৌবে হায়রিবসি মঙ্‌দা জয় তৌবনি। মবমদি য়ুধিষ্ঠিরনা দ্রৌপদীবু থাবদি দ্রৌপদীগী মপু ওইদ্রবা মতমদা থাবনি। মরম অসিনা পুক্চেল কদ্রবা শকুনিগী মরা তাদুনা ধর্ম্ম থুগাইদুনা নশাবু নপুন্সি ঙেক্লনবা থবক তৌগনু।"

অসিগী মতুংদা পার্থনা দুর্য্যোধনদা যেংলদুনা হায়খি, "তাও কুরুপতি য়াম্বুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি অহানবদা পাণ্ডব ঐখোয়গী মপুনি, তৌজিক্তি য়াম্বুং মশামক থাদোক্লুনা লোইনগ্রবনিনা করিগুম্বা পোংশক অমগী মপু ওইবা য়াখিদরা? মসি কৌরব পুন্নমক্লা নিংথিনা মথংবিয়ু।"

মতৌ অসুম্না ঙসিগী কুরুগী সভাদা মরৈপাক মরল-মথুম মাংখিবদা করিমত্তা অশাওবা পোকখিদ্রবা পাণ্ডবপু দ্রৌপদীদা

ওইহনুবা অসিদগী মৈ খোক্লা শাওগ্রে। ওসি দুর্য্যোধন্না তৌব্রিবা থবক অসি দ্রৌপদীতবু উশিগুতুনা তৌবা নত্তে, লৈব্রিবা সভা অদুবু উশি ঙমহনা তৌবনি। মগাক্লা দ্রৌপদীগী মকী চিংহল্লুবদো দ্রৌপদীনা ফংগদবা ইকাইবা অদুগী শরুক অদু সভা অদুদা লৈব্রিবা সভ্যশিং অদুগী থুংলোইদবা নত্তে। মরম অসিদগী সভা পর্ব্বগী মতাং অসিদা দুর্য্যোধন্না লানগ্রিবসিদি মপুন্সি অসিদা কোক্লরোইদবা মরাম্নি হায়না সভা অদুনা লৌনখি।

---

# (৮)

সভা অসিগী অকোইবদা মথল মথা অয়াম্বা উপদ্রব তৌবা হৌরক্লে। বনগী লমহুইশিংনা খোংলরে, গাধাশিংসু খোংলে, অকীবগী মশক ওইরবা লাংজাশিংনা লাক্লা লাক্লা মাইকৈ মরিদা খোংদুনা অমঙ্গল তৌরে। মতৌ অদু উবদা তন্ত্র, পুম্নমক খংলবা বিদুর গান্ধারী অমদি ভীষ্ম, দ্রোণ, কৃপাচার্য্যনা খোঞ্জেল অসি তাবদা নিকখি।

খিন্দনা মহাসতী গান্ধারীনা অকীবা ফংলবা উপদ্রব অদু উরদুনা অমাংবনা য়োংলরনি খংলদুনা সভা অদুদা চেনশিনক্লগা ধৃতরাষ্ট্র, নিংথৌদা নোক্লরে। "মহারাজ মহাক্লা করিগীদমক ফত্রবা নচা অসিনা হায়বদা ইন্দুনা মাংনবগী মশক ওইরবা খৌরাং

অসি তৌবিরিব্নো ?” অদুগী মতুংদা দ্রৌপদীবু চজেৎনা কোল্লগা “অরা নুংঙাইতবা পুম্বা ইনেমবু য়েংস্লুনা কাওব্রে।” হায়্নগা আ-শীর্ব্বাদকা লোইননা মেনখি।

ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌসু মাংনবগী মশক ওইরবা খোরাংনি হায়বা ভাব তারক্লুনা দুর্য্যোধনবু থিনা চৈদুনা হায়রকই, “দুর্য্যোধন নহাক্না অমুবা লীন ওইদুনা শাগৈ পুম্নমক তুম্না চিক্লদোরে; ধর্ম্ম কাইজল্লবা পাণ্ডবকী মরল-মথুম বল্লক্লুনা মীনম্বা চৌবর শাম্নরে। অহাম্বদা ঐদি নংগী পাপ চেল্লবা খোরাং অসি খংঙুদে, চুম্নগী হরাও তাযাম্নবা তৌরিবনি হায়বা অদুদা ওইনা মখল্লুই।”

অদুদগী নিংথৌনা দ্রৌপদীগী মফমদা য়াম্না নুংশিরবা মপাওনা অসুম্না হায়খি:— “দ্রৌপদী লাও চংলকউ সতী। নংগী সতী ধর্ম্ম অসি উবদা ইকু পেল্লে, হে আর্যী নহাক্না পরাল লৈববা ঐগী কল্লবা ইচাশিংবু ঙাকপিয়ু. মখোযনা নফমদা লংজবমক্তনি। অসি ইকুগী মফমদা নংনা অপাম্বা বর নিজৌ।”

দ্রৌপদীনা ধৃতরাষ্ট্রগী অসিগুম্বা খোজালগী মশক ওইরবা রাফম অসিদা মথুং অনি লোম্নরদুনা হায়জখি। “হে ভরত শাগৈগী নিংথৌরেল, নমৌবু নুংশিবিদুনা বর পিবিগে হায়রবদি ঐগী ইচা প্রতিবিন্ধনসিংবা মঙা অসিবু মীনাই ওইগদবগী কনবিয়ু। মখোয়-গী চাথাং শুধাং ফাওবা মীনাইগী মচা মগুনি হায়রা মীনা ঙাংনগদবদগী কনবিয়ু।”

ধৃতরাষ্ট্রনা "স্বস্তি মঙ্গলমক ওইরসনু নংগী প্রতিবিম্বনচিংবা নচা মঙামক মীনাই ওইবা কোল্লসনু। অদুগা হে পাঞ্চালী, নংনা নিরিবা বর অসিমতনা মতিক চাত্রি অত্তোপ্পা বর অমগসু অমুক নিজখো। নংদি নিংথৌগী মচানুপীনি অপাম্বা অমগা নিখো।"

ধৃতরাষ্ট্রগী অসিগুম্বা ৱা অসি তাবদা দ্রৌপদীনা মখুৎ লোল্লবদুনা অমুক হন্না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়জখি।

"মঙ্গলগী মশক ওইরবা ইকু মহারাজ! নমোবু থৌজানবিরবদি, মরৈপাক মাল-মথুমগা লোইননা ইপুরোইবা মঙা অসি মীনাই ওইবদগী কোকপিয়ু, অদুগা লোইননা মখোয়গী রাজ্যদা হায়গুম্ব পানহলবিয়ু।"

ধৃতরাষ্ট্রনা য়াম্না হরাওবগা লোইনা "তথাস্তু দেবী, মতুমক ওইবা ওইরসনু। নখোয়দা মরৈবাক মরল মথুম পুম্নমক হল্লবনি। ওসিদগী অকিবা লৈতনা হায়গুম মরৈপাক্তা নিংথৌ ওইবা পাল্লসনু। অদুগা দেবী! নংগী অপাম্বা মতুং ইন্না অহুমশুবা বর অমসু নিজখো।"

ধৃতরাষ্ট্রগী অসিগুম্বা মপাও অসি তাবদা রাজনীতি খংলবী দ্রৌপদীনা খুমজখি। "থৌজাল হৈরবা ইকু মহারাজ! নমোনা অহুমশুবা বর অমু নিজরোই, মরমদি শাস্ত্রনা লাওথি মতুদি ঙ— বৈস্যনা বর অমা নিবা য়াগনি, ক্ষত্রীয়নীনা বর অনিশুনা নিবা য়াগনি, ক্ষত্রী মুপানা বর অহুম শুনা নিবা য়াগনি, ব্রা-

লানশিংবা বর চানা ফাওবা নিবা য়াই। মরম অসিনা নকমদগী অহুমশুবা বর নিদুনা শাস্ত্রগী বিধানশিং অসিবু কাইহল্লরোই।"

মতৌ অসুম্না পাণ্ডব পুম্নমক অসি অমাংবা অসিদগী দ্রৌপদীনা কল্লে। সতী অসিগী মরোলশিং অমদি মতিক মগুণদগী অল্লাবদা তারুরবা কল্লবা পাণ্ডবনা ইরাই লাইনা য়েক্লবগী মখুত্তগী নাম্থোকখ্রে।

মতুং তাবদা পাণ্ডবশিং অতুনা সভা অদুদগী বিদায় লৌদুনা মরৈপাক ইন্দ্রপ্রস্থ তাম্না হনখি। থৌদো অসি দুর্য্যোধনগী থম্মোইদা অপেনবা পোকখিদে। মরম অসিনা মপাবুং ধৃতরাষ্ট্রগী মকমদা নোংথোংবগুম কপ্তুনা অমুক হন্না চৌবর শান্নজখিগে হায়না তক্লখি।

দুর্য্যোধন্না হায়খি, "ইন্দ্রগী মফমদা দেবতাশিংগী পুরোহিত বৃহস্পতিনা হায়খিবা ৱা লৈরি, য়েক্লবশিংদি লৌশিং অমদি পাঙ্গলনা অঙম্বা উপায় তৌদুনা মাংননবা তৌগদবনি! পাণ্ডবকী মবল-মথৌ অমদি মরৈপাক মুন্দূনা লৌথোক্লগা ঙসিগী সংসার অসিদা অমুক মকোক কাংখৎলকপা ঙমদনবা হোৎনজবনি, অদুবু পাবুংনা লাইনা থাদোকপিখ্রে। মখোয় অদো মহু কল্লবা লীনলি, মখোয়না তেঙ্গোল থোমবা চৎখ্রে। লানগুম মহু চাওরবা অর্জুনা মাগী তেন্দোং ফাইরোক অদু পোরদুনা গাণ্ডীব থুহম চেৎনা পাইদুনা চৎখ্রে; ভীম, যুধিষ্ঠিরনচিংবনা মাগী মাগী খুজু-খুৎলাই পাইদুনা মশাগী ঈজিংত। ঐখোয়বু কীহল্লমদুনা চৎখ্রে।

দ্রৌপদীদা অপমান পিরুবগী লম্মুন খুমদনা পাণ্ডবনা কদৌঙৈদা তুমিন্না লৈরোই। মরম অসিনা পাবুং অমুক্তগা পাণ্ডবকা চৌবর শান্নজখিগে, হন্দক্কী পোস্থাদি অতৈ তৌজরোই, অপোবনা চাহি তরানিথোই বন্দা চৎপা চহি অমা মী খংহন্দনা লোৎপা; করিগুম্বা লোৎলিবা চহি অদুদা থিবা খংবা থোক্লবদি অমুক হন্না চহি তরানিথোই বন্দা চৎপা অসিনি। পাবুং মহারাজ ঐখোয়না পোবা থোক্লবস্থ মথক্কী মতৌ অম্মুম্না বন্দা চৎচখিগে, অদুবু ঐনা থাজজৈ; ঐখোয়গী মামা শকুনিনা শোয়দনা পাল্লন চনগনি। মামদি চৌবরদি মপা লৈতনা হৈগ্রবনি। মুন্না খনবিয়ু নিংথৌরেল। করিগুম্বা পাণ্ডবনা চহি তরাহুমরোই মফম খংদনা মাংখ্রিডৈ অসিদা ঐখোয়না লৈপাক মরা চেৎনবা শেমজহৌগনি, লান্মী পৈজহৌগনি, মখোয়না করিগুম্বা চহি তরাহুমদোই অসিদা মথক্কী নিয়ম অসি মমাই পাক্তুনা লাক্লবদস্থ মরৈপাক মরল-মথুম পীররোই মখোয়না লান্দারক্লবস্থ মতিক নত্তে। অম্মুম তৌদুনা য়েক্লবশিং অসি মফম মরাং খংদনা তুমজখিগনি। মরম অসিনা হে ভরত শাগৈগী অথোইবা। যুধিষ্ঠিরনা অমুক্তগা হন্না চৌবর মক অসি পাইতুনা হুমবা মখোয়বু কৌবিখো।"

দুর্য্যোধনা অম্মুম্না হন্না হম্না মপাবুং নিংথৌদা তকখ্রে। নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা প্রতিকামী থাহুনা লমথাংদা যুধিষ্ঠিরবু "অমুক হন্না সভা অদুদা হল্লক্তুনা চৌবর শরু পাইদুনা হল্লকো" হায়না-কৌখি।

"অসম্ভবো হেমময়স্য জন্তোস্তথাপি
রামো লুলুভে মৃগায়।

প্রায়ঃ সমাসন্নপন্না ভবানাং
ধিয়ো বিপর্য্যস্ততরা ভবন্তি ॥”

সনাগী শক্তি লৈবা হৌনদে থংবনি, অদুবু শ্রীরামগী থম্মোইদা থোইদোক্লা অপাম্বা পোকখি। অন্নাবা খুদোং খিবনা মনাক নক্লক্লবদা ফনা শিংলবা মী ফাওবগী মবুদ্ধি মথক মথা ওইরেদো। মতৌ অসিগুমদুনা পাণ্ডব অদুনা অমুক হল্লক্লনা চৌবন্ন শাম্নগনি হায়না অমুক হন্না কমখি। মতৌ অসিদা ভীষ্ম, দ্রোণনচিংবা শাগৈগী অহল-লমনশিংনা চিংনবা মুংঙাইতবা পোকখি। মতম অদুদা শকুনিনা হায়খি:— “নিংথৌরেল। হন্দক্তি ওস্তোকপা পোন্থা অমনা চৌবরগী পোন্থা ওইনরসি। হন্দকী শান্নবা অসিদা ঐখোয়বু ওম্বা থোক্লবদি ঐখোয় পুম্বা তোম্নবগী ফিজেৎ শেম্বুনা চহি তরানিথোই বন্দা চৎকনি অদুগা চহি অমা লোংকনি, মসিদা থিবা থংলগনা অমুক হন্না চহি তরানিথোই বন্দা চৎকদবনি।”

করিগুম্বা ঐখোয়না ওম্বা থোক্লবদি নখোয়স্ন দ্রৌপদীগা চহি তরানিথোই বন্দা চৎপা অদুগা শাগৈ-নাতৈ কনা অমতনা দিবা থং-চন্দনা চহি অমা লোৎপা, মদুদা নখোয়না থংহল্লবদি অমুক হন্না নরৈপাক্তা হান্নগুম নিংথৌ ওইদুনা পান্নব' অসিনি পোন্থা লাও হে নিপা অখোইবা পাণ্ডব! চৌবরগী মরু অদি পাইরো লাও! অমুক্তগা হন্নথিসি চংলকউ।”

থৌদো অসিদা সভাসদ্ পুম্নমক “মাংলে” হায়বা চপ মান্নখি। অদুবু ওস্তোকপনি। কনা অমতনা মদু ফত্তে হায়না খান্নখিদে।

রাশক চেৎলবা ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা পোয়রদনা খুদোং থিবা নংলগনি থংনা থংনা রাশক কাইনিংদবনা অমুক হন্না চৌবর শান্নগে হায়না চংশিনখি। শিংলবা যুধিষ্ঠিরনা কৌরব অসিনা মশাগী লাং থাকচরে মসিদা খুদুনা মাংজবা তারে হায়রবসিমু নিংখিনা থংখি। হায়রকই:— "শিঙ্নরবা অসিদা হনবদি কত্রিগী ধর্ম্ম নত্তে! ঐদি ধর্ম্মবু ওাকনি, হায়রিবা পোস্থা অসিদা চৌবর শান্নরনি।"

হন্দক্কী পোস্থা অসি থাদুনা শান্নবদা পাণ্ডবনা মাইথিরে। বনবাসকী ফীজোল থিন্দনা হোংত্রে! শজি মউলনা মশাগী লৈতেং ওইত্রে, দ্রৌপদীসু মপুরোইবশিংগী মতুং ইন্নবগী নিংথিজবা ফিজেৎ লৈতেং পুন্নমক হন্দোক্কুনা শজি মউবগী ফীজোল হোংত্রে।

মতৌ অদু উবদা দুঃশাসন্নচিংবা কুরুগী মচিন্মনাওশিংনা থস্মোইদা অপেনবা মুংঙাইবমক্কনা তিনখি মতাং অদুদা দুঃশাসনা মখোয়গী মুংঙাইজবা অদু তুমিন্না ফোংদোক্কনা লৈবা ওন্নক্লদুনা অস্নুন্না সভা অদুদা ইলাও লাওনা ঙাংখি।

"ঙসিদগী মহাত্মা দুর্য্যোধনা ভারতকী পাকচাওরবা সম্রাজ্য অসিগী নিংথৌরেল ওইহৌরে, ধম্ম' লৈত্রবা পাণ্ডুগী মচাশিংনা লৈখা তাবা হৌত্রে, দেবতাশিংনা ঐখোয়গী অচুম্বসি উবদা আশির্ব্বাদ তৌনা পেনবিরে, মরমদি পাণ্ডবতি নাপন তৌরবনি, ঐখোয়না মহেক্লে হায়না জগৎতা মতিক উৎলবা চাওথোক্লবনি।

অদুবু মখোয়বু ধার্মীক দুর্যোধনগী মতম কুইনবী নরকতা তাহনবনি । মেৎসিবু সভাসদ্‌সুমমক, রাজগী শক্তি মউৎ লৈখবা পাণ্ডবশিং অসি ভগিনগী মর্তম ডুইনা শাক উগ্রয়োইদবনি । মখোয় অসিসি ভক্তিগী সংসার অসিদা মরল-মরুপ ময়াই কাচ্চুনা জগৎপু লৌক্লগনবদো । মখোয়গী লৈনবা কিজোল অমদি লালগী চৈরেং পুম্বা লোৎথোক্লগা মীনাইগী কিজং হোংলগনবনি, মসি তাইবং অসিগী মঙ্গলগীদমক ধার্মীক দুর্যোধননা শিনথ্রবা থৌরাংনি ।”

মখোয়গী হাকম অসি কনানসু পেন্নখিদে, অদুবু অকনবগী ম্বুগ হায়বদু কুরুনা ওইখিবনা কনা অমত্তনা ৱা ঙাংবদি ঙম্নখিদে ।

অদুগী মতুং অদুদা পাণ্ডবশিং অমুনা কুরুগী অহল-লমন অমদি মপান্থৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদগী বিদায় লৌরগা মুংশিজরবী মমা ইবেম্মবু লুনা চেকশিন্না মহাত্মা বিদুরগী মফমদা শিন্ন-জনরগা চহি তরাছমদোইগীদমক বনগী খোংচৎকী মখোং থাংবা হৌখি । মহাসতী দ্রৌপদীসু নিংথিজবা লৈমকোন থাদোক্লুনা মপুরোইবশিংগী খোগনগীদমক নায়ক-শিংলক্তা চৎলুগনি হায়না ইল্লখি ।

---

তাং ২।৫।৬১ ইং

লৈপাকপোকপা

বি, টি, আই কাঞ্চিপুর
তাং ২৪ | ৫ | ৬১ ইং।

# 'সাবিত্রী'

## (১)

মমাংঙৈদা ঐখোয়গী ভারতবর্ষ অসিদা মদ্র হায়না কৌবা লৈপাক অমা লৈরম্মী; হায়রিবা মদ্র হায়বা রাজ্য অসি হৌজিকী মদ্রাজ প্রদেশ অসিমকনি। হায়রিবা মদ্র কৌবা দেশ অসিদা অশ্বপতি কৌবা মতিক মঙ্গল চাওরবা নিংথৌ অমা পাম্লম্মী, মগী মহারাণীগী মমিংনা মালবী কৌই। মদ্ররাজদা অরাৎ-অপা করিমত্তা লৈরমদে, সনা লুপা রাৎতে, মহৈ-মরোং চুম্মী। অশ্বপতিদি থোইনা ধর্ম্ম চেনবা অমদি অচুম্বা চৎপা নিংথৌনি। মহাকনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না লৈপাক ঙাকলম্মী, প্রজাবু য়োকলম্মী। রাজ্য অসিদা চাকতাংবা, পুকচৎ ইফাই তৌবা অমদি হুরান চিন্থিগী অকীবা লৈরমদে। প্রজাশিংনা য়াম্না নুংঙাইনা মখোয়গী মপুন্সি লেঞ্জরম্মী। অদুমদি ওইরবদা মচা লৈজদবগী অরাবনা অমুক নুংঙাইনা রাস্ত-পাদনা পানবসিদা নুংঙাইকম থ জরমদে। রাজা-রাণীদো মতম পুম্বদা অরাবগী শোর

চাওনা হোম্দুনডা লৈথিরম্মী। রাজা-রাণীগী অসিগুম্বা অরাবসিদা মথোয়গী অরাবগী শরুক অদু রাজ-ভক্ত প্রজাশিংনা-কাও য়াজরম্মী। মথোয় পুম্নমক্না মথোয় মথোয়গী ময়ুমদা লৈম-লিংথৌগী মচা ফংজনবগীদমক মতম পুম্বদা ঈশ্বরদা প্রার্থনা কচ্চরম্মী।

মমৈথংদা মুনি ঋষিশিংনা তান্নদুনা অশ্বপতি নিংথৌদা মহাক্কী কুলদেবতা সাবিত্রী দেবীবু আরাধনা তৌজননবা য়াথং পিরে; নিংথৌস্নু রাকম অসিদা য়াজরে। মতম খরগী মতুংদা সাবিত্রী যজ্ঞ হৌগৎখ্রে। হৌথিবা সুমিৎতগী চহি তরানিপাল চুপ্না অহিং সুংথিল চুপ্না অসিগুম্বা মহাযজ্ঞ অসি তৌখিবনি।

নিংজবগী মহৈদি শোয়দনা ফংডি। মতুংদা অকবা কোরৌ হল্লকলে, রাজা-রাণীগী অসিগুম্বা মহাসাধনা অসিগী মহৈ য়াল্লে। অতৎপা লৈতনা চহি তরানিপাল চুপ্না যজ্ঞসি চখ্থরবগী তুংদা, যজ্ঞকুণ্ডদগী তশেংনা ব্রহ্মা মশামক কাওগৎপিবক্তুনা হায়বিরক্লে,—"রাজন! নংগী অসিগুম্বা মহাযজ্ঞ অসিদা সাবিত্রী দেবীনা পেনবিরে, মহাক্না ইথিন-থিন্দনা লৈম-নিংথৌ নখোয় অনিগী নচানুপী অথোইবী অমা পীবিরগনি। হায়রিবা নচানুপী অসিগী হাক্তংগী শাগৈগী মান, সন্মান পুম্নমক চাওখৎতুনা শাগে অসিগী মতিক-মগুণ হেনগৎলনি। নচানুপী অসিগী মতিক্না নহাক্কী নচা নুপা চামস্নু কংজরগনি।"

যজ্ঞ সাঙ্গ ওইরে, অওইবমক মহারাণীগী গর্ভধারণ তৌরক্লে,

মতম চানা থাশিং কুমশিং শুদুনা নিংথৌগী নিংথিজরবী মমোম অমা পোকলে। চহি তরানিপাল অকনবা সাধনা তৌজবগী মহৈনা, মচা পোকখুব্বা রাজা-রাণীনা মচাগী নিংথিজবী মাইথোং উজবদা কয়াগী মতিক লুংঙাইজরবা, মদু করমনা ফোংদোকপা ঙমগদগে।

নোংম-নোংমগী রাজকন্যাসি চাওবা হোরকলে। মহাকী চয়ুমবগী মতাংদা রাজ্য পুম্বা লুংঙাইবগী ইনোৎ অমুক কাবে। অফবা ক্ষণফমদা অফবা নুমিৎতা, রাজা-রাণীনা মমোমগী মমিং থোল্লে। সাবিত্রী দেবীবু আরাধনা তৌজবগী ফলনা ফংজবী মমোমনি হায়দুনা মমোমগী মমিং থোল্লে— সাবিত্রী।

রাজকন্যা সাবিত্রী, তশেংবী লক্ষ্মীগী প্রতিমানি! মীনা মাগী অসিগুম্বী ইচম-চমদবী মশকফমবু উরুরগা মপুক্লিংদা খল্লে, মদুদি, "সাবিত্রী দেবীবু আরাধনা তৌজবগী মহৈনা কনাগুম্বী দেব-কন্যা অমনবু মখোয়গী মমোম ওইনা পোল্লরব্রা।"

চহি মঙা হেক শুরকপদগী অশ্বপতি নিংথৌনা মমোম অসিবু নিংথিনা শিক্ষা ফংবা থোরাং তৌরম্মী। সাবিত্রীনা অমুক্তং তাপ্রবা অদু— থুদক্তা হেক্তা মফাই, রাফম অদু অনিরক হন্নবা খক নৈতে।

মতৌ অমুক্তা মথং মথং অঙাং ওইবগী মতম অদো হোরকলে। পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্বা তেনপ্রবা মতম অসিদা মহাকপু বিদ্যা পুম্নমকতা চংখোনবী অমা ওইহল্লে। সাহিত্য, কাব্য, ব্যাকরণ,

অলঙ্কার অমদি অতৈ অতৈ মথল মথা অয়াম্বা শাস্ত্রশিং, সাবিত্রীনা তমদবা করিমতা লৈরে।

রাজকুমারীনা অদুকী মতিক মহৈ-মশিং হৈরকপগী মতুংইন্না মহাক্কী স্বভাবতা থৌজাল, চমজবা, মীনুংশি, নোল্লুকপা, ভক্তি অমদি পুন্নমকনা চান্নবা মতৌশিং হেনগৎলকলে। সেবাদা মপুক্নিং অসুক্কী মতিক চংবনা মরম ওইদুনা পুন্নমক্কী থম্মোংবু পুমনমক শুপ্নাৎথরে; করি অমুক হায়রসিগে, কোনুং মসুংগী শা-উচেক ক্বাওবনা রাজকুমারী অসিগী মকমদা তশেংনা খোইদাখি। রাজ কুমারীবু হেক উবদা মখোয়না অরাপ্পদগী নুংঙাইনা থৌশাদুনা চেনশিনজরকই, উচেকশিংনা নুংঙাইবা মতৌগী খোন্থোক্কা লোইননা পাইশিল্লকই।

---

(২)

সাবিত্রীগী লুহোং-খোংদোংবগী মতম চারকলে। মতিক চাবা পাত্র থিরুনবা নিংথৌনা দেশ-বিদেশতা রাজদূতশিং থাবা হৌরকলে। মখোয়গী মচিন্দগী সাবিত্রীগী রূপ-গুণগী র্বা; মাইকৈ মরিমক্তা শন্দোকশ্রে। রাজদূতশিংনা অমুম্না শন্দোকউবা মরমনা অরাপ-অরাপ্পা লৈপাক্কী নিংথৌ অমদি নিংথৌ মচাশিংনা

অমমম ওইনা রাজ-কন্যাবু য়েংগে হায়দুনা মন্ত্র দেশতা লাক্লবা হৌরকলে। অদুবু কনা অমত্তা সাবিত্রীগী মতিক চাবা বয়নি হায়না খনদ্রে। মমম অদুনা মখোয় পুম্নমক অদে। মখাই সুং-ঙাইতন। মাগী মাগী মকমদা হন্নবদা তাখি।

মতৌ অসুম্না নোংমগী মথংদা নোংমা, থা অমগী মতুংদা থা অমা, চহি অমগী মতুংদা চহি অমা অসুম্না তৌদুনা চহি কয়ামরুম তৌখ্রে; সাবিত্রীগী বর অমুক লাকখিদ্রে। মথং-মথং রাজ-কন্যাগী চহিসু য়ামশিনখরে।

নিংথৌনা ফংগত্রা ফংগত্রা হায়বা আশাদগী হন্না হন্না দূত-শিং থাবা হৌরকলে। হৌজিকতি নিংথৌ অমদি নিংথৌগী মচাশিংদবু নত্তে; মহাক অদুনা সাবিত্রীগী মতিক চাবা বর ওইরবা—মীচম অমা ওইগে ওইজসনু অদুগুম্বা মহাক অদুদা সাবিত্রীবু হেক্তা লুহোংগনি হায়না ঘোষণা তৌরে। অদুবু ও'স্থা কপনি, অদুম ওইনমক রাজ-কন্যাগী মতিক চাবা বর ফংবা মরৈখিদ্রে। মীনা ঙাংনবদগী,— দেশ-দেশ শিন্থুংনা "মদ্ররাজ কুমারী'দ মী নত্তে, দেবীনি," হায়না প্রচার তৌখ্রে। কনাগুম্বী দেব কন্যা অমনা সাবিত্রী ওইনা নিংথৌ অসিগী মচা ওইনা পোক্লবনি। অসুম্না ঙাংনবা অসিদা কীনদুনা হন্না হন্না দূতশিং থারুবসু সাবিত্রীগী কনাগুম্বা বর অমত্তা লাকখিদ্রে! হৌজিক অসিদা অসিগুম্বা মতৌ অমদা লাক্লে মহুদি, সাবিত্রীগী মমিং হেক তাবদা অরাপ-অরাপ্প দেশকী নিপা ওইবশিং অদুনা সাবিত্রী খুরুম্নখ্রে।

মরুম অসিনা, ফনা ফমা হোৎনদুনসু দুতশিংনা, কনাগুম্বা অমত্তা সাবিত্রীগীদমক মসেলশত্না পুরকপা মঙগদ্রে। মরুমদি মখোয়গী পুন্নমকী মপুক্তা "সাবিত্রী, মী নত্তে দেবী'ন" হায়রবা অ'সা খনবা চপ মান্নখ্রে। মরুম অসিনা নিংথৌ নিংথৌমচা নত্তবা সাধারণ ওইবা মীওইশিংনদি মহাকপু মতাল্লোই ওইনা ফংজবগী আশাদি সুকতৌবু তৌজখিদত্রে।

সাবিত্রী, মশক্কী মতৌদা মপা লৈতবীনি, অদুবু অসিদা মামুক নিংথিবীদি অনি শুদে, মগুণসু চাংদমনিংঙাই লৈতবা'নি। অসুক নিংথিজবী অসিগী মতিক চাবা পাত্র হৌজিক ফাওবা ফংবা মরৈথিদ্রে। মসি কয়াদা অরাবগী মশকনো?

সাবিত্রীগী রাজকুমার অসি খল্লুরগা নিংথৌগী রাজলবু মশাই মচোই খন্দুনা লুম্বা চাবা চংখিদরে। রাণীসু অরাবদা অরাবা অপচিন্দুনা তপথজনা লৈখিদরে। মমোমগী লুচোংনগী অরাবগী রাজ্য অসিদা পুম্নপ লুপখ্রে।

তাম্না অসি-কোম্বৌ হনবগী মওান্না মাকেম ওসি শহুংনা শন্দোক্লক্কনি; নোংঙাল্লকপদা মগাইরি।

কোমুং মরুংগী, অন্তঃপুর মসুংগী লৈকোন্দ' নিংথি নিংথিজবা লৈ মথল কয়ানা মোমোন নোক্না হুরাগুনা শাংকাইরকলি, মালেংবসু তপ্না তপ্না হল্লি, তাম্বাহুদা লৈরাংশিং অমুন। থেক্না নোনা জগোই শান্নি! সাবিত্রীসু ওসিসি নিতিগী মতৌগুম লৈরাংগী য়েন্দাই

পাইদুনা লৈকোলোগদা চংশিন্দুনা দেবপূজারী লৈবাক্লিশিং হেক হোংনজরি।

অদুগা লৈরাং হেকপালি; লোইনিং-লোইমাং তোবা অদুগা সিন্দা; কনাগুম্বী মনাই মুপী অমা লাক্কুনা পাও অসি পীরগে;—
"মহারাজনা সভা ময়াইদা মজা ইবেম্মকু ঊনবিনা ওাইজনা লৈহোরি; মফম অদুদা কনাগুম্বা সিদ্ধঋষি অমা লাক্কুনা ইবেম্মবু ওাইহৌরি।"

মপাবুংগী য়াথং মতুং ইন্না খুদক অদুমক্তদা লৈকোল থাদোক্কুনা অন্তঃপুরদা চংশিনখরে, লৈগী য়েন্দাই অদু পূজা ঘরদা থম্নগা, শেংলি-চারিবদু অনৌবা অমা হোংদোক্লগা রাজ সভা তম্না লাক্লে।

সভাদুদা অদুক য়াম্না মী তিল্লমদে; গুরুগী নিংথৌ অদুগা মহাক্কী অচানবা মন্ত্রী খর, সিংহাসনগী অকোইবদা মনাই-মশল খরদং ইকোই কোইনা মখুৎ লোম্নদুনা লৈরম্মী। সাবিত্রীনা মফম অদু য়ৌরকপদা নিংথৌনা তরাম তরাম্না "লাও চংলকউ ইবেম্মা। মফম অসিদা চংলকপদা নংগী ফীভম অমদি হক্লোইকম করিমত্তা লৈতে। ঐখোয়গী থোইদোক্না য়াইফনবগী খনবিরিবা মহামুনি মাণ্ডব্যগী পদধূলিনা ওসি ইপাগী কোল্লুং শেংহনবিররে। নহাক্না ঋষিগী চরণ শোক্না খুরুমজদুনা পতিবর প্রার্থনা তৌজরো।"
মপাবুংগী য়াথংদা সাবিত্রীনা ভক্তিগা লোইননা মুনিগী চরণদা খম্মোই শোক্না খুরুমজরগা, বর অদুদক প্রার্থনা তৌজরে।

সাবিত্রীনা বর নিজরবদা, মুনিনা হায়রকই, "ইমা, ঐনা থরাই ৱাওনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নংনা নপুক্লিংনা পামজবা নপুরোইবা কংজদুনা মতম কুইনা নপুরোইবগী চাকহেনবী ওইজদুনা নপাগী চাম্না ফংজবী ওইজো। নংগী হাকুক্তগী মঙ্গ বংশগী কুল-মর্য্যাদা হেনগৎপা ওইরসনু।"

মতুংদা মুনিনা নিংথৌরোমদা য়েংলগা হায়বা হৌরকই, "মহারাজ নহাক্না নচা ইবেম্মা অসিগীদমক ৱা'রবরা? মহাক্তি ধর্ম্মগী মতিক শন্দোক্লবা—মপাবুংগী মিংচৎ অমদি শাগৈগী মর্য্যাদা হেনগৎনবা নিংথৌ নংগী কোন্নুংদা পোক্লরিবীনি। ইমাদি ঐথোয়গী দেবী রূপিণীনি, মহাক্তি থোইনা লাইবকফবী অমদি মতম কুইনা মপুরোইবগী তুংইনবী ওইজগদবীগী খুদম্না লৈতেংঙি।"

অসিগুম্বা আশীর্ব্বাদ তৌবিরবগী মতুংদা নিংথৌনা মুনিগী চরণ কোনজদুনা হায়বা হৌরকই, "সাবিত্রীগী বরবু ফংজগন্রনে ঠাকুর। অন্নুক যাম্না কন্না হোৎনজদুনসু ঐথোয়না মহাক্কী মতিক চাবা বর হৌজিক ফাওবা ফংজরি। নহাক্না থৌজানবিদুনা ননাইগী অসিগুম্বা অৱাবসিদগী কনবিয়ু— করি উপায় তৌরগা শাইকৈ খুদিংমক্তা কজদবা হায়বদু তাকপিয়ু।"

থোইনা নুংশি চাওবগা লোইননা মুনিবর মাওথ্যনা হায়বা হৌরকই, "মহারাজ অতুম্বা ৱাবীববু করিগীনো। ইমাগী মতিক চাবা বরবু কদাইদগী ইচম চম্বা মীশকনা ওইকম থোকপগে।

অচম্বা রাজদূতশিং থাবনা মতিক চাবা পাত্রবু করমনা ফংগদবা ? দূতশিংনা ফংবা ওস্মোই, মহারাজনস্থু নতিক নত্তে, তাইবংগী কনাগুম্বা অমত্তনা ইমাগী মতিক চাবা বর থিবা ওমকম থোকতে। তৌজিক নথোয় পুম্বনা থিবা ফংজ্রে হায়দুনা নিংবা কাইবা তৌগনু, তার অসে ইমাগী মকমদা শিমস্থিবা করিগীনো? ইমাগী মতিক চাবা বরদি মহাক মশানা ইরাই লাইনা থিজবা ওমগনি।"

মুনিগী অসিগুম্বা অফবা যুক্তিনা মপুং ওইরবা রাকম অসি তাবদা নিংথৌগী পুক্নিংদা অনৌবা আশা অমা লাক্লে। খল্লকই নিংথৌনা "অচুম্বনি অচুম্বা"। ঐথোয়না করি মত্তা পাংথোকপা ওমজ্রে, অদুবু সাবিত্রীগী মফমদা তার অসি পিজ্রি, ইমানা মশা-মকনা মতিক চাবা বর শোয়দনা থিদুনা পুজরকনি।

মতুংদা নিংথৌনা মসিগুম্বা খল্লকলে মহুদি, "সাবিত্রীদি অচম্বী ইচা নত্তে। চহি কয়া যজ্ঞ তৌজবগী মহৈনা দেবতাগী বরনা মহাক অসি পোকপনি। মহাক্কী লুহোংখোংদোংনবগী অমুক লুবা থবক অসি, ইচম চম্বা মীশকনা করম্না পাংথোকপা থমকম থোক্লে।"

মাণ্ডব্য ঋষিগী অসিগুম্বা সৎপরামর্শ অসিদা মরু মরু ওইবা অমাত্য অমদি সভাসদ্‌শিংনস্থু হরাওনরে।

মথোয় পুম্নমক্না চপ মান্না হায়রকই— "মহারাজ, মুনিদেবনা মতিক চাবা পাওতাক পীনবিরে। ঐথোয়না কয়া খল্লবদস্থু খন-

কম থোকলুক্তববু মুনিদেবনা ইরাই লাইনা সৎ-যুক্তি অসি পীনরে। মরম অসিনা থোইনা খগ্গুরুবগী কাম্নদরে। সাবিত্রী মশামকনা মশানা পামজবা মপুরোইববু থিজরুরসনু। হিরম অসিদা ঐখোয়না পুক্নিং শেংনা হায়জরি মতুদি মজা ইবেম্মনা মতৌ অসুম তৌহুনা ঐখোয়গী নিংজিবসি থুংহনসনু, উপায় অসি নত্তনদি অতৈ উপায় উদরে।

“সাবিত্রী দেবতাশিংদফাও তাংলবী, মশক মগুণনা লৈতেংবীনি। সাধারন মীওইবগী মনুংদা মহাক্কী মতিক চাবা পাত্র কংবদি ওইথোক্তে। ইচম-চম্বা রাজদূতশিংশিংগী করি মতিক লৈহুনা সাবিত্রীগী মতিক চাবা ববু থিজবা ঙমফম থোকপা? সাবিত্রা মথন্দনা মসি ঙমগনি। মরম অসিনা মশামক্তা মাগী মতিক চাবা পাত্র থিরুনবা অনুমতি পীবিযু।”

অমাত্য অমদি সভাসদশিংগী যুক্তি অসি তাবগা নিংথৌনা হায়রকই, “নখোয় পুম্বনা হারবিরিবা অদো অচুম্বনি। মুনিববনা আদেশ তৌরিবা অসিমক ইকোক থোংনা য়াজরগনি। ঐখোযনা কন কম্না হোৎনরবদস্তু পাংথোকপা ঙম্লবোই, ঐনা ঐগী লুনাচান্না থমজরবী সাবিত্রীগী মফমদা মহাক্কী মতিক চাবা পাত্র থিজরুনবা ভার শিন্নববনি।”

নিংথৌগী রাফম অসিদা পুন্নমকনা হন্নাওজবা চপ মান্নখি। মুনিবর মাণ্ডব্যস্তু নিংথৌদা আশার্ব্বাদ তৌবিরম্লগা বিদায় লৈত্রে।

---

# (৩)

অফবা নুমিৎ য়েংলগা নিংথৌনা সাবিত্ৰীদা হায়খি, "ইমা, ঐখোয়না ফন কন্না হোৎনদুনসু নংগী মতিক চাবা বর থিরুবা মঙমন্ত্রে, মরম অসিনা মহামুনি মাণ্ডব্যগী পরামর্শ মতুং ইন্না নফমদা ঊপান। য়াথং পিরি, নংনা চৎতুনা নশাগী মতিক চাবা নপুরোইববু পুবকউ। অতৈ অতৈগী হিরমদা নহাক করিমত্তা রাগনু :— ঐগী রাজ্য, ঐশ্বর্য্য, লৈরিবা পুন্নমকসি নহাক্কীনি। মরম অসিনা তোল্লবা ওইসনু, লাইরবা ওইসনু, য়ুন্নাল্লবা ওইসনু,— নংনা হেক নপুক্লিংনা খোইদাবা অদু লৈরবা— মাগী মখুত্তা ঐনা ইমা নহাকপু শিন্নগনি।"

মহাক্কী লুহোংবগী মরমদা মপা ইবুংঙো অমদি মমা মহারাণী অনিনা অসুক্কী মতিক রাজরিবা অদু উবদা মতৌ করম্না অরাবদু কোকহনবা ঙমগদগে হায়বা রাখল অসি সাবিত্ৰীসু অহিং-নুংথিল অনিমক্তা খঙ্খি। মরম অসিদগী নিংথৌগী অসিগুম্বা প্রস্তাব অসিদা সাবিত্ৰীনা হরাওজবগা লোইননা য়াজখি। মপাবুংগী য়াথং মতুং ইন্না মহাকনা অমুক পন্থবা তৌদনা মপুরোইববু খিজনবা চৎলগে হায়বসি চপ য়ুংবা রাখল ওইজখ্রে।

বিদায়গী মতাংনি। মহাক্না ইহান হানবমক্তদা মমাগী ইবেম্মগী মক্কমদা মমাগী অনুমতি অমদি আশীর্ব্বাদ লোজনবা লাকচরম্মী। মখাইদগী হেনজবী মযোমদা বিদায় পীদুনা মফম মরাক

খংদবা মফম খুদিংদা থাখিবদা মমা ওইবীগী থম্মোইদি চান্নবা কাইনিংঙাইনি। অদুবু করমদি তৌনি? মহাক্কীদি তশেংনা উপায় লৈজদে। মতম অসিনা রাণী মালবী, রাম্মা রানা নুং-ঙাইজদবা পুন্নমক থম্মোইদা কাজিন্দুনা মমোম সাবিত্রীবু বিদায় তৌগ্রে।

মতৌ অসুম মথং মথং অতৈ অতৈ পুরবাসিশিংগী মফমদগী বিদায় লৌদুনা পুন্নমকপু মতিক চাবা সম্ভাষণ তৌরম্লগা লাক্লে।

সাবিত্রীগীদমক নিংথিজবা দোলাই অমা ংশেম শাদুনা লৈরি। নিংথৌগী য়াথংদগী লোইনদুনা চৎকদবা থোইনা পুক্তপ লীন-তন্না মপুকশেংবা অমাত্য কয়ানা, শিজিন্নগদবা পোৎ-চশিং অদো। ওন্না থোরাং তৌদুনা মপান্দা ঙাইরি।

সাবিত্রীনা মপুরোইবা থিবা চৎকদোবা খোংচৎকী রাকম অসি দেশ অসিগী প্রজাশিংনা শেৎ-কাইনা তাজখি। মথোয় পুন্নমকনা সাবিত্রীবু বিদায় পিগদবা মতাং অসিদা নিংথৌগী কোম্মুংদা তিল্লরে, পুন্নমক্কী মমিৎতা পিরাং শিম্বরদুনা থম্মোই কাইনা লৈজরি। অদুবু ওন্থোকপনি বিদায়গী মতাং অদো রানা রানা লোইগ্রে।

অদুগী মতুংদা মপা ইবুংঙো মমা ইবেম্মগী খুয়াখাদা পিনা ইরা চেন্না নোল্লক্লা খুরুমজরগা সাবিত্রী দোলাইদা কাগ্রে। যাত্রাগী মতমদা, খাই পুন্নমকনা অমত্তা ওইবা পুকচেল্লা দেবতাশিংগী মফমদা প্রার্থনা তৌজখি মদুদি, সাবিত্রীনা নিংজবা মহৈ-রাম্ভুনা

থিন্দনা মোমোন নোরা দেশতা হল্লকপা ওমসন্নু।

মতো অস্নুম্না শেংলবা রাথলদা মীপুম খুদিংদগী শুভ-কামনা অমদি আশীর্বাদ পুম্নমক পুজদুনা রাজ-কন্যানা মতাম্নোই কয়া-মুককা লোইননা দোলাই থক্তা কাখৎখ্রে ; মতাং অদুদা ব্রাহ্মণশিংনা বেদপাঠ তৌদুনা, সমগাম্না আশীর্ব্বাদ তৌবা হৌরকলে। সাধোবনা দোলাই অদো থোখ্রে।

দোলাই, নুংশিংবী মাং থাখি। কনা য়াম্না লাপথবস্নু, সাবিত্রীগী থোইনা মিংথিজরবী মাইথোং, থম্বাল মমা মাল্লবী মিত্তানা নৈলেত্তেবীদো মমা মপা অমদি প্রজাশিংনা য়েংদুনা লৈন-হোই। দোলাইগী মতোন অদুনা হেক উম্নিবা মথৈ মথোয়না য়েংদুনা লৈনখি ; লেপ্পম্নিবা মফম অদুদগী কনা অমত্তম্বু খোংকম্ন অমফাওবা লেংনখিদে। মতুংদা দোলাইগী মশক উখিজ্রবদা পুম্নমক অদুনা মথাই য়ানা য়ানা মখোয় মখোয়গী ময়ুম ময়ুমদা হল্লিজিনখি, রাজা-রাণীস্নু কোন্নুংদা য়ানা চংখি।

সাবিত্রীনা মথং মথং দেশ অমদগী অমদা রাজ্য অমদগী রাজ্য অমদা, দেশ কয়া মতৌ অস্নুম্না লাকলে। ওস্নাকপনি, মফম কদাইদস্নু মতিক চাবা মপুরোইবদি ফংজবা মওমদ্রে।

মতুং অদুদা মহাকনা অমমম ওইনা তীর্থ কয়াদা অমুক কোইবা হৌরকলে ; হায়ম্নিবা মফম কয়া অসিদস্নু মহাকী মপুক্লিংনা খোইদাবা কনা অমত্তা থেংনদরে। মহাকনা দেশ অমদি তীর্থশিং চৎলুবা মফমদা মহাকপু উবদা পুম্নমক অদুনা ভক্তিগা লোইননা

খুরুমজুনা চৎনখিবা ঙাক্তা মউরে। থৌদৌ অদু উবদা অমাত্যশিং অমুনা নিংবা কাইখ্রে।

হৌজিক নিংবা কাইখ্রিবদি সাবিত্রীদা মঙাইরে। মতুংদি মহাক্না য়াম্না থাজ্বাগা লোইননা দেশশিং তীর্থশিং অদো য়েংজনিংবা অমদঃ নি। মতৌ অসুম দেশ-দেশান্তরশিং কোইদুনা তীর্থ কয়া দর্শন তৌজরে, মহাক্না মফম অমদা মতম কুইনদি লৈখিদে, মতুংদা মহাক্না মুনিশিংগী তপোবন দর্শন তৌজনিংবগী ৱাখল অমা পোকলকলে, মদু ফোংদোক্লে। সারথিনা মগী অনিংবগী মতুং ইন্না তপোবনলোমদা দোলাই থোরকলে।

মথং মথং মুনিশিংগী তপোবন্দা মহাক্না থুংলরে। মুনি, মুনিপত্নী, মুনিকন্যা অমদি মুনিগী অঙাংশিংনা চেংস্থারকদুনা সাবিত্রীগী লোলাই অদো ইকোই কোইররে। পরিচয় থংলবদা মুনিশিংনা য়াম্না লুনা তৌজবগা লোইননা মহাকপু অমদি মাগা লোইনরকপা লোইনরকপিশিংবু আশ্রমদা পুশিংখি।

তপোবন্দা থুংলরবদা সাবিত্রীগী থম্মোইদো থোইনা ইংজখি। অসুক নিংথিজবা, অসুক লুবা অমদি পাবিত্র, অসুক শান্তি—মহাকনা অসিগুম্বসি মফম কদাইদসু ফংজরক্তবনি, উজরক্তবনি। তপোবনবাসীশিংগী ইচুম চম্বা মতৌ; লোথুপ লৈত্রাং ব্যবহার, লুংশিবিবা অমদি চানবিবা, মদুদা মহাকনা পুমঙক ভুকচখি। সাবিত্রীনা মঙল মঙল থল্লকই—"থংঙমদ্রেদকো কয়াগী মতিক

পুণ্য, কয়াগী মতিক সাধনাগী মহৈনা অসিগুম্বা মকম অসিদা মখোয়গা পুন্সী লেনজবা ফংগদবা!”

মুনি মুনিগী মচাংশিং অমদি মুনি পত্নীশিংনা য়াম্না যত্ন তৌনা অসিগুম্বা রাজ অতিথিশিংবু সেবা অমদি পিজ-পিথকপা হৌরকই! মুনিকন্যাশিংনা সাবিত্রীবু ফংজবদা মপুক্কিংদা খগুখি—মতুংদি ঐখোয়না মমল নাইদ্রবা রত্নবু থুগ্গবা ফংলে; মখোয়না শিংকুপ অমত্তমু মখোয়গী মিংমাংদগী সাবিত্রীবু লাপথোকহনখিদবে। মখোয়গী সেবা, যত্ন অমদি চানবিবদা সাবিত্রীনা থোইনা অপেনবা পোকচখি। মখোয়বু থাদোক্তুনা সাবিত্রীনা খোংফম অমা থাংদোকচবা পামজখিদবে।

তপোবনগী মপান নাইদ্রবা শান্তি, মপান নাইদ্রবা নুংশিবিবা মতৌদা সাবিত্রীসি পুমশুম শুক্নাংগ্রে হায়বমক য়ারে; চাম্না শুক্নাংগ্রে॥

আশ্রমবাসীশিংগা লোইনজবা ফংবদা মহাক্কী নুংঙাইবগী মপান নাইখিদ্রে। মখোয়শিং অদো মহাক্কী যুগ-যুগান্তরদা লোইনজনিংবা, মশাগী ওইবা মীশক অমদি মরুপ ওইনা খনজরে।

তপোবন বাসীশিংনা সাবিত্রীবু থাদোকচনিংখিদ্রে সাবিত্রীনসু মখোয়বু থাদোকচবগী ব্রতল লখিদরে। করি অমুক হায়গনি,—আশ্রমগী শা-উচেকশিং ফাওবনা সাবিত্রীবু নুংশিবগী থৌরিনা পুনগ্রে সাবিত্রীনা তপোবনগী উরি উপাল মচা মচাশিংগী মফম-দফাও মহাক্কী নুংশিবগী মতৌ অদু পাখোকনা লৈগ্রে।

নিংথৌগী কোনুংদা কয়াগী মতিক লুনা-চান্না কেনা-নৌনা লৈরক্লবী সাবিত্রীনা ওসি তপোবন্দা লাক্লগা ফংজরিবা আনন্দ অসিগা চাংদম্নবদা তপোবনগী আনন্দ অসিনা পুমহেন হেনগ্রে।

---

(৪)

শল্য-দেশকী নিংথৌনি দ্যুমৎসেন। মহাক্কা মতিক-মঙাল লৈবগুম্না, ধর্ম্মসু লৈরম্মী। মহাক্কী রাজ্যদা প্রজাশিংনা ওহ্নোক্না শুংঙাইনা পাল্লি।

লৈম-নিংথৌগী স্নুক্কগী মপারী অমত্তা মপোকচৈ মহাক্কী মমিংনা সত্যবান! সত্যবানগী মপাবুং অমদি মমা ইবেম্মদি মতম পুম্নদা সত্য ঙাকনা চৎলি হায়দুনা মখোয়গী অমত্তা পোকচবা মপারী অসিবু সত্যবান হায়না থোনবনি। সত্যবানদি অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা শগোল য়াম্না পাম্মী। লৈপাক্না শগোল শাবা, শগোল মাননা য়েকপনচিংবা তৌই হায়দুনা মাবু "চিত্রাশ্ব" হায়নসু কৌরম্মী।

সত্যবানদি নিংথৌগী অমত্তা ওইজরবা মচ'নি। মহাকসি, মপাবুং অমদি মমা ইবেম্মা অনিম্নকতা লৈবা মশুপশিং অদো মাগী মফমদা পুল্লপ্না লৈরম্মী। সত্যবান্না ধর্ম্ম চেঙ্গবা অহুক্কী মতিক চমন্নু চমজরম্মী অমদি অহুক্কী মতিক সত্যবু পামজরম্মী। মমা মপাদা

মহাক্কী অখোইবা ভক্তি শ্রদ্ধা লৈজরম্মী। মহাকপু উবদা অসুম্না নিংনৈ, মতুদি মাগুম্বা ইচা অমবু ফংলবদি মম্নাম পোকলুবনা করিবু কাম্নগদগে।

চাওখ্রবা রাজ্যনি— য়ামখ্রবা সম্পত্তিনি— রাজভক্ত প্রজা অমদি আসগুম্বা পুত্র রত্ন ফংজতুনা, রাজা-রাণীনা মরাইবক ফবনি হায়না খল্লে। মখোয়গী করিগুম্বা অরাবগী মরম অমতা লৈরমদে। ভগবান্না মখোয়গী অপাম্বশিংবু মপুং ফাহল্লি।

অদুম ওইনমক দ্যুমৎসেনগী য়েক্কবা লৈরম্মী। মহাক্কী রাজ্যগী মনাক্তা মাগী য়াইফরকপা উরগা কল্লক কঙ্গাওবা নিংথৌ কয়া-মরুম পাল্লম্মী, দ্যুমৎসেনগী লাইবক ফবকপসিবু মখোয়না থোইদোক্না হিংসা তৌরম্মী। নিংথৌগী মন্ত্রিশিংগী মরক্তসু মীশক অনি মরিদি শগুবা মীশক ওইরম্মী, লোন্না-লোন্না নিংথৌশিং আসগী মনাক্তা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা, শাল্য-রাজ্যগী অরোল-অথুপ অপুম্বা তাকখোকউই। অদুবু তৌরিবশিং অদো দ্যুমৎসেনদি করিসু খংজবা নত্তে, মাদি কনাবুসু চিংনবা লৈরমদে।

সত্যবানদি মতম অদুদা পিকলি। মতম অসিদা নিংথৌদি অকনবা লাইনা অমনা কল্লা নারে মহাক্কী মমল নাইজবা রত্ন, মমিৎ অনিমক পুমতাং তাংগ্রে, মমিৎ উখিদ্রে। মরম অসিদগী মহাক্কী রাজ্য-শাসনগী মরমদা নিংথিজনা চৎথনবগী শক্তি লৈজদরে। মতম অমদি তাঙ্গা চারে খন্দুনা মমাংঔদা হায়খ্রিবা য়েক্কবা

নিংথৌশিং অসিনা শাল্য-রাজ্যগী মপুকচেল পিরুবা মন্ত্রিশিং অসিগী মতেংদগী, মহাক্কী রাজ্যবু জয় তৌখ্রে।

মমিং উত্রবা নিংথৌনা মসিদা করি তৌবা ঙমগনি। মহাক্কা রাণী অমদি মচা অঙাং ওইরিবা সত্যবানগী মথুং পাইদুনা তপো-বনদা চৎতুনা মুনিশিংগী আশ্রমদা চংজফম ওইদুনা লৈরে অমসুং সংসারগী রাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা শ্রীভগবানবু আরাধনা তৌজদুনা অরোইবা মাগী মপুন্সিদো লেনজরগে হায়বসিদা লেপচখ্রে।

মতৌ অসুমনা শাল্যরাজদ্যুমৎসেন, মহাক্কী রাণী অমদি সত্যবান— অদুম অসি বনবাসী ওইদুনা মতম শাংনা লৈনকপনা মমৈথংদদি, তপস্বী ওইরে।

নিংথৌ দ্যুমৎসেনবু মথ্বাইমকতগী হেন্না লুনা তৌজবস্বা ভক্তি শ্রদ্ধা লৈজরম্বা অদুগুম্বা মন্ত্রিশিং অমদি সভাসদ্‌শিং অদুসু হন্না য়েংলক্রে। মখোয় কনা অমতা নিংথৌগা বনদা লাকনিন্নদে, মখোয়সু সুবিধাগী মতুং ইন্না রাজ্যদা য়েরুবশিং অদুগা তোৎন-খোৎনদুনা রাজধানীদা অদুমক লৈখ্রে।

মচা-তালোই পুন্দুনা মমিং উত্রবা নিংথৌনা, তপোবন অসিদা লৈরে, মমৈথংদদি থোইনা নিংথিজরবা পুক্রিং হুনবগী মশক ওইরবা পম্পা-সরোবরগী খোংবান্দা উনাগী খাংপোক অমা শাদুনা লৈরে।

মনাক্‌ নকপদা লৈবা মুনিশিংনা থোইনা লুনা চান্না তৌদুনা

মখোয়বু য়েংথোক য়েংশিন তৌজরি। মুনিশিংগা লৈমিন্নবদগী অমদি মখোয়গী নিংথিজবা পাওতাকতগী, য়াজা-য়াণীনা মথং মথং মরৈপাক মাংজবগী অৱাবা পুন্নমকসে কাওজরক্লে ফনা য়াম্না; মমৈমথংদদি মুনিশিংগী মশৌগুম্না আশ্রমগী অচেংপা ব্রতদা অতুম্মক হৈনগ্রে। মতমগী মতুং ইন্না মখোয়গী মপুক্লিংদা অমুক করিগুম্বা অৱা অনংগী রাখল অমতা লৈথিদরে। মখোয়না করিমতা নিংঙাইবা লৈতনা তপস্যা তৌদুনা লৈথরে। মতৌ অস্মুন্ন তপস্বি জীবনদা মখোয়না চহি কুনলোম ফানা লৈরকলে।

শাস্যবাজনা অহানবা বনদা হেক লৈরবা মতম অতুদদি সত্যবানদি পিশক পিকর্ল। অতুবু হৌজিক্তি মহাক মপুং মরৈ ফারবা নিংথিজরবা পাখং অমা ওইরে। বনদা লৈদুনা তপস্বি ব্রত্ত চৎতুনা গেরুয়াগী ফী শেৎলবা সত্যবানগী মশক অদো লাইমা নিংথি, কলা তরা তরুক্লা নিংথিনা মপুং ফনা শন্দাকই। মহাক্কী কোরৌহনবগী মতৌগুম মঙান নাই, বৃহস্পতিগুম মরৌশিং শিংঙি, ইন্দ্রগুম্না মতিক থৌনানা লৈতেংঙি, অমদি পৃথিবীগুম্না ঙাকপিহৈবনি। মহাকপু হেক উবদা কনাগুম্বা অরোনবা ফীজেৎ শেৎলবা দেবতাগুম্না ইঙক ঙকনৈ। মী মহাক অতুনা অমুক্তং মাবু উগ্রবা, মহাক্কী মফমদা অতুম্মক নকশিনগ্রে।

মরম কয়ামরুম অসিদগী, পুন্নমকনা অসিগুম্বা মরৈপাক্কী তাম্থোকপিরল্লবা মখোয়গী মফমদা লুনা চান্না তৌজখি।

সত্যবানবু আশ্রমবাসীশিংনা মখাইদগী হেন্না লুনা চান্না

তৌজে। সত্যবান্নগী লেঙ্গা ওইবা অঙাংশিংনা মতম পুম্বদা মমিগী মতৌগুম্না মাগা কোক্তমিন্নৈ, মহাক য়াওন্দ্রবদি মখোয়না কদাইদস্থু খোংকাপ অমত্তা লামজদে। সত্যবান্না আশ্রমদা হেক লৈতবদা আশ্রম অদো ইহাং হাংবগুম ইপাই পাই।

মমিৎ উন্দ্রবা নিংথৌ দ্যুমৎসেন অমদি অহল ওইরবী রাণী, সত্যবানগী সেবা অমদি লুনা তৌজবনা বনবাসকী শাংলবা মতম অসিদা অৱা-অনা পুম্নমক পুমকাও কাওদুনা কয়াগী মতিক নুংঙাইনা মতম লেনজখি।

সাবিত্রী— তপোবন অমদগী তপোবন অমদা অম্লুম্না তৌদুনা তপোবন কয়ামরুম কোইরুরে। অদুবু মফম কদাইদস্থু মাগী অনিংবদো থুংবা মরৈখিদ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্তি হৌজিক ফাওবস্থু নিংবা কাইদ্রি। তপোবনগী চিক্লবা সৌন্দর্য্য অমদি শান্তি, মুনিশিংগী চমজবা, সুংশিহৈবা— পুম্নমক অসিনা মহাক্কী মপুক্কিংবু অসিগুম্বা রাখল অমদা কয়া চিংশিনখরে, মদুদি— "অসিগুম্বা মফমশিং অসি থাদোক্লগা কদাইদস্থু চৎলরোই।" মতৌ অম্লুম্না তপোবনদা সাবিত্রীনা মতম কয়া মরুম হৌদ্রে। মমৈথংদা মহাক্কা পম্পা খোংবানদা লৈবা শাল্যরাজগী তপোবন্দা লাকলে। মসিমক মহামুনি মাণ্ডব্যগী অশ্রমকনি।

পাও ফংবদা মহামুনি মাণ্ডব্য মশামক লাক্লুনা থোইনা লুনা চান্না, নিংথিজবী সাবিত্রীবু মাগী থাংগোককশংদা পুশিনখরে।

মফম অসিদমু মুনিপত্নী ; মুনিকন্যাশিংনা মহাকপু থোইনা লুনা-চান্না অমদি যত্ন তৌনা ওকচরম্মী। মুনিকন্যাশিংগা লোইননা সাবিত্রীনা আশ্রম কয়া, বন কয়া, চীংজাও কয়া অমদি ঈশিং চাইবী কয়া য়েং-য়েংদুনা কোইবা হৌরকলে।

কয়াগী মতিক চুংশাইনা সাবিত্রীনা মতম লেনবা হৌরক্লে। মতম থর কৈরগা কুশ পার্ব্বন দীন শাকলে।

হায়রিবা পার্ব্বন দীন অসিদা তপোবনগী মনুংদা মহোৌশাদগী পূমাং শাংনরিবনি। মুনিগী অঙাংশিং হ-পুম্বা মুমিৎ অসিদা পুম্লপ হৌদুনা কুশ ককপনি।

ঙ স মুমিৎ চুপ্পসি মুনিগী অঙাংশিং কাংবু কাবুং ওইনা কুশ ককপা চৎলি। আশ্রমদা পূজাগী পোৎলম পুম্নমক লাংনৈ। মুনিকন্যাশিংগা লোইননা সাবিত্রীসু মুনিগী অঙাংশিংনা কুশ ককপা অদু য়েংবা চৎলম্মী।

অসিগুম্বা মহা-পর্ব্ব অসি য়েংননবা দোলাই তোংদনা সাবিত্রীনা মতারোইশিংগা বনগী লম্বীদা মখোংনা চৎলম্মী। থরদং চৎলগা মমাংদা মখোক কারকপা নিংথিরবা পাথং অমা উবমক্তা ইঙক ঙক্কুনা চপ লেপখ্রে, মহাক্কী মমিৎ কুপথিদরে।

ফজে। ফজে! শকফম অসি করিনো। মহাক অসি তশেংবা মুনিকুমারদি নত্তে ছন্ম:বশী দেবতানি—মুনিগী অঙাংশিংগী চুংঙাইবগী শরুক্ত মসু য়াগে হায়না লাকপমক মাল্লি .নাংদোন্দগী সাবিত্রী মমিৎ কুপ্তুনা শাঙোংল্লোমদা চাদোংগুম্বা য়েংদুনা লৈখ্রে।

পাখং অতুগী মিৎয়েং অতুসু মাংঙোঙ্লোমদা তংগ্রে। মহাকসু সাবিত্রীগী মশক অদু উবদা শুঙ্কংঙ্গ্রদুনা মমিং কুপ্তুনা য়েংঙ্গুনা লৈগ্রে। পাখংসি অতৈ কনাসু নত্তে, দ্যুমৎসেন নিংথৌগী মচা ইবুংঙো— সত্যবাননি।

সাবিত্রীগা লোইনরকপী মতারোইশিংনা থিন্দনা খংগ্রে মদুদি— সাবিত্রী সত্যবান অনিমক অমগা অমগা মশক উনবদা শুঙ্কং-নগ্রে।

খংহৌদনা খংনোক নোক্লরকপদা সাবিত্রীগী অঙকপদো কাইগ্রে। মহাক্লা লৈদুনা য়েংথোরকপদা উরে মদুদি, মাগা লোইনরকপী পুন্নমক অদুনা অসিগুম্বা দৃশ্য অসিদা নোকলিবনি। মহাক্লা অমুক লোৎলুবগী থোইনা কান্নকম লৈত্রে, মখোয় পুন্নমক্লা তশেং-না উগ্রে। সাবিত্রীনা মতম অদুদা মপুক্লিংগী রাফমশিং অদো মতারোইশিং অদুদা লোইনা তমথোকচদুনা পাখং অদুগী পবিচযবু হংজরকলে।

মুনিকন্যাশিং অদুনা হেক খংজবা পুম্বা, হায়দুনা বনবাসী রাজপুত্রগী পরিচয় তাকচরে; রারম পুম্বসি তাজবদা সাবিত্রীগী খুংঙাইজবগী মপান নাইখিজ্রে। মহাকী মরমগীদমক রাজ প্রসাদ, মমা-মপা, মাগী ওইবশিং পুম্নমকপু থাদোক্লুনা দেশ-দেশতা কোইরকলিবনি, অমুক কুইরবসিদা মহাকী মফমদা অসিগুম্বা বত্থ অসি বিধাতানা পীনবিরে।

মুনিবর মাঙবানা রাফম অসি থিন্দনা তাগ্রে মদুদি—

সাবিত্রীনা সত্যবানদা আত্ম সমর্পণ তৌগ্রে অদুগা সত্যবান্নসু মগাকপু উবদা পুমগুম শুক্কাংগ্রে। মতম অদুদা মহাক্কা অসুক্কী মতিক মথ্বাই শুংঙাইনা সাবিত্রীগী মফমদা লাকলগা হায়খি; "ইমা. ওসি অসুক কুইরবগী মতুংদা নংগী মতিক চাবা নপুরোইবা উঙ্গবা ফংজরে। সত্যবান, হিরম খুদিংমক্তা নংগী মতিক চাবনি। নহাক্কা অমুক হন্না নরৈপাক্তা হল্লগা নপাবুং অমদি নমা ইবেম্মদা তমজদুনা মখোয়গী মপুক্কিংদা ৱারিবদো নেমথহল্লুবো।"

মাণ্ডব্যগী অনুমতি ফংলবদা, সাবিত্রীনা মুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা অমুক হন্না মপাবুংগী রাজ্যদা হল্লকলে।

---

(৫)

নোংমা মদ্রৱাজ অশ্বপতিনা মাগী ৱাজ সভাদা লেংশিন্দুনা সভাসদশিংগা ৱারী-ৱাতাই শুরিৰৈদা দেবর্ষি নারদ লেংলকলে, মতিক চাবা আসন অমদি অর্ঘ্য কচ্চদুনা ৱারী ৱাতাই শাবা হৌরকলে। মতম অদুনা পৃথিবীগী তীর্থশিং দেশ কয়া, কোই-রুইরবী সাবিত্রীনা মন্ত্রীশিং, মতারোইশিংগা লোইননা মপাবুংগী কোম্নুংদা থুংলরে। মহাক্কা মপাবুংনা নারদজীগা ৱারী শাদুনা লৈরম্বা উবদা অনিমক্কী চরণদা নোল্লুকনা খুরুমজররে। দেবর্ষিনা

হংখি, "মহারাজ। নিংথিজারবী নজা ইবেম্মা অদি মকম ইকদগী হল্লকলিবনো? য়েংবদা নচা ইবেম্মদি মপুং ময়ৈ ফারবী ওইরে। মতম অসিফাওবদা মতিক চাবা পাত্র য়েংদুনা থাজ'ক্রবনা করিগীনো?"

নিংথৌনা পোল্লুকনা খুমজখি, "দেবর্ষি। মরম অতুগীদমক্তা মহাকপু ঐনা মপুরিংনা পামজবা বর খঙ্গরু হায়না থাক্লরিবনি, মহাক হৌজিক্তা মহল্লকলিবসিনি। দেবর্ষিনা হৌজিক মহাক্কী মফমদগী পাও পুম্মা তাবিবনা ফগনি— মহাক্না করম্না নিংথৌগী মচা, নক্রগা নিংথৌবু মপুরোইবা ওইনা খঙ্গরকপা।"

মমৈথংদা অশ্বপতিনা নারদকী মফমদা অয়ুম্না মেঙ্গরগা সাবিত্রীরোমদা ওনশিন্দুনা মুংশিনা হংজখি— "ইপাগী সাবিত্রী! ইমা। নংনা নশাগী রাফমশিং অদো তম্মো তারসি।"

সাবিত্রীনা শমলপা মওংদা মশাগী রাফমশিং অদো তমজবা হৌরকই— "শাল্যদেশতা ধর্ম্ম চেল্লবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী, মহাক্কী মমিংনা দ্যুমৎসেন হায়না কৌই। অহানবদা মহাকসি নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মনি, অতুবু মমৈথংদদি মহাক্কী মরাইবক থিবনা মমিৎ অনিমক পুমক্তাং তাংখ্রে। মতম অসিদা মহাক্কী অমত্তা পোকচবা মচা ইবুংঙো অতুদি পিশক পিকলি। য়েক্লবনা লাম্মারকপদা থোইনা খুদোং চাবা মতমদনি। মরম অসিনা মুমলোম্নবা নৈপাক্কী নিংথৌশিংগা মহাক্কা য়েররে মখোয়না মাগী রাজ্যবু মুন্দুনা লৌরিপ্রে। মহারাজা তৌরিওই গতি লৈজদবনা

পিকলিবা মচা অমদি রাণীগা লোইননা বনদা মুনিশিংগী আশ্রমদা চংজফম ওইদুনা অথোইবা নিয়ম কয়া ঙাক্কুনা তপস্যা তৌদুনা লৈরে। মজা ইবুংঙো অদুগী মমিংনা সত্যবান কৌই। কোক্লুংদা পোকচবা রাজ-কুমার— হৌজিক তপোবনদা চাওরে, নিংথিরে, নচাগী মতিক চাবা বরদি মহাক্তনি, মাগী মফমদা বরিজরকলে ইপা ইবুংঙো।”

রাণীনা নারদনা তফিংনা হায়রকই-- “মহারাজ! রাকম অসিদি থোইনা রানিংঙাই ওইবা রাকমনি। সাবিত্রীগী য়াম্না লাল্লবা থেদোনি। অমরোমদা মহাকতি কন্নিসু শংজদবানি, মরম অসিনা অথোইবা গুণশিংনা লৈতেংলবা সত্যবান্দা বরণ তৌরম্বনি। রাজকুমার অসিগী মপাবুং অমদি মমা মহারাণীদি মতম পুম্বদা সত্যবু ঙাকচবনি, মরম অসিনা মহাক্কী মজা ইবুংঙো অসিবু সত্যবান হায়না মমিং থোনথিবনি।”

নিংথৌনা ঙাইহাক্কুং মুল্লা রাথল তৌজরগা অমুকন্সু মেঞ্জরকই— “দেবর্ষি। মমা মপাদা ভক্তি লৈজবা সত্যবান অসি, মতিক লৈবা, মরৌশিং শিংবা ঙাকপিহৈবা অমদি অথোইবা নীপা ওইবরা?”

নারদনা খুম্মকই— “দ্যুমৎসেনগী অসিগুম্বা বীরপুত্রসি সুমিৎ-কুম্না মঙাল চাওবা, শগোলশেল গুরুগুম মরৌশিং চাওবা, ইন্দ্রগুম মথৌনা লৈবা, পৃথ্বীগুম্না ঙাকপিহৈবনি, রন্তিদেবগুম্না দান কবা, উশীনরগী মচা শিবিগুম্না ব্রাহ্মণবু লুনা তৌজবা অমদি অচুম্বা

ভাংবা, যযাতিগা মান্নবা থৌজাল হৈবা, থাগুম্বা হেক উধদা মিং হাংজবা অমদি অশ্বিনীকুমারগুম্না মশক ফজবনি। মহাক্তি ইন্দ্রি খুতুম চনবনি, লাকওমদবনি, অচুম্বা পাম্বনি, মী তিম্নবা হৈবনি, কল্লকপা লৈতবনি, ইকাইবা খংবনি অমদি মওাল চাওবনি।"

নিংথৌনা গুরুতুনা হায়রকই— "মুনি তথোইবা। মহাকপু নহাকনা গুণ পুন্নমকী পুকৈ ওইনা তাকপিবে, হায়বিযু দেখাস, অদুগুম্বা রাজকুমার অদুগী মশাগী দোবতি কবিমত্তা লৈত্রবরা?"

নারদজীনা খুমখি— মহরাজ! মহাকী দোষ হয়রবনু অমথকুলি, মসিতনা মহাক্কী গুণ পুন্নমক অসিনু পুনখুম খুমজিনগ্রবনি। দোষ অসে ইচম চম্বা দোষ নত্তে, হায়রিবা দোয অসি ফন কন্না হোৎনজুনসু কোকপা ঙম্মরোইদবনি। ঙসিদগী হৌনা চহি অমা হেক ফাবমক্তদা মহাক্কী মপুন্সিদি লোইরবনি। মথাক শুরুশোই শোয়দনা শিরগনি।"

নারদজীগী অসিগুম্বা মপাও অসি তাবদা নিংথৌরেল অশ্বপতি পাখৎখ্রে, রাজখ্রে। মহাক্না সাবিত্রী য়েংলদুনা অসুম্না হায়খি— "ইপাগী ইবেম্মা! হৌজিমক নহাক অমুক হন্না বরণ তৌরু! সত্যবান্দি অসিগুম্না কল্লবা কোকফগ্রবা দোষ অমা লৈরে; মসিমক্না মহাক্কী মগুণ পুন্নমক পুমখুম খুমজিনখরে। মহাকী মপুন্সিদি ওহোক্লা তেনখ্রে। মহাক্কী মপুন্সি চহি অমত্তা মওাইরে।

মৱম অসিমক্না, মাবু থাদোকপা তাই। দেবর্ষিগী মপাওসে, ইপান্দা! নংন্তু মতাঙ্গিবা অসিনি, শোয়ক্রবা ময়াখংনি।"

সাবিত্রী সতীনি। মাগী ত্বিমন্মক ভাবতি; জীবন অমসুং মৃত্যুদগী হেন্না রাংবীনি মহাক্না অচেৎপা হাশকনা অন্নুম্বা মেংঙানা হায়জবা হোরকই, "পাবুং মহারাজ, নহাক্না অন্তুঙবা নয়াথংবু করিগী নচাদা তাকপিরিবনো? ঐনা য়াম্না মুন্না ৱাথল তৌজরগা সত্যবানদা আত্মদান তৌজরম্লবনি, মসি অমুক্তনি। হৌজিক অসিদা ঐগী থরাই হকচাং অসিদা ঐগী করিমত্তা অধিকার লৈজদরে। অমুক্তা খন্থক্লনা য়েংবিসি, পুক্নিংনা পাপ শেন্নী, ৱাহৈনা মন্ত ফোংদোকই অতুগী মতুংদা অমুক থবক্তা ওন্থোক্লনা পাংথোকই। ঐনা য়াম্না মুন্না খঞ্জরগা মফমদা ৱরণ তৌখ্রে, হৌজিক থবক্তা ওন্থোক্লবগী নয়াথং পিনবিয়ু; হৌজিক অসিদা অমা হোংদোক্লবনা করি ধর্ম্ম ফংগদবা? ঐনা মফমদা আত্মা-দান তৌজখ্রে, হৌজিক মহাক মপুন্সী শাংসন্নু নত্রগা তেনসন্নু, ফজসন্নু, থিজসন্নু—মহাকত্তো নচাগীদি অমতা ঙাইজরবা ইপুরোই-বনি। হৌজিক অসিদা অমা অমুক খঞ্জরম্লবদদা ঐগী ধর্ম্ম মাংগনি মুপী ওইবীগী ধর্ম্মদগী ঐহাক লৈথা তাগনি—মৱম অসিনা তাক-রিবদো নচানা ওমজরোই। নখোয়না ঐবু থোইনা হন্নাওখিবগা লোইননা বিবাহ তৌনবগী অনুমতি পীনবিয়ু; মতুনা ঐগী ভাগ্য ওইজগে—সত্যবানদা বর মাল্য কৎচবা ফংজগে।"

মাঙোন্দা ৱা অমুক মথা তানা ঙাংকম্ম লৈতৱে। মুপী মচা অতুগী ধর্ম্মবুদ্ধিগী মতাংদা মাইথিরবা নিংথৌ অমদি দেবাযনা

মহৈ মহৈ গুহাক য়েংনদুনা লৈরে। মগৈদা মোমোন লোক্তুনা দেবর্ষিনা হায়রকই "মহারাজ ঐহাক্না সাবিত্রীবু চুমগী পরীক্ষা তৌদুনা য়েংবতনি, অসিগুম্বী ধর্ম্ম কাইজদবী অমবু ধর্ম্মগী লম্বী-দগী মাইগৎহনবদি মহাপাপনি। সত্যবান, মপুন্সি তেল্লি মসি অচুম্বনি। অদুবু ঐনা অনুমতি পিরি, মহারাজনা য়াম্না শুন্নাও হুন্নাওনা সাবিত্রীবু মহাক্কী মফমদা শরো। পতী ধর্ম্মগী মতিক্না, গুমকম থোক্তুববু গুম্বদি শোযদে। অসিগুম্বী সতীবু লুপ্রাবী মওইহল্লবদি ধর্ম্মগী মডান্দা শোয়দনা অমকপা ওইগনি,—সত্যগী মহাত্ম্যলোপ ওইগনি। ঐনা অম্মুক্কী মতিক থরাই য়াওনা আশীর্ব্বাদ তৌরি মতুদি, সাবিত্রীনা মতম কুইনগী লুপ্রা ওইদসনু পুন্সী তোল্লোইনা পানসনু।"

নিংথৌনা অহানবদদি কয়াগী মতিক রারম্বনি, অদুবু হৌজিক নারদগী অসিগুম্বা মপাও অসি তাবদদি ইংথজরন্তুনা হায়জরকই—"ঠাকুর, নংগী থৌজানবিবা নপাওদা ঐগী অরাবগী রাখল পুন্নমক লোইখ্রে। নগাক্না থৌজালবিরে—হৌজিক সাবিত্রী ইমাগী করিস্নু অমঙ্গল থোকলরোই থাজজরে।"

নারদনা হায়রকই, "সতীত্বগী মহিমানা ওইথোক্তবস্নু ওইথোকপনি। মহারাজ, করিমত্তা রাবিগনু, লুহোংনবগী থৌরাং তৌবিয়ু। ঐনা অমুক্তা হায়রি:—সাবিত্রী মতম কুইনগী মপুরোইবগী তুংওইনজবী ওইনা পুন্সী তোল্লোইনা পানখিগনি।"

অসি হায়রগা নারদ লোংখ্রে।

## (৬)

দেবর্ষিগী মপাওদগী পুক্লিং লৈতাবা ফঙজরদুনা অশ্বপতিনা মমোমগী লুহোংনবগী থৌরাং তৌরো হায়না মন্ত্রী, আমাত্যন'চংবদা লাও'থাকলে, অদুগা মশামকনা অদুগুম্বা তপোবন অদুদা চত্তুনা অন্ধ রাজর্ষি দ্যুমৎসেনগা লোইননা ভাই-সেন ওইননবগী মরম অমদি লুহোং-খোংদোংনবগী মরমদা লেপ্পনল্লগা হল্লকলে।

অফবা নুমিৎতা অফবা ক্ষণফমদা রাজা রাণীনা মমোমবু পুদুনা তপোবনদা চৎখ্রে, মফম অদুদা থোইনা ধুম-ধাম তৌদুনা সত্যবানগা সাবিত্রীগা শুভ-বিবাহগী থৌরাং তৌখ্রে।

অফবা ক্ষণদোং লাকলে, বর-কন্যা অনিমক লুহোংফান্দা ফমখ্রে। মহারাজ অশ্বপতিনা মমোমবু দানগী থৌরাং তৌরে, নুপীশিংনা মঙ্গল-শঙ্খ খোংখ্রে, বিধি কাইদনা মন্ত্র থিদুনা অশ্বপতি নিংথৌনা সত্যবানগী মখুৎতা মমোমবু দান তৌরে। সত্যবানশু অশেংবা থম্মোইগা লোইননা সাবিত্রীবু মাগী লোইনবী ওইনা লৌশিঙ্খ্রে। কুল নারীশিংনা মঙ্গলধ্বনি তৌদুনা অমুকসু শঙ্খ খোংখ্রে। মতৌ অসুম মহা ধুম-ধাম তৌবা অমদি নুংঙাই খোম্থোক্কী মরক্তা অনিগী থম্মোই অনি অদু অমগা অমগা অমত্তা ওইনা তিন্নখরে। মতুদা য়াওবিরবিবা মুনি-ঋষিশিংনা সাবিত্রীবু চপ মান্নবা খোম্থাংদা "মতম কুইনা লুপ্রাশিংদা চল্লসু," হায়না ওয়া আশীর্ব্বাদ তৌখ্রে। মুনি-পত্নীশিংনা সাবিত্রীগী মরাইবক্তা

সিঁদুর নমথিরগা আশীর্ব্বাদ তৌখ্রে, "সিঁদুর অসে লেম্না মাংখ্রে-সনু মতম পুন্নমকতা মতৌ অসিদা মক্তনা লৈবসনু।"

মতৌ অসুম্না পুণ্যাত্মা মুনি-ঋষিশিংগী আশীর্ব্বাদ কয়াগা লোইননা সাবিত্রী সত্যবানগী লুহোংবগী থৌরম পাংথোকখ্রে। থাবুং অমা থরা হেম্না চিক্লবা তপোবন অসি রাজধানীগী মতৌ-ম্না নিন খোংবগী মখোলবু সুকলেপ লেপখিদরে।

অদুগী মতুংদা রাজা-রাণীনা রাজধানীদা মচা-মমাকপু পুননবগীদমক কন্না হোৎনজৈ। অদুবু মখোয়গী হোৎনবদু মাইহ য়ানখিদরে। সত্যবান্না মমা মপাবু থাদোক্তুনা নুপীগা লোইননা যৌবরাজ্যগী ভোগ চাবা অদুবু য়াানিংলমদে।

মতৌ অসুম্না তৌবদগী মমাক্তনা মমল য়ামলবা অউাপোং কয়া, মচাবুপীদনা মথল কয়াগী ফীরোল লৈতেংপোৎ কয়া পীবম্নগা মচা-মনাই লোইনরকপশিং ময়াম অদু পুবক্তুনা কপ্প। কপ্প রাজারাণী অনিনা মপুক্কুং অদো খোইরাং-লীলাংনা মরৈপাকত্তা হনখি।

মহাশক্তিশালী ওইববা নিংথৌগী অমতা ভাইজরবী মমোম অমদি মপান নাইদ্রবা লন-থুমগী মপু ওইরবী সাবিত্রীনা মাগী কুবেরগী ভাণ্ডার অদুগী মহুৎতা, বনবাসী তাপস লাইববা-ররবা থাংপোক শংদা লৈরবা সত্যবানদা মথাই য়াম্না হবাও হয়াওনা মশানা বরণ তৌজহুনা নুংঙাইনা লৈজখি।

নিংথৌ অশ্বপতিনা চৎপ্রবদা সাবিত্রীনা মাগী লৈতেং পুন্নমক অদো তোংদোক্তুনা— মুনিপত্নীশিংগী মতৌম্না শেৎ-চারে;

মসিনত্থম অমুক্কা হেন্না মাগী মশক মতৌ অত্থ ফজবা হেনগ্রে। মাগী অসিগুম্বা ফিজোল অসি উবদা পুন্নমক্কী মবুক্তা তনৌবী তপস্বিনী গিরিবালা পার্ব্বতীগী রাকমবু নৌনা নিংশিংনখি। অসি-গুম্না অনৌবা ফীজোল অসিদা পার্ব্বতীগী মতৌগুম্না সাবিত্রীগী নৌজরিবী শকফম অদা শরুক চামা হেন্না গুণ অমদি রাশি লৈবা হেনগৎখি।

মগৌগী অসিগুম্বা ফীজেৎ অসি উবদা মনেম ইবেম্মগী মপুক্লিংদা ওন্থোকনা রাবা হেনজখি। মহাক্না মাগী নুংঙাইতবত্থ মমৌ সাবিত্রীগী মফমদা হায়খি, নৌজরিবী মমৌনা অম্মুম্না খুম-জখি, "ইমা, তপস্বীগী মুপী ওইরগা, করম্বা থম্মোইনা রাজ-রাণীগী ফিজেৎ লৈতেং শেংত্থুনা লৈগদবা? মসিমক্কা ইমা। নচাগী মতিক চাবা ফীজেৎনি, ফীজেৎ অসিনা স্বামী পুক্না অমদি নখোয় পুম্বগী সেবা তৌজরবদদা নচাগী থোইনা নুংঙাইজবা ওইজগনি।"

অম্মুম্বা সাবিত্রীগী মপাওদা মনেম ইবেম্মগী করি হায়নিং-ঙাই অমুক লৈখিদরে।

নৌজরিবী মমৌ সাবিত্রীনা মকু মনেমগী সেবা, মপুরোইবগী সেবা তৌবা হৌজরকপসি উবদা, পুন্নমকনা পুমঙক ঙকুখরে। তপস্বীগী পিক্রবা সংসাবগী থবক থনা পুক্না লাংজাগী থোরাং পুন্নমক মহাক্না থোইনা হেন্না যত্ন তৌনা মখুৎমকনা তৌজখি;

অসুম্না তৌজবসিমক্তনা অহল'ওইরিবী মনেম ইবেম্মগী মহুৎ মমেং শিন্দুনা মনেমবু পোথোক্লখি।

অসিগুম্বা গুণশিং অসিনা মুমিৎ খরগী মনুংদা মকু ইবুংঙো মনেম ইবেম্মা অমদি মপুরোইবনা পুমগুম শুক্সাংতুনা মাবু লুনা চান্না তৌবিখি।

নুপী ওইবীশিংগী তৌফম থোকপা পূজা অর্চ্চনা, ব্রত তরানিথোই, উপবাস তৌগদবশিং পুম্নমক তৌবা হৌজবক্লে। মতৌ অসুম চহি চুপ্পা মখল কয়াগী অকনবা ব্রতশিং উপবাসনচিংবা তৌনা তৌনা লৈজবকপনা লৌজরিবী মগোগী মশ অসি য়োনা শোন্থখ্রে। সাবিত্রীগী মতৌ অসুম্না মশাগী ফীভম হোংলকপা অসিদা, মনেম মকু অমদি সত্যবান্না থোইনা হেন্না অকীবা অমা পোকলকলে। মথোয়না ফনা য়াম্না থাম্বনি অতুমক্তদা সাবিত্রীনা য়াবা কৌবা মৈৎখিদরে।

মতৌ অসুম্না চহি অমা লেপ্লকলে। সত্যবানগী মপুংসিদি মুমিৎ লুমনিদা মঙাইরে।

সাবিত্রীগী মপুরিংদদি চহি চুপ্পসি, অহিং-মুংথিজ নাইদনা নারদগী কীরবা রাফমশিং অদো ইকাও কাওদনা কনাদদি হায়দোক্তনা থন্দুনা লৈজরক্লিবনি, চহি অসি মপুং হেক ফাবদা সত্যবানদি শিরগদবনি।

মুমিৎ ছুমনিদা মঙাইরে মতম অসিদদি, মহাকনা অকনবা "ত্রিরাত-ব্রত" তৌবা হৌগৎখরে। ব্রত অসিদি থোইদোক্লা কনবা ব্রতনি তৌঙাদবনি। অহিং অহুম মুংথিল অহুম চুপ্পা করিমত্তা চাক-থক্তনা লৈদনা পুক্নিং লৈতানা চপ য়ুংবা রাখলদা লেপ্পনা ফমদুনা ব্রত তৌগনা লৈগদবনি। ব্রত অসি তৌদ্রিবৈগী মমাংদা সাবিত্রীনা মথৎ মথৎ ব্রত কয়াগী উপবাস কয়াস্থু তৌরক্লবনি। হৌজিক ফাওবা মাগী মশাদি শ্বাবেপ ফাত্রি; চুম্না চৎপ ফাওবা ঙমজদ্রি। অদুগী মথক্তা হৌজিক অমুক্তা হন্না অসিগুম্বা কল্লবা মহাব্রত 'ত্রি-রাত ব্রত' হৌগৎখরে।

---

## (৭)

সাবিত্রীগী 'ত্রি রাত্র ব্রত' য়ৈথাই-থিঙ্গাইদনা তৌবা লোইরে। তৌইগুসম্মুং ঙসি অসিনি সত্যবানগী শিগদবা মুমিৎতি।

মুমিৎ য়ুংবা মতুং ফনা য়াম্না হেন্থরকলে, মুগিদাংরাই ওইথ-বক্তনবা বুইদ্র মতাং অদুদা মতম ইচা চাদনা সত্যবান্না শীং চনবা চৎকদবগী থোরাং তৌরম্বক্ত উরে।

ঙসিসিনি মপুরোইবগী পুন্সী লোইগদবা মুমিৎ। মরম অদুনা সাবিত্রীনা থুনা-য়াংনা মপুরোইবগী মনাক্তা চংশিল্লগদুনা হায়রকই, "ঙসিদি ইবুংঙো মক্তম কদাইদা নথম্লা থাদোকচনিংদে, লেংবিয়ু-মনাই মুপীম্বু থোগন তৌজগে।"

রাফম অসিদা সত্যবান তুমিন্না চপ লেপ্তু্না লৈরে পুমণ্ডক ঙকপ্রে। মতুংদা সাবিত্রীবু য়েংলগা হায়রকই, "করম্না চংকদবা— নংদি মুমিৎ কয়ানি চুপ্পা চম্না হেল্লকপগী নশা অদু অশিবগী মতৌগুম্নিবনি লেংক্রবমকপু ন্নারে। ঙসি হুননি চুপ্পা চম্না হেল্লুরবীনি, হৌজিক ফাওবা সাবিত্রী! নংদি নয়াদা ঈশিং লীক্লা অমফাও তাত্রি, অদুগা ঐগা করম্না শুক্লবা বন তম্না চংকদবা?"

সাবিত্রীনা ফন খাম্বদো য়াবা কৌবদা মরৈখিদরে। মতৌদুদা সত্যবান্না মমা মপাগী মফমদা সাবিত্রীনা চংকে হায়বগী রাফম অসি হায়জরে।

সাবিত্রীনা মকু-মনেমগী চরণ কোনজনা মখোয়গী অনুমতি নিজরকলে। অরাবদি মমৌগী হৌজিক্কী অবস্থা অসি উরগা মখোয়না হরাও হরাওনা অনুমতি পীজবা ওন্নক্ত্র।

সাবিত্রীনা কপ্পা অন্সুম্না অমুকম্মু হায়জররকই; "ঙসি ননাইগী ব্রত লোইশিন্নবা মুমিৎনি। মুমিৎ অসিদা উপুরোইবগা মিৎকুপ অমত্তসু থাদোক্লজনিংদে, হেক থাদোক্লবদা মহা অমঙ্গল শোয়দনা থোকনি।"

রাফম অসি তাবদা অহল ওইরবা রাজা রাণীনা হায়রকই "হায়না পারণ তৌখো, অদুগী মতুংদা নপুরোইবগী মতুং ইল্লু।"

মতুদা সাবিত্রীনা নোঙ্গা খুমজ্জয়কই, "মতম খজিক্তা মঙাই-শিল্লক্রে; অসুক কুইবদি লেললক্রগা করম্না পারণ তৌজগনি,

সন্ধ্যা মতম য়োত্রিবা মথৈ ননাই ঐদি করিমতা য়াতোন তংজরোই। হল্লকলগা সন্ধ্যাগী পূজা-মুংজা লোইরবদা পারগ তোজগনি।"

মতৌ অসুম্না মনেম মকু অনিমকপু থোকপা তৌদুনা ফুলাইরগা চরা হেল্লকপগী মযাং কংলবী সাবিত্রীনা তনিক তনিকপা খোংথাংদা মপুরোইবগা লোইননা বনলোম তম্না লাকলে। মতম অদুদা মহাক্কী মৃথম্মোইদা মহাপ্রলয়গী অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ অমা কম্না শিংলকলি, মতু মানা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তদদি হায়দোকচদে।

মপুক্লিংদা রাফম অদো ফমতুনা থম্লগা তথক তথকনা কোক্নয়েং কোইয়েং য়েংতুনা মপুরোইবগী করম্বা, কম্নি থোক্লরগদবা ভায়বতু রাখল তৌনা তৌনা লাকচরি।

সন্ধ্যাগী অমম্বা মমিনা তেংবানবসি কুপশিল্লকপা হৌরকলে মতম অসিমক্তদা সাবিত্রী সত্যবান অনিমকসিনা বনগী লম্বীরোমদা মতৌ অসুম্না পাংলকলি।

সত্যবান্না মাং থাই মাগী য়েংথংবা মবেংবান্দা শীং অদো লেংথোংনারি। ওইথংবা লেংবান্দনা শীংবুন লাক্লবা থৌরি মকোক অমা য়াল্লি। মপুরোইবগী অরাবদো কোক্লনবা সাবিত্রীনা তুং-লোম্নদগী মপুরোইবগী য়েংথংবা লেংবান্দগী শাংজং অতু লৌথোক-তুনা মাগী ময়েংবান্দা য়াম্লিল্লে।

"করিনো, সাবিত্রী!"—

মোমোন নোক্না ৱাহৈ অসি হায়ত্তুনা সত্যবান্না ভুংলোমদা লৈথোক্তুনা য়েংলকপদা উরে; মদুদি সাবিত্রীনা মরেংবান্দা মঙোন্দগী শীজং লোথোক্লগা মরেংবান্দা য়াল্লম্বদো।

মদু উবদা মহাক শাওগত্ত্রা নত্ত্রগা নোক্কন্না, মদু হায়ফম খংদনা হায়রকই; "য়েংঙোই, উপবাস তৌরকপদগী নংগী নকোক্তা ওন্ন-তৈনবা ৱাখল অমা খল্লক্লমাল্লে। নত্ত্রবদবু অতুক লুম্বা শীজং অদু ঐগী লেংবান্দগী লোথোক্লগা নরেংবান্দা করম্না য়ানশিন-গদগেদো। অমা ওইসনু কদাই পীদ পীবকলো।"

অসি হায়ত্তুনা সত্যবান্না শীংজং অত্তু লৌগে হায়ত্তুনা মখুৎ তিংথোকলকলে অদুগা হায়রকই— "ত.শংনা খুদোং থিবনি। সন্ধ্যা তবুম তবুম্মপা অসিদা নংবু অসিগুম্বা মী তাত্রবা জঙ্গল অসিদা পুরকপসিমক ঐগী অফবা নত্তে। শাস্ত্রদা হায়, "পথে নারী বি বর্জ্জিতা" লম্বীদদি নুপী লোইনরোইদবনি।"

মসিগী পাওখুমদা সাবিত্রীনা মোমোন নোক্না হায়জরকই, "অসিগুম্বা শোংলবা জঙ্গলদা লম্বী কদোমদা চৎকদগে হায়বদুদি তাকপিরমত্রা শাস্ত্রদুদা ?

সত্যবান্না অমুকন্থু হায়রকই, "অদুনবু হায়রিবসিনি— সাবিত্রী, নং, ঐগা লোইননা লাক্কনু। জঙ্গলগী অরাবদি নুপীশিংগীদমক্তি নত্তে। করে তোকলোনে, ঐগী শীংজং অদো পীদ পীবিবকলো কদাই।"

নোঙ্কা নোঙ্ক। সাবিত্রীনা হায়রকই ; "জঙ্গসদা চৎলবদি ব্রানি খংবিবনিনা, শীংজং অমা পুৰদি কয়া অমুক হেন্না ব্রাক্লনিঙাইবু লৈবগে ? শীংজং অসে ঐগী ইফমদা অস্থুম্মক লৈজসনু কৈ-দোবগে ।"

মতং অসিদা সত্যবানগী উপায় লৈখিদরে, করিগীনো হায়রবু, মহাক্না সাবিত্রীবু মুন্না মশক খংবনি।

অমুক্তা খুদোং থিগ্রবা লম্বীনি, অতুগী মথক্তা শুক্লবা বননি, সন্ধ্যাগী অঙানবা খোংজংলকপনা অস্থুম অস্থুম মমশিল্লকলে, মমৱ অসিন। সাবিত্রী সত্যবান অনি অদো তপ্পা তপ্প। মখোং থাংলক্লি।

থরদংগা অমুক লাপ্পা চৎলক্লবদা সত্যবান্না সাবিত্রী য়েংতুনা হায়বকই ;— "সাবিত্রী, অসিগুম্বা খুদোংথিবনা থল্লবা বনভূমিদা নংনা লাবপগী থোইনা কান্নবা থবক নত্তে, চৎসি নংবু ঐনা আশ্রমদা অমুক থিনবিরমগে। নংনা ব্রাবসি উৱগা ঐগী থম্মোই অসি পুঙমদরে। ঐ ইথন্দা চৎতুনা শীং চল্লুৱগা থুনা হল্লককে।"

সত্যবানগী মপাও তাবগা সাবিত্রীনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই ; "লম্বী চংচবা অসিদা ননাই নুপীগী থোইনা অৱাবা লৈজদে, থোইনতুম নুংঙাইবদি হেনগৎচৱকই। প্রকৃতিগী হায়নিং-ঙাই লৈতনা নিংখিজবা মতৌ অসি উজবদা নুংঙাইজবগী মপান নাইদে। ইবুংঙোনা ননাই ওইবীগী করিমত্তা ব্রাবীগনু। শীং চনবগী থোগল তৌজরগা পুন্না অতুম মহনমিল্লরক্লসি।"

মতৌ অস্নুম্মা মথং শিংনা অহিংগী মতম ওই শিল্লক্লে। অমম্বদু শুকচিল্লক্লুনা বন ভুমি অসি পুমকুপ কুপশিনখরে। মাইকৈ মরিদা শাহিং চাবা শাশিংগী খোঞ্জেল তাবা ফংলকলে। সাবিত্রীনা মখোয়গী মাইকৈ অদোমদা মিংচি কেং চাইরুদে। মতমনা মনাক্ত নকশিল্লকলেকো হায়বগী রাখন্দা, মপুক্লিং চপ য়ুংনা মপুরোইবগী মাইথোংদা মুম্না য়েংদুনা মহাক্কী মথুং পাইদুনা চংলি।

থংহোদনা সাবিত্রীগী মপুক্লিংদা মপুবোইবগী মাইথোংগী ক্ষীভম অমা হোংলকপা উবগুম তৌই। অরাবগী চৈফূনা মগম্মোই অদু নিকলকই।

মতম অসিদা উপাল অমদা মকংফরবা থাবদা নিংথিনা চাক্লগদবা উশা অমা উরে, সত্যবাননা মদু কককে হায়বগীদমক উথক্তা কাখংগ্রে। ওহাকতংগী মনুংদা উথক্তগী থংহোদনা লাও-রকপা খোঞ্জেল অমা সাবিত্রীনা তাগ্রে।

ইথং থংহোদনা কোক চিক্লকপনা থাংবা ওমদদুনা সত্যবান্না ল্যাওথোংবগা লোইনদুনা উদগী কুমথরকলে। সাবিত্রী - থুনা য়াংনা চেনশিল্লক্লুনা মপুরোইববু মতমবাক্তা কোনথংচগ্রে, নিংথিনা হিপথহল্লে, কয়াগী মতিক মথাই য়াওনা মপুবোইববু সেবা তৌদুনা ল্যাইকম্মবা লাক্লজরে।

অরাবনি ! হোংনবদো করিমত্তা কাল্লখিদরে। অং-াবদো অস্নুম অস্নুম হেনগংলকলে, সত্যবান মথং মথং অস্নুম শোম্বরকলে।

মমৈ অদুদদি অরাবগী অয়োইবা শোয় হোনগ্রে, মতাম্লোইগী মতম্পাক্তা সত্যবানগী মমিৎ অনি অদো উইশিনখরে। সাবিত্রীনা খংলে, নোংদম্বগী পন্থুংফমদো য়োগ্রে। পুম্নমক লোইখ্রে! মপুরোইবনা মাবু করেম্নবিরম্লগা চেনখ্রে। মতম অদুদা মুপী ওইখীগী মহোৎশাগী হোনশা, অরাবগী চৈফু অদুদা কপচবা হোরক্লে।

শুক্র মমগ্রবা অহিংনি, মীচিক মীরাওখোল তাব্রবা বনগী মনুংনি, শিরবা মপুরোইববু মতম্বাক্তা কোল্লিবী মহাক্না করিদি তৌবা হোনবা? রাখল কয়ামুক্না মাবু অরাবগী ঈপাক্তা থাদ-বিরকলে।

সাবিত্রীনা উরে, দেবর্ষিগী অহানবা মপাওদি মহৈ য়াক্লে, অদুবু মহাক্না অনিশুবা মপাও আশীর্ব্বাদতি মহৈ য়ানগদ্রা? "জগৎ অসিদা সতীনা ওমদবা করিসু লৈবা নত্তে; পতিব্রত্য ধর্ম্মগী মতিক্ সতীনা সংসারদা থোওমদ্রবা থবক কয়া থোকহনবা ওন্মী"— রাকম অসি মহাক্না দেবর্ষিগী মচিন্দগী তাখিবনি অমদি শাস্ত্রদসু তমজরকপনি। অদু ওইবিরদি মহাক্কী হৌজিক করি আশা লৈরিবা? হৌজিক মহাক্না করি হোৎনরগা মৃত্যুগী লম-দাংদগী মপুরোইববু হনহল্লকপা ওমগনি। করম তৌনি হৌজিক?

খংহৌদনা বনভূমিগী মখারোম থংবা মাইকৈদা ইলং-সংবা মঙাল অমা উরকলে। হায়রিবা মঙাল অসিগী মরক্তা সাবিত্রীনা উরকলে,— অঙাংবা ফী শেৎপা ওইথোক্তবা নীপা ওইবগী মশক-ক্রম—লংলবা মুকুট উপ্না মখুত্তা পাশ অমদি দণ্ড পাইদুনা নিপা

অমনা মঙোল্লোম তম্না চংশিল্লকই ; অতুগা মহাক্কী মিংয়েংতুনা—শিরবা মপুরোইবা সত্যবানগী মকমদনি।

সাবিত্রী ঙকথ্রে মমিৎ লাওথোরকলে, মাইকৈ অদোমদা শংত্রিক য়েংতুনা লৈথ্রে।

---

## (৮)

ওইথোক্কুবা নীপা অদো সাবিত্রীগী মনাক্তা চংশিল্লক্কুনা চপ লেপ্লরে।

সাবিত্রীনা কীজবনা মথুৎ লোল্লতুনা থুরুমজরগা মহাক্কী পরিচয় হংজরম্মী, মহাক্না থুম্মকই, "ঐহাক যমনি, সত্যবানগী আত্মাবু লৌগে লাকলিবনি।"

মতুংদা সত্যবানগী মশাবু থাদোক্লবগীদমক মহাক্না সাবিত্রীদা হায়রকলে।

মতাং অসিদা সাবিত্রীনা রাথল তৌরকলে, হৌজিক আসনা পাখৎনবা মতম নত্রে,— হৌজিক্তি চনিং তানা থবক তৌবা দরকারনি। মহাক্না মপুক্লিংদা মসিমদি কম্না খল্লকলে, দেবর্ষি অমদি মুনিশিং; মুনি পত্নী সতীশিংগী অশীর্ব্বাদপু লেম্না মমাং-লগত্রনে ?"

সাবিত্রীনা মথুৎ অনি লোল্লরতুনা য়াম্না নোল্লুকচবা মপাওনা

হায়জরকই, "দব। নহাক্কী ননাইশিংনা ইপুরোইবগী অশিবা মশা অসি লোবা লাকহনবীদনা নশামকনা করিগীদমক লাক-পিরিবনো ?"

যমনা হায়রকই, "সত্যবানদি অথোইবা ধার্ম্মিকনি ; অসিগুম্বা মীশকপু চুতাশিংনা লোররবদি ধর্ম্মদা মর্য্যাদা লৈতবা থোকই। অদুগীসু মথক্তা নহাক্না মহাকপু কোনশিন্দুনা লৈরে। মরম অসি-মক্না ঐনা মফম অসিদা লাকপা তারিবনি।"

ধর্ম্মরাজ মশামক্না থুংলরবসিদা করি অমুক খল্লফম লৈবা ? —অসি খল্লদুনা সাবিত্রীনা কপ্না কপ্না, অরাবগী খোস্থাংনা ধর্ম্মরাজগী মফমদা মপুরোইবগী জীবনবু ভীক্ষা নিজরকলে। যমরাজনা মফমদা খংহল্লকই, "মদুদি তশেংনা ওইথোক্তবনি। মরমদি, নিয়তিবু কনানা কদোইদা ককপা ঙমফম থোক্তে।

বিধিগী ইগ্রবা খোরীদা কনাগী মতিক্না মথুং থিংজিনবদি ওইথোক্তে। মরম্ অসিনা সতী নহাক্না সত্যবানবু থাদোকউ— বিধাতাগী মথোদা মরম চাদনা করিগুম্বা য়েখাইবা অমত্তা পিগনু।"

সাবিত্রীনা করিমতা মখা তাবা রা-ঙাংদনা সত্যবানবু মত-ম্বাক্তগী মনিত্তগী মপি শিন্থজনা থাংথজরে। মত্তুদা সতী অতুগী মথম্মোইদা কয়াগী মতিক কাইখিবা হায়বা অত্তুদি কোংদোকচনবা পাঙ্গন্না নোপচবনি। মতুংদা যমরাজনা মহাক্কী আত্মাবু পাশনা পুল্লগা মখা গাইকৈ তম্না চংলকলে। সাবিত্রীসু করিমতা ঙাংদনা তুমিন্না অতুম মহাক্কী মতুংদা ইল্লকলে, খংদ্রে সতী অসিনা করিগীদমক ইল্লজরকলিবা।

যমরাজনা থংহৌদনা লৈখোরকই, সাবিত্রীবু উ.র, ওকখ্রে, হায়রকই, "সতী। কররিগী অমুক ঐগী ইতুংদা ইল্লরকলিবা ? চৎলো নফমদা হল্লো, সত্যবানগী মশাবু পোৎলোইনবা থোরাং তৌরুরো।"

সাবিত্রীনা খুমজরকই, "ধর্ম্মরাজ। হে প্রভো! নহাক্না ননাই ওইবীগী যুমদি থুগাইবিরগা পুদুনা লেংবিরে, হৌজিক অসিদা ননাইনা কদাইদা হনগদবা? ঐগী ইপুরোইবনা চৎপা মফম অদুদা মনাই ওইবীসু চৎচবা তাবনি।"

যমরাজনা হায়রগই, "মদু ওইথোক্কবনি, মীওইবগী হবচাংনা চংনা কদৌঙৈদসু কনা অমত্তা মফম অদুদা চৎপা য়াবোই। মরম অসিনা নহাক হল্লো।" অসি হায়দুনা যম, অদুম্মক খোং-কাপ লামখ্রে।

অদুম ওইনমক সাবিত্রীদি লৈগৌবা মরৈত্রে; অমুক হন্নদুম মহাক্কী মতুংদা চৎপা হৌরকলে।

মহাক্না অমুক হন্না মহাক্কী মতুং ইল্লকপা উবদা যরাজনা মফমদা হল্লোনবা হায়রকই। মদুগী পাওথুমদা সাবিত্রীনা খুমজরকই, "প্রভু, শাস্ত্রদা হায়রিবদি খোংথাং তরেৎতং লোইনবা মীওং, অমদি রাইহে তরেৎতং ঙাংনরবা মীশক অদু মরূপকী শিংদা চল্লি। মরম অসিনা যমরাজদি ঐগী মরূপ হায়বদু ওইরে; ঐবু হন্দোকপিগনু। খন্দুনা য়েংবিয়ু— মীওইবগী মপোক্তি ধর্ম্ম তানশিনবনা অথোইবা থৌফম খোকপনি। ইপুরোইবগা লোইনজবা নত্তনা মুপী ওইবীগীদি অতৈ ধর্ম্ম লৈতে; ঐনা হায়জরিবা

ধর্ম্মসি ঙাকচনবগীদমক ইপুরোইবগা চৎচরিবনি। নহাক্তি অরেপ্পা ধর্ম্মরাজনি; নহাক্না ননাইগী অসিগুম্বা ধর্ম্মগী খৌ অসিবু য়ৈথা-ইবা পীনবিরোই নিংজৈ।"

সাবিত্রীনা হাঁয়রিবশিং অদো অচুম্বনি হায়না যমরাজনা নিংবিগ্রে। মহাক্না হেক হেক হায়জরকপশিং অদো করিগুম্বা মহাক্না য়ানিংদবা রাফম য়াওখিদরে; অদুম ওইনমক মহাকপু'দি হক্লেলোবদি মতাবনি। মরম অসিনা মহাক্না হায়রকই, "য়েংঙু সাবিত্রী। নহাক্না সত্যবানগী জীবনদি নত্তবা অতোপ্পা অপাম্বা বর অমা নিজৌ, ঐহাক মদু পীগে। লৌনিংবা অপাম্বা বর অমা ফফমদগী লৌহৌ।"

সাবিত্রীনা মথুৎ লোন্নজবে হায়রকই, "ধর্ম্মরাজ! ননাইদা বর পিবিগে তাকপিরবদি, মমিৎ উদ্রবা ইকু নিংথৌগী মমিৎ অনিমক উহনবিয়ু।"

"তথাস্তু"— হায়রগা ধর্ম্মরাজ হন্না খোংকাপ লামগ্রে; তৌইগুম্বসুং সাবিত্রীসু অদুম্মক দেবতা অদুগী মতুংদা ইল্লকপদি মতোকত্রে। "বর ফংলবমক্তদা অমুক হন্না ইল্লকলিবদি করিগী?" অম্সুন্না যমনা হাবকলে সাবিত্রীদা।

সাবিত্রীনা হায়জরকই, "শাস্ত্রনা হায়রি, মতম পুম্নমক্তা সাধু-সঙ্গ তৌগনি। নহাক্তি স্বয়ং ধর্ম্মরাজনি, নহাকুম্বা সাধুবু কনা অমা লৈবা? ননাইনা নহাককুম্বা অমা ফংজবগা করম্না ইলাই লাইনা থাদোকচগদৌবনো।" থোইদোকপনা ইপুরোইবগা

লোইনজসিম্নক্সু ননাইগী অরাবা লৈজদে ; সৎ-সঙ্গ ফংজরি। সৎপুরুষকা সঙ্গ অমুক্তং তৌজবা ফংবদা মহাক্তুগী নিংজবা পুম্বা থুংলৈ ; অদুগা মহাক্তুদা প্রেম থমজবা ওল্লবদি কয়াগী মতিক য়াইফবা হায়বদো করম্না হঙ্গচগনি। সৎ-সঙ্গ তৌজবশিংনা কদোঁ-লৈঁদসু মহৈ য়ান্দবা হায়বদু থক ওইরোই, মরম অসিনা ননাইনা মতম পুম্বদা সৎ-পুরুষকা তত্তনা লৈজনিংঙি।"

যমনা খংলে সাবিত্রীবু হলনহৌবা হায়বসে লুগদৌরি। মরম অদুনা সাবিত্রীদা অসুম্না হায়বকই— "সাবিত্রী। নংনা হায়রিবশিং অদো, পুম্নমক্কী য়াইফনঁবা ওাক্তনি, ঐ-নসু পেল্লবনি মরম অসিনা সত্যবানগী মথাই নত্তবা নংনা অপাম্বা অনিশুবা বর অমগা নিজখো।"

সাবিত্রীনা নিজখি— "ইবুইবুংঙোগী মাংগ্রবা মরৈপাকপু অমুক হঙ্গিলহনবিয়ু, অদুগা মাবু কদোঁলৈঁদা ধর্ম্মগী খোংফম চোইজদবা ওইহনবীয়ু।"

"তথাস্তু।" "মতুমক ওইরসনু, হল্লোরো সাবিত্রী।" যমরাজ অমুক হম্না মখা পাংনা মখোং থাংগ্রে। সাবিত্রীনা অমুক নোল্লু-কনা হায়জরকই— "দেব ! নহাক্না হেক লৈরিবা প্রজাশিংদা নিয়ম পুম্বা পিবি হায়দুনা নংবু 'য়ম' (যম) হায়না কৌরিবনি। ননাইনা তাজৈ, পুক্লিং, রাহৈ অমদি তৌথোরকপা থবকনা কনা-শুম্বা মথাই পানবা অমদা য়েক্লবা থোকহন্দনা পুম্নমক্কী মফমদা থৌজাল অমদি দান তৌবনা শ্রেষ্ঠ পুরুষশিংগী সনাতন ধর্ম্মনি।

অদুগা সংসারগী মী পুম্নমক্তা হেক ওম্মৈ অথোৎপা রাজাং ঙাংনবা হোৎরিবা মহাক তুবু অথোইবা নীপানি, মহাক্কী মফমদদি য়েরুবফাওবনা থৌজান পোকচবা ওম্মী।”

“কল্যাণী। ঈশিং খোয়াংলবা মহাক অদুনা ঈশিংবু থকপা ফংজবগা খোবাংবা কোকচবগুমনা নহাক্কী ধর্ম্মগী তুংইঙ্কবী নপাওশিং অসি তাবদা ঐগাক থোইদোক হেন্দোকনা। পেল্লে, মরম অসিনা সত্যবানগী নথ্বাই নত্তবা অহুমশুবা বর অমসু নিজখো ইফমদগী।” শুম্না হাযাবর রু; সাবিত্রীদা যমবাজনা।

সাবিত্রীনা হাযুজরকই,— “ইপা ইবুংঙো অশ্বপতিগী মচা নীপা অমফাওবা লৈজদ্রি, মহাকপু মশাগী ওরসনা মচা নুপা চানদং ফংজনবা বর পীনবিযু ধর্ম্মরাজ।”

বর অসিমক পীরে, অদুগা যমরাজনা হায়রকই :— “সাবিত্রী! নহাক ফন য়াম্না লাপলক্লে, হনহোরো হৌজিক্তি।”

সাবিত্রীনা খুগৈজে —

“ঐগাক ইপুবোইবগী মনাক্তা লৈজরি, মরম অসিনা লাপ-লগলে হাযনা ননাইগী ইপুক্তা করিমত্তা খঞ্জদে। মপুরোইবগী মনাক্তগী লাপথোকচবা হায়বসিমক নুপী ওইবীগীদি থোইদোক্না তরাবনি। নহাক্না ননাইগী রাইৈ অমা অনিদং তাবিসি। বিবস্বান (সূর্য্যদেব) গী মচানুপা ওইবনা নহাকপু “বৈবস্বত” হায়নৈ, নহাক্তি যেক্লুবা, মরুপ হায়বা নাইদনা পুম্নমকপু চপ মান্ননা অচুম্বা বিচাব তৌই, মরম অসিদগী নহাকপু “ধর্ম্মবাজ” হায়না কৌ-

নজরি। ননাইনা মতম পুন্নমক্তা ধর্ম্মদবু পামগৈ, মপুক্চেল্ কবা, ধর্ম্ম খংবশিংনা মতম পুন্নদা ধর্ম্মগীদা মর.কৈ। মরম অসিনা হে ধর্ম্মরাজ! নংগী ননাক্তা লৈজবসি ননাইগীদি ল্লাইবক কবনি খৈগ্রে। মরম অসিনা মতম খরদংগা নহাকী থৌগল কংজখিগে।"

যমরাজনা হায়রকই—"সাবিত্রী! নংনা ওসি ভাংলিবসিগুম্না ঐনা কনাগুম্বা অমগী মচিন্দগী তাখিদ্রি, নংবু ঐনা ওন্থোকনা পেগে, মুংঙাইরে মরম .অসিনা ইফমদগী মরিশুবা বর নংনা নিজরো।"

সাবিত্রীনা হংজখি, "ভগবান! ননাই ঐহাকসু শাগে চাওখংহন্নবগী শরুক য়াজরিবী অমনি, মরম অসিনা ইচানিপা চামদংদি কংজগে। মখোয় পুন্নদো মপাঙ্গল কনবা, মরৌশিং শিংবা, লাকওম-ফাওমদবা ধর্ম্ম কাইজদবা ওইহনবিয়ু।"

ধর্ম্মরাজবু সতী অসিনা ধর্ম্মগী লৌরোনা পুনগ্রে, খন্তহোনবা পাগ্নে লৈখিদ্রে, অমুক খন্থরুদনা যমরাজনা সাবিত্রীদা হায়রকই, "নংনা নিংজবা পুম্বা থুংজরো, নচানিপা চামা ফংজরো, হৌজিক্কি নংগী অনিংবা পুন্নমক থুংলে, হন্লোরো সতী।"

সাবিত্রীনা মশাগী ধর্ম্মগী চর্চ্চা তৌজরকপদো লেপ্পনা চং-খজরকলি। মতুংদা অম্মুম্না হায়জরকই,—"সৎ পুরুষশিংগী মপুক্কিন্দি মতম পুন্নমক্তা ধর্ম্মদা লৈশিন্দুনা লৈবনি, সৎ-পুরুষগা ত্রিজবদি কদৌমুংদা লেম্না মাংলোই। সন্তশিংগী মফমদগী

করিস্সু খীক্ন লৈতে। সৎ পুরুষশিংনা মখোয়গী সত্যগী মপাঙ্গল্না মঙাল চাওরবা সূর্য্যফাওবা মনাক্তা কৌবা ঙমই। মখোয়না, মখোয়গী মতিকনা পৃথিবীবু ঙাকই। তৌরবা ওইরকদোবগী রাক্ষমস্সু মখোয়দি খংবনি। মহাক্কী মনাক্তা লৈরদা করিমত্তা অরাবা লৈতে। অতোপ্পগী ফনবা তৌবদি—সনাতন ধর্ম্ম; অমদি সদাচারম'ক্ক, অসুম্না খঙ্গদুনা সৎ-পুরুষশিংনা মশাগী কান্নবা তৌবা লৈতনা অতোপ্পশিংগী মত্তেংদা পাংলবগী তোংনদুনা লৈরৈ।"

সাবিত্রীগী রাহৈশিং অসি তাবদা যমরাজনা থৌজালগী ইহৌ অমা লাকলে, হায়রকই—"পতিব্রতে! নংগী ধর্ম্মগী তুং-ইন্নববা নপাওশিংসে শুকপ্রবা অর্থনা থনগ্রে, ঐগী পুকনিং অসে পুমশুম শুঙ্খংগ্রে। নংনা হেক হেক হায়রকপা নপাওশিং অসিদা নংগী শ্রদ্ধা হেনগৎপগী মতৌমক্তনা চংখোল্লি, মরম অসিনা ইফম-দগী নগী খুইদগী পুমহেন হেন্না অপাম্বা বর অমথক্তা নিজখো।"

সাবিত্রীনা হায়জখি—"ভগবান! হৌজিক নহাক্না চান-বিদুনা ইপু রাইবগী মপুন্সী পিনবিয়ু, হে দেব! বর অসিতা পিনবিয়ু! মসিনা নহাক্কী সত্য অমদি ধর্ম্মমক ঙাকপিবা হায়বদু ওইগনি। ইপুরোইবা নত্তা সাধ্বী জীবনবু করম্না ঙাকচদুনা ইচানিপা চামা ফংজগদগে। মাবু নত্তনা ঐগী নুংঙাইজবা, স্বর্গ, লক্ষ্মী অমদি জীবন অসিবুস্সু পামজবা লৈজদে।"

রাকম অসিদা যমরাজনা করিগুম্বা রাহৈ মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ঙাইহাক্তং সাবিত্রীবু য়েংদুনা লৈরে। মতু'দা ভাব তারক্লে,

পতিব্রত ধর্ম্মগী মকমদা মহাক মাইথিরে হায়বসে। মবম অসিনা মহাক্না সত্যবানগী আত্মাদো সাবিত্রীগী মকমদা পীরগা হায়রকচ, "লৌরোসে ইমা নংগী নপুরোইবগী জীবন। ধর্ম্মগী পাঙ্গন্না নংনা মীনা ডমকক্তবা থবক পাংথোকলে। নংবু ঐনা থোইদোক্লা পেল্লে। সত্যবান, চহি চামরি পুন্সিরগনি অমদি নখোইগী নচা নশুশিং ঙাক্তুনা মালেম অসিদা নিংথৌ ওইতুনা পাল্লগনি নখোয়গী মিংচৎ অসি মতম কুইনা মুৎতনা লৈরগনি।"

অসি হায়বল্লগা যমরাজনা সাবিত্রীদা সত্যবানগী আত্মা হন্না পীরম্লগা মহাকপু তত্তননা আশীর্ব্বাদ তৌর তেরতুনা অতুমক উথিদরে।

সত্যবানগী অশিবা মশা অদো উখোংদা উতুপ তাঙুম তাদুনা লৈহৌবনি। যমরাজনা নকাদা মাগী আত্মা হেক পানবিরম্বমক্তদা, সত্যবানদো অমুক হন্না নুংশা শোব তপ্না তপ্না হোনবা হৌরকক্লে। মহাক্না মমিৎ অনি পাংথোকতুনা য়েংলকলে। উরে, মাগী মনাক্তা সাবিত্রীনা মোমোন মোমোন নোক্তুনা লেপ্তুনা লৈরম্বা। মহাক্না মঙাল্লাইরবী মশকক্মনা বংভূমি অদো চাম্না পুমঙাল ঙান্দুনা লৈরম্মা।

সত্যবান্না হায়রকই ঃ— "সাবিত্রী ; হবচাং অসে ওন্থোকনা শোন্থরুরে,—হৌজিক্তি খরদি ফবগুম তৌরে। চৎলো, চৎসি খাংপোক তান্না হল্লসি। ইপাইবুংঙো, ইমা ইবেম্মা অনিমক্না ঐখোয়গীদমক ওন্থোক্না ব্রায়ম্লগনি।

সাবিত্রীনা মথং মথং ব্রারীশিং অদো সত্যবান্দা লোইনা

তমজয়ে। পুন্নমক অদো তারগা সত্যবাননি পুনঙক ঙকখ্রে।

সাবিত্রীগী সতীত্বগী মহাত্মানা মীওইবনা ওমকত্রবা অশিববু জয় তৌহুনা মপুরোইববু অশিবগী মথায়ত্তদগী লাইনা মুহেল্লোয়ে। নোংঙাল্লগদাই ফাওবা সত্যবান সাবিত্রী অনিমক হল্লক্লে; মসিদা মমিঙ তাংলবা রাজর্ষি অমদি রাণী অনিমক্কী অরাবা হায়বন্থ ওইরে। মখোয়না ঋষিশিংগী থাংপোক থাংপোক্তা চৎলগা কপ-কপতুনা লেল্লে।

ঋষি পুন্নমক্তা মখোয়বু লুনা তৌজবনি অমদি শ্রদ্ধা লৈজ্জি বনি। সাবিত্রী-সত্যবানবুস্তু মখোয় পুন্নমক্কী মথক্তাই মকামাহুনা থমজবনি। মরম অসিনা রাজা-রাণীগী অরাবদা মুনি ঋষি পুন্নমক থোইনা লাংতক্লখ্রে। মখোয়না মথল কয়াগী থেমজিনবিবা মপাওনা লৈম-নিংথৌবু থেমজিনবা হৌরকলে। কনা অমতা অহিং অসিদা সাবিত্রী সত্যবানবু থিননবা বন্দা চৎপদি ঙম্নখিদ্রে।

অহল থর ওইববা মুনিশিংনা হায়রকই, "নখোয় করিমত্তা রাগন্থু। আদর্শ পতিব্রতা সাবিত্রীনা 'ত্রিরাত' ব্রত তৌজহুনা উপবাসগী মতৌদা মপুরোইবগী মতুং ইনথ্রি, মতম অসিদা মখো-য়গী কৰিঙুবা অমঙ্গল অমা থোক্কনি হায়বগী চিংনিনংঙাই লৈত্তে। অহিংনা মরশিল্লকপা অতুদা শোয়দনা বনদা লেকথোকপা ওই-রমগনি। উত্বা রাণীগী মঙালগা লোইন-লোইননা মখোয় শোয়দনা থাংপোক অসিদা থুংলরনি।

অদুম ওইনমক রাজা-রাণীগী মপুক্কিং ফাজিনবদি মঙ্ময়রে; মখোয়না তশেংনা তপথদবগী মতৌ ওইদুনা অঙাং মচাঙুম কপচবা হৌরকলে।

তপোবন বাসী পুন্নমকনা রাজা-রাণীবু মথৈ মথৈ কয়া থেমজা রমন্নি, অদুবু মখোয়গী অরাবদা মহেনথ্রে, অনিমক্না নেমথবা মথৈখিদ্রে। অঙকপা থোদোৌ অমা থোক্লকলে, অমুম্না কপলিঙৈগী মতমদা, মমিং উত্রবা রাজর্ষি দ্যুমৎসেনগী মমিং অদু উরকলে।

অসিগুম্বা ওইথোক্লবা মতৌ অসিদা নিংথৌ অদো ঙকচবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। ফনা কুইনা মহাক্কী মমিং অদো পাংথোক্লনা য়েংলে নিংথিজনা উরে। থংহৌদনা ওস্তোকনা সুংঙাইরবা ভাব অমা ফাওরকলে।

পুন্নমক্না মদু উবদা তশেংনা পুগঙক ঙকপা হায়বদু য়োৌরে, হায়রকই—. "মহারাজ নংমুক নরাইবক ফবা অমদি পুন্যবান ওইবা নিপাদি পৃথিবীদা অনি শুদবনি। নংগী খাংপোক অসিদা মহা-সতী সাবিত্রী মাতনা স্বয়ং মূর্ত্তি ওইনা ঙানবিরবনি। অসিগুম্বা ঙক্লবা থৌরাং অসে মহাক্কীনি। রারগনু মহারাজ, থিজনমক নহাক্কী সাবিত্রী-সত্যবাননা য়ৈথাই থিনগাইবা লৈতনা লাক্লগনি। মখোয়গী করিসু অমঙ্গল লৈরোই। নিংঙাইদনা লৈবিরো।"

মুনিশিংগী মপাওশিংদো অদুমখি। উথাগী মঙাল লাক্লে, চেক্লাশিংগী য়াকাই খোস্তোক তারে। মতম অদুদা "পারুং-ইক্কা"

হায়না কৌজরকপা সত্যবানগী মুংশিন্নবা মখোঞ্জেল্ তারকন্নে।

লৈম-নিংথৌ অনিমকনা উরকলে মুন্নবা শীং কোকথোংনা মকোক্তা পুরক্নুনা মোমোন মোমোন নোক্না মখোয়গী মফিংকী মথি, মুংশিজবগী পুতুলী সত্যবান— মাগী নমলোন্দ সাবিত্রীগী মঙান নাইরবী দেবী মূর্ত্তী! কয়াদা পেঞ্জব্রবা!

রাজারাণী মুংঙাইজবগী মপান নাইরে, আশ্রম বাসীশিং ওয়া মতু চুংখ্রে। সাবিত্রী সত্যবান্না অহানবদা রাজা-রাণীদা খুরুমজরে, মতুংদা আশ্রম বাসীশিং পুন্নমকপু মথং মথং খুরুমজবা অমদি কোন্ন-পাইনজরে।

মতুংদা সাবিত্রীনা মতৌ করমনা শিরুরবা সত্যবানগী মথ্বাইবু যমগী মখুত্তগী মুঞ্জহোবা হায়বা রারী রাখোংশিং অদো চিথদনা তমজরে। মদু তাবদা আশ্রম বাসী অমদি মকু মনেমনা কয়াগী মতিক পেনজখ্রে, সাবিত্রীবু থাগৎখ্রে।

মতুং খর লৈরবদা রাজা দ্যুমৎসেন্না শাল্যদেশতা চৎতুনা নিংথৌ ওইতুনা পানখ্রে য়েক্নবশিং অদো মরাই চাইথরে। সা-বিত্রীগী মপা ইবুংঙো, অশ্বপতিগী মচা চামা মথং মথং পোকখি। মমৈদা দ্যুমৎসেন্না অহল ওইরক্লুনা শোন্থব্রবদা সল্যদেশকী সিংহাসনদা সত্যবানবা কাদুনা নিংথৌ ওইতুনা পানখি, মখোয়গী মতিক চাওরবা মচা নিপা চামা পোকচখি।

মতৌ অসুম্না সতী অসিগী মতিকনা অমদি পতি-ভক্তিগী পাকম্না অশিববু জয় তৌহুনা মপুরোইববু কনবা ওমজখি। অসিগুমী মহাসতী অসিগী মওং অসি মতম কুইনগী ভারত নারীশিংগী মথুংদা মঙাম্নাইনা লৈরগদবনি।

তাং ২৭।৫।৬১ ইং।

থাংজ



